খোনকাপ ৮গী তানখোঙমরুদি তপ্না অমস্যুং তাশিন-খোমজিন্না অরুম্বা রাখল পুহনা চৎলি। থুদম—

লুপা মহীনা লাকপগুম ⋮ অংলবা থাবন্দা //
থাদগী লাকপা মুংশিংনা⋮ লিরিনা ছুবদা //
ভাইবঙ মীরাওখোন তাত্রবা ⋮ চীক্রবা মতমদা //
মহৌশাগী শৈশক্রা ⋮ নঙগী নগুণ থারকপা //
নহাকপু কদায়দনো ! //

( দয়েন্দ্রজিৎ )

খোনকাপ ৯ অমস্যুং ১০গী তানখোঙমরুদি খোল্লূম্না মপূং ওইবা ছন্দদা শীজিন্নরম্মী। অতুনা মখোয় অসি অথুবা খোঙচত্তা অয়াংবা রাখল পুবা তানখোঙমরু ওইনা তৌরম্মী। হৌজিক্তি অতোপ্পা মথলগী ছন্দদা অরুম্বা রাখল পুবদস্যু শীজিন্নবা য়াওরে।

খোনকাপ ৯গী তানখোঙমরু ঃ

কাগনি হায়বস্যু কল্লক্তে ⋮ তাগনি হায়বস্যু থল্লুদে

( চাউবা )

খোনকাপ ১০গী তানখোঙমরু ঃ

নমথেকউ নমথেকউ অথুবা কোয় ⋮
য়েংথোকউ য়েংথোকউ অপাকপা কোন //

খোনকাপ ৫ অমস্যুং ৭কী তানখোঙমরুগী শাজৎ (nature)-তি তানখোঙমরু অতৈগী শাজত্তগী খরা তোপ্পী। মখোয় অসি অমগা অমগা মৌলিক ওইনবা খোনকাপমশীং অনীগী তানখোঙমতেক্তা শাবা মরম্না মপূংফাদবা ( syncopated ) তানখোঙমরু ওইনা লৌবা য়াই। মখোয় অসি ঈরাঙহৌবা, অথকপা রাখল পুবা তানখোঙমরুনি।

খোনকাপ ৫গী তানখোঙমরু ঃ

খোয়রাঙ হৈন্দিদা ⋮ চৌন্দম হৈনিদা

খোনকাপ ৭কী তানখোমরু ঃ

(ক) তরেতনৈমা শিনৈমা ⋮ মৈতৈগীদি শনৈমা
(খ) ভাগ্যচন্দ্র রাজর্ষি ⋮ তায়রু-তক্কা অহেনবা

[২৩] মৈতৈ ছন্দদা তানখোঙমরুগী মহুংদা কায়াৎ ওইনা লৈরিবা তানখোঙমতেকশিং অসিবু শীন্দোকশীজিন তৌনবগী তোপ-তোপ্পা নিয়ম খরা লৈ। তানখোঙমরুগী মহুংদা লৈবা তানখোঙ-মতেকশিং অদু অমগা অমগা মান্নগনি, নত্রগা মশীংগী মথংমনাও নাইনা শীনগনি—হায়বদি তেনশিল্লকপা নত্রগা শাংদোরকপা মওঙদা থমগনি। গণিতকী linear equation (রৈখিক সমীকরণ)-গুম্না তানখোঙমরুগী মহুংদা তানখোঙমতেক অমগা অমগা তাইননা চৎপদা অচুম্বা ( straight ) পরীংগী চাংচৎ অমা লৈহনগদবনি। নিয়ম অসি ইন্দবা তানখোঙমরুদি ছন্দগী ঈথক হৌহনবা ঙমদে। মরম অসিনা ৪+২+২ নত্রগা ২+২+৩ অসিগুম্বা খোনকাপমশীন্দা তানখোঙ-মতেক থম্বা য়াই, অদুগা ৩+২+৩-দদি থম্বা য়াদে। কনা কনাগুম্বনা খোনকাপমশীং থীবদা ওন্নদুনা খোনকাপমশীন ৩+২+৩-গী তানখোঙ-মরু লৈবা য়াই হায়বসু য়াওই।

ঈশৈগী : মহুম : শাঙৈদা : ঈহৌখিবা ছন্দদো

হায়বসিগী তানখোঙমরুশিং অসি খোনকাপ তরেৎনা শাবনি, অদুবু 'ঈশৈগী মহুম শাঙৈদা' হায়বা তানখোঙমরু অসিবু খোনকাপ নিপালগী ওইনা লৌদুনা খোনকাপমশীন ৩+২+৩-দা থম্নবদি ছন্দ কায়গনি। অদুনা 'ঈশৈগী' হায়বা তানখোঙমতেক অসি খোনকাপ অনীদা চিংশিন্দুনা পাগদবনি। অদু ওইরবদি খোনকাপমশীন ৩+২ +৩-গী মহুত্তা ২+২+৩ ওইনা থম্বা য়াগনি অমসুং ছন্দগী ঈথক হৌহনবা য়াগনি। অদুনা খোনকাপমশীং লেপ্পগী মতাংসি ছন্দগী হিসাবতা খ্বাইদগী মরুওইবা রাকম্নি।

নিয়ম অসিগী মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দদা চৎনরিবা তানখোঙমরুশিংবু মথাদা পীরিবা মওঙশিং অসিদা খায়দোকই। মওঙশিং অসিনা মৈতৈ ছন্দগী শাহৌ ( structure )-নি, হায়বদি, তানখোঙমরুগী মহুংদা লৈবা তানখোঙমতেকী খোনকাপমশীং অমসুং মশীন্দা ছন্দগী মপুংওইবা শাহৌ অদু লৈ।

# ছন্দবীণা

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ
কাছাড় কোলেজ, শিলচরগী মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যগী
প্রধান-অধ্যাপক




দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর
ইম্ফাল
১৯৬৯

কোঙবা
দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর
ইম্ফাল

মথুম
মুকুন্দ দেবনাথ
অহানবা থুংলম : লৌশীং অমা
পোয়ন্থু ১৮৯১ । ডিসেম্বর ১৯৬৯

নম্বা
থুমল্লথম রাসবিহারী সিংহ
দি ফ্রেণ্ড্স ইয়ুনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল





মমল লুপা তরানীথোই

## হৌরম-লামায়

অকোঙবগী বায়োল .... ॥৯॥
বাহৈ খন্না ( অইবগী বায়োল ) ॥১১॥
মৈথৈ লোইনমদা (কচ্চবগী বায়োল) ॥১৫॥

অহানবা শরূক ( শকথঙনবা )

ছন্দ পোকখিবগী বা .... ১
ছন্দগী অর্থ .... ৩
মৈথৈ ছন্দগী হৌরকফম .... ৮

অনীশুবা শরূক

( ছন্দগী মচন অমসুং কাঙলোন )

ছন্দনাইবা বাহৈনৈয়েং .... ১২
খোম্বোক .... ১৪
খোনকাপ .... ১৭
খোমেপ অমসুং লোমেপ .... ১৮
খৈখোঙ .... ২১
তানখোঙ অমসুং তানখোঙমক.... ২৩
তানখোঙমক অমসুং
তানখোঙমথেক .... ৩০
খোম্বোককী মথন .... ৪৩
খোনকাপকী পথাপ .... ৫০
খোল্লুম .... ৬১
খৈখোঙগী খোঙচৎ .... ৬৮
মাম্নখৈ .... ৭০
খৈকুপ .... ৭৩
ছন্দগী কজরোল .... ৭৫

## হীরম-লামায়

অহুমশুবা শরাক

( ছন্দগী শাথেক অমসুং শক্লোল )


মৈতৈ ছন্দগী মখল .... ৮৪

মৈতৈ ছন্দলৈরেং .... ৮৫

অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা
শৈনিন্থোই ছন্দ .... ৮৫

শৈনিথোই ছন্দলৈরেং .... ৯১

ঈচেলনাইবা ছন্দ .... ১০৩

থৈমায়দবা ঈচেলনাইবা
অতেনবা শায়খোঙ ছন্দ .... ১০৫

মনীংতম্বা ছন্দ .... ১০৯

অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা
খোন্নিংথোই ছন্দ .... ১২৭

অথুবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা
খোল্লমথোই ছন্দ .... ১৪৩

খোঙচৎ য়াম্নবা .... ১৫৬

ছন্দগী খোঙচৎ অমসুং মখল
লেপ্পদা খোনকাপ .... ১৫৬

মৈতৈ ছন্দগী ফুরূপ .... ১৫৭

মৈতৈ ছন্দদা অনৌবা
মওঙ থরা .... ১৬০

শৈখোঙ অমসুং শৈতূপকী
তোঙান তোঙানবা মশেম .... ১৬১

ঊচনশৈরেং .... ১৭১

বারেংছন্দ .... ১৮০

বারেংকবিতাগী ছন্দ .... ১৮৮

শৈশেম ঊৎপা ... ১৯৫

## হৌরম-লামায়

### মরিশুবা শরুক ( ছন্দয়োলগী মরু )

ছন্দঈথক অমসুং শৈরেংছন্দ .... ২১০
মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ .... ২১৭
লোল্লেপ, খোল্লেপ অমসুং
ছন্দগী শরুক .... ২২৪
তানখোঙমতেক .... ২৩৫
মৈতৈ ছন্দগী শাজং ... ২৩৯
খোনকাপ .... ২৫৪
খোনকাপকী পথাপ .... ২৫৯

### মঙাশুবা শরুক (লেমহৌবা রাফম)

মৈতৈ ছন্দদা অাং খেন্নবা (?) .... ২৬৪
মৈতৈ শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ .... ২৬৮
মৈতৈ শৈরেংদা ইংরেজী ছন্দ .... ২৭৪
মৈতৈ ছন্দদা তানখে ঙমতেক .... ২৮২
মৈতৈ ছন্দগী ঈচেল .... ২৮৪

# অফোঙবগী বায়োল

লোলগী মচং ওইবা লাইরিক কয়া য়াংলিবা মণিপুরদা কান্নবারগী মায়কৈদা নত্তনা লাইরিকী মশক মগুণ খঙনা ফোঙবিনবা পাব্লিসর য়ান্না য়াংলি। মসিমক্কন্স্ মণিপুরী সাহিত্যাগী চাওখৎ-খোঙহৌ তপ্পগী মরম অমনি। অহোবা অসোমদা ঙমজবা খরদংনা লৈবাক্কী মীৎয়েং চিংশিঞ্জবা ওইনা প্রোফেসর রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহগী ছন্দবীণা ফোঙবগী থৌদাং ফোরমনা লৌজবনি।

লাইরিক অসি প্রোফেসর অসিগী মমল য়াম্লবা থৃদোল অমনি। পীরিবা মচাক অমসুং পুথোক্লিবা মওঙ অসিদা ফোরমনা ফোরমগী ওইবা মতত্তি পীজখিদে। চুম্না কুপ্না পারবা মতুংদা, মণিপুরী সাহিত্যদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা খিবা য়াবা খিরগা কজবা মওঙদা মচু তানা পুথোরকপা অতাঙবা লাইরিক অমনি খন্না ফোঙদোকচবনি।

মণিপুরী ছন্দগী সমুদ্রদা অকনবা ঈহৌ অমদি লৈবাক্কা কবি অমসুং সাহিত্যিক অমা ওইনা শকখঙবিরবা শ্রীরাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহনা শোয়দনা পীরি খঞ্জে।

মণিপুরী লোলবু সুংশিবিবা ইবুঙো ইবেম্মশিংগী মক্কমদা ঐখোয়গী ছন্দবীণা আশা চাউনা লাম্থোকচরি।

শ্রীরাজকুমার মণি সিংহ
জেনেরেল সেক্রেটরী
দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

ইম্ফাল
তাং ১।১২।৬৯ ইং

# বাহৈ থরা

হৌজিক মৈত্রবাকী পুন্সিদা হৌরিবা অকনবা ঈথক ঈহৌ অসি মরুওইনা মপান্থোংদা থুংঙাইনবা মচাক লাওবগী ঈহৌ ওইনা তৌই। পাঙল তানশিল্লবগী মায়কৈদদি ঐখোয়গী থৌরাং য়াম্না শোথরি। পাঙলগী পূকৈদা য়েংলুরবদি ঐখোয় অসি শেলথুমগী কিভমদসু, লৌশিংগী থাক্তসু, পুক্নীং থম্মোই শেংদোকপদা অমসুং লামথোক-পদসু চাওথৎলবা জাতি অতৈ অতৈদগী য়াম্না হন্থরি হায়বা খঙবা ঙম্মী। তৌইঙমসুং থুংঙাইনবগী থৌরাংলোমদা পুক্নীং চঙবগী চাং য়েংলুরবদি মায়কৈ কয়াদা ঐখোয়গী পাঙল শোথরবসু, থুংঙাইন-বগী মচাক্তা অরাংপা কয়া লৈরবসু ঐখোয় অসি কনা চাওথৎলবা জাতি অমনি হায়না খঙবা ঙম্মী। সাহিত্যগী মতাংদসু হায়রিবা মওঙ অসি উবা ফংই। হৌজিক মৈতৈ সাহিত্য শেম্বা অয়াম্বনা রস পাম্বা অপাবশিংগী থুংঙাইনবরোমদা মরুওইনা খন্দুনা নাটক উপন্যাস য়ারী কবিতানচিংবা রসসাহিত্য অমদি রম্যরচনা পুখোক্লবরোমদদা পুক্নীং চঙবগুম উরি। অতুগা সাহিত্যগী লেপকম য়ুক্কম ওইগদৌ-রিবা সাহিত্যকাওলোল (সাহিত্যতত্ত্ব), লোলগী কাওলোল (ভাষাতত্ত্ব), ছন্দ, অলংকার, সাহিত্য অমসুং লোলগী ইতিহাসনচিংবা সাহিত্য-শাস্ত্রশিং পুখোক্লবগী অকনবা থৌরাংদি উবা ফংদ্রি। থৌরাং অসোমদা রাংপনা হৌজিককাওবা ঐখোয়গী লোল অসি বিশ্ববিদ্যা-লয়গী খ্বাইদগী রাংবা থাক য়োনা পুখৎপা ঙমদ্রি অমসুং ভারতকী অখোইবা লোল অমা ওইনা শীংথানদ্রিবসিগীসু মসিনা মরুওইবা মরম্নি।

মৈতৈ সাহিত্যগী অরাংপা মায়কৈ অসি মেনথৎনবগী থৌরাংদা অঙবা শরুক থরদং য়াজনীংহ্না ছন্দগী লাইরিক অসি ইকনি। মসিদা য়ারিবমখৈ বৈজ্ঞানিক ওইবা রাথলগী লীচিংনা নিয়মগী পরোং লাইনা মৈতৈ কবিতাগী ছন্দগী মপুংফাবা অশেংবা শকুম অমা শীনবা হেক্থনলক্লি।

চপচাবা মওঙদা মৈতৈ ছন্দ নৈনবা তারবদি মৈতৈ কবিতাগী অরিবা অমসুং অনৌবা মথল পূম্নমক নৈনগদবনি। মতৌ করম্না মৈতৈ ছন্দ হৌরকপা অমসুং মথং মথং চাওখৎলকপা, ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোলগী ছন্দগা মৈতৈ ছন্দগা করম্না মরী লৈনবা, মৈতৈ ছন্দগী ইতিহাসকী মমুংদা অমতওইবা লংলা করিনো অসিন-চিংবা য়াফমশিং অসি নৈনগদবনি। মরম অদুনা লোলগী কাঙলোল, মৈতৈ জাতিগী ইতিহাস, মৈতৈগী পুক্নীং অমসুং হকচাংগী থোইদোক-হেন্দোকপা মওঙনচিংবা খঙনবা হোৎনগদবনি। অদুগা ছন্দোবিজ্ঞান, লোলগী বিজ্ঞান, খোম্লিলবিজ্ঞান ( ধ্বনিবিজ্ঞান ) অমসুং সঙ্গীতকী মরুওইবা কাঙলোলশিং অদুসু মুম্না খঙগদবনি। মৈতৈলোল নত্তবা অতোপ্পা লোল অম'নীগী কাব্য অমসুং ছন্দগী শাজৎকী (প্রকৃতিগী) মরমদসু নীংথিনা খঙগদবনি। অদুগা লোয়ননা মহৌশাগী ওইবা ছন্দগী ঈকাও অমসু ইশাদা লৈগদবনি। অসুম্না নৈনরবতদা মৈতৈ ছন্দগী চপচাবা শকক্ষম অদু কাবা ঙমগনি অমসুং মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ অমদি পাঙ্গলগী মরমদা অশেংবা অরেপ্পা খঙবা ঙমগনি। অদু নত্রবদি মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা শাজৎ করিনো, চৎনরিবা তোঙান তোঙানবা ছন্দগী মমুংদা মরুওইবা অমতওইবা মওঙ কদায়দনো, মখোয়গী মথল থায়দোকপা ঙাৎ থম্নবা মতৌ করম্না য়াবগে, অতোপ্পা লোলগী ছন্দ মৈতৈ ছন্দদা লৌশিন্নকপা য়াবরা অসিনচিংবা য়াফমশিং অসি খঙবা ঙম্লোই। অদুনা লাইরিক অসি ইত্রিভৈদা মথকী য়াফমশিং অসি নৈনদুনা য়ারিবমথৈ মৈতৈ ছন্দগী চপচাবা শকক্ষম অদু লাকশিন্নবদি হোৎনজখি। অদুবু কদায়কাওবা লাকশিনবা ঙম্নবগে হায়বদুদি লাই-রিক অসি পাবিবশিংনা খনবিগনি।

মসিদা উৎলিবা ছন্দগী কাঙলোলশিং অসি অরিবা অনৌবা মৈতৈলোলগী কবিতা পূম্নমক্তা য়াবা ঙাক্তনি। কাঙলোলশিং অসিনা মৈতৈ কাব্য পূম্নমকী অমতওইবা লংলা ওইরিবনি অমসুং কাঙ-লোলশিং অসি মৈতৈলোলগী শাজৎ,মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ অমসুং

মৈতৈগী মহৌশাগী ওইবা ছন্দগী ঈকাও মতুংইন্না শেম্বনি। অদুগা মসিদা শীজিন্নরিবা পরিভাষা ( terminology )-শিং অসি য়ারি-বমখৈ অশেংবা মৈতৈ রাহৈ ওইনবা হোৎনজরি।

কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা লাইব্রিক অসি ফোঙবিদুনা মৈতৈ সাহিত্যগী অরাৎপা শরূক থরতা ওইরবসু মেনখৎনবগী থৌরাং মপুং ফাহনবিবগীদমক ফোরম অসিবু ঐনা ভমখৈ লৈতনা থাগচরি।

লাইব্রিক অসি অহানবা থুৎনম ওইবনা অমসুং ইশানা শিলচরদা লৈরগা ইম্ফাল প্রেসতা নম্বনা প্রুফ থাদোকথাজিন তৌদুনা চথবা তাথিবদগী প্রুফকী মতাংদা নীংবা থুংদবা য়াম্না লৈথি। অদুবু প্রেসকী মেনেজর তাইবুঙো রাসবিহারী সিংহনা য়ারিবমখৈ মেনখৎ-পিদুনা ঐঙোন্দা য়াম্না মতেং পীবিথি। মতাং অসিদা থোইদোক-হেন্দোক্না পঞ্জনীংবা অমদি—প্রুফ লৌবদা পাংবিবগা লোয়ন লোয়নন রাহৈগী অশোয়অঙাম কয়াসু তাইবুঙো অসিনা য়েংশিনবিদুনা লাইব্রিকী মগুণ হেঙ্গৎনবসু হোৎনবিথি। মসিগীদমক ঐগী থুংঙাইবা অমসুং তৌবিমল থগবা ফোঙদোকচরি।

অদুগা অরোইবদা নীংশিংজগদবা অমনা—প্রুফ মুলহৌদবদগী অশোয়বা শরূক করিগুম্বা য়াওরম্লবদি ঙাকপিনবা হায়জরি অমসুং মথংগী থুৎনমদা য়ারিবমখৈ অশোয়বা য়াওদনবা হোৎনজগনি।

কাছাড় কোলেজ
শিলচর
ডিসেম্বর ১৯৬৯

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

## মৈতৈ লোলৈন্নমদা

তাইবঙ-মখোন মরক্তা খোয়থূম-য়াল্লা নিন্দুনা
বিশ্বসাহিত্যলৈকোন্দা লোনশাংনবা লৈরিবী
মৈতৈ লোলৈন্নমা নহাক্কী নখোঙথঙ্বান্দা কক্ষারি
ছন্দবীণাগী রাগিনী লৌবিক্সি ইমা নুংশিবা ।
ৱৈখংবা লাইশ্রা হাক্তা ঔগ্রি ঈশৈরোল শক্তখিবা,
খোংজোমনুবী নোঙ্গারোল লাইরেম পাউশা নুংশিরোল,
নুংজেংশিবা নহারা নুমিৎ কাপ্পগী থোনারোল—
নুংশিদকো ইমাও নঙগী য়াল্লাবি লোলৈন্নমা ।

খোংনাংমাবা নোংরেম্বা কোনোকথেঙ্গা লায়ওইবা
খোইজম্বা কপাগী পুয়াশৈরোল নিন্নবা,
মখাই-খোঙ্গেল শৈশকপা অশৈরেম্বা কয়ানয়
মৈতৈ ঋষিও অখুম্বা শৈরেঙ্গুম ওইরিবা
মৈতৈকাব্যলৈকোলগী হারি তাম্না খোইনোংনয়
ছন্দবীণাগী রাগিনী নিংশংনবিরো তাইবঙদা ।

সুরেন্দ্রজিৎ

# ছন্দবীণা

## অহানবা শরূক

### ( শকখঙনবা )

## ছন্দ পোকখিবগী ৱা

লোলনা হৌরকপসি মরুওইনা মীওইবগী পুন্সিদা সমাজগী ওইনা তৌদবা য়াদবা থবক অমসুং অচঙবা কয়ামরুম লৈবদগীনি। তৌই-গুম্বসুং মীওইবা হায়বসি অচঙবা পোৎ ঙাক্তগী মনাই ওইদে, সংস্কৃতিগী ইতিহাসতা মহাক্কী কান্নদবা থবক্কী ৱা য়াম্না য়াওরি। য়েহৌলোযুগকী মীওইবনা লোলগী মহুংদা শুম্মাৎনবগী মশক ওইবা পাঙ্গল অমা ফংবদগী মহাক্না ৱাথলগী ৱাংমদা লাক্তুনা খোঞ্জেলতনা শান্নবা হৌরকখি। মতমত্তুদগী ছন্দ অমসুং সুর-তাল থোকখি। অত্তুদগী মীওই.বনা কান্নবা অমদি কান্নদবা থবক, লাইরা, লাইশোন, ঈশৈন-চিংবা অসিদা ছন্দ পানশিনবা হৌখি। মমাঙঙৈগী মীরোলদদি ছন্দগী শৈনিন্দগী থোরকপা শুম্মাৎনবগী পাঙ্গল ( mystic power ) অসি মীবু ঙাওহনবা ঙম্বা ময়াইকাবা মহীদগী হেন্না ময়াই কল্লম্মী। লায়-রোলদা ( অধ্যাত্ম-ইতিহাসতা ) মতৌ অসুম তৌনা ছন্দ চঙলক্তুনা শৈরেং লাকখি। লোলগী মহুংদা ছন্দ চঙলকপগী অরেপ্পা মতমদি কনানসু 'হায়বা ঙমদে, মরমদি ছন্দ হায়বসি সংস্কৃতিগী মতুং ইন্ন-রকপনি অত্তুগা সংস্কৃতি সভ্যতাগী খোঙচৎ অসি ওন্নবা চপচাবা লমওনজ্জে লৈত্তবগুম্না হৌরকফম খঙনবা থুদম অমদি প্রমাণ ইরৈ লৈত্তে। মীওইবনা কয়ম্বা মতমদগী মৈ শীজিন্নবা হৌখি, কয়ম্বা মতমদগী ফি শাত্তুনা শেৎপা হৈখি হায়বা অসিনচিংবা ৱাহংশিং অসিগী,

মতুংইন্না চপচাবা তারিখ পীরুবা কনানসু ঙমদে। ছন্দ অমসুং শৈরেংগী ইতিহাসসু অসিগুম্বনি।

ঐখোয়গী পুরাণদা য়াওবা ছন্দ পোকাথবগী রারী অমসু ময়াম্না খঙনরি। তমসা-তুরেল-তোর্বান্দা রাইনু নহা অনীগী মরক্তগী লাবদুবু শাদানবনা হাৎলবদা বাল্মীকিগী থম্মোইদা ফাওখিবা অরাবদুনা শ্লোক ওইনা থোরক্লুনা ছন্দদা হাইদুনা লৈখি অমসুং খঙহৌদনা নিল্লকপা ছন্দগী ঝংকার অদু মপান্নাইদবা মতমগী খোঞ্জেল্দা তিন্দুনা লৈখি। শিখিবা চেক্লা অমসুং শিথ্রবা অদুগীদমক্তা কায়নমৈচাক ফংদুনা লৈহৌরিবী রাইনু নহা অমোম্না কপখিবা—পূন্নমক যুগ কয়াগী মমাঙদা লূপথ্রে। তৌইগুম্বসুং মসিদা ফংখিবা কায়নমৈচাক অদুদি মতমগী লমওনজেনা ওনবা য়াদনা লোইদবগী থম্মোইদা য়ৈদুনা লৈরি। মরম অদুনা কবিগী শাপনা ছন্দদা শাদোং ওইদুনা যুগ অমদগী যুগ অমা লান্না চেল্লক্লি। তমথীরবা শাদানবা অদুদি খুৎলাই মথল মথল পায়দুনা কিরবা মফম কয়াদা লৈবাক কয়া ফাওদুনা শকফম কয়া হোংনা হোংনা কোয়না চৎথ্রে। তৌইগুম্বসুং কবিগী শাপতি লোইবনাইদবা মতমগা শৈরোয়ননা হোংবা নাইদনা লেপ্পা লৈতনা নিন্দুনা লৈহৌরি। অসুম তৌনা মুংগী থিংঙমদবা ঈহৌদগী থোরকপা কবিগী থম্মোইগী মুংবান (অনুভূতি) অমগী শাদোং ওইনা ছন্দ পোকখি।

ছন্দ পোকখিবগী থোদোক অসি পুরাণগী রাফম ওইবনা মসিগী অচুম চুমদ ঐখোয়না লেপ্লুবা ঙমদে। থোদোক অসি চুম্বু চুম্নবসু চুম্বু চুমদ্রবসু করিগীদমক্তা ছন্দ পোকথ্রিবনো হায়বসিমদি ঐখোয়না থোদোক অসিদগী খঙবা ঙম্মী। রাহৈতনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা কবিগী অরাবদু ছন্দগী পাম্বৈনা যুগ অমদগী যুগ অমা লান্না পুরক্লুনা মীওইবগী থম্মোইদা মূৎপা নাইদনা য়ৈহল্লক্লি। অসুম তৌনা মীওইবগী রাখলবু রাহৈগী রাংমদা পুথোক্লুনা মশা পালহন্নবগীদমক্তা অমসুং থম্মোইগী মুংবানবু (অনুভূতিবু) মপান্নাইদবা মতমগী খোঞ্জেলগা চিন্নহন্নবগীদমক্তা মীওইবগী সংস্কৃতিদা ছন্দ লাকখিবনি।

# ছন্দগী অর্থ

**লোলবু থুম্না তাহন্নবগীদমক অমস্তুং অতাবগী পুক্নীংদা রস পোকহন্নবগীদমক অর্মদি রাহৈগী মন্নুংদা লৈবা বাখলবু অর্থগী মপান্দা পুথোক্নবগীদমক মওঙ নাইনা খোঙ্হোক শীন্দোকশীঞ্জিন তৌবগী নিয়মমু ছন্দ কৌই।**

তোঙান তোঙানবা মওঙদা অমস্তুং খোঙচত্তা খোঙ্হোক শীন্দোকশীঞ্জিন তৌবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মখলগী ছন্দ লৈ। ছন্দ খুদিঙমক্না অকক্নবা পাম্বৈ অমমন্না খোঙ্হোক্কী ঈথক নত্রগা শাথেক অমমম উৎনবা হোৎনৈ। **খোঙ্হোক্কী ঈথক অমদি শাথেকপু তাল নত্রগা ছন্দঈথক ( Rhythm ) কৌই।** ঈথক অসিনা ছন্দগী থরায়নি। হায়রিবা ছন্দঈথক অসি ফোংদোক্নীংলিবা রাখল অমস্তুং মুংগী ঈহৌ ইথিনগা তান্নোয়ননা হৌহনগদবনি। ঈথক অসিনা অতাবগী পুক্নীংদস্তু অথুম্বা অমস্তুং মুংঙাইবা মখল অমা পোকহন্নবা হোৎনগদবনি। **অস্তুম্না অতাবগী পুক্নীংদা পোকপা অথুম্বা অমদি মুংঙাইববু ছন্দরস কৌই।**

ছন্দগী মন্নুংগী অর্থ মপুংফানা খঙবা তারবদি ছন্দ অমস্তুং রস অনীগী মরী মুন্না খঙগদবনি।

ছন্দনা রাহৈগী শাথেক অমস্তুং চৎনবা পাঙ্গল হাপ্পা ঙম্মী। হায়রিবা শাথেক অমস্তুং চৎনবা পাঙ্গল অসি য়াওদনা রাহৈ মথন্তা লৈবা মতমদা রাহৈ অতুগী অর্থ অচুতা ফোংদোকই। অতুগা রাহৈ অতুনা ছন্দগী দোলাইদা শাথেক পুতুনা চৎলবা মতমদদি মশাগী অর্থদগী হেন্দোকপা করিগুম্বা থরস্তু ফোংদোকই। অতুবু অহেনবা থরসি রাহৈনা খঙনবা তাকপদি য়াদে, পুক্নীং থম্মোইদা ফাওহনবদি য়াই। হায়বদি, মসি রাহৈনা ফোংদোকপা য়াদবা পোৎশক অমনি। **ঐখোয়না উরিবা, তারিবা, খঙলিবা অসিগা বাহৈনা হায়দোকপা য়াদবা অসিগা তিন্নববু রস কৌই।** রস অসিগী মন্নুংদা

ছন্দগী ময়াই পুন্নমক থূপ্তুনা লৈ অমসুং মসিনা কাব্যগী মচিওইবা পোৎশক্নি।

রস শক্লাইদবা পোৎনি, অতুনা মসি রাহৈনা তাকপা য়াদে। তৌইগুম্বসুং রস হায়বসিদি ঐখোয়গী পুক্নীং থম্মোইগা খ্বাইদগী মতুংহুঞ্জিন্না মরী লৈনবা পোৎশক অমনি। শীঙেল থম্বালবু ঐখোয়না পোৎশক ওইনা খঙই, অতুগা রস ওইনা ফংই। ঐখোয়না করিগুম্বা পোৎশক অমা খঙলুরগা চুম্নগী রাহৈনা মতুগী মওঙমতৌ চাউবা-পীকপা অরাম-অয়াং অসিনচিংবা মখলমখা অয়াম্বা পাম্বৈনা তাকপা ঙম্মী; তৌইগুম্বসুং রস ফংবগী রাফমদি চুম্নগী রাহৈনা ফোংদোক্তুনা তাকপা ঙমদে; অতু ওইরবসু মতু মীওইবনা লাম্বা ফংদবা অঙকপা ওইথোক্তবা অমদি নত্তে। মরমদি 'রাহৈনা ফোংদোকপা য়াদবা' হায়বসিগী অর্থদি পুক্নীংনা খনবা য়াদবা হায়বা নত্তে। রসকী মতুংবান্দি (অনুভূতিদি) শক্লাইবা পোৎ খঙবদগী হেন্না অমুকসু নকশিল্লি, মতুংহুঞ্জিল্লি অমসুং কনশিল্লি। মরম অসিনা থম্বালগী মতুংঙাইববু ঐখোয়না অতোপ্পগী পুক্নীংদা শন্দোক্নীংবা মতমদা হান্না খঙনবা লম্বী অমদা চৎলি। শক্লাইবা পোৎ খঙনবা লোলনা চুম্নগী পাউদম-রাহৈনি, অতুগা রস খঙনবগী লোলনা শাথেক শাওঙ, ইঙ্গিৎ সুর, খুদমওইবা পোৎশক অসিনি। কনাগুম্বা মুপা অমবু পুলিশনি হায়বসি মহাক্কী ফিজেৎ অমসুং মশাদা কোম্নরিবা খুৎশূ-খুৎলাই অতু য়েংলগা অতুম খঙবা ঙম্মী। অতুগা কনাগুম্বী লুখ্রাবী অমবু মহাক্কী অকেঅমৌ য়াওদবা ফিজোন অমদি লাইবক্কী চন্দন অমুবা য়েংলগা সতীনি হায়বা খঙবা ঙম্মী। হায়বদি, মহাকপু খঙবদা করিগুম্বা মশকনাইবা খুদম থরা চঙই। মরমদি লৌশিংতনা মহাকপু তাকপা ঙমদে, থম্মোইসু চঙই। লুখ্রাবীবু সতীনি হায়বা রাহৈ অসি করিগুম্বা ফোংদোকপা ঙমদবা পোৎশক অমগী ইঙ্গিৎনি। অতুগা পুলিশ অতুবুদি ঐখোয়না পুলিশ হায়বদগী হেন্না করিসু থোইদোকপা হায়নীংদে। অতুনা পুলিশপু খঙবগী রাফমদা চুম্নগী রাহৈনা ফোংদোকপা য়াদবা পোৎশক

করিসু য়াওদে। তৌইগুম্বসুং লুখ্রাবীবু সতীনি হায়না খণ্ডবসিগী রাফমদদি য়াওরি। অদু ওইরবসু পুলিশ অসিবু ঐখোয়না পুমখণ্ড খণ্ডলে অদুগা লুখ্রাবীবু খণ্ডদে হায়রবদি ওন্নতৈনবা রাফম ওইগনি। অসুপ্পা রাবু অসিতনি, লুখ্রাবীবু সতীনি হায়না খণ্ডবদা লায়বগুম্না খণ্ডহনবদি অদুক য়াম্না লায়দে। রস হায়বসিসু ইশা ইশাগী পুক্নীং থম্মোইদা লায়না ফাওরবসু অতোপ্পগী মফমদা খণ্ডহনবা তারবদি য়াম্না লুই।

'কনানো তম্নরিবা ইবুঙো শ্যামগী মপাউ' হায়বা রাফম অসি থৌদোক ওইনা লৌরবদি য়াম্না লায়। কনাগুম্বা অমনা অনীগুবা মী অমদা অহুমগুবা মী অমগী মপাউ তাহল্লি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদি নোংমদা মশীং নাইদনা থোক্লিবনি হায়বা য়াই। থৌদোক অসিতবু ফোংদোক্লবগী ওইরবদি রাহৈশিং অসি অমুক নৈনরুক্রবসু য়ারে। তৌইগুম্বসুং মপাউ অদুনা নাকোংদা চঙখিহনা থম্মোই য়ৌখি, হায়বদি, উবা তাবা য়াদবা মফম অমদা য়ৌখি অমসুং চাং ওনবা য়াদবা, মীৎমাঙদা পুথোক্কুনা সাক্ষী থম্বা য়াদনা থবক তৌখি। মতম অদুদা রাহৈশিং অদুবু নৈথায়হনা মখোয়গী মপুংফাবা অর্থদগী য়াম্না হেন্না অতৈম্ন চিংথোকপা তাই, হায়বদি, হুংগী ঈহৌবু ফোং-দোকপা তারবদি রাহৈগী মহুংদা ঈহৌগী ধর্ম অদু শন্দোকদবনি। ঈহৌগী ধর্মদি অমদগী অমদা মথং মথং লান্না চৎপনি। হায়রিবা চৎনবগী পাঙ্গল অসি রাহৈগী মহুংদা য়াওরবা মতমদা ঐখোয়গী রাখলগা তিন্নথি। চৎনবা পাঙ্গল অসি মখল কয়া থোক্না উৎপা য়াবগে হায়বদু কনানসু হায়বা ঙমদে। চৎনবা পাঙ্গল অসিগী মহুংদা থুপ্লিবা খেন্নবা ময়াম অদুনা মঙানগী মচু ওল্লি, রাহৈগী সুর ওল্লি অমসুং লীলা উৎপনা মথৌ ওইরবী মহৌশানা তোঙান তোঙানবা শকক্ষম কয়া উৎলি। খুৎশেমগী মপানগী য়ুথল হাইদোক্লগা মহুংগী অথুপ্পা লমদমদা অদুক্কী মতীক চঙলগা অদুকী মতীক শরুাইবা পোৎশক ওইবা তোক্কুনা চৎনবা পাঙ্গল অদুতা ফোংদোক্কুনা লৈ।

অয়োইবদা অচৌবা অচুম্বা অমগী রাফমদা লাকই—মথল মথেল নাইনা উৎলিবা খুৎশেম অসিগী মরুদা চৎনবা পাঙ্গলগী থেম্নবা অসিনা লেপ্তুনা থবক তৌরি।

মীওইবগী মন্নুংগী অথূপ্পা লমদমদা মপানগী শক্লাইবা তাইবঙগী চৎনবা পাঙ্গল পূন্নমক হুংদা ঈহৌ লোইনা ওইত্থনা লৈরি। মুংগী ঈহৌ অসি অমুকস্থু মপানগী শক্লাইবা লমদমদা থোক্লবগীদমক লাওতক্লরি। মরম অসিনা রাহৈনা ঐখোয়গী মন্নুংগী লমদমগী শাদোং ওইনা চঙলকপা মতমদা চৎনবা পাঙ্গল য়াওদবা য়াদে। মাগী অর্থনা মপানগী থৌদোকপু ফোংদোকই, চৎনবা পাঙ্গলনা মুংগী চৎনবা পাঙ্গলবু ফোংদোকই। ইবুঙো শ্যামগী মপাউ রাধানা তারে। থৌদোক অসিদি লোইখ্রবনি। তৌইগুম্বস্নুং উদবা চৎনবা পাঙ্গল অমা থোকহনখ্রিবত্থগীদি লোইবা নাইদে। মরম অত্থনা কবিনা ছন্দগী ঝংকার মন্নুংদা রাহৈ অসিবু হাইহল্লি। ছন্দনা হেক লৈরিবমথৈ হাইবা অমুক লেপ্লরোইদবনি। ছন্দগী দোলাইদা রাহৈনা তোংত্থনা মপান্নাইবা রসকী ঈহৌ থোকহল্লি।

ঐখোয়না রাহৈদা হায়নৈ, রাহৈবু ছন্দনা পুনবা—অস্নুম্না। তৌইগুম্বস্নুং মসিদি মপান্দতা পুঞ্জবনি, মন্নুংদদি মুক্তিনি, মনীং-তম্লিবনি। রাহৈবু মহাক্কী থরায়পান্দবা ফিভমদগী নাম্থোকহম্নবগী-দমক ছন্দ লৈরিবনি। ছন্দ হায়বসি তার পুনবা সেতারগুম্বনি। পুন্দুনা থম্বা সেতারগী তারদগী সুরনা মনীংতম্না থোকখি। ছন্দস্নু রাহৈগী মন্নুংগী সুরবু মপান্দা মনীংতম্না থাদোকখি। লীক্লংগী লীরীনি ছন্দদি—রাহৈবু তেঞ্জৈগী মতোঙুম পান্দক্ষমগী থম্মোই য়োনবা কাপ্পা।

ছন্দগী মন্নুংগী রাফমশিং অসিদগী ঐখোয়না থঙবা ওম্মী—ছন্দ হায়বসি কাব্যগী অশেম্বা (artificial) নিয়ম নত্তে, মহৌশাগী ওইনা চেন্নরক্লবা মশাগী ধর্মনি। পৃথিবীনা পূং কুন্মরিগী মন্নুংদা মাত্রা চহুমহুক্ফুত্তরক্কী ছন্দদা লৈবগী খোঙচৎ অত্থু অশেম্বা নত্তবগুম রাখলগী

ঈহৌনা ছন্দদা শাদোং ওইহনা মশাগী খোঙচৎপু কোংদোক্লবা হোৎনবসু অশেম্বা নত্তে। অতুনা ছন্দগী মমুংদা অচুম্বা ( truth ) লৈরিবনি অমসুং অচুম্বা য়াওদবা শৈরেংগী অশেম্বা নিয়ম অমবু হেক্তা ছন্দনি হায়রুবা য়াদ্রিবনি।

ছন্দগী মপানগী অর্থদা অমুক লাকসি। ছন্দগী অর্থসি ঐখোয়না পাকচাউনা লৌরবদি ললিত কলা পুম্নমক্কী নিয়ম অমনি হায়না লৌবা য়াই। অগোই, ঈশৈ, লাইয়েকপা অসিনচিংবা ললিত কলা পুম্নমক্তা নিয়ম অমমমগী মতুংইন্না মচনশিং অহু শেমদ্রবদি পুক্নীং থম্মোইদা রস পোকহনবা ঙমদে। অসিগুম্বা নিয়ম অসিবু ছন্দ কৌই। মীওই-বগী রাহৈগী শরূক অয়াম্বদা ছন্দ য়াওবগী খুদম য়াম্না ফংই। চুম্নগী রারীরাতাই শাবদসু ছন্দ য়াওনা ঙাঙবা য়াওই। কনা কনাগুম্বা লাইরিকলেংবশিংগী রারেংদা ছন্দনাইবগী মওঙ উবা ফংই। তৌইগুম্বসুং শৈরেংদনা ছন্দগী মওঙশিং অহু শুনা অমসুং শেংনা লৈ। ছন্দ য়াওবা রাহৈলৈরেং হায়বদি শৈরেংনা কাব্যগী শাদোংনি। অতুনা ছন্দ হায়বসি কাব্যগী থরায়নি।

ঈশৈদা মতম অয়াম্বদা খোনহায়গী মতুংইন্না তাল চানহনবা হায়বদি, ছন্দ কায়হন্দবা য়াওই। 'থা থা থাবুংতোন ! নচা মোরাম্বী পোবিগে, পোবি-শনম নম্বিগে, হৈবোং মশা অমতা থাদবিরকউ' হায়বা রাহৈপরেং অসিসু ঈশৈ শকপা য়াই। কবিতাদদি অসিগুম্বা মনীংতম্বা অসি লৈত্তে। করিগুম্বা অকরুবা মওঙ ( pattern ) অমা ইন্না মচনশিং অহু শীন্দুনা থমদ্রবদি ছন্দ থোকহনবা য়াদে। কলাগী খুৎশেম পুম্নমক্তা হায়রিবা মওঙ অসি লৈতবা য়াদে। হায়রিবা মওঙ অসিনা ঐখোয়গী পুক্নীং থম্মোইদা রস পোকহন্নবগী মপাম্থোংগী শকফম্নি। ঐখোয়গী থবক মথল পুম্নমক্তা করিগুম্বা ফিদম অমদি শক্তম মথল অমগী মমি তাবা উই। মাম্নবা পোৎ অনী অনী লোম্ননা নত্রগা তাইননা থম্বা, করিগুম্ব পোৎ অমা মমায় অনী মাম্নরা শাবা— অসিনচিংবা অসি ঐখোয়না করিগুম্বা ফিদম অমা ইনবগী খুদম্নি।

অসুম্না তৌরবতদা, হায়বদি, করিগুম্বা ফিদম অমা ইম্না থবক তৌরবতদা ঐখোয়গী খুৎশেম অমসুং থবক পুম্নমক্তা ফজবা হায়বসি লৈহনবা য়াই; অদু নত্রবদি পুম্নমক ইথী থীনা উগনি।

রসকী অরুবা অমসুং অথূপ্পা নুংবান ফাওহন্নবগীমক মথলমখা অয়াম্বা ফিদম শীজিন্নে। তোঙান তোঙানবা ফিদমদা শীজিন্নরিবা মচনশিং অদুগী মরক্তা অমতওইবগী মরী অমা উবা ফংই। অমতওইবগী মরী অসিনা ছন্দগী মরুনি।

[ লাইরিক অসিদা মরুওইনা মৈতৈ কবিতাগী ছন্দগী মথলমখা অয়াম্বা মচন অমসুং লৈরেংগী মরমদা নৈনগনি অমসুং ছন্দ হায়্নরগা কবিতাগী ছন্দবু খঙনগনি। ]

## মৈতৈ ছন্দগী হৌরকফম

মৈতৈলোল অসি ভারতকী আর্যলোলগা কাঙলুপ্তগী হৌরক্তবনা মৈতৈ শৈরেংগী ছন্দদি বৈদিক ছন্দ অমসুং সংস্কৃত ছন্দগা মরী লৈননা হৌরক্তে। মরী লৈনত্রবসু মওং মান্নবদি য়াম্না য়াওই। মৈতৈগী ইহানহানবা মওঙনাইবা ছন্দদি খুলঙঈশৈগী ছন্দসিনি। অদুনা অহানবা ছন্দ অসিবু খুলঙছন্দ হায়না খঙনৈ। মসি বাংলাগী লৌকিক ছন্দ নত্রগা স্বরবৃত্ত নত্রগা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দগী মথলদা চিংবদি য়াই অদুগা মওঙদি মান্নদে। মসিগী মমাঙদা মৈতৈগী করিগুম্বা অতোপ্পা মথলগী মওঙনাইবা ছন্দ লৈরম্বগী খুদম ফংদে। অদুনা মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা শৈহৌ-খোঞ্জেল্দি 'হ য়ি হ য়া হ য়ুম্ হে' হায়্নরিবা খুলঙঈশৈগী রাগরাগিনী পুম্নমকী হৌরকফম খোম্থোক তরেৎ অসিনি হায়না লৌনরি।

মৈতৈ পুয়াগী মতুংইন্না, গুরুশিদবনা মাগী খোয়দোক্সুংদগী তেংবানবগী লৈশেম পুথোকখি। গুরুনা পুথোকখিবা লৈশেম অসি মহৌশা-না ফীগাও শাদুনা য়াখি। গুরুনা পুথোকপা লৈশেম অসিবু 'হরি' অদুগা মহৌশা-না য়াবা অসিনা 'হয়া' হায়বা খোম্থোকখিই

অসিনা খঙনৈ। 'হয়ুম্' হায়বনা লৈশেম অসি লৈহনবা য়ানবা জীবশিংগী চৌগাক্লচিংববু খঙনৈ। 'হে'-না অহুম অসি পূন্না লৈ হায়বা তাব্লি। অতুনা লৈশেম্বগা লৈশেমগা পূন্না, হায়বদি, মশা অমতা ওইনা লৈ হায়বসি খোম্বোক তরেৎ অসিদগী খঙবা ঙম্মী।

পুম্নাগী রাফম অসি ছন্দগা খোইদোকপা মরী লৈনদ্রবস্থ খোম্বোক তরেৎ অসিনা মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা খোঞ্জেম্নি হায়বসিদি মৈতৈ কাব্যগী মৈহৌরোলদা অরেপ্পা ওইনা লৈরবা রানি। থায়নগী, ময়ায়যুগকী অমস্তুং হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা খোম্বোক (Syllable) তরেৎ তরেৎনা শাবা তানখোঙমরু (পর্ব) উবা ফংলিবসি শৈরেংগী অহানবা খোঞ্জেল অসিদগী লাকখিবনি। মৈতৈ শৈরেংদা অসিগুম্বা তানখোঙমরু অমমম্না তানখোঙ (পদ) অমমম শাবা য়াম্না য়াওই, অতুনা খোম্বোক তরেৎকী তানখোঙ অমস্তুং তানখোঙমরু অনীমক উবা ফংই।

থুদম—

থায়নগী শৈরেংদা :

| | |
|---|---|
| হুপ্নও লেঙ্লেঙ্ হওরক্লে, | =৭ |
| শজীক্ য়েন্নও কাবনা | =৭ |
| কুম্হৌরে, দে। | =৪ |
| পামেল নাপু কারক্লে, | =৭ |
| মালঙ্খেন্দও হওবনা | =৭ |
| নীংথিরে দে। | =৪ |

ময়ায়যুগকী শৈরেংদা :

| | |
|---|---|
| চীংদা শাৎপা ইঙেল্লৈ | =৭ |
| চিন্নদনা কেনখিবা | =৭ |
| কন্নকই। | =৩ |

ঐনা কেনগে কেন্দেদো = ৭
মালঙবনা ছন্দগী = ৭
কেনবনি। = ৩

হৌজিক্কী শৈরেংদা :

কুমজা কুমওন কয়ারক নোংজুথাদি চৌখয়ে, = ৭ + ৭
মালেম-থম্মোই-লমদমদি লাইজ-ঈরীক থুংদয়ে— = ৭ + ৭
নোংজু-লাইজ থীক্তনা লৈকং অহুম ওইরিদো, = ৭ + ৭
নোংগী থরায় পায়বনা কয়মবু নীকপনো ? = ৭ + ৭

খুলঙঈশৈগী ছন্দসি মুপাম্নপীগী ইচম চম্বা অপামমুংশিগী ময়াইকাবা রাখলদগী থোকখিবনি হায়নৈ। অপামমুংশিগী খুলঙ তৌনবা হায়বদি থম্মোই পীথোক পীশিন তৌনবা, পুক্নীং শিন্নবা, মুংশি-খুদোল লান্নবা অসিনচিংবা খঙনবা ঈশৈ অদুবু খুলঙঈশৈ কৌই হায়না পেনা-অশৈবা খরনা হায়। অদুগা কনা কনাগুম্বা অথঙ-অহৈনা হায়বনা ঋতু ঋতুদা পানবা হৈ-লৈগী মশক মতৌগা পান্দমহুনা, হায়বদি, হৈ-লৈগা মীগা শক্কী খুলঙ তৌনহনা শকপা ঈশৈ অদুবু খুলঙঈশৈ কৌই অসিনি। অদুনা অনীশুবা কাঙবুনা খুলঙঈশৈগী ছন্দসি মহৌশাগী নীংথিবা শকফম উবদগী থোকখিবনি, হায়বদি, মীওইবনা মহৌশাগী ফজবা অদু থঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল অমদি মুংবান ( অনুভূতি ) লৈরকপদগী থোকখিবনি অসুম্না হায়। মুপা-মুপীগী অপামমুংশি রাখলদগী ওইরবসু মহৌশাগী ফজবা উবদগীবু ওইরবসু খুলঙঈশৈ অয়াম্বা অপামমুংশিগী ঈশৈ ওইনা তৌই। অদুগা অপামমুংশিগী রাখল অসি মীওইবগী মহৌশানা চেম্নজরক্লবা অমসুং হৈনজরক্লবা লীচৎ অমনি। অদুনা অহানবা মত অসিবু অচুম্বা ওইনা লৌফম থোকই।

ঐখোয়না পেনা শীজিন্নদ্রিবৈঙে য়াম্না মমাঙদগী হৌনা খুলঙ-ঈশৈদি অদুম লৈরক্লবনি। পেনা শীজিন্নরবা মতমদা পেনাগ্গা

লোয়ননা খুলঙঈশৈ শকপা চংনখি। মতুদগী খুলঙঈশৈবু পেনাঈশৈ অমস্তুং খুলঙছন্দবু পেনাছন্দ হায়নস্ত খঙনখি। তোইগুমস্তুং নোঙ্গা-য়োলনচিংবা লাইনীং-লাইশোনগী ঈশৈ শকপদস্ত পেনা শীজিন্নরম্মী। মরম অসিনা খুলঙঈশৈগা পেনাঈশৈগা মান্নবা লৌবসি চপচাবা মীৎয়েং মত্তে অমস্তুং খুলঙছন্দবু পেনাছন্দ হায়বা মিংথোল অসিনা খঙনবা চুমদে। পেনাঈশৈ হায়রবদি পেনাতনা শকপা যন্ত্রগী ঈশৈবু খঙনগদবনি। তোইগুমস্তুং খোনাউগী ঈশৈ য়াওদনা পেনাতনা শকপদি চংনরমদে। অদুনা পেনাঈশৈ হায়বা য়াহে অসি অপোবা অর্থ অমদা পেনা অমস্তুং খোনাউ অনী পূম্না শকপা ঈশৈবু খঙনরক্নি। খুলঙছন্দগী মস্তুংচনবা চৈজ্ঞৌংলোন ছন্দ হায়না খঙনবা ছন্দ মখল অমা লৈ। চৈজ্ঞৌংলোন ছন্দ অসি চৈজ্ঞৌংনা পেনাদা লেনবগী তাম্বাদগী লৌয়কপনি। অদুনা মসি অস্তুম্না খঙনখ্রিবনি। চৈজ্ঞৌংগা পেনাগা অনী অসি লোয়নবনি হায়দুনা মসিবু কনা কনাগুম্বনা পেনাছন্দ হায়রবস্ত য়াওই।

---

## অনীশুবা শরুক

### ( ছন্দগী মচন অমসুং কাওলোল )

### ছন্দনাইবা বাহৈলৈরেং

[১] (মচন চানা শেম্বা ফজবা বাহৈপরেংবু ছন্দপাইরিক্তা বাহৈলৈরেং হায়না খঙনৈ।) (তাবদা রস পোকহনবা ছন্দনাইবা বাহৈলৈরেং কয়ামক্লম মওং ( pattern ) অমা ইমা পূন্না লেংলবদি মচুবু শৈরেং ( পদ্য ) কৌই) অচুপা পুরকৈ থম্মোইদা বাথলগী রস পোকহনবা—(ক) শৈরেং অমসুং (খ) ছন্দগী ঈথক হাইফেং চেনবা বাহৈলৈরেংনা শেম্বা বারেংবুনা কবিতা কৌই।

বাহৈলৈরেং অমতনা শৈরেং অমদি কবিতা অমা শাবা য়াদে, য়ামত্রবদা বাহৈলৈরেং অনীনা শাপদবান। মরমদি বাহৈলৈরেং অমতগী মনুংদা ছন্দগী শাথেক অমসুং রসকী ঈহৌ মপুংফামা লৈহনবা য়াদে।

ছন্দগী চাং থেন্নবা মতুংইন্না কবিতা মথল অনীনি—শৈরেং-কবিতা অমসুং বারেংকবিতা। শৈরেংদা ইবা কবিতাবু শৈরেংকবিতা অমসুং বারেংদা ইবা কবিতাবু বারেংকবিতা কৌই। শৈরেংদা ছন্দগী ঈথক অমা চাংনাইনা হোই। বারেং-কবিতাদি শৈরেংগুম্না অকক্লবা অমসুং মওংনাইবা ছন্দ লোয়নদে। অদু ওইরবসু ছন্দগী ঈথক-ইনিন থরদি য়াওই ; অদুনা অতুক য়াম্না তাম্বানাংদবা খোঙ্গোক্তা ঈথক মথল অমদি লোয়নৈ। মরম অসিনা বারেংকবিতাবু 'ঈথকহৌবা বারেং' হায়না খঙনৈ।

বারেংকবিতা—

(অ) ইথুংগী লৈসি ঊরবরা ?

পায়নীংত্রবসু কেদোগে নহাকী শমজিদা থেংকেদে

নহাকী শমজিদা থেংকেদে চঙশিল্লকউনে।

নঙনদি খঙলোই
নঙনদি খঙলোই
নঙনদি খঙলোইদো চুংশিবী !

( নীলকান্ত )

(আ) সে হায়ম্নোমি কৈকোগে
তুমিন্না তাকপিম্নু তুমিন্না তাকপিম্নু
কনাম্নু তায়োই কনানম্নু তাকখোকলোই
কনানো মহাক্কো ?

( বেদজিৎ )

[২] মৈতৈলোন্দা শৈরেং অমম্নুং কবিতা অনী খেন্নবসি মরুওইনা হীরম অমতদনি। শৈরেংদা তাবদা রস পোকহনবা, কবিতানা বাথলগী রস পোকহনবা অসিনি। অদুনা শৈরেংদি কবিতা ওইবম্নু য়াই ওইদবম্নু য়াই, হায়রবাদ, বাথলগী রস পোকহনবম্নু য়াই পোকহন্দবম্নু য়াই। কবিতাদি তাবদম্নু রস পোকহনগবদনি। য়ারেংদা কবিতা ইবা য়ারবম্নু য়াহৈলৈরেংনা শেম্বা নত্তবা, ছন্দগী মথক কয়িমতা য়াওদবা, তাবদা রস পোক্কবা চুম্নগী য়াহৈপরেং খরনা য়ারেংকবিতা ওইহনবা য়াদে। তাবদা রস পোকহম্নবগী গুণ খরদি কবিতাদা লৈগদবনি, হায়বদি, শৈরেংগী ছন্দচেনবগী গুণ অদু খরতা ওইরবম্নু লৈগদবনি। য়াফম অসি মরুওইনা য়ারেংকবিতাগী মতাংদা খোয়রুপনি, শৈরেংকবিতাদদি মশানা গুণ অসি অদুম চেঙবনিনা খোইনা লৈনরুনীঙাই লৈতে। মথক্তা পীগ্রিবা য়ারেংকবিতাগী খুদম অনীমক অসিদা হায়রিবা গুণ অসি উবা ফংগনি। অদুগা মখাদা পীরিবা কবিতা-নত্তবা শৈরেং অমম্নুং শৈরেংকবিতাগী শক্তমশিং অসিদা মখোয়গী খেন্নবা অদু কজনা মমি তায়—

কবিতা-নত্তবা শৈরেং :

ঊদে চাউবা খোংনাংনি মনাপুংবা হৈনোনি।
নোংদে নোবা লৈরাংদি খুমদে পুক্কা লৈহৌনি।

শৈরেংকবিতা :

> অমৃত-খোঙেল পৎহুনা
> লংদম তায়া শাইরকপা'
> নোংগী মপৈ মপৈনা
> খঙহৌদনা চুরকপা—
> বাশীগী খোঙেম্না কৎকচৈ।
>
> ( লাইরৈক্ষবা মপাম খোঙদাবা )

# খোন্থোক

## ( অক্ষর / Syllable )

[৩] লৈয়েংনা অমুক থংপদা হায়দোরকপা বাহৈগী শরুক অচুবু খোন্থোক কৌই। খুদম—'মুংশিত্তোম্বী' হায়বা রাহৈ অসিগী খোন্থোক মরিনি, মুং-শি-তোম্-বী।

খোন্থোক্ত বাহৈপরেংগী অহানবা অমস্তুং মওল্লুইবা মচাক্নি। অতুনা খোন্থোকী খ্বাইদগী পীকপা শরুক হায়বদি ময়েক অমমমগী খোনিল ( ধ্বনি )-না * রাহৈপরেংগী খ্বাইদগী পীকপা মরোক্নি। মরম অসিনা ময়েক অমমমগী খোনিলবু রাহৈপরেংগী পরমাণু ( atom ) অমমম্নি হায়না লৌরগা খোন্থোকপুন অণু (molecule) অমমম্নি হায়না লৌবা যাই। খোন্থোক্কী মরুওইবা পোৎচঙদি স্বরনি। খোন্থোক খুদিঙমক্তা য়ামদ্রবদা স্বরময়েক অমমম লোয়নৈ, হায়বদি, য়ামদ্রবদা স্বরময়েক অমদা শাদোং ওইতুনা মশকনাইবা খোন্থোক অমমম থোরক্লিবনি। মরম অদুনা রাহৈগী খোন্থোক মচা খায়বা তাবদি স্বরময়েকী মথল অমস্তুং থেম্বা হান্না খঙগদবনি।

স্বরময়েক মথল অনীনি—তিম্বা অমস্তুং তিম্দবা। অ, আ,

---

* খোনিল—sound, phone.

ই, ঈ, * উ, ঊ, এ, ও— নাইতোম-ওইবা স্বর নিপাল অসিবু তিন্নদবা স্বর কৌই অদুগা ঐ (=অই), ঔ (=অউ), আই, ইউ অসিনচিংবা অপুনবা স্বরবুনা তিন্নবা স্বর কৌই।

খোন্থোকসু মথল অনীনি—তিন্নবা অমসুং তিন্নদবা। ল, লি, তা, তো, মু অসিনচিংবা তিন্নদবা স্বরনা চন্বা খোন্থোকী মমিং তিন্নদবা খোন্থোক কৌই। লাই, চাও, থং, কৈ, ফক্, এঃ, জাং অসিনচিংবা তিন্নবা স্বরনা অমসুং ব্যঞ্জন্না চন্বা খোন্থোকপুনা তিন্নবা খোন্থোক কৌই। †

[৪] ছন্দগী বাফমদা খোন্থোক মহায়দোকী (উচ্চারণগী) মতাং অসি য়াম্না মরুওইবা অমনি। অইবা ময়েকী মতুংইন্না খোন্থোক লেপ্পা ঙমদে। মতম অয়াম্বদা অইবা স্বরময়েক অনা পূনশিল্লগা স্বর অমগী খোন্নিল (ধ্বনি) ওইবা য়াওই। 'চাক চাও' হায়বা রাহৈপরেংগী অরোইবা রাহৈ 'চাও' হায়বসি খোন্থোক অমনি, অরোইবগী 'ও' অসি তোঙান্না হায়দে, মমাঙদা লৈবা 'আ'-গী খোন্নিলগা পূনশিনথি। তৌইগুম্বসুং 'থবক তৌও' হায়বা রাহৈপরেং অসিগী অরোইবা রাহৈ 'তৌও' হায়বসি খোন্থোক অনীনি, মরমদি 'ও' অসি তোঙান্না শেংনা হায়রি। অদুগা করি করিগুম্বা মতমদা ইবদা য়াওবা স্বর অদু পাবদা নমশিনখিবা য়াওই। খুদম—'ঈশিং চাইয়ু', 'ইবুঙোনা চানবিয়ু' হায়বা রাহৈপরেংশিংসিগী 'চাইয়ু', 'চানবিয়ু' হায়বা রাহৈশিংসি হায়দোকপা মতমদা 'চায়ু', 'চানব্যু' অমুন্না হায়। 'তাইয়ু, কাইয়ু, ঙাঙবিয়া, তুবিয়া' অসিনচিংবা রাহৈশিং অসিসু 'তায়ু, কায়ু,

---

* হৌজিক মৈতৈলোন্দা খোন্থোকী অরোইবদা 'ঈ'-গী মহূত্তা 'য়'-না নম্না লীজিন্নরে। অদুনা 'য়'-সু তিন্নদবা স্বরময়েকী মথলদা চিংবা য়াই। মসি ইংরেজীগী Semi-vowel-গুম্বনি।

† বাংলা অমসুং ইংরেজীদদি স্বরনা চন্বা অমসুং ব্যঞ্জন্না চন্বগী মতুংইন্না খোন্থোকপু স্বরান্ত (open) অমসুং হলন্ত (closed) অমুন্না খান্নদোকই।

ডাওব্যা, তুব্যা' অস্নুন্না স্বরময়েক অমা নমশিন্না হায়বগী খোনফম ইতত্ততনা তাবা ফংলি। অদুগা স্বরময়েক্কী অতেন-অশাং শন্নবদস্ু খোম্থোক মহায়দোক নীংশিংগদবনি। 'থম্বোহেরা' হায়বা রাহৈসিগী 'হেরা' হায়বা শরুক্তা য়াওরিবা 'এ' অসি তেন্না হায়। তৌইগুম্বস্ুং কনাগুম্বনা শাউহুনা 'হেরা, উশিত্তবা শারদনা!' হায়বা রাহৈপরেংসিগী 'হেরা' হায়বসিদা য়াওরিবা 'হে'-গী 'এ' অসিদি শাংনা হায়।

[৫] স্বরগী মশাদা চেন্নবা মগুণ খরা লৈ। ধ্বনিবিজ্ঞানগী মতুংইন্না মখোয় অসিবু মরি থোক্না খায়দোকই—(ক) **অরূম্বা** (intensity)—খোম্থোক অমা হায়দোকপা মতমদা অদুক্কী মতীক নুংশা য়াম্না হোন্দোক্লগা স্বরস্ু অদুক্কী মতীক লুম্বা অমস্ুং হৌবা (loudness) হেনগনি অদুগা অথাপ্পদগীস্ু অদুক্কী মতীক শেংনা তাগনি। অরূম্বা অসিগী মহুংদা অরেম্বগী (গাম্ভীর্য-গী) মগুণস্ু য়াওহুনা লৈ; (খ) **অশাংবা** (length or duration)—লৈযেংনা করিগুম্বা খোম্থোক অমা হায়দোকপদা মতম অদুক্কী মতীক চঙলগা স্বর অদুক্কী মতীক শাংবা হেল্লি; (গ) **খোনবাং** (pitch)—হুংশা হোন্দোকপা মতমদা লৈয়েং থৎপগী চাং মতুংইন্না তপ্না নত্রগা থুনা স্বর থপ্পী। অদুক্কী মতীক থুনা থপ্লগা অদুক্কী মতীক স্বরগী খোন্নিলস্ু থুজিনগনি অমস্ুং রাংথৎকনি, অদুগা লোয়ননা কনথৎপস্ু (তীব্রতা-স্ু) হেনগনি। অদুনা রাংখৎপগা মহুংদা থুজিনবা অমস্ুং কনথৎপগী মগুণস্ু য়াওই; (ঘ) **স্বর-মচু** (tone-colour)— স্বর ডাক্তা শেংনা হায়দোকপা কনানস্ু ওম্নদে, স্বর হায়দোকপা মতমদা খোন্নিল (ধ্বনি) অতৈ অতৈস্ু লোয়নরকই। মহুদা কনাগুম্বগী স্বরনা থুম্মী, কনাগুম্বগীনা য়াকই; মসিবু স্বর-মচু কৌই।

মগুণ মরি অসিগী মহুংদা অশাংবা অমস্ুং অরূম্বা—অনী অসিনি মৈতৈ ছন্দদা শীজিন্নরিবা। রা ডাওনবা মতমদদি তোঙান তোঙানবা খোনফমগী খোম্থোক য়াম্নমা হায়দোকই। তৌইগুম্বস্ুং

ছন্দগী মতাংদদি অতোপ্পা খোনফমশিং অহু থৈদোক্তুনা অথমবা খোনফম অমা অনীতদা খোম্থোক্কী থবক লৈহনগদবনি।

## খোনকাপ

(মাত্রা / Mora)

[৬] খোম্থোক অমা হায়দোকপদা চঙবা মতমগী শক্তক অদুবু খোনকাপ কৌই। সংস্কৃত অমসুং বাংলাদা মসিবু মাত্রা অদুগা ইংরেজীদনা Mora হায়না খঙৈ। মৈতৈ ছন্দদা মসিনা খোনগী মতম ওন্ননবা কাপ্‌নি *। মৈতৈ ছন্দগী হিসাব পুম্নমক খোনকাপকী চাং মতুংইন্না চৎলি। মাইল, গজনা লম্বাগী অতেন অশাং চাং ওনবগুম্না খোনকাপনা শৈরেংগী শৈখোঙনচিংবগী চাং ওল্লি।

সংস্কৃত ছন্দদা অ, ই, উ অত্তেনবা স্বর অহুম অসিগী খুদিঙমকপু মাত্রা অমমম ওইনা অদুগা আ, ঊ, ঈ, এ, ও অশাংবা স্বর মঙা অসিগী খুদিঙমকপু মাত্রা অনী অনী ওইনা লৌই। তিন্নবা খোম্থোকপুসু মাত্রা অনী ওইনা লৌই। মৈতৈ ছন্দদদি অসিগুম্বা মওঙগী খেন্নবা অসি অহুক য়াম্না কনশিন্না লৈতে—তিন্নবা তিন্নদবা স্বর খুদিঙমক ছন্দগী মথক্ত খেন্নবা মতুংইন্না খোনকাপ অমা নত্রগা অনী ওইনা লৌই। অদুগা স্বর চিংখোকচিংশিনগী মতুংইন্না অমসুং খোম্থোক মহায়দোক্কী (উচ্চারণগী) মতুংইন্না খোম্থোক অমনা খোনকাপ অনী ওইনসু লৌই, খোম্থোক অনীনা খোনকাপ অমতা ওইনা লৌবসু য়াওই। কয়া কয়াগুম্বা মতমদা খোনকাপ অহুমগী খোম্থোকসু শীজিন্নৈ। অদুনা খোম্থোক অমমম হায়দোকপদা চঙবা মতমগী মতুংইন্না খোনকাপমশীং

---

* খুবীগা খুংবায়গা ওন্নতেনবা মায়কৈ অনীদা চপ তিংথোক্লগা অয়োইবা মত্তোন অনীগী ময়ক্তা লৈবা অশাংবগী চাং অদুবু 'কাপ' হায়না খঙৈ। মতাং অসিদদি চুমগী ওননবু চাং অমবু খঙনরি।

শীবনা নিয়ম ওইনা লৈরবস্‌ মতম পূম্নমক্তা অমসুং মকম পূম্নমক্তা খোম্থোক ঙাক্তনা খোনকাপকী চাং ওন্দে। তোঙান তোঙানবা খোম্থোক হায়দোকপদা মতমগী অখোই-অহেন লৈবা য়াওই। তৌই-শুম্বসুং ছন্দগী খোনকাপকী হিসাবতা খোম্থোক খুদিঙমকী মতমগী চাং অহু য়াম্না কূপশিন্না য়েংনদে। অহু ওইরবস্‌ চাংওইনা চংনবা নিয়ম অমদি মৈতৈ ছন্দদা অহুম লৈরক্লি—খোম্থোক অমগী মতম্না খোনকাপ অমা ওইকম খোক্লবস্‌ অত্তেনবা নত্রগা খোনকাপ অমগী অমসুং অশাংবা নত্রগা খোনকাপ অনীগী খোম্থোক মখল অনী অসি চাংওইনা শীজিন্নরক্লি। নিয়মগী চুম্না কোম্হনবা মতাংদা খোনকাপকী চাংদি ছন্দগী শাথেক্লা হায়রবদি মওঙ (pattern)-না লেপকনি।

## খোম্লেপ অমসুং লোম্লেপ

### (Metrical Pause and Sense Pause)

[৭] ঐখোয়না মহৌশানা য়া ঙাওবা মতমদা অমদি শৈরেং পাবা মতমদা মরক্তা লেপ্না নাইদনা হোৌবদগী লোইবফাওব ময়ী অমতা ওইনা চিংহুনা লেব ঙমদে, অদুনা স্বর হোনবগী অনৌবা পান্গল হাপ্পবগীদমক মরক মরক্তা পোথায়; অদুগা য়াহৈপরেংগী মসুংদা লৈবা অর্থ ফোংদোক্লবগীদমকসু মরক মরক্তা লেপ্নী।

শৈরেংগী মনুংদা মরী অমতা ওইনা অমুক্তদা খোম্থোক কয়ামক্লম হায়দোকপদা মরী অদুনা লোইশিনবা মকম অদুবু খোম্লেপ (যতি নত্রগা ছন্দযাত) কৌই অদুগা বাহৈপরেংগী মনুংদা অর্থ ফোংদোক্লবগীদমক লেপ্না মকম অদুবু লোম্লেপ (ছেদ নত্রগা অর্থযতি নত্রগা ভাবযতি) কৌই। শয়া হায়রবদা খোম্লেপনা ছন্দগী তাক্না শীনবা লৈয়েংগী পোথাকনি অদুগা লোম্লেপ অর্থগী মচা থায়দোককনি। অদুনা কবিতাগী মনুংদদি খোম্লেপ অমসুং

যতি

লোল্লেপ অনীমক লৈ অতুগা কবিতা নত্তবা য়ারেংদদি ছন্দগী নিয়ম লৈতবনিনা খোল্লেপকী য়াফম লৈতে।

**খোল্লেপনা ছন্দগী মশা পূম্নমক্তা মান্নবা তাম্বা অমা লৈ-হন্নুনা ছন্দগী শাথেক্তা অমতওইবগী ঈথক হোইহল্লি। অমত-ওইবগী ঈথক অসিনি মৈতৈ ছন্দগী ফজবগী শাৎনফম।** অর্থ ফোংদোক্লবগীদমক অমদি য়াথলগী ইঙ্গিৎ পীনবগীদমক লোল্লেপস্তু কবিতাদা য়াওদবা য়াদে।

[৮] ব্যাকরণদা লোল্লেপকী মখল য়াম্না থায়দোকপা মতুংইন্না কোমা ( , ), সেমিকোলোন ( ; ), চৈখৈ ( । ), অহংবখুদম ( ? ), অঙকপখুদম ( ! ), কোলোন ( : ), ড্যাশ (—) অসিনচিংবা লোল্লেপ-কী খুদমশিং অসি য়ারেং অমসুং শৈরেং অনীমক্তা অতুম শীজিন্নরি। তৌইগুম্বসুং শৈরেংদদি খুদমশিং অসি য়ারিবমখৈ য়ামদনা শীজিন্নে। ব্যাকরণদা লোল্লেপ মখল য়াম্না থায়দোক্লবসু ছন্দলাইরিক্তদি লোল্লেপ মখল অনীতনি—মপূংফাবা লোল্লেপ ( পূর্ণচ্ছেদ ) অমসুং মতেকওইবা লোল্লেপ ( উপচ্ছেদ )। মপূংফাবা লোল্লেপকী খুদমদি [ * * ] থরাম্নিচাক অনী অমসুং মতেকওইবা লোল্লেপকানা [ * ] থরাম্নিচাক অমা অসিনি। চৈখৈগী মহুত্তা মপূংফাবা লোল্লেপকী খুদম ( * * ) অতুগা কোমা অমদি সেমিকোলোনগী মহুত্তা মতেকওইবা লোল্লেপকী খুদম ( * ) শীজিন্নে।

[৯] মৈতৈ ছন্দদা খোল্লেপ ( যতি ) মখল অহুম লৈ—মপূং-ফাবা খোল্লেপ ( পূর্ণযতি ), ময়ায়ওইবা খোল্লেপ ( অর্ধযতি ) অমসুং অয়াংবা খোল্লেপ ( লঘুযতি )। খোনকাপ মশীং মতুংইন্না ছন্দগী শরূক অহুম থোক্লা থায়দোকই। খ্বাইদগী চাউবা শরূকী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ, খ্বাইদগী পীকপা শরূকী অরোইবদা অয়াংবা খোল্লেপ অতুগা খ্বাইদগী চাউবা অমসুং খ্বাইদগী পীকপা শরূকী মরকওইনা চাউবা শরূকী অরোইবদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ তাই।

[ // ], [ / ], [ ⋮ ] অশম-খুদম ( সংকেত )-শিং অসিনা মথং-শীংনা মপুংফাবা খোল্লেপ, ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমসুং অয়াংবা খোল্লেপ থগুনবা মহুৎশিনবা শক্তম্নি। মথাগী ১০শুবা মতাংগী শৈরেং-শরূকশিং অসিদা অশম-খুদমশিং অসি শীজিন্নরি।

[১০] মৈতৈ ছন্দদা মতম অযাম্বদা মতেকওইবা লোল্লেপকা ময়ায়ওইবা খোল্লেপকা অমসুং মপুংফাবা লোল্লেপকা মপুংফাবা খোল্লেপকা তিন্নবা তাই। অতু ওইরবসু মতম পুন্নমক্তদি তাদে। করি করিগুম্বা মতমদা ছন্দগী শরূকশিংগী মনুংদা, হায়রবদি, খোল্লেপ তাদবা মফমদা লোল্লেপ তাড়ুনা লীচিং অমতা ওইবা ঈচেলদা ঈথক ইপোম হোৎহল্লি।

মথাগী খুদমশিং অসিদগী লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপকী শাজং ( nature ) খঙবা ঙমগনি—

(অ) হোম্বগে ⋮ ঐগী হিংরেন / পাউখুম-মহা ⋮ -সমুদ্রদা, * /
ঈথৌলাংবা ⋮ বাহংগীদি /
ঈচেল-তোরৈ / ইম্না ইম্না, * //
শৈনিন্দবা ⋮ লমদম ফাওনা / ঈশৈ চাইর ⋮ চাইরদুনা, * ।
অশিবগী ⋮ লৈবাক লান্না /
সুংশি-য়েম্নৌ ⋮ য়েম্না য়েম্না। * * //
( সুংশিকোনগী ভৌত্রীশৈরোল )

(আ) বসন্ত-থাবল ⋮ খাঙ্ঙমদবা / মকুনা থল ⋮ -লবা //
সমাজসিদা, * ⋮ খোংখিগত্রা / বসন্তগী ⋮ কোকিল— * //
মীওইব ⋮ -সমাজ-থবায় /-পুবা সভ্য ⋮ -তাগী //
শজি য়োৎকে ⋮ থোরাংলিবা / তাইবঙ-উমং ⋮ -সিদা, * //
শায়রখি ⋮ -গত্রা মনীং ⋮ -তম্না, * সভ্য ⋮ -তাগী //
শজিনা ⋮ মিপাইদনা ? * * / .... ... ... ...
( লাজিত্বা রতনগী খোঙজীলা )

খুদমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ভন্মী—কবিতাগী মনুংদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ অনী অসি মক্কম তিন্নবা তাবসু য়াওই, তোঙান তোঙানবা মফমদা তাবসু য়াওই। মরমদি অমনা অর্থগী মতুং ইল্লি, অমনা ছন্দগী তাম্বা মতুং ইল্লি হায়বদি খোনকাপমশীং করা লৈয়েংগী পোখাফম মতুং ইল্লি। অর্থগী মতুংইন্না লেপ্পা মফমগা ছন্দগী তাম্বাফমগা চানরুরগা খোল্লেপ লোল্লেপ অনী তিন্নবা তাই, চানদবা মতমদনা তোঙান তোঙানবা মফমদা তাই।

# শৈখোঙ

## ( চরণ / Verse )

[১১] (অ) মঙলান-হিগী হিরোয়ঙ / পুবিয়ুমে ঐখোয়বু //
পুবিনীংবা মায়কৈদা / নমীং তন্না পুবিয়ু। //

(আ) কনানো কাইহৌরম্বিবা / ঈরাঙহৌরবা ঈশৈনা— //
যাহুইবা হে অশৈবা / যাহুবাঁশীবু খোংলিবা ? //

(ই) বসন্ত ঙমজনা ⋮ থুম্নবা খোঞ্জেন্না / নিল্লম্মী ইনাক্তা ⋮ ইমা ইমা হায়না। //
খাৎলম্মী ফুগায়না ⋮ ইচা উমানা / ইচাগী প্রেমনা ⋮ ঈহৌবা
থম্মোইদা। //

মথক্তা পীরিবা শৈরেংগী খুদমশিং অসি য়েংলগা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—য়্যারেংগা মথোয় অসিগা মরুওইনা মায়কৈ অমথক্তা খেন্নরি। শৈরেংগী পরেং অমমম লোইবা মফমদা মপুংফাবা খোল্লেপ তাই অহুগা খোল্লেপফমশিং অসি অকরুবা মতমগী চাং অমনা খন্দুনা লৈ। য়্যারেংদসু খোল্লেপফমশিং অসি লৈ, লৈয়েংগী পোখাফম নাইদনা মরী অমতদা শম্মনা চিংহুনা য়্যা ঙাঙবা য়্যারেংদসু ওইথোকপা নত্তে। অহু ওইরবসু য়্যারেংগী পরেং খুদিঙগী অয়োইবদা খোল্লেপফম লৈতবদি য়াই অহুগা খোল্লেপ তাফমশিংসু অকরুবা মতমগী চাংনা থন্দবা য়াই।

শৈরেংগী পরেংদা অসিগুম্বা থোইদোকপা মওঙ অমা লৈবা মরম্না শৈরেংগী পরেংবু **শৈখোঙ ( চরণ )** হায়বা মিংথোল অমনা খঙনৈ। মসিবু ইংরেজীদা Verse কৌই। **শৈখোঙ অসিগী পাম্বৈনা ছন্দসরস্বতীনা শাথেক পুদুনা চৎলিবনি।** শৈখোঙনা শৈরেংগী মন্নুংদা খ্বাইদগী চাউবা ছন্দগী শরুক্নি, অদুনা শৈখোঙ অমমমগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ তাই। মথক্কী খুদমশিং অসিদা শৈখোঙ অনী অনী লৈবা উরি অমসুং শৈখোঙ খুদিঙগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ তারি। মপূংফাবা খোল্লেপ তাকম অসি নিয়মগী মথাপোম্না লৈরিবনি। শৈরেং খুদিঙমক্তা উবা ফংগনি— পরেং খুদিঙমক য়াত্তুনা কক্তুনা অকক্নবা চাং অমদা শীন্দুনা লৈ, মরমদি নিয়মগী মনুংদা লৈবা শৈখোঙ ময়াম্না শৈরেং শেম্লিবনি।

শৈখোঙবু শন্না তাকপা তারবদি অসুম্না হায়বা য়াই—**শৈরেংগী মনুংদা মপূংফাবা খোল্লেপনা থায়দোক্লিবা ছন্দগী শরুক অদুবু শৈখোঙ ( চরণ ) কৌই।**

শৈরেংগী পরেং নত্রগা শৈখোঙ হায়বসি চাংওইনা পংতি ( line ) অমমম ওইনা ইনরবসু পংতি অমতা ওইনা থমত্রবদি য়াদে হায়বা অকক্নবা লৈতে। অদুনা শৈখোঙবু পংতি অমতদা থম্বগী মতুত্তা মথেক কয়ামরুম থোক্না থম্বসু য়াওই। অসিগুম্বা শৈখোঙগী মথেক অমমম্সু **শৈথেক ( ছত্র )** কৌই। হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা মথলমথা অয়াম্বা শৈথেক্কী মওঙ উবা ফংই। মথক্কী খুদম (আ) অমসুং ( ই )-গী শৈখোঙশিং অসি অসুম্না শৈথেক নাইনা থম্বা য়াই—

(আ) কনানো কাইহৌররিবা / ঊরাঙহৌরবা ঊশৈনা— //
মাচুহৈবা হে অশৈবা /
মাচুবাশীবু খোংলিবা ? //

(ই) বসন্ত ওবজনা ⁝ খুম্নবা খোঙজেম্না /
নিজম্বী ইনাক্তা ⁝ ইমা ইমা হায়রনা । //
শাংবম্বী ফুগায়দনা ⁝ ইচা উমানা //
ইচাগী প্রেমনা ⁝ ঈহোৌবা থম্মোইদা । //

# তানখোঙ অমস্তুং তানখোঙমরু

## ( পদ অমস্তুং পর্ব )

[১২] শৈখোঙ খুদিঙমক নিয়মগী মতুংইন্না অকক্সবা চাং অমদা শেম্নবস্থু মতম অয়াম্বদা অতেন-অশাং যান্নদবা শৈখোঙ কয়ামকয়া শৈরেং শেম্বা য়াওই । মথাগী খুদমশিং অসিদগী রাকম অসি খঙবা ঙমগনি—

(অ) শাবী লাউ লাউ ⁝ চংশি লাউ //
কন্নকপা য়াম্মী ⁝ কন্নাওবা য়াম্মী / মাঙদা থাম্মো ⁝ লাউ //

(আ) হিন্দু পাঙল অনীবু ⁝ পুনশি মথাঙতৈদনা / ভারত-নিংথৌ অমনা //
মাগী থম্মোইদৈ হোৌরকপা ⁝ রবিগী ছন্দমন্ত্রনা । //
( বাঁশীগী থম্মোই ঈহোৌরো )

খুদমশিং অসিদা য়াওরিবা শৈখোঙশিং অসি অমগা অমগা শাংবা মান্নদে, হায়বদি, মপুংফাবা খোল্লেপ অনীগী মরক্তা লৈরিবা অয়াম্লসি অকক্সবা চাং অমদা লৈতে । অতুম ওইনমক মখোয় অসিদা শৈরেং-ছন্দগী গুণ পুম্নমক্কি য়াওই, হায়বদি, মখোয় অসি মান্নবা তাম্বা অমদা পাবা য়াই অমস্তুং তাবদা রস পোকহল্লি । মরম অতুনা শৈখোঙগী অশাংবব্ নত্রগা শৈখোঙগী খোল্লেপফম চাংবু ছন্দগী যুম্ফম্মি হায়না লৌবা য়াদে । অতু ওইরবদি যুম্ফম অতু করিনো ? মায়াং অলিগী শাউথুম পীবা ফাওবদি থরগা বুগশিন্না শৈরেংগী শৈখোঙ খুগায়তুনা লেংবা তাই ।

[২৩]. মথক্কী ১০শুবা, ১১শুবা অমসুং ১২শুবা মত্তাংগী খুদমশিং অসিদা ঐথোয়না উখ্রে, শৈথোঙগী অয়োইবগী মপুংফাবা খোল্লেপকম অহু নত্তবা শৈথোঙগী মরক মরক্তা অতেনবা খোল্লেপকম কয়ামরুম লৈরি। হায়রিবা মরক্কী খোল্লেপকমশিং অসি শৈথোঙগী মওঙ থেম্নবা মতুংইন্না শৈথোঙ অমগী মনুংদা মথল শুনা লৈবা য়াই লৈতবা য়াই অমসুং মশীং অথোই-অহেন নাইবসু য়াই। অদুগা মরক্তা খোল্লেপ সুকয়াও য়াওদবা শৈথোঙসু লৈবা য়াই।

**মন্নায়ওইবা খোল্লেপনা খায়বা শৈথোঙগী শরূক অদুবু তানখোঙ (পদ) অদুগা অন্নাংবা খোল্লেপনা খায়বা শৈথোঙগী শরূকপু তানখোঙমরু ( পর্ব ) কৌই।** *

শৈথোঙ অমদা তানখোঙ অমতা লৈবসু য়াওই, চাংওইনা অমদগী মরিফাওবা লৈ। অদুগা তানখোঙ অমদা চাংওইনা তানখোঙমরু অনী নত্রগা অহুম লৈ। কম্ভি করিগুম্বা মতমদা তান-খোঙমরু অমত্তনা তানখোঙ অমদি শৈথোঙ শাবসু য়াওই—

(অ) ঈশৈগী মহুম শাথৈনা ⁝ ঈহৌখিবা ছন্দদো /
চৈমাখোনগী চাংজোনা ⁝ মপুক তপ্পা কোল্লিদো। //
তারিবরা অথুম্বা ? //
( তোম্বীগী পাউদম )

---

* হৌজিক্কী বাংলা ছন্দদা পদ অমসুং পর্ব অনীসি ছন্দগী তোঙান তোঙানবা শরূক ওইনা লৌনজে। মমাঙথৈদা পদ হায়না খঙনরম্বা ছন্দগী শরূক অদুবু, হায়বদি, মন্নায়ওইবা খোল্লেপ ( অর্ধযতি )-না খায়বা শরূক অদুবু পর্ব হায়বা মিং অসিনা খঙনরে। অসুম্না পদগী অর্থদা পর্ব হায়বা বাহৈ অসি শীজিন্নরে। মৈতৈ ছন্দদদি তানখোঙ (পদ) অমসুং তানখোঙমরু ( পর্ব ) অনী থোক্না অহুম লৌই—কম্ভি করিগুম্বা মতমদা তানখোঙমরু অমনা তানখোঙ শাবসু য়াওই, অদুগুম্বা মতাংদা তানখোঙগা তানখোঙমরুগা অমত্তা ওইনা লৈ।

(আ) নুঙায়রকী তথোংলৈ / নুরাশিংগী চুংওলৈ ! //
চীংগী-খোইমু-চান্দমলৈ / তমগী-খোইমু-খোয়রাঙলৈ ! //
অচীকপগী অশেংবা /
চাইথবিয়ু পুক্লীংদা। //
অশেংবগী মনুংদা / ঈহৌরিবা অথুম্বা — //
হৈথবিয় থম্মোইদা। //

( উথম্বাল )

মথক্কী শৈরেং-শরূক অনীমক অসিগী অরোইবা শৈথোঙশিং অসি তানখোঙমরু অমমম্না শাবনি অদুগা শৈরেং-শরূক ( আ )-গী তানখোঙ খুদিঙমক অসিসু তানখোঙমরু অমমম্না শারি।

[১৪] তানখোঙনা ছন্দগী শাথেক্তা অপৌবা শাথেক উৎপা ঙম্মী। অপৌবা শাথেক অসিগী মনুংদা তানখোঙমরুনা অকুপ্পা শাথেক অমুক উৎলি। অকুপ্পা শাথেক অসিদা তাম্না কায়রবদি অপৌবা শাথেক অসি চুম্না উৎপা য়াদে। অদুনা মৈতৈ ছন্দগী হিসাবতা শৈথোঙগী মরুওইবা শরূক্তি তানখোঙমরুনি। মথক্কী খুদম কয়ামরুম অসি য়েংলগা অদুম খঙবা ঙম্মী—অয়াংবা খোল্লেপ অসি মফমচানা তাদ্রবদি ছন্দগী তাম্না কায়গনি। অয়াংবা খোল্লেপনা খায়বা শরূক্না ছন্দগী খোঙচত্তা থ্বাইদগী মরুওইবনি হায়দুনা শরূক অসিবু তানখোঙমরু কৌরিবনি। লৈপরেং নক্রগা নাচোম্সু ঐখোয়না তোঙান তোঙানবা মওঙ (pattern) কয়াদা শেম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং মরুওইবা মচন্দি লৈচা (লৈপোপ) অমমম্নি। মতৌ অদুগুম্না ঐখোয়না তানখোঙমরু অমগা তানখোঙমরু অমগা শীঞ্জিন্দুনা মখল মখলগী শৈথোঙনা শাবা শৈরেং শেম্বা য়াই। অমরোমদা হায়রগা, ফূরা শাবদা মরুওইবা মচাক ওইনরিবা চেকপুম অমমমগুম্না শৈরেংগী মরুওইবা মচাক্তি তানখোঙমরু অমমম্না ওই।

অদুনা হৌজিক ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে—**ছন্দগী য়ুম্ফমদি মান্নবা চাংচৎ অমা নাইবনি।** হায়রিবা চাংচৎ অসি তানখোঙমরু

শীজিন্নবদা লৈ। মরম অসিনা মৈতৈ ছন্দগী রাফমদা তানখোঙমরুগী অতেন-অশাংগী চাংনা খ্বাইদগী মরু ওই।

মৈতৈ শৈরেংদা শৈখোঙ অমগা শৈখোঙ অমগা অতেন-অশাং মান্নদবা য়াওরবসু শৈখোঙগী মরক্তা লৈবা অতেনবা খোল্লেপশিং অহু চপমান্নবা মতমগী অরাপ্পনা খন্দুনা লৈ। করি করিগুম্বা মতমদা মান্নবা মান্নদবা য়ান্নহনা লৈরবসু খোন্থোক্নী চিংথোক চিংশিন্না তাম্থাগী ইপোম কায়হন্দনা অরেপ্পা চাং অমদা লৈ। মসিনা মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা রানি। শৈখোঙগী অতেন-অশাং মান্নদবা য়াওবগুম্না শৈরেং মশা অমতগী মহুংদা তানখোঙ মান্নদবা য়াওই। তৌইগুম্বসুং মপুংওইবা তাম্থা হায়বদি তানখোঙমরুগী খোঙচত্তি কায়দনা লৈ-গদবনি। রাফম অসি খরগা শেংনা হায়রবদি মসিনি—শৈখোঙগী মহুংদা লৈবা তানখোঙশিংগী তানখোঙমরুশিং অহু মশীং মান্নদবদি য়াই, অহুগা শৈরেংগী মশাপূম্বদা তানখোঙমরুগী অমতওইবা চাংচৎ অহুদি কায়রবা য়াদে। নিয়ম অসিগী হেন্দোকপা ওইনা করি করি-গুম্বা মতমদা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুদি পীকশিনবা অমসুং চাউথোকপা য়াওই। অরোইবা তানখোঙমরু পীকশিনবা অমসুং চাউথোকপা মতুংইন্না অরোইবা তানখোঙসু পীকশিল্লি অমসুং চাউ-থোকই। অহুগা তানখোঙমরু-মশীং রাৎনা অমসুং হেন্না লৈবগী মতুংইন্নসু অরোইবা তানখোঙ পীকশিনবা অমসুং চাউথোকপা য়াওই।

অসুম তৌনা অরোইবা তানখোঙ পীকশিনবা শৈখোঙবু তানখোঙ-মপুংফাদবা ( অপূর্ণপদী/catalectic ) অহুগা অরোইবা তানখোঙ চাউ-থোকপা শৈখোঙবুনা হেন্দোক্লা-তানখোঙ-মপুংফাবা ( অতিপূর্ণপদী/ hyper-catalectic ) হায়না খঙনৈ। থুদম—

তানখোঙ-মপুংফাদবা :

(অ) মহুমতী⁝ লৈহাউ যাতী / শাৎশি লৈকোল⁝ থুংনা //

= (৪ + ৪) + (৪ + ২) = ৮ + ৬

লৈহীপাম্বা ⋮ খোইমুলাবা / পাইরি ঙংনা ⋮ ঙংনা //
= (৪ + ৪) + (৪ + ২) = ৮ + ৬

(আ) খোঞ্জেম্নিনে ⋮ মৈতৈ পন্মেম / ইমা নঙগী // = (৪ + ৪) + ৪ = ৮ + ৪
থম্মোইমুংগী ⋮ য়াবা অসে / নচাশিংগী // = (৪ + ৪) + ৪ = ৮ + ৪

মথক্কী খুদম (অ)-গী শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙশিং অসি অরোইবা তানখোঙমরু পীকশিনবা মরম্না মপূংফাদে অমসুং খুদম (আ)-গীনা তানখোঙমরু-মশীং রাৎপনা অরোইবা তানখোঙশিং অসি পীকশিল্লি।

হেন্দোক্লা-তানখোঙ-মপূংফাবা ঃ

(ই) থীকথবিয়ু ⋮ থোঙাল-মরীক / থোঙাল-লাইজ ⋮ -উপাক নঙোম্বগী //
= (৪ + ৪) + (৪ + ৬) = ৮ + ১০
চামজগেনে ⋮ খুয়াখাদো / মীৎকী পিয়াঙ ⋮ -সিনা ভোল্লবগী /
= (৪ + ৪) + (৪ + ৬) = ৮ + ১০

(ঈ) চিংথোক্তুনা ⋮ নঙগী শৈয়োল /
ছাইদোকপিরো ⋮ ইরৈবাকী ⋮ মুংগী শক্লোল //
= (৪ + ৪) + (৪ + ৪ + ৪) = ৮ + ১২
অরোইবগী ⋮ শক্লোল য়ৌনা /
চিংথোকপিরো ⋮ যাদ্রৈবা ⋮ মরোল মরোল //
(৪ + ৪) + (৪ + ৪ + ৪) = ৮ + ১২

মথক্কী খুদম (ই)-গী শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙশিং অসি অরোইবা তানখোঙমরু চাউথোকপা মরম্না হেন্দোক্লা মপূংফায় অমসুং খুদম (ঈ)-গীনা তানখোঙ-মশীং হেনবনা অরোইবা তানখোঙশিং অসি চাউথোকই।

শৈরেংগী মনুংদা তানখোঙমরুগী চাংচৎনা খ্বাইদগী মরুওইনা লৈরিবসি য়েংলগা, করি করিগুম্বা ছন্দ মওঙ থরদা হেন্দোকহেঞ্জিন থরা য়াওরবসু ছায়বদি শৈরেং মশা অমতদা অমসুং শৈখোঙ মশা

অমতদা তোঙান তোঙানবা মখলগী তানখোঙমরু লৈরবসু মৈতৈ ছন্দদি অতেন-অশাং চপমান্নবা তানখোঙমরু কয়ামরুম পুন-শিল্লগা শেম্বনি হায়না লৌবা য়াই।

[১৫] মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমরু অমমমদা রাহৈ মপুম (whole) কয়ামরুম লৈগদবনি। রাহৈ হায়রগা রাহৈ-মপুং (মূল শব্দ) অমসুং তপশিনবা রাহৈ পুন্নমকপু খঙনগনি। অপীকপা রাহৈ খরা পুনশিল্লগা অচৌবা রাহৈ অমা শেম্নবসু ছন্দগী শরুক খায়দোকপা মতমদদি হায়রিবা রাহৈ মচা অমমমসিবু তোঙান তোঙানবা রাহৈ-মপুং অমমম ওইনা লৌগদবনি। খুদম—'মতমচানা, মতুংইন্না, তুং-ওইননা' অসিনচিংবা রাহৈশিং অসিগী শরুক ওইনা শীজিন্নরিবা 'চানা, ইন্না, ওইননা, হায়বা রাহৈ মচাশিং অসি হিসাবতা রাহৈ-মপুং অমমম ওইনা লৌগনি। চাংওইনা রাহৈ-মপুং (মূল শব্দ) অমবু থুগায়রগা তানখোঙমরু অনীদা লৈহনবা য়াদে। অতুনা

মৈতৈ জাতিগী পন্থুংকম: নত্তে খোংজোম তীর্থদা

হায়বা পরেং অসি খোনকাপ মরিগী ওইনা লৌহনা

মৈতৈ জাতি: -গী পন্থুংকম / নত্তে খোংজোম: তীর্থদা

অসুন্না ছন্দ খায়দোকপা য়াদে।

অশৈরেম্বা অঙাংহল: চাউবা কমল দরেন্দ্র
মৈতৈকাব্যলৈকোলগী: তাম্না কোকিল খোইনীংনি

হায়বা শৈখোঙশিং অসিসু

অশৈরেম্বা: অঙাংহল চাউ/-বা কমল দ: -রেন্দ্র
মৈতৈকাব্য: লৈকোলগী তাম/-না কোকিল খোই: -নীংনি

অসুন্না খোনকাপ মরিগী ওইনা লৌরবদি ছন্দ কায় হায়বা ঐখোয়না উরি।

মথাগী রাফম থরা অসিদগী হেন্না হায়রিবা নিয়ম অসি লাম্তোকপা য়াদে—

[ক] শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমক্ল মপুংফাদবা ( cata-lectic ) মতমদা অমসুং অরোইবগা থংনবা তানখোঙমরুগী অহেনবা শন্নকুন্না উবা মতমদা—

-যৌবন-লৈকা ⋮ হাইদোয়রক্লে / লৈহৌ অথেন ⋮ -ননা
.... .... .... .... .... .... .... .... .... .... .... .... ....
য়েংবহৈবা ⋮ কবিশিংনা / য়েংলি থাঙঙম ⋮ -দনা

তৌইগুম্বসুং খোনকাপমশীং মান্নবা তানখোঙমরুনা লেংবা কবি-তাদদা অসুন্না তৌবা য়াই, শৈখোঙ অমদা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমক্ল শীজিন্নরবদি অসুন্না থম্বা য়াদে।

[খ] খোল্লুম ( stress or accent )-না মপুং ওইবা ছন্দ ওইরবদি তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীং অকক্নবা মরম্না খোল্লেপ তারুফম অহুদা অহুম রাহৈ থুগায়হুনা তানখোঙমক্ল শেম্বা য়াই। থুদম—

নোম্ নোম্ ⋮ শগাই তোং
চানবা লৈ ⋮ -ন্তে তথেনথাঙ

( রাফম অসি ঐখোয়না খোল্লুমথোই ছন্দ নৈনরকপা মতাংদা শেংনা থঙবা ঙমগনি। )

[গ] মৈতৈগী রাহৈ-মপুংদি চাংওইনা খোনকাপ অমদগী অহুম-ফাওবনি ; বিভক্তিনচিংবা হাপ্লগা মসিদগী হেনবসু লৈ। করি করিগুম্বা মতমদা অতোপ্পা লোন্দগী চঙলকপা রাহৈ নক্রগা সমাস শীজিন্নবগী মরম্নসু অচোবা রাহৈ উবা ফংই। অহুগুম্বা মতাংশিংদদি রাহৈশিং অহু থুগায়রগা তানখোঙমক্ল অনীদা খাইদোক্লুনা থম্বা য়াই। অহু ওইরবসু য়াম্রিবমথৈ রাহৈগী ক্রিয়া-মপুং ( মূল ধাতু )-দি থুগায়দনবা হোৎনগদবনি।

## তানখোঙমরু অমস্মুং তানখোঙমতেক

### ( Bar and Beat )

**[১৬] তানখোঙমরু অমমম শেম্বা মতমদা অপীকপা শরুক কয়ামরুম্না কায়াৎ ওইনা শেম্মী। কায়াৎশিং অসিবু তানখোঙমতেক ( পর্বাঙ্গ ) কৌই।** মথক্কী ১২শুবা মতাংগী খুদম (অ)-গী 'শাবী লাউ লাউ' হায়বা তানখোঙমরুসিদা কায়াৎ অহুম লৈ—'শাবী'+'লাউ'+'লাউ' অমস্মুং মখোয়গী খোনকাপমশীং ২+২+২ নি। অতুগা ১৩শুবা মতাংগী খুদম ( আ )-গী 'তমগী-খোইমু-খোয়রাঙলৈ' হায়বা তানখোঙমরুদস্মু কায়াৎ অহুম লৈ— 'তমগী' +'খোইমু'+'খোয়রাঙলৈ' অমস্মুং মখোয়গী খোনকাপমশীং ২+২ +৩ নি অতুগা 'নূরাশিংগী সুংওল্লৈ' হায়বা তানখোঙমরুদনা কায়াৎ অনীনি—'নূবাশিংগী'+'সুংওল্লৈ' অমস্মুং মখোয়গী খোনকাপমশীংনা ৪+৩ নি।

তানখোঙমরুবু ঐখোয়না লৈপরেং অমদি নাচোমগী লৈচা (লৈপোপ) অমমমগা চাংদম্নখ্রে। তানখোঙমতেক হায়বসি লৈচা অতুগী লৈ-না (petal) অমমম্নি। অমরোমদা হায়রগা তানখোঙমরুনা ছন্দগী অণু ওইনা লৌরবদি তানখোঙমতেক্কা পরমাণুনি। অণু অমমমদা তোঙান তোঙানবা চাংগী পরমাণুনা মশীং তোঙান তোঙান্না লৈ অমস্মুং মখোয়গী মরক্তা অমগা অমগা লৈনবা মরী অমস্মুং চাং মতুংইন্না পোৎ অতুগী চেন্নবা শাজৎ ( nature ) ওই। মতৌ অতুগুম্না তানখোঙ-মরু অমমমগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা চাংগী তানখোঙমতেক্কা মশীং অমস্মুং মতিন্ন (মশীন) তোঙান তোঙান্না লৈ অমস্মুং মখোয়গী মরক্তা লৈনবা মরী অমস্মুং চাং অতুগী মতুংইন্না তানখোঙমরুগী শাজৎ ( nature ) ওই। 'শাবী লাউ লাউ' হায়বা তানখোঙমরুসিদা লৈরিবা তানখোঙমতেকশিংগী মথংমনাও অসি হাইফেত্তুং হোং-দোক্তুনা 'লাউ লাউ শাবী' নত্রগা 'লাউ শাবী লাউ' হায়রবদি ছন্দ

কায়গনি। অতুগা 'ঙসি শিনি পাউচেন্দে' হায়বা তানখোঙমরুসি 'পাউচেন্দে ঙসি শিনি' হায়রবদি ছন্দগী তাঙ্থা য়াওদ্রে। অসুম তৌনা তানখোঙমতেক্কী শীন্দোকশীঞ্জিন চাং অমসুং মওঙনা তানখোঙমরুগী শাজৎ ( nature ) শেম্মী।

[ ১৭ ] **তানখোঙমরু থুদিওদা তানখোঙমতেক অনী নম্রগা অহুম লৈগনি।** তানখোঙমতেক অমখক্তনা মপূংফাবা তানখোঙমরু শেম্বা য়াদে। ( শৈখোঙগী অরোইবদা লৈবা মপূংফাদবা তানখোঙমরুগী রানা অতোপ্পা অমনি। ) য়ামদ্রবদা তানখোঙমতেক অনী শুম্রবদি তানখোঙমরুগা মম্লুংদা ছন্দগী ঈথক অমতা হৌহনবা ঙমদে। মরম অতুনা 'শাবী' হায়বা ৱাহৈ অসিতনা মপূংফাবা তানখোঙমরু অমা শাবা য়ারোই। অতুগা 'শাবী+ইবেম্মা+লাউ+লাউ' হায়বা তানখোঙমতেক মরিনা শাবা তানখোঙমরুসু লৈবা য়াদে।

মতাং অসিদা অনী নম্রগা অহুম হায়রিবসি করিগীনো হায়বা ৱাহং অমা লাকই। ৱাহং অসিগী পাউথুম পীবা তারবদি গণিতকী দার্শনিক তত্ত্ব অমদি লৈশেমলোল ( সৃষ্টিতত্ত্ব )-দা গণিতকী মফম্নচিংবা অরুবা ৱাফমশিং অসি নৈনবা তাই। ঐখোয়না লৈশেমলোলগী মরুদা চঙশিল্লগা লৈশেম অসিবু জড় অমসুং চৈতন্য, প্রকৃতি অমসুং পুরুষ—অসুম্না অনী থোক্না থায়দোকই, অতু নম্রগা করিগুম্বা Trinity অমা ওইনা হায়বদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর—অসিগুম্বা অহুমগী অপূনবা অমা ওইনা লৌই। ৱাফম অসিগী মরুদা ঐখোয়না খঙজিনগদবা হায়ববু অসিতনি—গণিততা ২ অমসুং ৩ বু অহানবা তূমাগুবা অমসুং তূমাগুদবা মশীং কৌই, অতুগা মখোয় অসিদগী মশীং পুম্নমক থোকখ্রিবনি হায়না লৌই। অসিগুম্বা করিগুম্বা দার্শনিক তত্ত্ব অমগী মতেংনা ছন্দবিজ্ঞান-দা ২ অমসুং ৩ গা ৱাফম অসি কয়ামুক মরুওইবগে হায়বহু খঙবা য়াই।

[১৮] তানখোঙমতেক খুদিঙদা রাহৈ-মপুং অমা নত্রগা অহুদগী হেন্না থন্নবা হোৎনগদবনি। রাহৈ-মপুং অমা থুগায়হুনা তানখোঙমরু খায়দোকপা মফমশিংদদি থুগায়বা রাহৈমচেৎ হাপ্তুনা তানখোঙমরুগী কায়াৎ অমা শাই। অচৌবা ( মরি নত্রগা অহুদগী হেনবা মশীংগী খোনকাপনা শাবা ) রাহৈ থুগায়হুনা তানখোঙমতেক অনী শেম্বা য়াই। তৌইগুম্বস্সুং ক্রিয়া-মপুং অহুদি থুগায়দনা থন্নবা হোৎনগদবনি।

খোল্লুম্না মপুং ওইবা ছন্দদদি তানখোঙমরু অমস্সুং তানখোঙ-মতেক্কী খোনকাপ হান্নদগী লেপ্পী, মহুদদি মনীংতম্না রাহৈ থুগায়হুনা তানখোঙমতেক শেম্বা য়াই। ( তানখোঙমতেক খায়দোকপা উৎনবগী-দমক অশম-খুদম [ ⋮ ] অসি শীজিন্নগনি। ) খুদম—

নোংও ⁚ চুথ ⋮ -রো
হনুবা ⁚ হ ⋮ -নুবী ⁚ তাউথরো
লাংজৌং মতোন ⋮ থূঙ্কৎলো
পাৎশোয় ⁚ নূম্না ⁚ -বী ⁚ তেকখৎলো

( অসিগুম্বা য়ান্নবা শৈখোঙ হায়বদি খোনকাপমশীং মান্নদবা, তানখোঙ অমগী শৈখোঙ মখল অসি খোল্লূমখোই ছন্দগী মতাংদা নীংথিনা শকথঙনরকখিগনি। )

[১৯] তানখোঙমতেক খুদিঙদা চাংওইনা খোনকাপ ২, ৩ নত্রগা ৪ লৈগনি। করিগুম্বদা খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেকসু উবা ফংই। মৈতৈ রাহৈস্সু চাংওইনা খোনকাপ ১, ২, ৩ নত্রগা ৪গী ওইনা ভৌই। সুপ্পা হায়রবদা রাহৈ-মপুং অমমম্না তানখোঙমতেক অমমম্নি। অহু ওইরবস্সু মতম পূম্নমক্তদি নত্তে হায়বসি ঐখোয়না মথক্কী ১৮শুবা মতাংদা খঙখ্রে।

৫শুবা মতাংদা হান্না স্বরগী অরাম্বা মগুণগী মরমদা নৈনখ্রে। রা ঙাঙবা মতমদা খোম্মোক পূম্নমক মতম পূম্নমক্তা লুম্বা চপমান্নন হায়দোকপা য়াদে, অখোই-অহেন নাইনা লুম্বনা নিয়মগী শাজৎখ্রি।

মৈতৈগী খোম্বোক মহায়দোক্তা মহৌশানা রাহৈ খুদিঙগী অহৌবদা স্বর লুম্বা খরা হেল্লি, রাহৈগী অরোইবদনা খরা রাংলি। তানখোঙমতেক অমগী মতুংদা রাহৈ অমদগী হেন্না লৈরবদি অহানবা রাহৈদগী থংনবা রাহৈনা লুম্বা রাংলি ; তানখোঙমতেক্কী অহৌবদগী লুম্বা খরা খরা হস্ব-রক্তুনা অরোইবদা খ্বাইদগী লুম্বা রাংলি। মথংগী তানখোঙমতেক হৌবা মতমদা লুম্বা অমুক হেঙ্গংলি। অসুম তৌনা স্বর লুম্বা হেন্নক-পগী মতুংইন্না তানখোঙমতেক থায়দোকপা য়াই। 'ঈহৌখিবা ছন্দদো' হায়বা অসি পাবা মতমদা 'ঈ' হায়দোকপদা লৈরম্বা স্বরগী অরাম্বা অহু মথং মথং হস্বরক্তুনা 'বা' হায়রকপা মতমদা খ্বাইদগী হস্বে, অহুদগী অমুক 'ছন্' হায়বা মতমদা স্বরগী অরাম্বা হেঙ্গংলগা 'দো' হায়বা মতমদা অমুক খ্বাইদগী হস্বে। অসুম তৌনা লুম্বা খ্বাইদগী হস্ববা মতম অসিদা তানখোঙমতেক অমা লোইরগা লুম্বা হেঙ্গংপা মতমদা অমা অমুক হৌই। অহুনা 'ঈহৌখিবা ছন্দদো' হায়বা তানখোঙমরু অসি 'ঈহৌখিবা : ছন্দদো' অসুম্না তানখোঙমতেক অনী খোক্না থায়দোকপা য়াই।

তৌইগুম্বসুং খোল্লুম য়াওনা অমদি খোঞ্জেলগী শাফু খরা কন্না কবিতা পাবা মতমদা রাহৈগী অহৌবদা স্বরগী অরাম্বা তাদনা অরোই-বদা তাবস্থ য়াওই—

> চিঁচিঁ : চিচিঁ : চিচিঁ : খরং : মর্পান : খোশার্বা /
> শেন্দাং : লাকই : কর্‌রং //

মসিদা মথক্তা রেফ চিংলিবা খোম্বোকশিং অসি রাহৈগী অরোইবদা লৈরবসু খোল্লুম য়াওবা মরম্না হায়রিবা খোম্বোকশিং অসিদা স্বর লুম্বা হস্ববগী মহুত্তা হেঙ্গংলি।

তানখোঙমতেক অনী নক্লগা অহুম্না তানখোঙমরু অমমম শাবনিনা স্বরগী অরাম্বা হস্ববা অমসুং হেঙ্গংপা অসিনা তানখোঙমরুগী মতুংদা

ঈথক অমা হোইদ্রি। ঈথক অসিনা ছন্দগী থরায়নি। ঈথক অসি অমনা অময়া তানখোঙমরুনা শৈরেংগী মরুওইবা মচন ওইরিবনি মন্নুং য়াখল ফোংদোক্লবগী শাদোং ওইরিবনি, অদুগা হেক তাবদা পুক্নীং থম্বোইদা ময়কী ঈহৌ অমা পোকহনবা ঙম্লিবনি। অদু য়াখং কুমথগী ঈথক অসিনা তানখোঙমরুগী মন্নুংদা থরায়পানবশিংগী মনোই-মিরলগুম্বা থরায় পুরিবনি।

[২০] **তানখোঙমরুগী মন্নুংদা তানখোঙমতেক অনীগী মরক্তা খোল্লেপ তাবা য়াদে।** অদু ওইরবস্তু খোল্লেলগী অকা-অকুমদগী তানখোঙমতেক খায়দোকফম পুখোকপা য়াই হায়বসি মথক্তা হায়খ্রে। অদুগা তানখোঙমরুগী মন্নুংদা অমুম্না খোল্লেপ তাবা য়াত্রবস্তু লোল্লেপ তাবদি য়াই। অদুনা করি করিগুম্বদা তানখোঙমরুগী মন্নুংদা তানখোঙমতেক অনীগী মরক্তা মতেকওইবা লোল্লেপ নত্রগা মপুং-ফাবা লোল্লেপ তাবা য়াওই। [১০গুবা মতাংগী খুদম (আ)-দা অসিগুম্বা মওঙগী তানখোঙমরু উবা ফংগনি।] তৌইগুম্বসুং **তানখোঙমতেকী মন্নুংদা করিগুম্বা মথংগী লোল্লেপ নত্রগা খোল্লেপ লৈবা য়াদে।**

[২১] তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেকী থেম্নবা ফাবা ঙম্মদবা য়াম্না য়াওই। হৌরম থরদং য়েংশিল্লগা থেম্নবা অসি খঙবা ঙমগনি। অহানবদা, তানখোঙমতেক হায়বসি চাংওইনা য়াহৈ-মপুং অমমম্নি, তানখোঙমতেক অমদা খোনকাপ ২, ৩ নত্রগা ৪, করিগুম্বদা ১ লৈ; তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীংদি য়াম্মী—খোনকাপ ৪ দগী ১০ ফাওবগী তানখোঙমরু শীজিন্নৈ। অনীশুবদা, তানখোঙমরুগী ফায়ার্বশিং অদু থায়দোক্লগা তানখোঙমতেক অনী নত্রগা অহুম লৈয়মগনি, মসিগী মন্নুংদা অচেনবা ঈথক অমা লৈ; অদুগা তানখোঙ-মতেক্তি ছন্দগী হিসাবতা পরমাণুগুম্বনি, মশাগী করিগুম্বা ঈথক অমতা লৈত্তে, তৌইগুম্বসুং তানখোঙমতেক অমবু অতোপ্পা তানখোঙমতেক অমগী মনাক্তা থম্লবদি ছন্দগী ঈথক হোৌই। অময়োমদা হায়রগা,

তানখোঙমতেক হায়বসি 'নিষ্ক্রিয় পুরুষ নত্রগা প্রকৃতি'-গুম্বনি, তৌইম্বগুম্নং শিব অমসুং শিবানীগী মশক ওইরবা তানখোঙমতেক অনী তিম্নরবা মতমদদি তাইবঙ-ঈপাক্লা ঈথক ইপোমদা হাইকদা ছন্দসু হাইকা হৌরকই।

মহৌশানা তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীংনা শৈরেংছন্দগী অমত-ওইবগী চূপ্পীনি; শৈখোঙ নত্রগা শৈতূপ ( stanza ) অমমমদা শীজিন্নরিবা তানখোঙমরুশিং, য়ামদ্রবদা পূংবা ওইনরিবা তানখোঙমরুশিং অতুগী খোনকাপমশীং মাম্নে। তৌইগুম্বসুং খোনকাপমশীং মাম্নবা তানখোঙমরু অনীগী মতুংদা লৈবা তানখোঙমতেকশিং অতুদি খোনকাপমশীং মাম্নদবা য়াই, হায়বদি, মওঙ অমতদা লৈজবা য়াই। খুদম—

রারবা : পুন্সিসিনা ⁝ মূনা : মূনা : য়েংলম্মী //
মতম : কৌবা : ঈপাক্কী ⁝ নুংনা : কোয়বা : খোঙবান্দা //
( দয়েন্দ্রজিৎ )

মসিদা 'রারবা পুন্সিসিনা' অমসুং 'মতম কৌবা ঈপাক্কী' হায়বা তানখোঙমরু অনী অসি পূংবা ওইনা লৈ অমসুং খোনকাপমশীং মাম্নে, অনীমক্তা খোনকাপ ৭। ৭ লৈ; তৌইগুম্বসুং অহানবা তানখোঙ-মরুদা খোনকাপমশীন ৩+৪ অমসুং অনীশুবদনা ২+২+৩ অসুম্না তানখোঙমতেক্কী মওঙ মাম্নদনা লৈ। অসিগুম্না,

ঐগী : বাঁশী : মুংশিবা ⁝ তাবিয়ুনে : অশৈবা

হায়বসিদা লৈরিবা 'ঐগী বাঁশী মুংশিবা' অমসুং 'তাবিয়ুনে অশৈবা' হায়বা তানখোঙমরু অনী অসি খোনকাপমশীং মাম্নে, তৌই-গুম্বসুং অমদনা খোনকাপমশীন ২+২+৩ অমসুং অতোপ্পা অমহুদনা ৪+৩ অসুম্না লৈ। খুদম অমগা অমুক নৈনয়গা তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক্কী খেন্নবা মূম্না থঙবা ঙমগনি—

খোনকাপ ৮গী তানখোঙমরুদি তপ্না অমসুং তাশিন-খোমজিন্না অন্নাম্বা রাখল পুত্থনা চৎলি। খুদম—

লুপা মহীনা লাকপগুম ⋮ অংলবা থাবন্দা //
থাদগী লাকপা নুংশিৎনা ⋮ লিরিনা হুব্দা //
তাইবঙ মীরাওখোন তাদ্রবা ⋮ চীরুবা মতমদা //
মহৌশাগী শৈশক্লা ⋮ নঙগী নঙগ থারকপা //
নহাকপু কদায়দনো ! //

( নরেন্দ্রজিৎ )

খোনকাপ ৯ অমসুং ১০গী তানখোঙমকদি খোল্লুম্না মপুং ওইবা ছন্দদদা শীজিন্নরম্মী। অতুনা মখোয অসি অথুবা খোঙচত্তা অয়াংবা রাখল পুবা তানখোঙমরু ওইনা তৌবম্মী। হৌজিক্তি অতোপ্পা মখলগী ছন্দদা অন্নাম্বা রাখল পুবদসু শীজিন্নবা য়াওরে।

খোনকাপ ৯গী তানখোঙমক :

কাগনি হায়বসু কল্লক্কে ⋮ তাগনি হায়বসু থল্লুদে

( চাউবা )

খোনকাপ ১০গী তানখোঙমরু :

নমথেকউ নমথেকউ অথুবা কোয় ⋮
য়েংথোকউ য়েংথোকউ অপাকপা কোন //

খোনকাপ ৫ অমসুং ৭কী তানখোঙমরুগী শাজৎ (nature)-তি তানখোঙমরু অতৈগী শাজত্তগী খবা তোপ্পী। মখোয় অসি অমগা অমগা মৌলিক ওইনবা খোনকাপমশীং অনীগী তানখোঙমতেক্লা শাবা মরম্না মপুংফাদবা ( syncopated ) তানখোঙমরু ওইনা লৌবা য়াই। মখোয় অসি ঈরাঙহৌবা, অথকপা রাখল পুবা তানখোঙমরুনি।

খোনকাপ ৫গী তানখোঙমরু :

খোয়রাঙ হৈন্দা ⋮ চৌন্দম হৈনিদা

খোনকাপ ৭কী তানখোমরু :

(অ) তরেঙলৈমা শিল্লৈমা ⋮ মৈতৈগীদি লল্লৈমা
(আ) ভাগ্যচন্দ্র রাজর্ষি ⋮ ভারত-ভক্তা অহেনবা

[২৩] মৈতৈ ছন্দদা তানখোঙমরুগী মনুংদা কায়াৎ ওইনা লৈরিবা তানখোঙমতেকশিং অসিবু শীন্দোকশীল্লিন তৌনবগী তোপ-তোপ্পা নিয়ম খরা লৈ। তানখোঙমরুগী মনুংদা লৈবা তানখোঙ-মতেকশিং অদু অমগা অমগা মান্নগনি, নত্রগা মশীংগী মথংমনাও নাইনা শীনগনি—হায়বদি তেনশিল্লকপা নত্রগা শাংদোরকপা মওঙদা থমগনি। গণিতকী linear equation (রৈখিক সমীকরণ)-গুম্না তানখোঙমরুগী মনুংদা তানখোঙমতেক অমগা অমগা তাইননা চৎপদা অচুম্বা (straight) পরীংগী চাংচৎ অমা লৈহনগদবনি। নিয়ম অসি ইন্দবা তানখোঙমরুদি ছন্দগী ঈথক হোইনবা ঙমদে। মরম অসিনা ৪+২+২ নত্রগা ২+২+৩ অসিগুম্বা খোনকাপমশীন্দা তানখোঙ-মতেক থম্বা য়াই, অদুগা ৩+২+৩-দদি থম্বা য়াদে। কনা কনাগুম্বনা খোনকাপমশীং থীবদা ওন্নদুনা খোনকাপমশীন ৩+২+৩-গী তানখোঙ-মরু লৈবা য়াই হায়বসু য়াওই।

ঈশৈগী : মহুম : শাড়েদা : ঈহৌখিবা ছন্দদো

হায়বসিগী তানখোঙমরুশিং অসি খোনকাপ তরেৎনা শাবনি, অদুবু 'ঈশৈগী মহুম শাড়েদা' হায়বা তানখোঙমরু অসিবু খোনকাপ নিপালগী ওইনা লৌদুনা খোনকাপমশীন ৩+২+৩-দা থম্লবদি ছন্দ কায়গনি। অদুনা 'ঈশৈগী' হায়বা তানখোঙমতেক অসি খোনকাপ অনীদা চিংশিন্দুনা পাগদবনি। অদু ওইরবদি খোনকাপমশীন ৩+২+৩-গী মহূত্তা ২+২+৩ ওইনা থম্বা য়াগনি অমসুং ছন্দগী ঈথক হোইনবা য়াগনি। অদুনা খোনকাপমশীং লেপ্পগী মতাংসি ছন্দগী হিসাবতা খ্বাইদগী মরুওইবা রাফম্নি।

নিয়ম অসিগী মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দদা চৎনরিবা তানখোঙমরুশিংবু মথাদা পীরিবা মওঙশিং অসিদা খায়দোকই। মওঙশিং অসিনা মৈতৈ ছন্দগী শাহো (structure)-নি, হায়বদি, তানখোঙমরুগী মনুংদা লৈবা তানখোঙমতেকী খোনকাপমশীং অমসুং মশীন্দা ছন্দগী মপুংওইবা শাহো অদু লৈ।

| তানখোঙমরুগী অশাংবা | তানখোঙমতেক অনী খায়দোকপগী মওঙ | তানখোঙমতেক অহুম খায়দোকপগী মওঙ |
|---|---|---|

৪ —

২+২

চাইথি : মঙান ⋮ ঈচীক : খোম্মা

নোক্লি : লৈরাং ⋮ ভঙাং : ভঙাং

৫ —

৩+২

ম্নেংলম্মী : মানা ⋮ তুথনা : মীৎম্না

৩+২

নোক্লি : থাজনা ⋮ হুংশি : খোয়থুম্না

৬ —

৩+৩

হাপচগে : থম্মোইসি ⋮ লৌবিম্না : থম্মোইনা

২+২+২

পালম্মী : অঙ্কুইঙ ⋮

মতীক : মঙান : চাউনা

৪+২

হুংওল্লিদা : ঐদি ⋮ ওম্থোক্লা : ঙসিদি

২+৪

ইঙেনগী : অহীংদা ⋮ কপ্পদা : থাশিনা /

মালেম : থুম্নিবসে ⋮ শিন্থুরকপা : পিনা

৭ —

৪+৩

অকংবগী : থম্মোইদা ⋮

মীৎদু : পিরাঙ : শিন্থুম্মো

৩+২+২

পামজদে : ম্নিংচৎ : ঐদি ⋮

পুন্সিবু : ঈংহনবা : ওমদবা

৩+৪

ম্নেংলম্মী : হুংচীক্লনা ⋮ মরোল : লোনবা : মীৎচিনা

২+২+৩

লাইজ : ঈরীক : পক্লবা ⋮

হুংশি : মেনীং : হুক্লবা

| তানখোঙমরুগী অশাংবা | তানখোঙমতেক অনী খায়দোকপগী মওঙ | তানখোঙমতেক অহুম খায়দোকপগী মওঙ |
|---|---|---|
| | ২+৫ | |
| | চেক্লা: পাইখরবনা ; পোম্বী: হঙ্জিল্লকপদা | |
| | ৫+২ | ১+৩+৩ |
| | খীকথবিয়ুনে: কোক্তা: | বসন্ত মসমা: পুরিবা: |
| | খোজাল . লাইজ : লীক্লা | হে · অশেংবা : অশেংবা |
| ৮ — | ৭+৭ | ৭+২+২ |
| | খোংলয়েনে : খাঙ্ডমদনা : | অরিবগী: নাকেন: খাদা: |
| | ঐগী · খম্মোই লেকোন্নুংদা | |
| | ৪+৩ | |
| | শেংহনবিয়ুনে নওরা . | ২+২+৪ |
| | জোনমগী: চায়নপুং | খাজ: মঙান . শোদোকপগুম: |
| | | চাংজো: পানা: অমম্বগী |
| | | ২+৩+৩ |
| | | ঋতু কয়াদি: হৌখরে : |
| | | উ৷খ : নহাকপু: ফজবী |
| | ৩+৫ | ৩+৩+২ |
| | কংলবা : উকংহুংদগী . | নিজরি: নচানা ! ইমা |
| | খাম্বা: মৈবুল ! খোকহনবা | ২+৪+২* |
| | | মতম: খরদংগী বিদায় |
| ৯ — | ৬+৩ * | |
| | মুংথিলগী: চেক্লাবু: ওইদুনা: | |
| | পাইবিরক্লোগবা: পাম্লুবা | ৩+৩+৩ |
| | | খম্বালগী: থম্মোইদা: ঈহৌবা: |
| | | হে: অথুম্বা: অথুম্বা |

---

খম্বাম্নিচাক-য়েকপা মওঙশিং অাস মৈতৈ ছন্দদা য়াম্না তাঙনা শীজিন্নৈ।

| তানখোঙমরুগী অশাংবা | তানখোঙমতেক অনী খায়দোকপগী মওঙ | তানখোঙমতেক অহুম খায়দোকপগী মওঙ |
|---|---|---|
| ১০ | — | ৪+৩+৩ |
| | | লোঙানবা : মীৎচিগী : তেঙ্গৈনা |
| | | ৩+৩+৪ * |
| | | কৈমকোন : উচেকোন : নুংশিলৈকায় |
| | | ৪+৪+২ |
| | | নোংদমখোম্নি নুংশিথোইবা : মাগী |
| | | ২+৪+৪ |
| | | লূঘী : ওয়োক্লসু : নুংশিবনে |

[২৪] মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমতেক খায়দোকপগী মওঙশিং অসি ভারতীয় সঙ্গীতকী তাল মখায়দোকা অয়াম্বা মান্নে। তানখোঙমরু অমসুং তাল খায়দোকপগী অমতওইবা মওঙ খরা মখাদা উৎলি—

| তানখোঙমরুগী থোনকাপ | | তানখোঙমতেক খাযদোকপগী মওঙ | | মান্নবা তালগী মমিং |
|---|---|---|---|---|
| ৪ | ... | ২+২ | ... | দ্বিমাত্রিক একতাল, ধুমালী |
| ৫ | ... | ২+৩ | ... | ঝাঁপতাল |
| ৬ | .. | ৩+৩ | ... | ত্রিমাত্রিক একতাল, দাদরা |
| ৭ | ... | ৩+৪ | ... | দীপচন্দী |
| | | ৩+২+২ | ... | তেওড়া, রূপক |
| ৮ | ... | ৪+৪ | ... | কাহারবা (কার্ফা) |
| | | ২+৩+৩ | ... | ত্রিপুট তিস্র (খা ভারতকী) |
| ১০ | ... | ২+৪+৪ | ... | সূলতাল (সুরফাঁক) |

* থবান্মিচাক-য়েকপা মওঙ অসি মৈতৈ ছন্দদা য়াম্না তাঙমশীজিনৈ।

[২৫] অমগা অমগা মান্নবা নম্রগা পুংবা ওইনবা তানখোঙ-মরুশিংগী মন্নুংদা তানখোঙমত্তেক খায়দোকপগী মওঙ মান্ননা অমদি মান্নদনা লৈবা য়াই।

নুংশি : -খানৌ : ঐগী। খোয়নৌ / ঙসি : ইনৌ : নৌরে

শৈখোঙ অসিগী অহানবা তানখোঙমরু অহুম্মক অমগা অমগা মান্নে অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙমক্কী খোনকাপমশীং মরিনি অদুগা খোনকাপমশীন্না ২+২নি।

অদুগা,

থম্মোই : -লৈকা। হাংজরে : হৈথবিরো। নুংশিবা :
থুপ্পা থম্বা। অথুম্বা : লোইনা : চিংখোকপিদ্রনা

শৈখোঙ অসিগী তানখোঙমরুশিং অসি অমগা অমগা মান্নে অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙদা খোনকাপ তরেৎ লৈ। তৌইগুম্বসুং খোনকাপমশীন্দি মান্নদে—অহানবা তানখোঙমরুদা ২+২+৩, অনী-শুবদা ৪+৩, অহুমশুবদা ২+২+৩, মরিশুবদা ৩+৫ অসুম্না লৈ।

## খোম্থোক্কী মখল

[২৬] খোনকাপকী চাং লেপ্পবগীদমক মৈতৈ ছন্দদা খোম্থোক্কী মখল অসুম্না খায়দোকপা য়াই—


খোংচোক
তিন্নদবা
তিন্নবা
অতেনবা
(অয়াংবা)
(খোনকাপ-চেন্নজবা)
[১]
অশাংবা
(য়াম্না-থীনবা)
(খোনকাপ-ইথিল্লাংবা)
[২]
মীমতাবা
(বাহৈগী নত্রগা তানখোঙ-মতেক্কী অরোইবদা লৈবা)
মপুংচনবা
(বাহৈগী নত্রগা তানখোঙমতেক্কী অহোৌবা অমসুং মরক্তা লৈবা)
অশাংবা
(অয়াংবা)
(খোনকাপ-চেন্নজবা)
[৩]
অতেনবা
(য়াম্ন-থুবা)
(খোনকাপ-ইথিল্লাংবা)
(খোঙ্ময়াওবা)
[৪]
অতেনবা
(অতপ্পা অথুবা)
(খোনকাপ-চেন্নজবা)
(অরুম্বা)
[৫]
অশাংবা
(অতপ্পা-অথীনবা)
[৬]

মথক্তা উৎলিবা খোম্হোক মখলশিং অসিগী খুদম মখাদা পীরি :

"ভক্ত: রাম: -কৃষ্ণগী / পূজা : -অঞ্জলিনা: লৈতেং: -বা"

শৈখোঙ অসিদা 'রা', 'ম', 'গী', 'পূ', 'জা' অসিনচিংবা খোম্হোকশিং অসি মখল (১) গী মনুংচল্লি। অসিগুম্বা খোম্হোকশিংদি মহৌশানা অতেনবনি, অতুনা মখোয় অসিবু 'খোনকাপ-চেন্নজবা' (স্বভাবমাত্রিক) হায়বদি মহৌশাগী খোনকাপ চেন্নবা হায়বা য়াই। অতুগা হোৎনবা য়াওদনা হায়দোকপা য়াই হায়তুনা মখোয় অসিবু 'অয়াংবা' (লঘু) হায়বস্মু য়াই।

শৈখোঙ অসিগী 'তেং' হায়বা খোম্হোক অসি মহৌশাগী খোনহায় মতুংইন্না অশাংবনি, অতুনা মসিবুস্মু 'খোনকাপ-চেন্নজবা' হায়বা য়াই। অসিগুম্বা খোম্হোক অসি থোইদোকপা হোৎনবা য়াওদনা হায়দোকপা য়াই, অতুনা মসিবুস্মু 'অয়াংবা' হায়বা য়াই। মরম অসিনা হায়রিবা খোম্হোক অসি মখল (৩)-গী মনুংচল্লি।

শৈখোঙ অসিগী 'ভক্ত', 'কৃষ্ণ', 'অঞ্জলি' হায়বা ৱাহৈশিংসিগী মথংশীৎনা 'ভক্', 'কৃষ্', 'অঞ্', হায়বা খোম্হোকশিং অসিনা মখল (৫)-গী মনুংচল্লি। হায়রিবা মফমশিংসিদা ব্যঞ্জনময়েক পূনশিন্নবা মরম্না তিন্নবা খোম্হোক লৈহল্লি। খোম্হোক অমগী খোন্নিলগা মতুংগী থংনবা খোম্হোক-খোন্নিলগা তিন্নরি। মহৌশাগী খোনহায় মতুংইন্না খোম্হোকশিং অসি অতেনবনি। মরম অতুনা মখোয় অসিবুস্মু 'খোনকাপ-চেন্নজবা' হায়বা য়াই। তৌইগুম্বস্মুং মখোয় অসি হায়-দোকপদা হোৎনবা অমা য়াওই। অতুনা মখোয় অসিবু 'অরাম্বা' (গুরু) হায়বা য়াই। অয়াংবা খোম্হোকুম্না মখোয় অসি মনীংতম্না শীজিন্নবা য়াদে, নিয়ম খরগী মখাপোন্ন শীজিন্নে (নিয়মশিং অসি মতুংদা হায়রকখিগনি)।

"ইচা ঋষি কয়ানা / বেদমন্ত্র শকখিবা"

শৈখোঙ অসিদা 'চা', 'ষি', 'য়া', 'বে' হায়বা খোন্থোকশিং অসি মখল (২)-গী মন্নুংচল্লি। খোন্থোকশিং অসি মহৌশানা শাংবা নত্তে, চিংথবা খোনগী ইথিল অমনা শাংহনবনি তিন্নদবা খোন্থোক্কী মহৌশানা লৈজবা খোনকাপ্পু অস্তুম তৌনা শাংদোকহনবা মরম্না মখোয় অসিবু 'চিংথোক্কুনা-শাংবা' (প্রসার-দীর্ঘ) হায়বা য়াই। অহেনবা ইথিল অমনা মখোয় অসিগী খোনকাপ লেপ্পী হায়তুনা মখোয় অসিবু 'খোনকাপ-ইথিল্লাংবা' প্রভাবমাত্রিক) হায়বা য়াই।

"ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থম্মোই / পাঞ্চজন্যগী খোন্জেল্লা"

শৈখোঙ অসিদা 'ঈহৌহল্লো হায়বা রাহৈসিগী 'হৌ' অমসুং 'হল্' অতুগা 'পাঞ্চজন্যগী' হায়বা রাহৈসিগী 'পাঞ্চ্' অমসুং 'জন্' হায়বা খোন্থোকশিং অসি মখল (৬)-কী মন্নুংচল্লি। হায়রিবা মফমশিংসিদা তপ্পবা ময়েক শীজিন্নরবস্সু তপ্পরিবা ময়েকশিংতুগী তিন্নবা খোন্থোক নল্লগা বাঙ্গনময়েক্কী য়ানশিন্নবা খোন্থোক য়াওদে। 'ঈহৌহল্লো' হায়বা রাহৈসিগী 'হল্' অমসুং 'লো' খোন্থোক অনীসিগী মরক্তা অতুগা 'পাঞ্চজন্য' হায়বা রাহৈসিগী পাঞ্চ্' অমসুং 'চ', 'জন্' অমসুং 'ন্য' খোন্থোকশিংসিগী মরক্তা অহাঙবা খজিক্তং লৈ। অসিগুম্বা খোন্থোক মহায়দোক অসি য়াম্না তোয়না শীজিন্নদে, তৌইগুম্বসুং মসিদ লৈয়েংগী হোৎনবা থোইদোকপা য়াওদবা মরম্না অসিগুম্বা মহায়দোক অসি ঐখোয়না হৈনৈ।

"ওয়গী ঃ তম্ফা ঃ বাংঙম্ ঃ-লোল / চীন্দম্ঃ হৈনিদা"

শৈখোঙ অসিগী 'ঙম্', 'দম্' হায়বা খোন্থোকশিং অসি মখল (৪)-গী মন্নুংচল্লি। অসিগুম্বা খোন্থোকশিং অসি মহৌশানা তেনবা নত্তে, খোল্লুমগী ইথিলতনা মখোয়গী খোনকাপ চিংশিনবনি। মরম অহুনা মখোয় অসিবু 'চিংশিন্দুনা-তেনবা' (সংকোচ-হ্রস্ব) হায়বা

য়াই। করিগুম্বা ইথিল অমনা মখোয়গী খোনকাপকী চাং লেপহনবা মরম্না মখোয় অসিবুসু খোনক'প-ইথিল্লাংবা' হায়বা য়াই।

মৈতৈলোন্দা চৎনরিবা মহৌশাগী ওইবা খোন্থোক-মহায়দোক্কী নিয়মদা মহৌশানা রারেংদা শীজিন্নবা মহায়দোক্কী মতুংইন্না মখল (১), (৩) অমসুং (৫)-গী খোন্থোকশিং অসি ফংই। মরম অদুনা মখোয় অসিবু **'খোনকাপ-চেন্নজবা'** (স্বভাবমাত্রিক) কৌরিবনি। শৈনিন্থোই ছন্দলৈরেংদা চাংওইনা খোনকাপ চেন্নজবা খোন্থোক ঙাক্তা শীজিন্নৈ। করি করিগুম্বা মতমদা শীজিন্নদবসু য়াওই। শৈনিন্থোই ছন্দলৈরেং নৈনরকপা মতাংদা রাফম অসি খঙবা ঙমগনি। অদুগা য়েংশিনগদবা অমনা মখল (৫) গী খোন্থোক-মহায়দোক অসি মহৌশাগী ওইনা তোরবসু হোৎনবা অমা য়াওই, হায়বদি, অরাম্বনি। খোনকাপ-চেন্নজবা নত্তবা খোন্থোকশিং অসিবু- হায়বদি মখল (২), (৪), (৬)-কী খোন্থোকশিংবু **'খোনকাপ-অশেম্বা'** (কৃত্রিমমাত্রিক) হায়বা য়াই।

মখল (১) অমসুং (৫) গী খোন্থোক হায়দোকপদা থোইদোকপা হোৎনবা চঙদে। অসিগুম্বা খোন্থোক হায়দোকপদা মতম পূন্নমক্তা মহৌশাগী ওইনা হৈনবা অমা লৈ। মরম অদুনা মখোয় অসিবু **'অয়াংবা'** (লঘু) হায়বা মিংথোল অসিনা খঙনৈ।

মখল (২) অমসুং (৪)-গী খোন্থোক্তি থোইদোকপা ইথিল (প্রভাব) অমনা হায়দোকহল্লি। খোনকাপ খেন্নরবসু অনীমক মহৌশাগী খোনহায়দগী হেন্দোকই হায়দুনা মখোয়বু **'খোনকাপ-ইথিল্লাংবা'** (প্রভাবমাত্রিক) হায়বা মখল অমা ওইনা থম্মী।

মতাং অসিদা অয়াংবা অরাম্বা অমসুং অতেনবা অশাংবা খোন্থোক শীজিন্নবগী মরমদা সংস্কৃতকা মৈতৈলোনগা খেন্নবসি য়েংশিন্নীঙাইনি। সংস্কৃততা অতেনবা খোন্থোক পূন্নমকপু অয়াংবা অমসুং অশাংবা খোন্থোক পূন্নমকপু অরাম্বনি হায়না লৌই। সংস্কৃতকী খোন্থোক-মহায়দোক্কী

খোইদোকপা মওঙ লৈবনা সংস্কৃত ছন্দদা অতেনবা অমসুং অয়াংবা, অশাংবা অমসুং অরোম্ববু অর্থ অমতদা শীজিন্নৈ। তৌইগুম্বসুং মৈতৈ-লোলগী খোম্হোক-মহায়দোক্কী পথাপ্ত সংস্কৃতকীগা মান্নদে, মরম অদুনা অতেনবা খোম্হোক পুন্নমকপু অযাংবা অদুগা অশাংবা খোম্হোক পুন্নমকপু অরোম্বা অসুম্না হায়বা য়াদে। অতেনবা অমসুং অয়াংবা হায়বসি মখল অমতগী চাং নত্তে; অশাংবা অমসুং অরোম্বা হায়বসিসু তোঙান তোঙানবা মখলগী চাংনি। অতেনবা অমসুং অশাংবনা খোম্হোক্কী মতমগী চাং খঙহল্লি অদুগা অয়াংবা অমসুং অরোম্বনা খোম্হোক্কী মরোম ( intensity ) হায়বদি খোম্হোক হায়দোকপদা হোৎনবগী চাং খঙহল্লি।

[২৭] **মৈতৈলোলগী খোম্হোক মহায়দোক্কী নিয়মদা অতেনবা অমসুং অশাংবা স্বর খায়দোক্তে,** হায়বদি, তিন্নদবা খোম্হোক হায়দোকপা মতমদা অতেনবা স্বর অশাংবা স্বর অনী থৌওইনা খেন্নহন্দে—অতেনবা স্বরনা শাংনা হায়দোকপসু য়াওই, অশাংবা স্বরনা তেন্না হায়দোকপসু য়াওই। অতেনবা নত্রগা অশাংবা স্বরনা খোম্হোক ওইনা লৈরবসু অমদি খোম্হোক্কী মমৈ চন্নবসু তেন্না হায়দোকপা তিন্নদবা খোম্হোক অদুবু **অতেনবা খোম্হোক** কৌই। অতেনবা খোম্হোক অমা হায়দোকপদা চঙবা মতম অদু খোনকাপ অমগী চাংনি। অদুগা খোনকাপ অমগী চাংদগী হেন্না মতম চঙনা হায়দোকপা খোম্হোক অদুবু **অশাংবা খোম্হোক** কৌই। তিন্নবা তিন্নদবা খোম্হোক অনীমক করিগুম্বা ইথিল ( প্রভাব ) অমনা নত্রগা খোনহায়গী মতুংইন্না অতেনবা অশাংবা খোম্হোক ওইহনবা য়াই। চাংওইনা অশাংবা খোম্হোক অমমম্বু খোনকাপ অনী ওইনা লৌই।

মৈতৈ ছন্দদা অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্হোক খায়দোকপদা অতেনবা খোম্হোক তাক্নবগী দমক খোম্হোক্কী মথক্তা অশম-খুদম [+]

অমসুং অশাংবা খোম্থোক তাক্লবগীদমক খোম্থোক্কী মথক্তা অশম-খুদম [—] শীজিন্নৈ। অতুগা খোম্থোক্কী মশক শুনা খঙহনবা মতাংদনা খুদম [ ∘ ] না তিন্নদবা অতেনবা খোম্থোক, খুদম [ ‖ ]-না তিন্নদবা অশাংবা খোম্থোক, খুদম [ + ]-না অরূম্বা খোম্থোক, খুদম [ ´ ]-না খোল্লুম য়াওবা খোম্থোক, খুদম [ — ]-না মচুংচনবা তিন্নবা অশাংবা খোম্থোক অমসুং খুদম [ ৪ ]-না মমৈতাবা তিন্নবা অশাংবা খোম্থোক খঙনগনি। খুদমশিং অসিনা মথক্কী শৈখোঙশিং অসিদা অস্থুম তৌনা খোম্থোক্কী খোনকাপ খঙহনবা ঙম্মী।

+ ∘ ∘ ∘ + ∘ ∘ ∘ ∘ — ∘ ∘ ∘ + ∘̊ ‖

ভক্ত ⁝ রাম ⁝ কৃষ্ণগী / পুষ্প-অঞ্জলিনা ⁝ নৈতেং -বা = ৭ + ১২

∘‖ ∘ ‖ ∘ ‖ ∘ ‖∘ — ∘ — ∘ ∘

ইচা ঋষি কয়ানা / বেদমন্ত্র শর্কখিবা = ১০ + ১০

∘ ∘̊ — ∘ ‖ ∘ ∘ + / — ∘ — ∘ ∘ ‖ + ∘

ঈহৌ · হল্লো ⁝ বাঁশীগী ⁝ থম্মোই/শাঙ্ক ⁝ জন্মগী ⁝ খোঙ্গেন্না

= (৬ + ৬) + (৭ + ৩)

[২৭] হায়দোকপগী অয়াঙবগী * চাং খেন্নবা মতুংইন্না খোম্থোক্কী খোনকাপ খেন্নৈ। অয়াঙবগী চাং মখল অহুম্নি— অথুবা, ময়ায়ওইবা, অথীনবা। ময়ায়ওইবা চাংগী মহায়দোক্লা ঐখোয়গী হৈনবা অমসুং হোনশা ওইনা তৌই। অয়াংবা খোম্থোক্কি ময়ায়ওইবা চাংদা হায়দোকই। খোল্লুম তাবা মতমদনা য়াম্না-থুবা চাংদা হায়দোকই। অরূম্বা খোম্থোক হায়দোকপগী অয়াঙবগী চাংদি অতপ্পা-অথুবনি, হায়বদি, ময়ায়ওইবা অমসুং য়াম্না-থুবগী মরক্তা লৈ। তিন্নদবা অশাংবা খোম্থোক্কি য়াম্না-থীনবা চাংদা হায়দোকই। মচুংচনবা তিন্নবা খোম্থোক শাংনা হায়দোকপা মতমদনা অয়াঙবগী চাং অতপ্পা-অথীনবনি, হায়বদি, ময়ায়ওইবা অমসুং য়াম্না-থীনবগী মরক্তা লৈ। মরম অদুনা অয়াঙবগী চাং মতুংইন্না খোম্থোক্কী মখল অস্থুম্না থাম্নদোকপা য়াই—

* অয়াঙবা —speed, tempo.

**য়াম্না-থুবা**=মমৈতাবা তিন্নবা অতেনবা [ ´ ] (খোল্লূম য়াওবা) ( খোনকাপ-ইথিল্লাংবা )

**অতপ্পা-অথুবা**=মঙ্গুংচনবা তিন্নবা অতেনবা [+] ( অরাম্বা ) ( খোনকাপ-চেন্নজবা )

**ময়ায়ওইবা** = তিন্নদবা অতেনবা [ ∘ ] / = মমৈতাবা তিন্নবা অশাংবা [ ঃ ] ( অয়াংবা ) ( খোনকাপ-চেন্নজবা )

**অতপ্পা-অথীনবা**= মঙ্গুংচনবা তিন্নবা অশাংবা [—]

**য়াম্না-থীনবা**= তিন্নদবা অশাংবা [ ‖ ] ( খোনকাপ-ইথিল্লাংবা )

অরাম-অয়াংগী মতুংইন্না খোনকাপ-চেন্নজবা খোম্হোক মখল অনীনি, অদুগা য়াম্না-থুবা অমসুং য়াম্না-থীনবা চাংগী মতুংইন্না খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোম্হোক মখল অনীনি। অথুবা অমসুং অথীনবা চাংদি অমগা অমগা ওন্নতৈনৈ।

## খোনকাপকী পথাপ

[২৮] (ক) **করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমতদা খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোম্হোক অমদগী হেন্না লৈবা য়াদে।**

খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোম্হোক্তা মহৌশাগী খোনহায় ( উচ্চারণ ) মনীংতম্মী। তানখোঙমতেক অমতগী মঙ্গুংদা অসিগুম্বা খোম্হোক অসি অমদগী হেন্না শীঞ্জিন্নরবদি খোনহায়গী নিয়ম মপান থোকপনি। মরম অদুনা

য়াম্না-থুবা ( খোল্লুময়াওবা ) খোম্থোক অমা য়াওরবা তানখোঙমতেক্কী মতুংদা য়াম্না-থুবা নত্রগা য়াম্না-থীনবা অতোপ্পা খোম্থোক অমতা লৈবা য়ারোই, অদুগা য়াম্না-থীনবা খোম্থোক অমা য়াওরবা তানখোঙমতেক্তা য়াম্না-থুবা নত্রগা য়াম্না-থীনবা অতোপ্পা খোম্থোক অমতা লৈবা য়ারোই।

**(খ) খোনকাপ-ইথিল্লাংবা করিগুম্বা খোম্থোক্কা অয়াঙবগী চাং ওন্নতৈনবা খোম্থোক্কা পূন্না তানখোঙমতেক অমতদা শীজিন্নবা য়াদে।**

মরম অদুনা য়াম্না-থুবা ( খোল্লুময়াওবা ) খোম্থোক য়াওবা তানখোঙমতেক্তা অতপ্পা-অথীনবা নত্রগা য়াম্না-থীনবা খোম্থোক লৈবা য়াদে, অদুগা য়াম্না-থীনবা খোম্থোক য়াওবা তানখোঙমতেক্তা অতপ্পা-অথুবা ( অক্লম্বা ) নত্রগা য়াম্না-থুবা (খোল্লুময়াওবা) খোম্থোক শীজিন্নবা য়াদে।

**(গ) অয়াংবা খোম্থোক শীজিন্নবদা য়াদবা করিগুম্বা অমতা লৈতে— মতম পূন্নমক্তা অমসুং মফম পুন্নমক্তা শীজিন্নবা য়াই।**

খোনহায়গী ( উচ্চারণগী ) মরুওইবা নিয়ম খরসি নীংশিংলগা খঙবা ঙমগনি— অয়াঙবগী চাং মখল মঙাগী খোম্থোক্কী মতিন্ন মখল পূন্নমক ছন্দদা লৈবা য়াদে, মতিন্ন মখল খরতমক লৈবা য়াই।

অক্কগী পোথমদা মথাগী মতিন্ন ১৫ অসি লৈবা য়াই—

| | | |
|---|---|---|
| (১) | য়াম্না-থুবা+য়াম্না-থুবা | × |
| (২) | ,, +অতপ্পা-অথুবা ( অক্লম্বা ) | |
| (৩) | ,, +অয়াংবা | |
| (৪) | ,, +অতপ্পা-অথীনবা | × |
| (৫) | ,, +য়াম্না-থীনবা | × |

(৬) অতপ্পা-অথুবা ( অরাম্বা ) + অতপ্পা-অথুবা (অরাম্বা)
(৭) „ + অয়াংবা
(৮) „ + অতপ্পা-অথীনবা
(৯) „ + য়াম্না-থীনবা ×
(১০) অয়াংবা + অযাংবা
(১১) „ + অতপ্পা অথীনবা
(১২) „ + য়াম্না-থীনবা
(১৩) অতপ্পা-অথানবা + অতপ্পা-অথীনবা
(১৪) „ + য়াম্না-থীনবা
(১৫) য়াম্না-থীনবা + য়াম্না-থীনবা ×

মথক্তী ২৮(ক) অমসুং ২৮(খ)-গী পথাপ মতুংইন্না খুদম ×-গী মপাদা লৈরিবা মতিন্নশিং অসি ছন্দদা চংনদে।

**[২৯] মৈতৈলোন্দা অতেনবা অশাংবা তিন্নদবা স্বর পূম্নমক অয়াম্বা মতমদা অতেনবা ওইনা শীজিন্নে। মরম অদুনা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্বোকপু মহৌশানা খোনকাপ অমা ওইনা লৌই। করি করিগুম্বা মফমদা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা অশাংবা খোম্বোক ঊবা ফংই।** মদুদি :—

(ক) চুম্নগী-খোন্নিল খঙনবা, হুংগী-ঈহৌ-খঙনবা অমদি কৌবা-খঙনবা খোম্বোক অমতগী য়াহৈগী মমৈতাবা স্বর অদু অশাংবনি হায়না লৌবা য়াই। খুদম—

ময়ারকারবা লাজোইশা ⋮ কাম্নি কী কী শাউবনা

বা বা বা ! ⋮ লম্বোইবনসু ⋮ মীনম্বা !

হো ইমা ইমাও ⋮ ঐসু লাকে ইমাও

(খ) রাহৈগী অরোইবদা খোম্থোক নমশিনখ্রগা মতুগী মমৈদা স্বর লৈরবদি স্বর অদু অশাংবা ওইনা লৌবা য়াই। খুদম—

য়েংদ য়েংই তূমিন্না ⋮ বাদি ওাঙদ করিস্ত

(গ) সংস্কৃত বাংলানচিংবা অতোপ্পা লোন্দগী চঙলকপা রাহৈগী মমুংদা য়াওবা অশাংবা খোম্থোকশিং অদু হান্নগুম্না অদুম শাংহনবা য়াই। খুদম—

বীর ব্রজবাসী পোকচবীনি নঙদি

অসিগুম্বা খোম্থোকপু মতম পূম্নমক্তা অশাংবা খোম্থোক ওইনা লৌদবা য়াদে হায়বা করিস্ত লৈতে; অদু ওইরবস্ত মখোয়বু চন্নফম মতুংইন্না শাংহনবা য়াই অমস্তুং শাংহল্লি।

(ঘ) ছন্দগী চন্নফম মতুংইন্না অতোপ্পা মফমশিংদস্ত তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্থোকপু অশাংবা ওইনা লৌবা য়াই। খুদম—

হৈনোবনগী লৈবীবু ⋮ চূপচরিবী চেক্লাদো ⋮
নঙগী মরূপলোইনিদো (শীতলজিৎ)

তোইগুম্বস্তুং অমুম তোনা শাংদোকহনবসি মহৌশাগী ওইদবনা মফম পূম্নমক্তা ফজনা থোক্তে।

## [৩০] তিন্নদবা খোম্থোক শাংদোকহনবগী মরূমদা নিয়ম খরা লৈ।

### (অ) করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমদা তিন্নদবা খোম্থোক অমদগী হেন্না শাংদোকহনবা য়াদে।

অসিগুম্বা খোম্থোক অসি হায়দোকপদা লৈয়েংগী খোইদোক-হেন্দোকপা হোৎনবা অমা চঙই। খোন্নিল-ঈচেলগী খ্বাইদগী পীকপা ঊথক্তা নত্রগা তানখোঙমতেক্তা য়াঙবগী (খোঙথাং পুবগী) চাংচৎ কায়হন্দনবা অসিগুম্বা খোম্থোক অসি অমদগী হেন্না শীজিন্নদে।

০ ঃ + ০ ০ ॥ ০ ০ ঃ + ০ ॥ ০ ০
কদায়ঃ নঙগী · বীণাদিঃ অহুক! নোবা! সুরদো ঃ
+ ঃ —০০ ০ — ০
মৈতৈ' নৈমগী ' থনাউদো

(শীতলজিৎ)

মথক্কী শৈখোঙ অসিদা শাংদোকহনবা তিন্নদবা খোম্হোক শীজিন্নরি। তানখোঙমতেক অমদা শাংদোকহনবা তিন্নদবা খোম্হোক, হায়বদি য়ান্না-থীনবা খোম্হোক অমদগী হেন্না শীজিন্নদে। *

॥ ॥
কদায়ঃ নঙগীঃ বীণাদিঃ · .... ....
নত্রগা
॥ ॥
কদায়! নঙগীঃ বীণাদিঃ .... .... ....

অসুম্না ওইহল্লবদি ছন্দ কায়গনি। অদুগা করি করিগুম্বা মফমদা নিয়ম অসি ইন্দ্রবসু ছন্দ কায়দনা উবা য়াওই। তৌইগুম্বসুং কৃপা য়েংশিল্লবদি শাংদোকহনবা খোম্হোকশিং অদু তোঙান তোঙানবা তানখোঙমতেক্কী মসুংদা লৈ হায়বা খঙগনি।

থুদম—

০ ॥ ॥ ০ ॥ ॥
কুবিঃ ন্নিঃ মপুঃ দি = (৩ + ২) + (৩ + ২)
০ ॥ ॥ ০ ॥ ॥
কন্নিঃ শীঃ বারুঃ ন্নি = (৩ + ২) + (৩ + ২)

---

* সংস্কৃতকী থোনহায় মতুংইন্না 'বীণা'-গী 'বী' অসি অশাংবা খোম্হোক ওইফম থোকপনি, অদুগা 'সুরদো' হায়বসিগী 'সু' অসিনা বাংলা থোনহায় মতুংইন্না অতেনবা খোম্হোক ওইকম থোকপনি; অদুবু মসিদা মৈতৈ থোনহাযগী মতুংইন্না 'বী' অমসুং 'সু' অসি মথংশীংনা অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্হোক ওইরি।

**(আ) করিগুম্বা তানখোঙমরু অমতদা থংন-থংননা খোঙ্লোক অনীদগী হেন্না শাংদোকহনবা য়াদে।**

০॥ ॥ ॥ ০॥ ॥ ॥
রাগি : নী শী : মহা : মে : লা /
—০ ॥ ॥ ॥ ০ঃ ॥
য়াওরু : য় : সি : হে : অনৌ : বা

শৈখোঙ অসিগী অহানবা তানখোঙমরু অনীমক্তা থংন-থংননা শাং-দোকহনবা খোঙ্লোক অহুম অহুম লৈরি। মসি মৈতৈ খোনহায়গা ওন্নতৈনবনি, কা হেন্না থংন-থংন কোথবনা মহৌশাগী খোনহায় তাদে— অহুনা তাবদা মুংঙাইনা থোক্কে। শৈখোঙ অসি মখাগী অমুন্না পারবদি মহৌশাগী খোনহায় তাগনি—

০॥ ০॥ •॥ ০॥
রাগি : নীগী : মহা : মেলা /
—০ •॥ ॥ •—০
য়াওরু : য়সি : হে : অনৌবা

অহুগা করি করিগুম্বা মতাংদা শৈখোঙ অমতগী মমুংদা চপমান্নবা ময়েক্তা শাবা খোঙ্লোকশিংগী মরক্তা শাংদোকহনবা অমমুং শাং-দোকহন্দবা অনীমক লৈবা য়াওই। খুদম—

০॥০ — +০০০০ ০॥ +০
কনানা : হায় : তীম্নি : কনানা : উনা : মাম্নি (কমল)

মসিদা 'না' খোঙ্লোক মঙারক য়াওরি, তৌইগুম্বসুং অনী অমদি শাংদোকহল্লগা অহুম অমদি শাংদোকহন্দে।

**( ই ) করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমদা য়াম্না-থীনবা খোঙ্লোক শীজিন্নরবদি তানখোঙমতেক অড়ুদা অথুবা খোঙ-থাংগী করিগুম্বা খোঙ্লোক অমতা শীজিন্নবা য়াদে।**

মরম অহুনা তিন্নদবা খোঙ্লোক শাংদোকহনবা তানখোঙমতেক্তা অন্নাম্বা নত্রগা খোল্লুময়াওবা খোঙ্লোক শীজিন্নদে। অহুনা

+ ॥ • ০ + ০ ॥ /
"য়াওক: রনি" নত্রগা 'য়াওরু: রসি"

অসুম্না হায়বা য়াদে।

**(ঈ) তিন্নদবা খোন্থোক শাংদোকহনবগী মতাংদা মহৌশানা 'আ', 'এ'-না চম্বা খোন্থোক্না তিন্নদবা স্বর অতৈ অতৈনা চম্বদগী শাংদোকহনবদা মতীকচায় হায়না লৌনরবসু অর্থগী মতুংইনবা খোনহায়না খ্বাইদগী মতীকচাবনি হায়না লৌগবদনি।**

×॥ '।×
য়াকায়হৈবী সুজাগী/সুংদা চীকপা মীৎচিনা

শৈখোঙ অসিদা ঐখোয়না উরি — থুদম × অসিনা তাক্লিবা খোন্থোকশিং ('জা' অমসুং 'না') অসি 'আ'-না চম্বা ঙাক্তনি। মরম অদুনা শাংদোকহল্লিবা খোন্থোকশিং অসিদগী মখোয় অসিনা শাংদোকহনবদা হেন্না মতীকচাফম থোকপনি। অদুবু অর্থগী মতুং-ইনবা খোনহায়গী মতুংইন্না শাংদোকহল্লিবশিং অসিনা খ্বাইদগী মতীকচাবনি হায়না লৌরি।

(উ) করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমদা তিন্নদবা খোন্থোক শাংদোকহনবা তারবদি তানখোঙমতেক্কী অহানবা খোন্থোকপু, মতীক চারবদি, খ্বাইদগী মফমচাবনি হায়না খনগনি; মতীক-চাত্রগনা তানখোঙমতেক্কী অরোইবা খোন্থোক অমসুং মদুসু মতীক-চাত্রগনা মরক্তা লৈবা খোন্থোকপু শাংদোকহনগনি। তৌইগুম্বসুং **শাংদোকহনবা খোন্থোক্তি মতম অম্নাম্বদা তানখোঙমতেক্কী অহৌবা খোন্থোক ওইগনি।**

তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা মফমদা মতীকচাবা চাদবগী মতুং-ইন্দবা য়াওই। থংনবা তানখোঙমতেক নত্রগা তানখোঙমরু খরদা পুংবা ওইনা মপা অমতদা শাংদোকহনবা খোন্থোক লৈরবদি ছন্দগী

খোঙথাং মায়হন্নবগীদমক করি করিগুম্বদা হেন্না মতীকচাবা খোম্থোক শাংদোকহনবগী মহুত্তা অতোপ্পা খোম্থোক শাংদোকহনবা য়াওই।

থূদম —
ঈথকা চাননা ⋮ দূংশিবা কোলোম্বনা।

নোংগী তাহাবু ⋮ পীরিবা (চাউবা)

শৈখোঙ অসিগী অহুমশুবা তানখোঙমরুগী অরোইবা খোম্থোক্তগী অরোইবগা তাইনবা খোম্থোক্না শাংদোকহনবদা হেন্না মতীকচায়, তোইশুম্বসুং অহানবা তানখোঙমরু অনীগী অরোইবা খোম্থোক শাংদোকহনবা মরম্না অহুমশুবা তানখোঙমরুদসু অরোইবা খোম্থোক শাংদোকহল্লি। মতৌ অসিগুম্না মথাগী শৈখোঙ অসিদসু অহুমশুবা তানখোঙমরুগী অহানবা খোম্থোক্না অনীশুবা খোম্থোক্তগী শাংদোকহনবদা হেন্না মতীকচারবসু অনীশুবা খোম্থোকপু শাংদোকহল্লি।

অতিয়া কোর্বাক্কা : ইরিবা মরেকসে / পাঙ্গবা কনা লৈ

[৩১] তিন্নবা খোম্থোক, হায়বদি ব্যঞ্জন্না চম্বা অমসুং তিন্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্কী রাকম্না তোঙানবনি। মখোয় অসিদি মহোশানা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্তগী থরা হেন্না শাংই। মরমদি ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক্কী মচুংচনবা স্বর হায়দোক্লবা মতুংদসু অরোইবা ব্যঞ্জনময়েক হায়দোকপদা মতম থরগা হেন্না চঙই; মতৌ অচুগুম্না তিন্নবা স্বরগী মচুংদা মরুওইবা (syllabic) স্বরগী মচুংদা লৈবা মরুওইদবা (non-syllabic) স্বর অচু হায়দোকপদা মরুওইবা স্বর হায়দোক্লবা মতুংদসু মতম থরগা হেন্না চঙই। মরম অচুনা ব্যঞ্জন্না চম্বা অমসুং তিন্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোকপু **তিন্নবা খোম্থোক** (যৌগিক অক্ষর) কৌরিবনি। ছন্দগী মচুংদা শীজিন্নবা তারবদি মখোয় অসিবু খোনকাপ অমগী নত্রগা অনীগী ওইনা লৌগনি; হায়বদি, থরা থুনা হায়দোক্তুনা তেনশিলহগদবনি নত্রগা থরা থীনা হায়দোক্তুনা শাংদোকহনগদবনি।

তৌইগুম্বসুং **রাহৈগী নল্লগা তানখোঙমতেক্কী মমৈতাবা তিন্নবা খোঙ্হোক্তি অশাংবা ওইনা লৌবনা নিয়মনি।** অদুনা 'ইমোম', 'লাংলেন', 'সনাহল' হায়বা রাহৈশিং অসি মথংশীৎনা খোনকাপ ৩, ৩, ৪নি হায়না লৌগনি। মমৈতাবা তিন্নবা খোঙ্হোক্তা অকনবা খোল্লুম তারবা মতমদা খোল্লূমগী ইথিলনা অতেনবা ওইগনি।

তানখোঙমতেক্কী নল্লগা রাহৈগী অরোইবা নত্তবা অতোপ্পা মফমদা, হায়বদি রাহৈগী নল্লগা তানখোঙমতেক্কী অহৌবা অমস্তুং মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোঙ্হোক্তি মহৌশানা অতেনবা ওইনা হায়দোকই। অসুম্না হায়দোকপা অসিদা হোৎনবা অমা চঙই, অদুনা মখোয় অসিবু **অরূম্বা খোঙ্হোক** হায়না খঙনৈ। খরা থীনবা খোঙথাংদা হায়দোক্লবদি রাহৈগী অহৌবদা নল্লগা মরক্তা লৈবা খোঙ্হোকসু অশাংবা ওই। অসিগুম্বা মহায়দোক অসি লায়না পাঙথোকই অমস্তুং মসিদা ঐখোয়গী মহৌশা ওইনা হৈনবা অমা লৈ।

রাহৈগী নল্লগা তানখোঙমতেক্কী অরোইবদা লৈবা তিন্নবা খোঙ্হোকপু **মমৈতাবা তিন্নবা খোঙ্হোক** কৌই। অদুগা রাহৈগী নল্লগা তানখোঙমতেক্কী অহৌবা অমস্তুং মরক্তা লৈবা খোঙ্হোকপুনা **মনুংচনবা তিন্নবা খোঙ্হোক** কৌই।

[৩২] **করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমদা অরূম্বা খোঙ্হোক (তিন্নবা অতেনবা খোঙ্হোক) লৈরবদি তানখোঙমতেক অদুগী অরোইবা খোঙ্হোক অদু মহৌশানা অল্লাংবা ওই। করি করিগুম্বদা অরোইবা খোঙ্হোক্তা খোল্লুম তাই, মতুদদি খোঙ্হোক অমতসু অল্লাংবা ওইদবা য়াই।**

মথক্তা হায়খ্রে, স্বরগী অরূম্বা হেঙ্গৎপা হন্থবগী মতুংইন্না তানখোঙমতেক খায়দোকপা য়াই। তানখোঙমতেক্কী অরোইবদা স্বরগী অরূম্বা হস্থে, মরম অদুনা অরূম্বা খোঙ্হোক হায়দোক্লবগীদমক চঙবা হোৎনবা অদু মসিদা লৈবা য়াদে।

তৌইগুম্বসুং তানখোঙমতেক্কী অরোইবা খোম্থোক্তা তাবা খোল্লুম্নসু তানখোঙমতেক খায়দোকপা য়াই। মতুদদি তানখোঙমতেক্কী অরোইবদা অরাম্বগী চাং হেঙ্গৎলি—খোল্লুময়াওবা খোম্থোক অতুনা কনবদা (তীব্রতা-দা) অমসুং লুম্বদা (গাম্ভীর্য-দা) অতোপ্পা খোম্থোকশিংদগী হেল্লি। অতুনা তানখোঙমতেক্কী অরোইবদা খোল্লুম লৈতহনা খোম্লিলগী অয়াঙবা ( speed ) হেঙ্গত্রবদি শোয়দনা হম্বগনি। মরম অতুনা তানখোঙমতেক্কী মমুংদা খোম্থোক পূম্নমক অরাম্বা ওইদে।

**অরাম্বা খোম্থোক শীজিন্নবা তানখোঙমতেক অতুগী খোম্থোক অমতা শাংদোকহনবা য়াদে, হায়বদি চিংখোক্তুনাশাংবা খোম্থোক ওইবা য়াদে।**

খুদম—

```
          +    ∘    ∘ ∘   ∘+ᵒ₈  ∘+    +     ∘   +•    ∘—•   • •
(অ)  পোকখ্রে⁝ যীশু⁝ মহম্মদ: বুদ্ধ / পোকখ্রে⁝ গান্ধী⁝ মহাত্মা। কম্না
           ×                   ×           ×     ×

        +    ᵒ₈       ‖    ∘ ∘   +∘∘    +  •   ‖
(আ)  চোংথোক : লো⁝ কুরু : ক্ষেত্রগী⁝ লানফম: দা /
                              ×

            +∘   +•    —  •
           থীল্লে: তেলা: থোংলো
            ×    ×
```

মথক্কী শৈখোঙশিং অসিদা খুদম × অসিনা মখাদা লৈরিবা খোম্থোকশিং অসি শাংদোকহল্লবদি ছন্দগী খোঙথাং কায়না তাগনি।

**[৩৩] খোনহায়গী (উচ্চারণগী) নিয়ম ঙাক্না ছন্দগী মওঙ নম্রগা ফিদমগী মতুংইন্না খোম্থোক্কী খোনকাপ লেপকনি।**

মথক্তা হায়খ্রে, করি করিগুম্বা মখলগী খোম্থোক্তি শীজিন্নবগী মতুংইন্না অশাংবা ওইবা য়াই। চাংওইনা লৈবা নিয়মদি অসিনি—খোম্থোক খুন্নিঙমক খোনকাপ অমনি হায়না লৌগনি, য়াহৈগী অরোইবদা লৈবা তিম্নবা খোম্থোক্তবু খোনকাপ অনীনি হায়না লৌগনি। ছন্দগী

চাং পুনবগীদমক য়াহৈ মপুম থুগায়দনা মথক্কী নিয়ম ইম্না তানখোঙ-মতেক থায়দোকপদা খোম্থোক শাংদোকহনবা নত্রগা তেনশিলহনবা য়াই। মত্তাং অসিদা, খোম্লমগী ইথিলনা তিম্নবা খোম্থোক তেলহনবা য়াই হায়বসি নীংশিংগদবনি অহূপা অয়াঙবগী চাং ( speed ) তোঙান তোঙানবা খোম্থোকমশীন অমত্তুং শীত্রিম্নবগী ময়মদা য়াদবা মওঙশিং অহূম্ন ঙাক্না চংকদবনি। করি করিগুম্বা মকমদা য়াহৈ মপুম থুগায়হনা তানখোঙমরু নত্রগা তানখোঙমতেক থায়দোকপা য়াই হায়বসিমসু নীংশিংগদবনি।

[৩৪] তানখোঙমরু অমগা তানখোঙমরু অমগা খোনকাপমশীং মায়বা মফমদদা খোনকাপমশীং চানহন্নবগীদমক খোম্থোক চিংথোকচিং-শিন তৌবা য়াই। মহূদি, করিগুম্বা তানখোঙমরুদা মতম পুম্নমক্কা খোনকাপ ৪, খোনকাপ ৭, খোনকাপ ৮ শীজিন্নরবদি ছন্দগী খোঙথাং কায়হন্দনবা খোম্থোক তেনশিলহনবা নত্রগা শাংদোকহনবা য়াই।

— • : — ০ :
মেম্লো লাউ: মেম্লো লাউ / লোইন নীংথায়বে

০ —০• + + +••
সাহিত্যগী: পময়াযমক্তদা / হায় নমথায়বে ( চাউবা )

মসিদা অহানবা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙদা তানখোঙমতেক থুদিঙমক্কী খোনকাপ ৫।৫ লৈহন্নবগীদমক 'মেম্লো' হায়বা য়াহৈগী 'মেল্' হায়বা খোম্থোক অসি শাংহল্লি। অসুম তৌনা খোনকাপমশীং অকক্কনা লৈগদবা মফমদদি ছন্দ কায়হন্দনবা খোম্থোক শাংদোকহল্লি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা অকক্কবা খোনকাপমশীং হায়বদি অরেপ্পা মওঙ লৈতবা মফমদদি মমৈত্তাবা খোম্থোক নত্তনা অতৈ পুম্নমক্কি খোনকাপ-চেম্নজবা ওইগদবনি, হায়বদি অতেনবা খোম্থোক ওইনা লৌগনি। থুদম—

ইরাওবোল অশিগী ময়ক্তা / তাইবঙ নঙদি / লৈরি তুমথুম কান্নুবা

শৈখোঙ অসিদা ( খোনকাপমশীন—১০+৫+৮ ) খোঙ্লোক পূম্নমক খোনকাপ-চেম্নজবা ওইগনি। খোনকাপমশীংগী অরেপ্পা চাংকক লৈতবা ঈচেল্লনাইবা ছন্দ পূম্নমক্তা খোঙ্লোক খুদিঙমক খোনকাপ-চেম্নজবা ওইগনি।

[৩৫] কবি কবিগুম্বা শৈখোঙদা তানখোঙ হৌড্রিবৈদা hyper-metric হায়বদি ছন্দদগী হেন্দোকপা রাহৈ অমা নত্রগা অনী শীজিন্নবা উই। অসিগুম্বা হেন্দোকপা রাহৈশিং অসিবু ছন্দগী হিসাবতা য়াওহন্লাইদবনি। খুদম—

মকম খুদিঙ ঐহাকপু মীয়েবাক মচানি নীংলম্মী
থবায় পোক্না নুংঙাইতে নিংদোন পোয়া কপ্পম্মী
অহুবু—মৈতৈ লৈবাক্তদি লৈতেদো ঐনা পামজবা ইরৈবাক। (ইরৈবাক)

মসিদা মরুওইবা তানখোঙদি খোনকাপ ৮নি। অরোইবা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙ হৌড্রিবৈদা লৈরিবা 'অহুবু' হায়বা রাহৈসি ছন্দ-লৈরেংগী মপাঙ্লোকপনি।

## খোল্লুম
### ( শ্বাসাঘাত / Stress )

[৩৬] স্বর লূম্বগী রাকম মথক্তা হান্না হায়খ্রে। রাহৈ খুদিঙগী অহৌবদা স্বরগী অরাম্বা মহৌশানা হেল্লি হায়বসিসু হায়খ্রে। অসি-দগী হেন্দোকপা খরসু ইতত্তত্তনা উবা ফংই, রাহৈপরেংগী মসুংদা কবিগুম্বা খোঙ্লোক অমনা মনাক্তা লৈবা খোঙ্লোক পূম্নমকপু নঙ্কৎথি। অসুম তৌনা স্বর লূম্বা হেঙ্গৎপা অসিগী মমিং খোল্লুম কৌই। ইংরেজী ছন্দদা মসিবু stress নত্রগা accent হায়না খঙৈ। মসি ভারতীয় সঙ্গীতকী তালগী 'সম্'-গা* চপমান্নবমক

* তবলাগী তাল খুদিঙমক অচৌ-অপীক নাইনা শরুক কয়ামরুম খোক্না থানলোকই। অহানবা শরুকী অহানবা মাত্রাবু 'সম্' হায়না খঙৈ। হায়রিবা মকম অসিদগী তবলা য়েবা হৌই।

মত্রবস্থ মওঙ অমতা ওইনা তৌই। খুৎকোয় (আবর্ত) † খুদিঙদা 'সম্' অমমম লৈ, খোল্লুমদি চঙবগী মতুংইন্না তাই।

মহৌশাগী খোনহায়দগী হেন্দোক্না শাফু কন্না হায়দোকপা মরম্না অসিগুম্বা খোল্লুম অসি ঐখোয়দা তোঙান্না ফাওই।

কখোক্ন্বা পুল্সিনি / পীখোক্নবা হিংবনি

মৈতৈ ফীশেং হোংলগা / মৈতৈ থৌনা লাকখিনি

হুংখি হুংখি ⋮ শেৎনম্নসি / পাম্মু পাম্মু ⋮ কান্নম্নসি

শৈখোঙশিং অসিদা মথক্তা খুদম / চিংবা খোন্থোকশিংদা খোল্লুম তান্নি। মসিদা খোন্থোকশিং অসি শাফু অমা য়াওনা পারবস্থ মতম শুন্নমক্তা অস্থন্না ঙাক্তা পাগদবনি[illegible]বদি লৈতে।

[৩৭] মৈতৈ ছন্দদা খোন্থোক্কী খোনকাপ অমস্তুং ছন্দশৈরেংগী শাজত্তি অয়াম্বা মতমদা খোল্লুমগী মতুং ইল্লি। 'তাইবঙ-বীণা' হায়বা রাহৈ অসিগী খোনকাপমশীং ৪ন্না নত্রগা ৫রা হায়বসি খোল্লুমগী মতুংইন্না লেপকনি। হৌজিক্কী মৈতৈলোন্দগী অরিবা মৈতৈলোন্দনা খোল্লুম শীজিন্নবা য়াম্না হেল্লি। চৎনবী লোল য়াম্না শীজিন্নবা শৈরেংদা মহৌশানা খোল্লুম য়াম্না তাগল্লি।

**[৩৭ ক] খোল্লুম তাবা মতমদা লৈরেৎ খপ্পা য়াম্না থুই, মরম অদুনা খোল্লুমতাবা খোন্থোক্তি য়াম্না থুবা চাৎদা হায়রেকই।**

**[৩৭ খ] খোল্লুমদি তিন্নবা খোন্থোক্তদা তাবা ওইনা তৌই; তিন্নদবা খোন্থোক্তা খোল্লুম তারবাদি স্বর অদু খরা চিংখোক্লগা তিন্নবা খোন্থোক্তা মান্নহনগদবনি।**

---

† করিগুম্বা তাল অমগী অহানবা মাত্রাকাওবা কোয়রকপা খুৎকোয় অমবু 'আবর্ত' নত্রগা 'আবর্তন' কৌই।

/ /
মমায় মাগী অঙৈংবা / থকচরম্মী মপা ঐনা

/ /
চুপ্পীং চুপ্পীং চুব্বমদে/তুম্বা কায়খিনি কিবনা (মীনকেতন)

মথক্কী শৈখোঙ অনী অসিদা মথক্তা খুদম / চিংবা খোম্ভোকশিংদা খোল্লুম তারি। মসিদা ঐখোয়না উরি, খোল্লুমতাবা খোম্ভোক পূম্নমক অসি তিন্নবা খোম্ভোক্লি। অতুগা

/ /
হো ইমা ইমাও / ঐস্থু লাক্কে ইমাও

মসিদনা খুদম চিংলিবা 'ইমা' হায়বা ৱাহৈসিবু 'ইমা-া' অমসুং 'লাক্কে' হায়বা ৱাহৈসিবু 'লাক্কে-এ' অস্থুম্না হায়গদবনি।

[৩৭গ] **খোল্লুম য়াওরবদি তিন্নবা খোম্ভোক পূম্নমক তেনশিল্লি**। খোল্লুম য়াওবা তিন্নবা খোম্ভোক্না ৱাহৈগী মমৈতাবা ওইরবস্থু মতু তেনশিনগনি। খোল্লুম্না লৈয়েং চিংশিলহনবা অমসুং য়াম্না-থুবা খোনহায় লৈবা মরম্না অস্থুম্না তৌহল্লিবনি। মরম অতুনা

•
০ / +০ +•• +০ • / +• ০
অয়েৎ-সেঙ্গা তিংতুনা / নঙবু করম ফংসিবা (অঙাংহল)

হায়বা শৈখোঙ অসিদা রেফ-চিংবা খোম্ভোক খুদিঙমক খোনকাপ অমতগীনি। খোল্লুম তারমদ্রবদি অস্থুম্না ওইবা য়ারম্লোইদবনি।

[৩৭ঘ] খোল্লুময়াওবা তিন্নবা খোম্ভোক্না হেক থংনবা মতুংগী খোম্ভোক অতু স্বরময়েক অমতনা শারবদি করি করিগুম্বদা স্বরময়েক অতুগী খোনকাপ মাঙখি *। স্বরময়েক অতু মতম অতুদা য়াম্না-থুবা খোনহায়দা হায়দোকপা মরম্না অশোকপা স্বর ( vowel-glide ) অমা ওইবদগী হেন্দে।

* অস্থুম্না খোঙকাপ মাঙখিবা অসিবু ইংরেজীদা elision কৌই

মুংশিরবা ⋮ ঐগী ডায়েরী

মৈগী খবাল ⋮ শাংলে অভিবাদা।

মথক্কী শৈখোঙশিং অসিদা—

ডায়েরী = ডার্ + (এ) + রী

অভিবাদা = অভ্ + (ই) + বাদা

অমুম্না ব্রেকেট মনুংদা লৈরিবা খোম্হোকশিং অসিগী খোনকাপ লূপথ্রি।

[৩৭৬] খোল্লমগী ইথিলনা য়াম্না-থুবা খোনহায় শীজিন্নবদগী তানখোঙমতেক অমতগী মনুংচনবা খোম্হোকশিংগী ছন্দলাংদাই (metrical liaison) * ওইনৈ। মরম অমুনা

আদগী অসে কনানো / মানি হায়বনি অচানবী

হায়বা শৈখোঙ অসিগী মখাদা লৈই চিংলিবা শব্দকশিং অসি

আদগী অসে = আ + দৈ + সে = আদৈসে

মানি হায়বনি = মা + নেই + নি = মানেইনি

অমুম্না য়াম্না-থুবা খোনহায়গী মতুংইন্না খোল্লম তাহন্নবগীদমক খোম্হোক ৫।৫ গী মহুত্তা খোম্হোক ৩।৩ ওইনা লৌবা য়াই। অমুগা

করিয়ে করি ⋮ গেরুবা শেৎপা / উৎ চাইবরি ⋮ নহারুম্

হায়বা শৈখোঙ অসিদা 'করিয়ে', 'গেরুবা' হায়বা ৱাহৈশিং অসি খোম্হোক ২।২ ওইনা লৌগনি, মরমদি

---

* ছন্দগী খোনকাপ চাননবা খোম্হোক তিনশিন্নববু 'ছন্দলাংদাই' (ছন্দঃসন্ধি) কৌই।

/ ০ / •
করিয়ে—কর্ + ইয়ে , গেরুবা—গের্ + উবা

অমুন্না 'ইয়ে' অমসুং 'উবা' অসি খোন্থোক অমমম ওইনা লৌরি।

[৩৭ চ] খোল্লূম তাবা মতমদা লৈয়েংদা অকনবা শাফু পীবা মরম্না খোল্লূম অমুক তাগ্রবা মতুংদা লৈয়েংগী ঙাইহাক্তং পোথাবা চঙই। মরম অদুনা তানখোঙমতেক অমতদা থংন থংনবা খোন্থোক্তা করিগুম্বা মতমদসু খোল্লূম তাবা য়াদে। অদুগা তানখোঙমতেক অমদা খোল্লূম অমুক্তগী হেন্না তাবসু য়াদে। মরমদি তানখোঙমতেক খুদিঙদা স্বরগী অরাম্বা অদু কাখৎ কূমথ চাং অমদা লৈ অমসুং চাং অদুগী অহৌবা অরোইবা মতুংইন্না তানখোঙ-মতেক্কী খায়দোকফম খঙবা ঙম্মী। খোল্লূম অনী তানখোঙমতেক অমতদা লৈরবদি চাং অসিগী ঈচেল অদু মায়কৈ অমতদা চেম্বা য়ারোই, স্বরগী অরাম্বা অদু মরক্তা হায়বদি তানখোঙমতেক অমা য়ৌথ্রিবৈঙদা হস্বরগা অমুক হেঙ্গৎখিগনি, মরম অদুনা খুদক অদুদা তানখোঙমতেক অতোপ্পা অমা হৌরে হায়না নীংগনি।

অদুগা তানখোঙমতেক্কী মনুংদা খোল্লূমগী মতুংদা লৈবা থংনবা খোন্থোক অদু অয়াংবা ওইগনি।

তানখোঙমরু অমতদা অনীরক্তগী হেন্না খোল্লূম থংন থংননা তাবা য়াদে। তোঙান তোনবা তানখোঙমতেক্কী মনুংদা লৈরবসু খোল্লূম অমগা খোল্লূম অমগা থংননা লৈহন্দবনা ফে।

• / —• / : + •
ফিজেৎ ওলে ⁝শমখাক হোংলে / করি লৈরিবা (চাউবা)

হায়বসি

— ০ • / / : + •
ওল্লে ফিন্দেৎ ⁝ শমথাক হোংলে / করি লৈরিবা

হায়রবদি তাবদা হুংডাইতে।

[৩৭ ছ] খোল্লম তাবা মতমদা লৈয়েং কন্না খপ্পা মরম্না খোল্লম হঞ্জিনবা হৌনশানি। মরম অদুনা **থংনবা তানখোঙমরুদা নত্রগা তানখোঙমতেক্তা য়ামদ্রবদা খোল্লম অযুক্তি তাগনি।**

[৩৭ জ] খোল্লম তাবা মতমদা য়াম্না-থুবা খোনহায় লৈবা অমসুং লৈয়েং থুনা খপ্পা মরম্না **খোল্লমথোই ( শ্বাসাঘাতপ্রধান ) ছন্দদা খ্বাইদগী তেনবা তানখোঙমরু হায়বদি খোনকাপ মরিগী তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙদা খ্বাইদগী য়ামদবা তানখোঙমতেক হায়বদি তানখোঙমতেক অনৌনা নম্না শিন্দৈ।** অসিগুম্বা খোল্লমথোই ছন্দ লৈয়েং থরগী তাল্লোল (বোল্) মখাগী অসুম্না পুথে কপা য়াই--

/ ০ ০ / / ০ • / / • • / /
(অ) ধিন্ তা : তা ধিন্ : ধিন্ তা তা ধিন্ / ধিন্ তা · তা ধিন্ : ধিন্

/ — / / — / / — / /
(আ) ধিন্ তাং ধিন্ : ধিন্ তাং ধিন্ / ধিন্ তাং ধিন্ : ধিন্

• / ০ / • / • / • / ০ / /
(ই) নাতিন্ : নিতাং : নাতিন্ : নিতাং / নাতিন্ : নিতাং : থাং

/ ০ / ০ / ০ / •
(ঈ) তুঙ্কা : তাঙ্কা : তুঙ্কা : তাঙ্কা

• / / • ০ / / ০
(উ) তাধিন্ : ধিন্তা : তাধিন্ : ধিন্তা

মথক্কী খুদমশিং অসিদা তানখোঙমরু খুদিঙদা খোল্লম ২। ২ তারি। তানখোঙমরু অনদা খোল্লম অমতা পাবসু য়াই—

/ • • • / • • •
(ঊ) ঘিন্‌তা ! ধাধা ⁝ তিন্‌তা ! তাতা (১বা খোম্বোক্তা তাবা)

• / • • • / • • • / • • /
(ঋ) মুতুম্ ⁝ চূড়া ⁝ মুতুম্ ⁝ চূড়া / মুতুম্ ⁝ চূড়া ⁝ চূ (২বা খোম্বোক্তা তাবা)

• • / • • • / •
(৯) তেতু তুন্‌না ⁝ কেতু ⁝ তুন্‌তা (৩শুবা খোম্বোক্তা তাবা)

• • • / • • • /
(এ) তাতা ! নাতিন্ ⁝ থাথা ⁝ নাতিন্ (৪শুবা খোম্বোক্তা তাবা)

[৩৭ ঝ] খোল্লমগী মমাঙদা লৈবা খোম্বোক অত্থু অরাম্বা ( তিন্নবা অতেনবা ) ওইবা য়াই, তৌইগুম্বসু মতুদা ছন্দগী ফজরোলদি ( ফজবগী লোনচত্তি ) ইনগদবনি। মরম অত্থুনা

\+ / • • • • • / • • / • • •
ঝিঞ্চুর ⁝ শিবী ⁝ অকেবী / খংলি ⁝ মমীং ⁝ মমিদা

হায়বসিদগী

\+ / + / + • • • / • • • / •
হঞ্জিন ⁝ হঞ্জিন ⁝ হায়জবা / তাবি ⁝ -খিদে ⁝ মহাক্না

হায়বসিনা তাবদা হুংঙাই অমসুং ছন্দগী ফজবা হেল্লি। অনীশুবা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙমরুদা **তানখোঙমতেক খুদিঙগী অরাম্বা খোম্বোক অমমম হায়বদি মশীং মান্ননা লৈবসিনা ছন্দগী ফজরোল ঙাক্লি।**

অসুম তৌনা শৈখোঙ অনীমক অসি খোনকাপকী নিয়মদা কায়ত্রবসু অহানবা শৈখোঙ অসিদা ফজরোল শুনা ঙাক্তবনা ফজবা রাংলি ( ৪১শুবা মতাংদা য়েংলগা রাফম অসি খঙবা ঙমগনি )।

# শৈখোঙগী খোঙচৎ

## ( Cadence/লয় )

[৩৮] মথক্তা (২৭শুবা মতাংদা) খোন্থোক অমমমগী অয়'ঙবগী য়া হায়খ্রে। মৈতৈ ছন্দদা শৈখোঙ অমতদা তোঙান তোঙানবা খোন্থোক তিন্নবা লৈ হায়বসিস্থু উৎখ্রে। মরম অদুনা মৈতৈ কবিতাগী খোনহায়দা অয়াঙবগী চাং ইতত্তুনা হোংই হায়বা য়াই। তৌই-শুন্সুং নিয়ম নাইদনা পঙহোং হোংবদি নত্তে। মসিগী মরমদস্থু য়াব-য়াদবা পথাপ লৈ। খুদম—

```
• • • • •‖   —•• —•   • • ०
```
**পী**বিয়ুনে **ইমা** / নৌরবা নঙ**গী** ⋮ **সুয়**দো।

হায়বা শৈখোঙ অসি হাইফেত্তুং হোংদোক্ত না

```
• • • • •‖   —+•  —•    +  +  ०
```
পীবিয়ুনে **ইমা** / শুন্নংপা। নঙ**গী** ⋮ খে'ঙ্ক্লেন্দো।

অস্থুন্না হায়বা য়াদে।

মরমদি, খোন্থোক খুদিঙগী অয়াঙবা অমমম লৈবদু নত্তবা, **শৈখোঙ খুদিঙগী খোঙচৎ (cadence/লয়) অমমমস্থু লৈরি-বনি।** খোঙচৎ অসিগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মখলগী খোন্থোক লৌশিন্নি নত্রগা থাদোকই। মথক্কী শৈখোঙ অসিগী খোঙচৎকা চানদবা মরম্না শৈখোঙ অসিদা অরাম্বা খোন্থোক **শী**জিন্নবা য়াদে।

শৈখোঙগী খোঙচৎ মখল অহুম্নি—**অথুবা** (দ্রুত), **অতপ্পা** (ধীর) অমসুং **অথীনবা** (বিলম্বিত)। হায়রিবা খোঙচৎ **অহুমসিগী অমদা** **ঐ**খোয়না **ক**বিতা পানরিবনি।

অথুবা খোঙচৎকী শৈখোঙদা য়াম্না-থুবা খো'ন্থোক **অমদগী হেন্না** খোন্থোক অতৈদি মহোশানা অয়াংবা ওই। খুদম—

• /   ••   / •••   • / ••   • /   ••
শরৎ ঋতু ⋮ লাক্লুনা / মোমোন্নরে ⋮ মালেম অসে

অহু ওইরবসু খোনকাপকী পথাপ ভাক্লা অতোপ্পা মথংগী খোম্থোকসু করি করিগুম্বা মতমদা শীজিন্নৈ। খুদম –

•‖∘  ••  ∘‖•  • /  —  • /  ••
কনাগী লাপা ⋮ কনাগী ঊশে / লোইনা তাউথরে        (চাউবা)

অতপ্পা খোঙচৎকী শৈথোঙদা মহৌশানা অয়াংবা অমসুং অরাম্বা, হায়বদি খোনকাপ-চেন্নজবা খোম্থোক শীজিন্নৈ। খুদম –

+••  + :  +••  :  •  •+•  +••
(ই) পুক্নগে: ভাইবগু ⁝ পুম্ববু / প্রেম ! -গী অশেংবা ⁝ লংহৌনা
(গৌরকিশোর)

খোনকাপকী পথাপ ইন্না অথীনবা খোম্থোকসু করি করিগুম্বা মতমদা শীজিন্নবা য়াই।

•‖  • :  +••  + :  +  :  +•∘
(ঈ) নচা ⁝ বিবেক: নত্রনে / নোংচুপ ⁝ মায়কৈ: থুংনবু

∘ :  + :  +• •  • :  — ∘  + ••
ভারত: -খোম্লেল ⁝ নিনখিবা / মখৌ পোঙনা ⁝ খোংখিবা
(ভক্তি-অঞ্জলি)

অথীনবা খোঙচৎকী শৈথোঙদা অয়াংবা অমসুং অথীনবা (অতপ্পা-অথীনবা অমসুং য়াম্না-থীনবা) খোম্থোক শীজিন্নৈ। য়াম্না-থুবা অমসুং অতপ্পা-অথুবা ( অরাম্বা ) খোম্থোক্তি অথীনবা খোঙচত্তা শীজিন্নদে। খুদম—

— ‖  •‖  —∘  ∘‖ •
(উ) খোংম্রে: ইমা ⁝ ঐগী বীথাদে /

—•  •—∘  — :  • • •
ঐগী ⁝ অচম্বা ⁝ থুংখং ! -লিদদি        (চাউবা)

• : — ০ ‖ — ‖
(উ) মতম: কুইনগী / তুংদা

— : —০ ০ • — : ০•
লেঙশিল : -লক্লে / ইমা : মৈতৈ : -চনু

মৈতৈ: সাহিত্য / -মন্দির : মনুংদা (কমল)

শৈখোঙগী খোঙচৎ খেন্নবা মতৃংইন্না ছন্দগী মখল থায়দোকপগী মরম অহুমশুবা শরূক্তা নৈনরক্লি।

## মান্নখৈ

### ( Rime / মিল নম্রগা মিত্রাক্ষর )

[৩৯] **শৈখোঙ অনীগী মমৈতাবা খোঙ্গোক নম্রগা শৈখোঙ অমতগী মনুংদা লৈবা শরূকশিংগী মমৈতাবা খোঙ্গোক মান্নববু মান্নখৈ কৌই।** মসিবু **খোনথৈহন** (অন্ত্যানুপ্রাস) হায়নসু খঙনৈ। মান্নখৈ লৈবা খোঙ্গোক-খোন্নিলদি তাবদা পুক্নীং অমসুং নাকোংদা ঈথক হৌহনবগা লোয়ননা ছন্দগী চাংচৎ অমসু খঙহল্লি।

শৈখোঙগী অরোইবদা মান্নখৈ লৈবা ছন্দবু **থৈমান্নবা ছন্দ** অমসুং শৈখোঙগী অরোইবদা মান্নখৈ লৈতবা ছন্দবুনা **থৈমান্নদবা ছন্দ** হায়না খঙনৈ।

মথাগী নিয়মশিং অসিগী মতু'ইন্না মান্নখৈ লৈ লৈতে খঙনগনি—

(১) ব্যঞ্জন্না চম্বা তিন্নবা খোঙ্গোক্না অরোইবদা লৈরবদি অরোইবা খোঙ্গোক অত্থগী অরোইবা ব্যঞ্জন অমসুং মত্থগী মমাঙগী থংনবা স্বর মান্নগদবনি, স্বরনা চম্বা তিন্নবা খোঙ্গোক ওইরগনা অরোইবা স্বর অমসুং মত্থগী মমাঙগী থংনবা ব্যঞ্জন মান্নগদবনি।

(২) তিন্নদবা খোঙ্গোক্না অরোইবদা লৈরবদি অরোইবা

খোন্থোক অহুগী অরোইবা স্বর অমসুং মহুগী মমাঙগী থংনবা ব্যঞ্জন মান্নগদবনি। খুদম—

নোংপোক্কী কোবৌ খোঙথাফম ভারতকী শমজি লংদাইফম
প্রকৃতি ইমাগী মুংঙাইবা শান্নফম
চাক্লবা থম্মোইগী অবাবা কোক্লফম ॥

(দরেন্দ্রজিৎ)

'খোঙথাফম, লংদাইফম' অমসুং 'শান্নফম, কোক্লফম' হায়রিবশিং অসিদা লৈরিবা মান্নখৈ অনী অসি অহানবা নিয়মগী মতুংইনবনি অহুগা 'নোংপোক্কী, ভারতকী' অমসুং 'ইমাগী, থম্মোইগী' হায়রিবশিং অসিদা লৈরিবা মান্নখৈ অনী অসিনা অনীশুবা নিয়মগী মতুংইনবনি।

হৌজিক্কা মৈতৈ ছন্দদা স্বরনা চম্বা তিন্নবা খোন্থোক্কী নত্রগা তিন্নদবা খোন্থোক্কী অরোইবা স্বর অহু মান্নরগা মহুগী মমাঙগী থংনবা ব্যঞ্জন মান্নদ্রবসু মান্নখৈ মখল অমা ওইনা লৌনরি। অসিগুম্বা মখলগী মান্নখৈ অসিবু মপুংফাদবা মান্নখৈ কৌই।

কুমনৌ কুমলেন মপাউখোন নমোম শাবি পায়মকোন
শৈহেক শৈনিন লাংহুনা
খুল্লেন খুঙ্গঙ খুদিঙদা
নিংথৌতুম্মেল চেনবগুম নোংদোন-লৌক্লা চাইবগুম
মঙান চোইয়েন্নরক্লে—
য়াইবী তূমথুন য়াকায়রে।

(ভাষ্বতনা নীংতম্নবদা)

মসিদা 'লাংহুনা, খুদিঙদা' অমসুং 'চোইয়েন্নরক্লে, য়াকায়রে' হায়রিবশিং অসিদা লৈরিবা মান্নখৈ অনী অসি মপুংফাদবা মান্নখৈনি।

[৩৯ ক] অয়াম্বা মতমদা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈ। করি করিগুম্বদা থংনবা শৈখোঙ মরি মরিদা মওঙ অমতদা নত্রগা তোঙান তোঙানবা মওঙদা মরক খন্না থুন্না লৈবসু য়াওই।

থংনবা শৈখোঙ মরি মরিদা লৈবা য়াবা মান্নখৈগী মওঙ মখাদা উৎলি—

(অ) পামেল উফে মথক্কা খোবোঙনবা খোংলিবী .... ক
মালেম লৈদা তায়কউ হাদ হেক্লা শকহেনবী, .... ক
তাগ চন্দ্র ঐহাক্কা ওাইংাক পাওমেন্নখিসি, .... খ
মৈতৈ ভমদাই লাকপরা চেক্লা নপাউ তাখিসি ॥ .... খ

(নীলবীর)

(আ) নোংলৈ নুংশিৎ লাকপদা খাকয়ৈ শেৎনরবস্নু ... ক
নপাম্বোমগী পাঙলনা লমথুঙ ন্নোগে থরসি .... খ
থবক পাঙউমরবস্নু খাঙঙ্‌,থক্কা মাঙল'স্নু .... ক
অনীংবগী পাঙলদি মাঙবা নাইংনগনুসি। .... খ

( সোনামণি)

(ই) চেন্নি তৎপা নাইদনা ইপোম চাউনা উচেন্না .... ক
কন্না কন্না ন্নৈরম্মী নুংপাকশিংনা লৈবদো, .... খ
লাক্কৈ হোৎনৈ মুখৎকে ময়েকশিংনা তাবদো, ... খ
স্নুকমুং মৃৎনু য়ায়মদে হেন্নি থোইনা লংবম্না। .... ক

(দয়েন্দ্রজিৎ)

মথক্কী খুদম (অ)দা অহানবা অমস্নুং অনীশুবা অহুগা অহুমশুবা অমস্নুং মরিশুবা শৈখোঙদা মান্নখৈ লৈ। খুদম (আ)-দা অহানবা অমস্নুং অহুমশুবা অহুগা অনীশুবা অমস্নুং মরিশুবা শৈখোঙদা মান্নখৈ লৈ। খুদম (ই)-দনা অহানবা অমস্নুং মরিশুবা অহুগা অনীশুবা অমস্নুং অহুমশুবা শৈখোঙদা মান্নখৈ লৈ। মথক্কী খুদমশিং অসিগী মতুংইন্না শৈখোঙ মরি মরিগী মনুংদা মরক খন্না থন্না মান্নখৈ লৈবগী মওঙশিং অসি শন্না ককখখ, কখকখ, কখখক অস্নুন্না থম্বা য়াই। তোঙান তোঙানবা মওঙগী শৈখোঙ মরি মরি অসি তাইনহন্নীংবা মওঙদা অমুক তাইনহনবা য়াই—

ককখখ, কখকখ, কখখক
ককখখ, কখখক, কখকখ

কখকখ, ককখখ কখখক
কখকখ, কখখক, ককখখ
কখখক, ককখখ, কখকখ
কখখক, কখকখ, ককখখ

ককখখ. কখকখ
ককখখ. কখখক
কখকখ, কখখক

ককখখ. কখকখ, ককখখ, কখকখ
কখকখ, কখখক, কখকখ, ককখখ অসিনচিংবা।

(অহুমশুবা শরূক্তা শৈনিস্থোই ছন্দলৈরেং অমস্তুং সোনেট নৈন-রকপা মতাংদা মান্নখৈ মওঙ অতৈস্তু উবা ফংগনি।)

## শৈতূপ

### ( Stanza/স্তবক )

[৪০] **শৈখোঙ কয়ামক্লস্থু মওঙ নাইনা শীন্দুনা থম্লগা শেম্বা শৈরেংগী শরূক অহুবু শৈতুপ কৌই।**

শৈতূপ অমদা য়ামদ্রবদা শৈখোঙ অনীদি লৈগদবনি, তৌই-গুম্বস্তুং শৈখোঙ অস্থুক্তুগী হেনবা য়াদে হায়বা থোইদোকপা অকক্লবা লৈতে। ঈচেলনাইদবা, হায়বদি খোল্লেপ অমস্তুং লোল্লেপ তিন্ননা তাবা ছন্দদদি শৈখোঙ ২, ৪, ৬, ৮না শাবা শৈতূপ্পা চাংওইনা চৎনৈ; তূমাশুদবা মশীংগী শৈখোঙনা শাবা হায়বদি শৈখোঙ ৩, ৫, ৭নচিংবগী শৈতূপস্থু করি করিগুম্বা মতমদা শীজিম্নৈ; অহুগা কবিতা মশা অমতদা অতেন-অশাং চাং মান্নবা মখল অমতগী শৈতূপ্পা নম্লা শীজিম্নৈ। ঈচেলনাইবা, হায়বদি খোল্লেপ অমস্তুং লোল্লেপ তিন্ননা

তাদবা ছন্দদদি কবিতা অমতগী মনুংদা মতম অয়াম্বদা অতেন-অশাং চাং মান্নদবা তোঙান তোঙানবা মখলগী শৈতূপ শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা ছন্দদদি অয়াম্বা মতমদা য়াম্না শাংবা শৈতূপ শীজিন্নগল্লি। ( অহুমগুবা শরুক্তা ঈচেলনাইবা অমসুং ঈচেলনাইদবা ছন্দগী মরম নৈনরক্লগা য়াফম অসি শেংনা থগবা ঙমগনি। )

হৌজিক্কী শৈরেং সাহিত্যদা মথলমথেল কয়াগী শৈতূপ মওঙ উবা ফংলি। অদু ওইরবসু মওঙ চপমান্নবা খৈমান্নবা শৈখোঙ অনীনা শাবা শৈতূপ্না মৈতৈ শৈরেংদা শীজিন্নবা খ্বাইদগী হেল্লি। **মওঙ চপমান্নবা ( হায়রবদি, অতেন-অশাং অমসুং ছন্দগী শরুক থাম্ন-দোকফম মান্নবা ) খৈমান্নবা শৈখোঙ অনীনা শাবা শৈতুপ অসিবু মান্নথব্রাং ( couplet/যুগ্মক ) কৌই।** খুদম—

> কোয়ৌ নোংনা বাংবরা পম্বৌ ইপানা মবাংই।
> মাশেম লৈ-না লুম্বরা পশেম ইমানা মরুমই॥

মান্নখব্রাং নত্তবা তোঙান তোঙানবা মওঙগী শৈখোঙনা শাবা শৈতূপসু মৈতৈ শৈরেংদা শীজিন্নে।

মমাঙতৈদা শৈতূপকী মনুংচনবা শৈখোঙ পুম্নমক অতেন-অশাং মান্নরম্মী অমসুং মখল অমতগী তানখোঙ শীজিন্নরম্মী। হৌজিক্কী যুগতা অয়াম্বা মতমদা উবা ফংই, শৈখোঙদা খোনকাপমশীং অমতগী তানখোঙ শীজিন্নরবসু শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমশীং নত্রগা শৈখোঙগী অশাংবা মান্নদনা লৈ। অদুগা করি করিগুম্বদা অমুক, শৈখোঙগী অশাংবা

তাঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙ শীজিন্নবা

।

( অহুমগুবা শরুক্তা মখলমখা অয়াম্বা শৈখোঙ অমসুং শৈতূপকী মরম শন্দোক্না অমুক নৈনরক্লি। )

# ছন্দগী ফজরোল

## ( Principles of Metrical Beauty )

[৪১] মৈতৈ ছন্দগী ফজরোল ঙাকপগী রাক্ষমদা অহানবা খঙগদবদি অসিনি—ইংরেজী ছন্দগুম্না মৈতৈ ছন্দদি qualitative ওইবা মখলগী ছন্দ নত্তে, মসিগী মরুওইবা রাদি quantitative equivalence হায়বদি খোনকাপমশীং মান্নবনি ; মরমদি, তানখোঙমরু অমগা তানখোঙমরু অমগা খোনকাপমশীং মান্নহনবা, তানখোঙমতেক খুদিঙদা লৈক্ষম খোকপা মশীংগী খোনকাপ লৈহনবা—অসিনচিংবা রাক্ষমশিং অসিনা মৈতৈ ছন্দ নৈনবগী মরুদা লৈ। মান্নবা খোনকাপমশীংগী চাংচৎ অমমম্না মৈতৈ ছন্দগী মউ অমমম্লি, মসিদা ছন্দলৈরাংশিংনা শাৎলিবনি। অমরোমদা হায়রগা, মান্নবা চাংচৎ অসিনা মৈতৈ ছন্দগী লৌকম্লি অমসুং ছন্দগী ফজবা পূম্নমক মসিদগী থোরক্লিবনি।

মৈতৈ ছন্দদা ঐখোয়না উবা ফংই—খোনকাপ অমা নত্রগা অনীগী খোম্থোক্লা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমতেক শাই ; তানখোঙমতেক অনী নত্রগা অহুম্না তোঙান তোঙানবা মখলগী তানখোঙমরু শাই ; তানখোঙমরু কয়ামরুম পুল্লগা শৈখোঙ অমা অমসুং শৈখোঙ কয়ামরুম পুল্লগা শৈতূপ অমা শাই। অহুনা মৈতৈ ছন্দ খায়দোক্নুনা য়েংলবদি মচন কয়ামরুমগী মশীংগী হিসাব ওইনা ফংগনি। অসুম্না মশীংগী হিসাবতা তোংবা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ (nature) অসিনা এরিষ্টোটলগী 'All things are determined by numbers' হায়বা মত অসি নীংশিংহল্লি।

অসুম তৌনা মশীংগী হিসাব মতুংইন্না চৎপা মান্নবা চাংচৎনা ছন্দগী মশাপুম্বদা চাংনাইবা তাম্থাগী ঈথক অমা হোৎহল্লি অমসুং ঈথক অসিনা মৈতৈ ছন্দগী শাথেক্তা ফজবগী শক্লোল মখলমথেন কয়া উৎলিবনি হায়বসি হায়সু খঙল্লে।

ছন্দগী ফজরোল ঙাক্নবগীদমক অকক্নবা খোনকাপমশীংগী তান-খোঙমরু মফমচানা শীনবা নত্তবা অতোপ্পা মরম খরসু খঙনীঙাই লৈ—

(১) মৈতৈ খানহায়গী নিয়মদা খোম্মোক্কী খোনকাপ থোই-দোক্লা অকক্নদে ; তিন্নবা খোম্মোক অমসুং করি করিগুম্বা মতমদা তিন্নদবা খোম্মোকস্ম তেনশিলহনবা অমসুং শাংদোকহনবা য়াই। অত্থনা মৈতৈ খোম্মোক্কী খোনকাপকা মৈতৈ নুপীগী শমজ্জি মমৈগা চাংদম্নবা য়াই—অমুকস্ম ঈরাঙহৌনা শাংনা চোইনা তাবা, অমুকস্মু লিল অমুবীগী ফৈদিগুম্না কোনশিন্দুনা থম্বা।

(২) অয়াংবা খোম্মোক নত্তবা অতোপ্পা খোম্মোক, হায়বদি অরাম্বা অমসুং খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোম্মোক হায়দোকপদা লৈয়েংগী হোৎনবা চঙই। মরম অত্থনা মখোয় অসি শীজিন্নবা মতমদা ছন্দগী ফজরোল ঙাক্নবগীদমক থোইদোকপা নিয়ম খরা ইনগদবনি। খোন-কাপ-ইথিল্লাংবা খোম্মোক শীজিন্নবগী নিয়মদি মথক্তা হান্না হায়খ্রে অত্থগা অরাম্বা খোম্মোক্কী ফজরোলদি মথাদ (৪১ ক)-শুবা মতাংদা হায়রক্লি।

(৩) তানখোঙমতেক্তা অমসুং তানখোঙমরুদা মতৌ করম্না খোনকাপমশীং লেপ্পগে হায়বত্থস্ম মথক্তা হান্না নৈনখ্রে। তৌইগুম্বসুং খোনকাপমশীং চুম্না লৈরবস্ম করি করিগুম্বদা তানখোঙমরুদা নত্রগা তানখোঙমতেক্তা ফজবা য়াৎপা য়াই। অরাৎপা অসি লৈহন্দনবা পাম্বৈদি অরাম্বা খোম্মোক শীজিন্নবদা লৈ।

(৪) য়াম্না-থীনবা অমসুং য়াম্না-থুবা খোম্মোক শীজিন্নবদা ফজ-রোল ঙাকপগী রাস্ম মথক্তা হায়খ্রে।

(৫) অথীনবা খোম্মোক্তি তানখোঙমতেক অমতদা অমদগী হেন্না শীজিন্নদবনা ফৈ। 'নোংদম্বা' 'পোঞ্জেনবী' হায়বা রাহৈশিং অসি খোনকাপ ৫গী ওইনা লৌত্থনা পারবদি ছন্দ কায়ত্রবস্ম মহৌশাগী খোনহায় তাদে।

(৬) **ছন্দগী ফজরোল ঙাক্লবগীদমক য়াহৈ শীজিন্নবগী মরমদসু** য়েংশিনগদবনি। (৪১ খ)-**শুবা** মতাংদা য়াক্তম অসি নৈনরক্নি।

[৪১ ক] অরাম্বা খোন্থোক য়াম্না শীজিন্নবা মৈতৈ ছন্দদা চৎনৈ, তৌইগুম্বসুং মখোয়গী ফজবা ফজদবগী মরমদা য়াম্না চেকশিনগদবনি। **অরাম্বা** খোন্থোক **শীজিন্নবদগী** করিগুম্বদা তাবদা **কঙ্গানবা** য়াওই, **অতুগা** করিগুম্বদসু পুক্নীংদা থূক **লাউই** অমদি **মুংঙাইবা** পোকই। মরম অসিনা অরাম্ব খোন্থোক হাপ্পা মতমদা ফজরোল ঙাক্লবগী পান্থৈশিং অসি শীজিন্নগদবনি—

(অ) **অরাম্বা খোন্থোকা নকুনা তিন্নবা অশাংবা খোন্থোক লৈরবদি ফজরোল ঙাকপা য়াই।** মতুদি,

• + ঃ + ০ ঃ
**খীকথবিয়ো নপাউখোন / কুমগী অনৌবা লাইজগুম**

মসিদা অহানবা তানখোঙদা 'পাউ' অমসুং 'খোন', অনাশুবা তান-খোঙদা লাই' অমসুং '**গুম**' হায়বা খোন্থোকশিং অসি নকুনা লৈমিন্নতুনা ফজরোল ঙাক্লি।

(আ) **পূংবা ওইনবা নম্রগা থংনবা তানখোঙমতেক নম্রগা তানখোঙমরু নম্রগা তানখোঙদা অরাম্বা খোন্থোক মশীং মান্নবা লৈরবদি ফজরোল ঙাকই।**

**শৈখোঙদা অরাম্বা খোন্থোকী মশীংনা হেল্লবদি পূংবা ওইনরিবা তানখোঙমতেক নম্রগা তানখোঙমরু নম্রগা তান-খোঙদা মান্নবা মশীংগী অয়াংবা খোন্থোক হাপ্লগা ফজরোল ঙাকই।** মতুদি,

\+ + + + +
**অবাং' চীংগী চীংদোন্দা / পামেল থক্তা শাৎপয়া**

\+ + + + +
**অমম' লোক্তী লোক্লুংদা / থৌদ্র নুংগুম ভাবয়া** (**অঙাংহল**)

\+    + +      +    + +
থাজগী খুঙ্গাওদা ⋮ কয়াংগী হৈকোন্দা /

\+    + +    +
নীংখিবা হৈরাঙনা ⋮ ঙাল্লিবা (চাউবা)

•   •      °   •
লাইবক্তা তমথ্রবোই / ওস্থোকপা নোংদম্না

**অমগা অমগা থংনবা তানখোঙমরু নত্ত্রগা তানখোঙ অনীগী খোনকাপমশীং মান্নত্রবদি নিয়ম অসি লাস্থোক্লবস্থু ফজরোল ঙাকই।** লাস্থোকপা মফম অত্থুদস্থু মহৌশানা খোনকাপকী চাং মতুংইন্না অরাম্বা খোস্থোক হাপ্পী, হায়বদি খোনকাপমশীংগী অথোই-অহেন মতুংইন্না অরাম্বা থোস্থোকী মশীংস্থু অথোই-অহেন নাই।

খুদম—

\+   +      +
মতমগী ঊচেলনি / অস্থুপ কন্নবা

\+   +    + +   +    +
থৈজুনা চংলি / মিংচংকী চীংদোল অযাংবা (কমল)

তৌইগুম্বস্থুং অসিগুম্বা লাস্থোকপা মওঙ অসি মতম পূম্নমক্তদি য়াদে—

\+    +   +
য়ারোইদা য়ারোইদা থাঙবা /

\+ +   +
খুংখেমগী চেকপল (নবদ্বীপচন্দ্র)

(ই) **করিগুম্বা থোইদোকপা ভাবকী ইঙ্গিৎ পীননবগী-দমক পূংবা ওইনবা থংনবা তানখোঙমক্তদা অমদি তানখোঙদা অরাম্বা খোস্থোক শীজিন্নবদদি ফজরোলগী লৈই লাস্থোকপা য়াই।**

\+
অরিবগী নাকেন-থাদা / অনৌবগী পাঞ্চজন্য /

খোদংলোনে হে অনৌবা

(অরিবগী নাকেন-থাদা)

মসিদা অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙগী খোনকাপ মায়ৈ, তৌইগুম্বসুং অরান্বা খোম্বোক শীজিন্নবদা ফজরোল ঙাক্তে হায়না নীংগনি। ভাবকী মায়কৈরোমদগী য়েংলবদি, অরিবদগী অনৌব-রোমদা লাকপনা ছন্দগী সুর অসি নৌথরক্তুনা মথং মথং কূমথরককফম থোকই। মরম অদুনা অনীশুবা তানখোঙবু অহানবা তানখোঙদগী হেন্না নৌবা সুরদা পুল্লিবনি।

[৪১ খ] ছন্দগী ফজরোল ঙাকপগী মতাংদা রাহৈ শীজিন্নবগী রাকমসু মরুওইবা অমনি।

(অ) শৈরেংদদি রারেংগুম্না ব্যাকরণগী চূপ্লী অদুক য়াম্না কন্না লাকশিন্দে, রাহৈগী মথংমনাও শীনবদা য়াম্না মনীংতম্মী। ছন্দগী মখাপোনবা মরম্না কর্তা, কর্ম, ক্রিয়ানচিংবা রাহৈপরেংগী শরূকশিং অসি থন্নীংবা মফমদা থম্ব য়াই। হায়রিবা শরূকশিং অসি ব্যাকরণগী নিয়ম মতুংইন্না থম্বদা ছন্দ কায়বা অমদি ফজবা মাঙবা য়াওই। শৈ-রেংদদি ছন্দ কায়দনবা অমসুং ফজনবরোমদা অয়াম্বা য়েংগদবনি।

(আ) তাবদা নৌনবা, থুম্নবা অমদি মুংঙাইনবগীদমক শৈরেং ইবদা রাহৈগী মমুংদা ময়েক মাঙখিবা, ময়েক হাপচিনবা, ময়েক শাংদোকপা, ময়েক থূপচিনবা নত্রগা থৈবা অসিনচিংবা মওঙশিং অসি লৈহনবা য়াই। হায়রিবা মওঙশিং অসিনা ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎহনবা য়াম্না য়াওই। খুদম, ইবুঙো—ইঙো ; থরাম্মিচাক—থরান ; পাম্মুবা—পাম্মু ;মুংশিবী—মুংশি ; লৈত্রি—লৈতরি ; ক্যাংলীকফাং—কিয়াংলীক-ফাং ; অতিয়া—অত্যা ; অসিগুম্বা—অসুম্বা ; থম্মোইদগী—থম্মোইদৈ ; কদায়দগী—কৈদৈ ; মতোম—মদোম অসিনচিংবা। মাঙখিবা ময়েক্কী মফমদা মহোশানা খুদম ( ' ) হাপ্তুনা ইনৈ। খুদম, অমতা—'মতা ; ইয়াম্বা—'য়াম্বা ; নমাম্নবা—নমাম্ন' ; অমম্বা—অমম' অসিনচিংবা।

(ই) ছন্দ কায়হন্দনবা অমদি ফজবা হেঙ্গৎনবা করি করিগুম্বদা রাহৈ অনী পূনশিল্লগা ময়েক নমশিনখিবা য়াওই। খুদম, মানি

হায়বনি—মানেইনি ; তৌগন্নু হায়রগা—তৌনোইরগা ; রারী শানরি নত্রগা লীনরি—রারীনরি অসিনচিংবা।

(ঈ) শৈরেংদা ছন্দগী ফজবা ভাক্লবগীদমক নামধাতুস্নু য়াম্না শীজিন্নৈ। খুদম, জগোইরি ; ঈশৈরি ; বিদায়রম্মী ; জবান্নৈ ; পাউথুম্নকই অসিনচিংবা।

(উ) হৌজিক্কী রারেংসাহিত্যদা শীজিন্নদবা, শৈরেংদদা শীজিন্নবা অরিবা রাহৈ নত্রগা রাহৈ-কাঙলূপ কয়ামরুম লৈ—ইন্নুং শোরা তৈবা ; অমং য়াইথোঙ কূম্বা ; পায়ম ; খোমলেন ; চাউগোয়ম্নুং অসি-নচিংবা অনৌবা রাহৈগী মহুত্তা অরিবা রাহৈশিং অসি শীজিন্নরগা ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎপা মতাং য়াম্না য়াওই।

(ঊ) ছন্দগী ফজবা ভাক্লবগীদমক রাহৈদা অহেনবা বিভক্তি অমস্নুং প্রত্যয় তপ্পা য়াওই। খুদম—

চেক্লা নঙবু কনানো ?  
অমদম কৈদবু খোংবনো ? (চাউবা)

হায়জকম কনা লৈ  
ভেংবানবদি পৃম্বদা  
নত্তনা নখোঙবু থম্বাল ! (মীনকেতন)

(ঋ) করি করিগুম্বদা নিয়মগী মপান্থোকনা সমাস তৌনবা রাহৈস্নু ছন্দগী ফজরোল ভাক্লবা শীজিন্নবা য়াওই। খুদম, ভাওরবা পুক্লীংগী রাখল—ভাওর-পুক্লীং-রাখল ; লাঙলবা থম্মোইগী খোঞ্জেল—লাঙল-থম্মোই-খোঞ্জেল।

(৯) শৈরেংদা ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎনবগীদমক অয়াম্বা মতমদা অরিবা লোল অমস্নুং অনৌবা লোল, অইবা লোল অমস্নুং ভাঙনবা লোল য়াম্ননা থম্বা য়াওই। খুদম—

মিংচৎ হায়বা নহাকপু অমদম কৈদা লৈখ্রবা !  
তরেৎ-সেঞ্জা তিংদ্রনা নঙবু কয়ম কংসিবা !! (অঙাংহল)

মসিদা 'কৈদা' হায়বা রাহৈসি ঙাঙনবা লোলনি অদুগা 'তরেৎ-সেঞ্জা' হায়বসিনা অরিবা লোলনি। অসুম তৌনা অহানবা শৈখোঙদা অইবা লোল অমসুং ঙাঙনবা লোল য়াম্নমা শীজিন্নরি অদুগা অনীশুবা শৈখোঙদনা অরিবা লোল অমসুং অনৌবা লোল য়াম্নমা থম্লি।

(এ) করিগুম্বদা শৈরেংগী ছন্দ ফজনবগীদমক চপমান্নবা অর্থ চেনবা অতোপ্পা লোলগী রাহৈগা মৈতৈলোলগী রাহৈগা পুনশিন্দুনা রাহৈ অমতা ওইনা শীজিন্নবা য়াওই। খুদম—

বসন্তগী চৌক্রবা অহৌংদা / মুংশি প্রেমগী ঈংলবা ঈশৈ ক্লা
বিশ্বতাইবঙমালেমসে ওসিদি / শান্তি-ঈচৌক হুনখবে মুংঙাইনা

[৪১ গ] মথক্কী ২৩শুবা মতাংদা তানখোঙমরুগী মমুংদা লৈবা তানখোঙমতেক্কী মশীন নৈনখ্রে। মতুদা খোনকাপ ৭কী তানখোঙমরু নত্তবা অতোপ্পা তানখোঙমরুদা তানখোঙমতেক খায়দোকপগী করিগুম্বা মওঙ অমতদা খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেক য়াওদে। তৌইগুম্বসুং কনা কনাগুম্বনা বাংলা ছন্দগী মওঙ লৌদুনা খোনকাপ ৪গা তান-খোঙমরুদা খোনকাপমশীন ৩+১ অমসুং ১+৩গী মওঙদা খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেক শীজিন্নবা য়াওই। অসিগুম্বা মওঙশিংসিদি অয়াম্বা মতমদা রাহৈ থুগায়দুনা শেম্বা তানখোঙমতেক্তা খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেক অসি শীজিন্নবা উই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মওঙগী তানখোঙমতেক্কমশীন্দা ছন্দঈথক লৈহনবা য়াদে। অদুনা মৈতৈ ছন্দগী ফজবা ঙাকপা তারবদি অসিগুম্বা মওঙদা তানখোঙমরু শেম্লোইদবনি, হায়বদি খোনকাপমশীন ৩+১ অমসুং ১+৩-গী মওঙশিং অসি শীজিন্নরোইদবনি। রাফম অসিদা, **খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেক হায়বগা খোম্থোক অমগী তানখোঙমতেক হায়বগা মান্নদে** হায়বসি ঐখোয়না নীংশিংগদবনি। মরমদি খোম্থোক

অমদা খোনকাপ অনী লৈবা য়াম্না য়াওই। করি করিগুম্বা মতমদা খোনকাপ অহুমফাওবা লৈ।

মতাং অসিদা মথক্কী ১৮শুবা মতাংগী খুদম অহু অমুক হম্না য়েংশিন্নীঙাইনি—

॥
নোংও : চুথ : -ম্বো

॥
হনুবা : হ : -হুবী : তাউথরো

লাংজীং : মতোন : থূম্বংলো

॥
পাংশোয় : নূম্না : -বা : তেকথংলো

মসিদা 'ম্বো', 'হ' অমসুং 'বী' খোম্থোক খুদিঙমক অসি শাংদোক-হন্দুনা খোনকাপ অনীনা শারি। অহুগা ২২শুবা মতাংদা খোনকাপ ১০গী তানখোঙমরুগী খুদম অহুস্থ অমুক্কা হম্না য়েংসি —

/
নমথেকউ । নমথেকউ : অপীকপা কোয়

/
য়েংথোকউ । য়েংথোকউ : অপাকপা কোন

মসিদা মহৌশাগী খোনহায় মতুংইন্না 'কোর' অমসুং 'কোন' হায়বা খোম্থোকশিং অসিদা খোনকাপ ২।২ লৈফম থোকপ' -, তৌইগুম্বসুং খোল্ল ম তাবা মরম্না খোনকাপ অমমম লৈ। অহুগা হায়রিবা খোম্থোক খুদিঙমক অসি রাহৈ মপূম অমমম ওইরবস্থ তানখোঙমতেক অমমমদি নত্তে—'অপীকপা: কোর' অমসুং 'অপাকপা কোন' অস্নুম্না তানখোঙ-মতেক অমমমদা রাহৈ ২।২ লৈরি।

অস্নুম তৌনা মথক্কী খুদমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—খোম্থোক অমনা শাবা তানখোঙমতেকপু হাইফেং য়েংবদা খোনকাপ

অমগী ওইনা উহ্না খোনকাপমশীন ২+৩ নত্রগা ৩+২-বু ১+৩ নত্রগা ৩+১ ওইনা লৌখিবা য়াই; অহুগা খোনকাপ অমগী য়াহৈগা অতোপ্পা য়াহৈ অমগা পূন্না শাবা য়াহৈ অনীগী তানখোঙ মতেকপু য়াহৈ অমমমগী তানখোঙমতেক খায়দোক্তুনা খোনকাপ অমগী য়াহৈ অহুবু তানখোঙমতেক অমা ওইনা লৌখিবা য়াই। মরম অহুনা লান্না লৌখিবা য়াবা মওঙশিং অসিগী মরমদা ঐখোয়না চেকশিনগদবনি।

---

## অহুমশুবা শরুক

### ( ছন্দগী শাথেক অমসুং শক্লোন )

# মৈতৈ ছন্দগী মখল

মৈতৈ ছন্দগী হিসাবতা খোনকাপনা লমওৈদে ওইরবসু অমসুং খোনকাপমশীন মতুংইন্না ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মওঙ (pattern) পুথোক্লবসু শৈখোঙগী খোঙচৎ ( লয় ) মতু'ইন্না মৈতৈ ছন্দগী মখল খায়দোকই, খোনকাপমশীং নত্রগা খোম্থোকমশীন মতুংইন্না খায়দোক্কে। ভারতীয় সঙ্গীততা তাল য়াওদবা রাগ-রাগিনী লৈবগুম্না মৈতৈ ছন্দদসু সংস্কৃত সাহিত্যগী গৌড়ী, বৈদর্ভীনচিংবগী মওঙগুম্না মরেং ( style ) মখল মখল লৈ। অদুনা খোনকাপকী নিযমনা মৈতৈ ছন্দগী মখল খায়দোকপা য়াদে।

**শৈখোঙগী খোঙচৎ অহুমগী মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দ মখল অহুম খোক্লা খায়দোকই—অথুবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা খোলুমখোই ছন্দ ( শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দ ), অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা শৈনিংথোই ছন্দ ( তানপ্রধান ছন্দ ) অমসুং অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা খোন্নিংথোই ছন্দ (ধ্বনিপ্রধান ছন্দ )।**

[ সংস্কৃত ছন্দশাস্ত্রগী মতুংইন্না ছন্দ মখল অনীতনি—বৃত্ত অমসুং জাতি। মরুওইনা ময়েক ( বর্ণ ) নত্রগা খোম্থোক ( অক্ষর মশীং থীদুনা শেম্বা ছন্দবু বৃত্ত অদুগা খোনকাপ ( মাত্রা ) মশীং থীদুনা শেম্বা ছন্দবু জাতি কৌই। সংস্কৃততা বৃত্ত ছন্দবু অক্ষরবৃত্ত নত্রগা বর্ণবৃত্ত অদুগা জাতি ছন্দবুনা মাত্রাবৃত্ত হায়নসু খঙনৈ।

মৈতৈ অমসুং সংস্কৃত ছন্দগী খেন্নবা য়াম্না লৈরবসু সংস্কৃতকী তোটক, ভুজঙ্গপ্রয়াত, পঞ্চচামর, রুচিরা, মন্দাক্রান্তা অসিনচিংবা বৃত্ত ছন্দগী শৈওঙশিং অসি মৈতৈ ছন্দদা উবা ফংই।]

# মৈতৈ ছন্দলৈরেং

ছন্দ মথল খুদিঙমক্কী তানখোঙমশীন কয়ামরুম লৈ, মহুবু ছন্দলৈরেং ( Metrical structure/ছন্দোবন্ধ ) কৌই। শৈখোঙ খুদিঙদা তানখোঙ (পদ) অমতা লৈবা ছন্দলৈরেংবু তানখোঙ-অমচৎপী ( একপদী নত্রগা একাবলী ) হায়না খঙনৈ। শৈখোঙ খুদিঙদা তানখোঙ অনী, অহুম অমসুং মরি লৈরবদি মথংশীংনা তানখোঙ-অনীচৎপী ( দ্বিপদী ), তানখোঙ-অহুমচৎপী (ত্রিপদী) অমসুং তানখোঙ-মরিচৎপী (চৌপদী নত্রগা চতুষ্পদী) কৌই। হায়রিবা ছন্দলৈরেংশিং অসি তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীং খেন্নবা মতুংইন্না অমুকস্তু খায়দোক্লি ; অহুগা শৈখোঙগী অতেন-অশাং হায়বদি খোনকাপমশীং মতুংইন্না অতেনবা ( লঘু ) অমসুং অশাংবা ( দীর্ঘ ) হায়না মখল অনী থোক্লা খায়দোকপস্তু য়াওরি।

করি করিগুম্বা ছন্দলৈরেংদা তানখোঙমরু-খায়বা অয়াংবা খোল্লেপ মাঙখিহুনা তানখোঙমরু অনী তিন্নখিবা য়াওই। খুদম—

```
+ •      ••      + •     + •      + •      • •      + •    + •
তৎল . -বস্থ ⋮ লেংনা : লেংনা / লেংঙ : -ম্রিদো ⋮ তৎনা : তৎনা //
                                                          = ৮+৮

+  •   + •    + ••    • :    • 8     • •
পাপনা ⁝ চাক্লবা ⁝ পুম্সিগী / ঈথৈ : পন্থেং ⁝ অসে //          = ৮ + ৮
```

# অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা শৈনিম্মোই ছন্দ

অতপ্পা খোঙচৎকী শৈখোঙদা মহৌশানা অরান্বা রাখল পুই অমসুং খোম্মোক খুদিঙমক্তা শৈনিনখোন ( সুর ) অমমম লোয়নৈ। অসিগুম্বা মথলগী শৈখোঙনা শাবা ছন্দবু অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা শৈনিম্মোই ছন্দ কৌই। মসি ইংরেজীগী Mixed নত্রগা

Composite Metre-গী মওঙনি। বাংলা ছন্দশাস্ত্রদা অসিগুম্বা মখলগী ছন্দবু যৌগিক, বর্ণমাত্রিক, অক্ষরবৃত্ত অমদি তানপ্রধান অসি-নচিংবা মিংশিং অসিনা খঙনৈ। সংস্কৃতকী বৃত্ত ছন্দবুসু অক্ষরবৃত্ত নত্রগা বর্ণবৃত্ত হায়না খঙনৈ, অদু ওইরবসু বাংলাগী অক্ষরবৃত্ত নত্রগা মৈতৈগী শৈনিস্থোইগা সংস্কৃতকী অক্ষরবৃত্তগা মান্নে হায়না লৌবদি য়াদে।

শৈনিস্থোই ছন্দদা খোস্থোক খুদিঙমক খোনকাপ অমমম ওইনা লৌই। করি করিগুম্বা য়াহৈগী অরোইবদা তিন্নবা খোস্থোক য়াও-রবতদা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। তানখোঙমরুগী মন্নুংদা তপ্পবা ব্যঞ্জন অমদি তিন্নবা স্বরনচিংবা তিন্নবা খোস্থোক কয়ামরুম য়াওরবসু অসিগুম্বা অরোইবগী খোস্থোক মখল অসি নত্তবা খোস্থোক অতৈ পুন্নমক্তি খোনকাপ অমমম ওইনা লৌগনি। তৌইগুম্বসুং খোনকাপকী নিয়ম অসিতনা মসিগী মশক লাকপা য়াদে।

শৈনিস্থোই ছন্দগী খোঙচত্তি অতপ্পনি। অদুনা মসিবু অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ কৌরিবনি। ছন্দ অসিগী কবিতা পাবা মতমদা অশেংবা খোস্থোক-খোন্নিল (অক্ষরধ্বনি) নত্তবা অচিংবা শৈনিনখোন অমমম লোয়নৈ। মসিবু সংস্কৃততা 'তান' অমসুং ইংরেজীদা 'vocal drawl' হায়না খঙনৈ। খোস্থোক-খোন্নিলগা অচিংবা শৈনিনখোন অসিগা তিন্নখিদুনা করি করিগুম্বা মতমদা খোস্থোক-খোন্নিলবু নন্দাং-খিবা য়াওই অমসুং শেংনা তাবা ফংই। শৈনিস্থোই ছন্দগী শৈখোঙশিং অসি শৈনিনখোনগী ঈচেল অমনি হায়না লৌবা য়াই। করিগুম্বা ঈচেল অমদা নুংদুম অচৌ-পিশক মখল মখল হুম্থরগা মাগী মাগী লৈফম ফংখিবগুম্বা শৈনিনখোনগী ঈচেল অসিদসু তিন্নদবা অমদি তিন্নবা খোস্থোকশিংগী লৈফম লায়না ফংই। খোন্নিল-ঈচেলগী শরুক অমমমসিনা শৈনিস্থোইগী খোনকাপ অমমম্নি। মপুংফাবা ময়েক অমমম্না ( ং, :, ৎ অসিনচিংবা অসিদি মশীং থাদে ) অসিগুম্বা শরুক

অমমম্বু চাউরাক্লা খঙহল্লি। মরম অহুনা অয়াম্বা মতমদা ময়েক মশীং শীরগা খোনকাপকী হিসাব ফংবা য়াই। খোম্থোক-খোম্লিলতনা শৈনিম্থোইগী খোনকাপ অমমম মপূংফাহনবা ঙমদে। অশেংবা খোম্লিলগী হিসাবতা মাম্নদবা খোম্থোকশিং অহুস্তু শৈনিম্থোইদা মাম্নবা য়াই। ঈশৈদা সুর য়াওবগুম্না মসিদস্থু অচিংবা শৈনিনখোন অমা মতম পুন্নমক্তা য়াওই। মসি য়াওত্রবদি শৈনিম্থোই ছন্দগী কবিতা ওইবা য়াদে।

ছন্দগী ঈথক হায়বসি মহৌশানা রাথৈপরেংগী অতোপ্পা মওঙশিংবু নক্কাত্তুনা মওঙ অমা অনীতদা শাদোং ওইহুনা হৌরকই। শৈনিম্থোই ছন্দদদি হায়রিবা ঈথক অসি খোম্থোক্কী মওঙ অতৈ অতৈ নক্কাত্তুনা মরুওইবা স্বরগী খোম্লিলদা শাদোং ওইরগা হৌরকই। মরুওইবা স্বরগী খোম্লিলনা ছন্দ অসিগী মপূংনি, ব্যঞ্জনচিংবা ময়েক অতৈ অতৈদি মরুওইবা স্বরগী মখাপোল্লি অমস্থুং ছন্দগী মপানগী শকফম শেম্নবা লৈবনি হায়না লৌই। মরম অহুনা ছন্দলৈরেংগী হিসাবতা ব্যঞ্জনচিংবা মরুওইদবা খোম্লিলগী মমল থোইদোক্লা থমদে। খোম্থোক্কী স্বরগা শরুকপু মপূং ওইনা লৌরগা শৈনিম্থোই ছন্দদা লীচিং অমতা ওইবা খোম্লিল-ঈচেল অমা থোকহল্লি অমস্থুং খোম্লিল-ঈচেল অসিগী শরুক অমমম্না খোম্থোক মখল পুন্নমক্কী মফম পীবা ঙম্মী হায়বসি শৈনিম্থোইগী মখল নৈনরকপা মতাংদা উবা ফংগনি।

অশেংবা খোম্থোক-খোম্লিলবু মপূং ওইনা লৌদনা মহুবু অচিংবা সুর অমগী মখাপোলহনবা মরম্না শৈনিম্থোইগী শৈখোঙ তানখোঙ-নচিংবা ছন্দগী শরুকশিংদা খোম্থোক য়াম্না হাপ্পা য়াই। মরম অহুনা **হৌজিক খোনকাপ ঙতগী হেনবা মশীংগী তানখোঙমরু শৈনিম্থোই ছন্দদা শীজন্নবা য়াওরক্লি।**

অতোপ্পা মখলগী ছন্দগা শৈনিম্থোই ছন্দগা খেন্নবা থঙগে হায়-রবদি অচিংবা সুর অসি য়াওবরা য়াওদবরা, খোম্থোকপু নক্কাত্তুনা খোম্লিল-ঈচেল অমা চেনবরা চেন্দবরা হায়বা অসি রেংগদবনি। খোন-কাপকী হিসাবতনা ছন্দগী মখল থঙবা ঙম্নোই।

শৈনিঙ্থোই ছন্দদা রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌবগী মরম খণ্ডবা তারবদি শৈনিঙ্থোইগী অতোপ্পা মওঙ অমগা খঙগদবনি। রাহৈ খুদিঙমকপু নক্নবা রাহৈ অতৈ অতৈগা তিন্নদনা থম্বনা মৈতৈ খোনহায়গী তোপতোপ্পা মওঙ অমনি। শৈনিঙ্থোই ছন্দদা হায়রিবা মওঙ অসি মরাঙকায়না উবা ফংই। **মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমরু অমমম্ভু খোঙ্থোক কয়ামরুমগী অপূনবা অমনি হায়না লৌদনা রাহৈ কয়ামরুমগী অপূনবা অমা ওইনা লৌগদবনি।** রাফম অসি মরুওইনা শৈনিঙ্থোই ছন্দগী মতাংদা চুম্মী হায়বা য়াই। মৈতৈ খোনহায়গী নিয়ম মতুংইন্না রাহৈ খুদিঙগী অহানবা স্বরনা লুম্বা খ্বাইদগী হেল্লি অতুগা রাহৈগী অরোইবদা খ্বাইদগী হন্থে। তৌইগুম্বসুং তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অমগী ওইনা লৌতুনা হায়দোক্লবদি খোনহায় খরা থুগনি। মরম অতুনা লৈয়েংগী থবক থুজিনবা অমা চঙই। তৌইগুম্বসুং স্বরগী অরূম্বা হম্ববা মফম অতুদা অসিগুম্বা থবক অসি ওইথোক্তে, রাহৈগী অরোইবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অমগী ওইনা লৌতুনা পারবদি রাহৈগী অরোইবদা স্বরগী অরূম্বা হেঙ্গৎলি। তৌইগুম্বসুং অতুগুম্বা মওঙদি মৈতৈ খোনহায়না ওন্নতৈনৈ। মরম অতুনা শৈনিঙ্থোই ছন্দদা রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অমগী ওইনা লৌদনা খোনকাপ অনীগী ওইনা লৌনৈ। স্বরগী অরূম্বা হম্বরকপা মফম অতুদা খোঙথাং খরা তপথরকপা হায়বদি হৌনশানি। মরম অসিনসু রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু শাংদোকহনবসি মহৌশানি। হায়বদি, **শৈনিঙ্থোই অসি অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ ওইবা মরম্মা মফম অসিদা মহৌশানা খোনকাপ-চেন্নজবা খোঙ্থোক শীজিন্নৈ।**

শৈনিঙ্থোই ছন্দনা মৈতৈ সাহিত্যদা শীজিন্নবা খ্বাইদগী হেল্লি, মরমদি চুম্নগী রা ভাঙনবদা অমসুং রারেংদা শীজিন্নবা নিয়ম অতু মসিদনা খ্বাইদগী হেন্না শীজিন্নৈ।

শৈনিম্বোই ছন্দগী শাজৎকী মরমদা হায়রিবা অসিদগী মসিগী অতোপ্পা মগুণ খরসু খঙবা ঙমগনি। শৈনিম্বোইগী অচিংবা সুর নত্রগা খোম্লিল ঈচেলগী শরূক অমমমগী মনুংদা খোম্বোক পূন্নমক লূপখিবা মরম্না খোনকাপ অনীবু খোনকাপ অমদা চিংশিনবা য়াই। শৈনিনখোনগী পাম্বৈনা খোনকাপ চিংশিনবগী পাঙ্গল অমা লৈবসিনা শৈনিম্বোইগী তোপতোপ্পা মগুণ অমনি। খুদম—

  + + •   + + ০   + ঃ   + + ০
হায়রম্মী : নোংখান্না / নোক্রেম : হায়গ্রেম্না //

  + ০ •   + ০ ০   • • ০   • + ০
খুমজদে খশ্ব'দ / তাথীবা : থাহৈনা //

মসিদা অহানবা শৈখোঙদনা অনীশুবা শৈখোঙদগী তপ্পবা ময়েক অমসুং তিন্নবা খোম্বোক য়াওবা হেল্লি। অদু ওইরবসু খোনকাপ-মশীংদি শৈখোঙ অনীমক্তা ৬+৬ লৈ। অসুম তৌনা তপ্পবা তপ্পদবা ময়েক, তিন্নবা তিন্নদবা খোম্বোক পূন্নমক শৈনিনখোন্দা লূপ্তুনা খোনকাপকী লীপুন অমদা ছন্দগী খোঙথাং কায়দনা চৎলল্লি। শৈনিম্বোইগী তোঙান তোঙানবা খোম্বোক্কী মরক্তা অহাঙবা হেক হেক লৈ অমসুং অহাঙবশিং অদু অচিংবা শৈনিনখোন্না মেনশিল্লি। মরম অদুনা অয়াংবা খোম্বোক্কী ফমদা অরূম্বা খোম্বোক হাপ্পবসু ছন্দ কায়দে।

অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ ওইবা মরম্না শৈনিম্বোই ছন্দদা জগোই-শাথেক নত্রগা অথুবা খোঙথাং, অমদি তন্দেমান্দেবা নত্রগা অকেবগী ভাব করিগুম্বদসু লাক্তে—পুক্নীংচঙবা, লাকশিনবা অমসুং অরূম্বা ভাবতমক লাকই। অদুনা শৈনিম্বোই ছন্দনা অরূম্বা অমদি লূপথবা য়াথলগী অথোইবা শাদোংনি। মরম অদুনা অরাংবা থাক্কী কবিতাদি শৈনিম্বোই ছন্দদা অয়াম্বা ইনৈ। মৈতৈ ছন্দদা ধ্রুপদকুম্না সুর

ৱাংনা পানবা য়াবা ছন্দ মসিতনি। বাংলা পয়ারগী অরূপ্পা শৈনিন-খোন অহু মসিদা য়াওবা মরম্না মসিবু বাংলাগী পয়ারজাতীয় ছন্দ নত্রগা তানপ্রধান ছন্দগী মখলদা থম্বা য়াই।

শৈনিস্থোই ছন্দগী অতোপ্পা মগুণ অমস্তু লৈ। মসিদা রাহৈগী মরক মরক্তা অহাঙবা লৈবা মরম্না মনাংতম্বা লোল্লেপ তাবা য়াই। অহুনা থুগায়বা রাহৈগী শরূক্না ওইবা নত্তবা তানখোঙমতেক্কী মতুংদা মতেকওইবা অমদি মপুংফাবা লোল্লেপ মখল অনীমক তাবা য়াই। মরম অসিনা ছন্দ অসিদ লোল্লেপকা খোল্লেপকা তিন্নদনা তাবস্তু য়াই। অহুনা ছন্দ অসিদা ঈচেলনাইবা কবিতা ইনরিবনি।

ছন্দ অসিদা শৈনিনখোনগী পাম্বৈন অমরোমদা খোনকাপ চিং-শিলহনবা য়াওবগুম্না অমরোমদা অমুক করি করিগুম্বদা অতেনবা খোস্থোক শাংদোকহন্দুনা অশাংবা খোস্থোক ওইনা শীজিন্নবস্তু য়াওই। অহুনা মতম পুন্নমক্তা খোস্থোক মশীং থীরগা খোনকাপকী হিসাব ফংবা য়াদে।

**খোনকাপমশীং মতুংইন্না শৈনিস্থোই ছন্দগী তানখোঙমরু মখল অনী শুই—খোনকাপ মরিনা শাবা অমস্তুং খোনকাপ তরূক্না শাবা।**

## (১) খোনকাপ মরিনা শাবা (Tetramoric)-

তিন্নদবা তানখোঙমরু=অনী : অনী

তিন্নবা তানখোঙমরু=অনী : অহুম : অহুম

নত্রগা

অহুম : অহুম : অনী

থুদম—

(ক) নঙগী : লম্বী : ঐগী : লম্বী / খঙত্র : খস্তু : নঙনা : ঐনা //

পুবি : রিদো : চেৎনা : মুনা / লোইদ : বনা : চিংবি : ...//

মসিদা য়াওরিবা তানখোঙশিং অসি তিন্নদবা তানখোঙমরুনা শাবা ঙাক্তুনি। তানখোঙমরু খুদিঙমক্তা খোনকাপ মরি অমসুং তানখোঙমতেক খুদিঙমক্তা খোনকাপ অনী লৈ।

(খ) লোন্না : লোন্না ⋮ লৈকা : মুংদা / শেমজ : য়িবা ⋮ মুংশি : কোন্দা /
কনানো : লাক্লিবা : নঙবু //

মসিদা য়াওরিবা তানখোঙ অহুম অসিগী মনুংদা অহানবগী অনীদি তিন্নদবা তানখোঙমরুনা শাবনি অতুগা ইকোন কোনবা তানখোঙনা তিন্নবা তানখোঙমরুনা শাবনি।

(২) **খোনকাপ তরুক্তা শাবা ( Hexamoric ) তানখোঙমরু**

**—অহুম : অহুম ॥ মরি : অনী ॥ অনী : মরি ॥ অনী : অনী : অনী**

খুদম—

বসন্ত : ঙমজনা ⋮ থুন্নবা : খোঙ্গেন্না /
নিঙ্গন্দী ইনাক্তা ⋮ ইমা : ইমা : হায়না //

# শৈনিঙ্খোই ছন্দলৈরেং

শৈনিঙ্খোই ছন্দগী খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমরুগী তানখোঙ অনীচৎপী ছন্দলৈরেংবু শামুখোঙথাংগা মান্নবা চীংলেম্মী হায়হুনা শামুখোঙ ছন্দ কৌই। মসি মরুওইনা বাংলা পয়ারগা মান্নে অহুগা খোনকাপ ৮+৮=১৬কী শৈখোঙনা শাবা সংস্কৃত পজ্ঝাটিকাগা মান্নবা মওঙসু য়াওরি। মথাদা পীরক্লিবা ছন্দলৈরেংগী মওঙশিং অসিনা য়াকম অসি চুম্মী হায়বা তাক্লি।

**[ক] খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমরুগী শৈনিঙ্খোই ছন্দলৈরেং—**

**(১) অতেনবা তামখোঙ-অনীচৎপী (লঘু দ্বিপদী) মঙ্গগা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ।**

**খোনকাপমশীন—৮॥৬**

ছন্দলৈরেং অসি বা'লা লঘু পয়ারগা মওঙ অমতনি। বাংলা ছন্দদা লঘু পয়ারবু শন্না পয়ার হায়রগস্থ খঙনৈ। মসিদা চাংওইনা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ (মিল নঙ্গগ মিত্রাক্ষর) লৈগনি অমস্থং শৈখোঙগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ (পূর্ণযতি) তাগনি। শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+৬=১৪, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ অমুগা অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৬ লৈগনি। অনীশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুদি খোনকাপ অনানা শাবা মপূংফাদবা তানখোঙমরু ওইগনি। অমুনা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দগী শৈখোঙদি তানখোঙমপূংফাদবা (অপূর্ণপদী/cata-lectic) ওইগনি। খুদম—

লান্মী পুম্বা ⋮ ঙাওনা কৈনা / চেল্লি শমজি ⋮ খায়না //
= (৪ + ৪) + (৪ + ২) = ৮ + ৬

য়েক্রুতেম্না ⋮ ঙংনা ঙংনা / তাল্লি পাইনা ⋮ পাইনা //
= (৪ + ৪) + (৪ + ২) = ৮ + ৬

শৈখোঙগী অহানবা অমস্থং অনীশুবা তানখোঙমরুদা, হায়বদি মরিশুবা অমস্থং নিপালশুবা খোনকাপতা মান্নখৈ লৈরবদি শৈনিস্থোই অতেনবা তাখোঙ-অনীচৎপীবু শামুখোঙ অপোবা ছন্দ কৌই অমুগা অহানবা, অনীশুবা অমস্থং অহুমশুবা তানখোঙমরুদা, হায়বদি, মরিশুবা নিপালশুবা অমস্থং তরানীথোইশুবা খোনকাপতা মান্নখৈ লৈরবদি শামুখোঙ অকৃপ্পা ছন্দ কৌই। শামুখোঙ অপোবা ছন্দগা বাংলা তরল পয়ারগা মান্নে অমুগা শামুখোঙ অকৃপ্প ছন্দগা বাংলা মালঝাঁপ পয়ারগা মান্নে।

মধুমতী ⋮ কুন্দো যাতী / নোক্লি লৈকা ⋮ ফম্না // =৮+৬
লৈহীপাম্বা ⋮ খোইমুলাবা / পাইরি ঙংনা ⋮ ঙংনা // =৮+৬

শামুখোঙ অকুপ্পা ছন্দ—

ফজবশী ⋮ মকাদশী / লাক্লি মুংগী ⋮ পাউ দি //
ফজখোইবা ⋮ মুংশিখোইবা / ফংদে উবা মাদি //

ছন্দলৈরেং অসিগী অহানবা অমসুং অহুমশুবা শৈখোঙদা মান্নখৈ মওঙ অমা অহুগা অনীশুবা অমসুং মরিশুবদা মান্নখৈ মওঙ অমা লৈরবদি মরক-খৎপা শামুখোঙ ছন্দ কৌই। মসিগা বাংলা পর্যায়সম পয়ারগা মান্নে। খুদম—

ঐস্ন মানি ⋮ নঙসু মানি / পুম্নমকসে ⋮ মানি // =৮+৬
করিগীনো ⋮ খেন্নরিবা / অমতশী ⋮ শকসে // =৮+৬
খঙনদবা ⋮ পুম্নসিগী / খঙনফমদি ⋮ মানি // =৮+৬
করিগীনো ⋮ খঙনদবা / মানি পুম্ন ⋮ -মকসে // =৮+৬

অহানবা অমসুং মরিশুবা শৈখোঙদা মান্নখৈ মওঙ অমা অহুগা অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা শৈখোঙদা মান্নখৈ মওঙ অমা লৈরগনা ছন্দলৈরেং অসিবু ময়ায়-মান্নবা শামুখোঙ ছন্দ (মধ্যসম পয়ার) কৌই। খুদম—

লৈক' ফম্না ⋮ শাচ্চহুনা / লৈহী ফচ্চ ⋮ -ম্রক্লে // =৮+৬
মপু মাবু ⋮ খোঙ্ররক্লে / পোম্বী চেক্লা ⋮ -খিংনা // =৮+৬
পাইখোরক্লে ⋮ রাগিনীনা / ঙসি ঙাওনা ⋮ ঙংনা // =৮+৬
য়েংবহৈবা ⋮ কবিশিংনা / পেন্না য়েংজ ⋮ -ম্রক্লে // =৮+৬

**(২) অশাংবা তানখোঙ-অনীচৎপী (দীর্ঘ দ্বিপদী) নম্রগা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ।**

**খোনকাপমশীন—৮॥১০**

অশাংবা শামুখোঙ ছন্দবু বাংলা ছন্দদা দীর্ঘপয়ার নম্রগা মহা-পয়ারনসু খঙনৈ। মসিদা চাংওইনা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা

মাম্নখৈ লৈগনি অমস্তুং শৈখোঙগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ তাগনি। শৈখোঙ থুদিঙদা খোনকাপ ৮+১০=১৮, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ অহুগা অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ১০ লৈগনি। অনীশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙ-মরুদি খোনকাপ ৬না শাবা হেন্দোক্লা-মপূংফাবা তানখোঙমরু ওইগনি। অহুনা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দগী শৈখোঙদি হেন্দোক্ল-তানখোঙ-মপূংফাবা ( অতিপূর্ণপদী/hyper-catalectic ) ওইগনি। থুদম—

লৌবিমুনে ⋮ লৎনদনা / ঙাঙ্‌নবা ⋮ নঙগী সনাখুৎনা // =৮+১০
অমাবগী ⋮ চৈনাখোন / লেংলবিবা ⋮ অসে কপ্না কপ্না // =৮+১০
থীকথবিমু ⋮ নুংশিলাইজ / নুংশিলাইজ ⋮ -খোনবা খুত্তুদগী // =৮+১০
চামথপে ⋮ থুয়াথাদো / মীৎকী লাইজ ⋮ -সিনা তোমবগী // =৮+১০

অসি নত্তবা খোনকাপ ৮+৮=১৬না শাবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ মখল অমস্তু মৈতৈ ছন্দদা উবা ফংই। মসিদস্তু চাংওইনা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মাম্নখৈ লৈ অমস্তুং শৈখোঙগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ তাই। তানখোঙ অনীমক্তা খোনকাপমশীং চপ-মাম্নবা তানখোঙমরু অনী অনী লৈ হায়হুনা মসিবু তানখোঙমাম্নবা শামুখোঙ ছন্দ কৌই। মসি অরিবা বাংলা পয়ারগী মওঙনি। অরিবা যুগতা বাংলা পয়ারগী খোনকাপমশীং ৮+৮, ময়ায়যুগতা ৮+৭ লৈরম্বদগী হৌজিক ৮+৬তা লাক্তুনা লেপ্লরে। শৈখোঙনা ছন্দগী মরুওইবা মচাক নত্তে হায়বসি খঙবা রাক্তুনা কনা কনাগুম্বনা খোনকাপ ৭+৭-পু ৮+৬-কা মাম্ননা লৌবা য়াওই। তানখোঙ মাম্নবা শামুখোঙ ছন্দ অসি সংস্কৃত পজ্ঝটিকা ছন্দগা মওঙ অমতা ওইনা তৌই। খেন্নবা হায়ববু পজ্ঝটিকা ছন্দদনা মাপলশুবা খোনকাপ অহু অরূম্বা (গুরু) ওইগনি অহুগা মসিগীনা অহুশুম্বা অরূম্বা অম্লাংবা খোনকাপ ওইগনি হায়বগী অককবা নিয়ম লৈতে। [মতাং অসিদা

নীংশিংগদবা য়া অমনা পজ্ঝটিকা ছন্দ অসি সংস্কৃত মাত্রাবৃত্তগী মন্নুংচল্লি। বাংলা মাত্রাবৃত্ত ছন্দগা সংস্কৃত মাত্রাবৃত্তগা চপমান্নবা অর্থদা শীজিন্নদে। অচুনা তানখোঙমান্নবা শামুখোঙ ছন্দ অসি বাংলা মাত্রাবৃত্তগী মওঙ নত্রবসু সংস্কৃত মাত্রাবৃত্তগী মন্নুংদা লৈবা পজ্ঝটিকাগা মওঙ মান্নরিবনি।]

খুদম—

চূপ্নী পূম্বা ⋮ থাবচুনা / চাইথোবক্লে ⋮ ঈচু কন্না //
চেম্বখরে ⋮ বাংম লান্না / ঐগী মীশী ⋮ কাউবচুনা //

## (৩) অতেনবা তানখোঙ-অহুমচৎপী।

### খোনকাপমশীন—৮।।৮।।৬

ছন্দলৈরেং অসি বাংলা লঘু ত্রিপদীগা মান্নদে। শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+৮+৬=২২, হান্নবদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮, অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ অচুগা অহুমশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৬ লৈগনি। অহুমশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অচু খোনকাপ অনীনা শাবা মপুংফাদবা তানখোঙমরু ওইগনি। অচুনা ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙদি তানখোঙমপুংফাদবা (অপূর্ণপদী/catalectic) ওইগনি। মসিদা চাংওইনা শৈখোঙগী অহানবা অমস্তুং অনীশুবা তানখোঙদা অচুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। অচুগা অহানবা তানখোঙ অনীদা মান্নখৈ লৈবা অচু শেংনা উৎননবা শৈখোঙ খুদিঙমক পরেং অনী থোক্লা থম্মৈ। [বাংলা লঘু ত্রিপদীদি খোনকাপ ৬কী তানখোঙমরুনা শাবা শৈনিস্থোই (তানপ্রধান) ছন্দনি। মসিগী খোনকাপমশীং ৬+৬+৮ =২০-নি। খোনকাপ ৮+৮+৬-কী তানখোঙ-অহুমচৎপী ছন্দসু বাংলা ছন্দদা উবা ফংই। অচু ওইরবসু লঘু ত্রিপদী নত্রগা দীর্ঘ ত্রিপদী (লাচাড়ি)-নচিংবা করিগুম্বা মিংথোল অমতনা মসিবু খঙনদে। মসি বাংলা ছন্দদা হান্না লৈরমদে, নৌনা পুশিল্লকপনি।]

খুদম—

ব্রজ বৃন্দা ⋮ -বনগী 'য়ায়দা / নীংখিরবা ⋮ কৃঞ্জবন্দা /
ভাল্লি য়াধি ⋮ •কানা // =৮+৮+৬
খোল্লহুনা ⋮ কৃষ্ণনামবু / নীংজহুনা ⋮ মবুঙোবু
ঙাইরি ওল্ল ⋮ -খোইনা // =৮+৮+৬

## (৪) অশাংবা তানখোঙ-অহুমচৎপী।

**খোনকাপমশীন—৮।।৮।।১০**

মসি বাংলা দীর্ঘ ত্রিপদীগা মান্নে। দীর্ঘ ত্রিপদীবু বাংলা ছন্দদা লাচাড়ি হায়নস্থ খঙনৈ। শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+৮+১০ =২৬, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮, অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ অহুগা অহুমশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ১০ লৈগনি। অহুমশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অহু খোনকাপ ৬না শাবা হেন্দোক্লা-মপূংফাবা তানখোঙমরু ওইগনি। অহুনা ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙদি হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা ( অতিপুর্ণপদী/hyper-catalectic ) ওইগনি। মসিদা চাংওইনা শৈখোঙগী অহানবা অমস্থং অনীশুবা তানখোঙদ অহুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। অহানবা তানখোঙ অনীদা মান্নখৈ লৈবা অহু শেংনা উৎননবা শৈখোঙ খুদিঙমক পবেং অনী খোক্লা থম্নে। খুদম—

লৈজগেনে ⋮ মুংশিখোইবা / পাম্মুখোইবা ⋮ ফজখোইবা //
ভাঙ্‌নবা ⋮ নঙগী খুয়াথাদা // =৮+৮+১০
হোনবিহুনা ⋮ ঐগী হিসে / পুবিয়োনে ⋮ পুন্সি অসে
অবা' পুম্বা ⋮ মূংপা নমদমহুদা // =৮+৮+১০

## (৫) অতেনবা তানখোঙ-মরিচৎপী।

**খোনকাপমশীন—৮।।৮।।৮।।৬**

মসি বাংলা লঘু চৌপদীগা মান্নদে। বাংলা দীর্ঘ চৌপদীগী

ছন্দলৈরেংদা মসিগা মান্নবা য়াওই। বাংলা লঘু চৌপদীগী খোনকাপম-শীং ৬+৬+৬+৫ =২৩ অহুগা দীর্ঘ চৌপদীগীনা ৮+৮+৮+৬= ৩০ নত্রগা ৮+৮+৮+৭ =৩১ নত্রগা ৮+৮+৮+১০ =৩৪-নি।

ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+৮+৮+৬ =৩০, হায়বদি, অহানবা তানখোঙ অহুম্মক্তা খোনকাপ ৮।৮ লৈগনি অহুগা মরিশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৬ লৈগনি। অহুনা মসিগী শৈখোঙদি তানখোঙমপুংফাদবা ( অপূর্ণপদী/catalectic) ওইগনি। মসিদা চাংওইনা অহ'নবা তানখোঙ অহুমদা নত্রগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। অহানবা তানখোঙ অনী নত্রগা অহুমগী মান্নখৈ শেংনা উৎননবগীদমক শৈখোঙ খুদিঙমক পরেং অনী থোক্লা খায়গনি। খুদম –

ঐগী কাব্য ⋮ -কুঞ্জ নিন্না / খোংলহনা ⋮ ছন্দবীণা /
চিংখোরক্লে ⋮ নৈনা নৈনা / নুংগী য়াবা ⋮ -খানবু //
=৮+৮+৮+৬

শোদোরক্লে ⋮ য়াবাখোম্না / য়াগিনীবু ⋮ ওইরহনা /
শরুনহু ⋮ মহৌ চেন্না / নঙগী য়াইক ⋮ -জয়বু // =৮+৮+৮+৬

মথকী খুদম অসিদা শৈখোঙ খুদিঙগী অহানবা তানখোঙ অহুমদা মান্নখৈ লৈ।

কম্নি বানো ⋮ করিনোনে / নঙনা হায়রি ⋮ -বহবুনে /
মহুমক্তি ⋮ হায়বিগনু / থাঙবা ঙমদে ⋮ ঐদি // =৮+৮+৮+৬
থঙখিবনি ⋮ থাজ মানা / তাখিবনি ⋮ সাক্ষী ওইনা /
অহুক্তৈদা : হায়নখিবা / কাউরবরা ⋮ নঙদি // =৮+৮+৮+৬

মথকী খুদম অসিদা শৈখোঙ খুদিঙগী অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙদা মান্নখৈ লৈ।

## (৬) অশাংবা তানখোঙ-মরিচৎপী।
## খোনকাপমশীন—৮॥৮॥৮॥১০

মথক্তা ঐখোয়না উখ্রে- বাংলা দীর্ঘ চৌপদীগী ছন্দলৈরেং মখল ছুমগী মন্থুংদা মসিগ মান্নবা য়াওরি। মসিগী শৈখে ৮+৮+৮+১০ =৩৪, হায়বদি, অহানবা তানখোঙ অহুম্মগী খোনকাপ ৮,৮ লৈগনি অদুগা মরিশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ১০ লৈগনি। মরিশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুদি খোনকাপ ৬না শাবা হেন্দোক্লা-মপুংফাবা তানখোঙমরু ওইগনি। অদুনা মসিগী শৈখোঙদি হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা ( অতিপূর্ণপদী/hyper-catalectic ) ওইগনি। মসিদা চাংওইনা অহানবা তানখোঙ অহুমদা নত্রগা অনীদা অদুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। অহানবা তানখোঙ অনী নত্রগা অহুমগী মান্নখৈ শেংনা উৎননবগীদমক শৈখোঙ খুদিঙমক পরেং অনী থোক্লা খায়গনি। খুদম---

সনাপুংদা ⋮ পোমজখিবা / লোইবী চাংদ ⋮ কঞ্জখিবী /
শাপ্পা চপ্ ⋮ নুরা চাইবী / পুস্পিচুপ্পা ⋮ শাংখি মৈয়োয়না //
=৮+৮+৮+১০

মশাবাবু ⋮ শেৎনবগী / মৈনংনবা ⋮ অবাকমগী /
খাঙজখিদে ⋮ মপুমাগী / তমথীরবা ⋮ থৌদা ইল্লত্রনা //
=৮+৮+৮+১০

মথক্কী খুদম অসিদা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙ অহুমদা মান্নখৈ লৈ।

থুম্মীদকো ⋮ হে অথুম্বী / মুংশিদকো ⋮ হে মুংশিবী /
পোক্লফম্মি ⋮ নঙসে ঐগী / পেনবা নাইদে ⋮ নঙবু য়েংজবগী //
=৮+৮+৮+১০

থক্লা খাবু ⋮ কোনবসিদা / কোয়না কোয়না ⋮ থিক্রবদা /
লৈত্তে নঙগা ⋮ মান্নবদি / পেনবা নাইদে ⋮ নঙবু কৌজবগী //
=৮+৮+৮+১০

মথক্কী খুদম অসিদা শৈখোঙ খুদিঙগী অহানবা তানখোঙ অনীদা মান্নখৈ লৈ।

## [খ] খোনকাপ তরুক্কা শাবা তানখোঙমরুগী শৈনিহোই ছন্দলৈরেং—

### (১) তানখোঙ-অমচৎপী।

### খোনকাপমশীন –৬॥৫ নত্রগা ৬॥৬

খোনকাপ ৬॥৫গী তানখোঙ-অমচৎপীবু অরিবা বাংলা ছন্দদা একাবলী হায়না খঙনরম্মী, হৌজিক্কা 'ষণ্মাত্রপর্বিক অপূর্ণ একপদী' হায়না খঙনবে। মসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৬+৫ = ১১না শাবা তানখোঙ অমমমতা লৈগনি অদুগা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অদু মপূংফাদবা ওইবনা শৈখোঙসু মপুংফাদবা ( অপূর্ণ-পদী/catalectic ) ওইগনি অমসুং থংনব শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। খুদম—

যেংখি যেংখিবদা ⋮ করিনো ঙসি // =৬+৫
পুক্নীং হুখবে⋮ তেংবান আসি // =৬+৫
চাইখরে মঙান ⋮ নোংদোন শাৎনা // =৬+৫
করিগী খোঙাংনো ⋮ মাঙকৈ শীঙ্গা // =৬+৫

একাবলীগী অনীশুবা তানখাঙমরুদা খোনকাপ অমা হেন্না হাপ্লবদি অরিবা বাংলা ছন্দদা দীর্ঘ একাবলী হায়না খঙনরম্মী। হৌজিক্কা 'ষণ্মাত্রপর্বিক পূর্ণ একপদা' হায়না খঙনরে। মৈতৈ ছন্দদসু খোনকাপ ৬+৬ = ১২না শাবা দীর্ঘ একাবলীগী মওঙ অসি উবা ফংই। খুদম—

মতমগী ঈচেলনা ⋮ চেস্থরি লেপ্পনা // =৬+৬
ঙাইরমদে কনাবু ⋮ য়েংলমদে মশাক্কা // =৬+৬
লাম্ররবা লৈল্লেবা ⋮ নিংথৌ চাকনিবা // =৬+৬
লৈতে মঙোন্দদি ⋮ করিসু খেন্নবা // =৬+৬

## (২) তানখোঙ-অনীচৎপী।
## খোনকাপমশীন—১২॥৮ নত্রগা ১২॥১১

বাংলা ছন্দদা খোনকাপ ১২॥৮-গী ছন্দলৈরেংবু ৬।।৬।।৮ অসুম্না তানখোঙ অহুম থোক্না লৌহুনা লঘু ত্রিপদী হায়না খঙনৈ। মৈতৈ ছন্দদনা খোনকাপ ১২।।৮ অসুম্ন' তানখোঙ অনী থোক্ন লৌহুনা তানখোঙ অনীচৎপী ওইনা লৌই। মসিবু তানখোঙ অহুমচৎপী (ত্রিপদী) ওইনা লৌবদি চুমদে। মরমদি, মসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমথক্তা লৈ। অহুনা মসিবু তানখোঙ-অনীচৎপী ওইনা লৌফম থোকই। মসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ১২+ ৮=২০ হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ১২ অহুগা অনী-শুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ লৈগনি। অনীশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অহু মপুংফ'দবা তানখোঙমরু ওইগনি। চাংওইনা অহানবা তানখোঙমরু অনী নত্রগা অহুমদা অহুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। খুদম—

মাধবী কুঞ্জদা ⋮ নোংমগী অহীংদা / খোংথিবদো নোয়না ⋮ নোয়না //
=(৬+৬)+(৬+২)=১২।।৮

মিরবা স্বরদা ⋮ থম্মোইগী তারদা / য়ৈরেনে ঙসি ⋮ নৌনা //
=(৬+৬)+(৬+২)=১২।।৮

অহুগা খোনকাপ ১২।।১১-গী ছন্দলৈরেংবু ৬।।৬।।৬।।৫ অসুম্না তানখোঙ মরি থোক্না লৌহুনা বাংলা ছন্দদা লঘু চৌপদী হায়না খঙনৈ। মসিগীসু শৈখোঙ খুদিঙদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমথক্তা লৈ। অহুনা মৈতৈ ছন্দদা মসিবু তানখোঙ-অনীচৎপী ওইনা লৌই। মসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ১২+১১=২৩, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ১২ অহুগা অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ১১ লৈগনি। অনীশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু

অহু মপুংফাদবা তানখোঙমরু ওইগনি। চাংওইনা অহানবা তান-খোঙমরু অনী নল্লগা অহুমদা অহুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। খুদম—

থংওন্নিদা ঐদি ⁝ ওয়োক্না ঙসিদি / অথাপ্পনী বাঁশী ⁝ খোংলকপসিদা //
=(৬ + ৬) + (৬ + ৫) = ১২॥১১

কয়ম্বা মল্লনো ⁝ কনাগী মপাউনো / খীকংবক্লিবসে ⁝ ঐগী থম্মোইদা //
=(৬ + ৬) + (৬ + ৫) = ১২॥১১

## (৩) তানখোঙ-অহুমচংপী।

## খোনকাপমশীন –১২॥১২॥৮ নল্লগা ১২॥১২॥১১

ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙ অনীদা অমস্থং থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙ অহু মপুংফাদবা ওইবনা মসিগী শৈখোঙদি তানখোঙমপুং-ফাদবা (অপূর্ণপদী/catalectic) ওইগনি। খুদম—

খোনকাপ ১২ + ১২ + ৮ = ৩২

লৈজদে ঐগীদি ⁝ তক্তিসি নঙনা /
খুয়াখাদা নঙগী ⁝ কচ্চনবা পেন্না—/
লৌবিন্নু ননাইগী ⁝ ভক্তি //
থম্মোইসি নঙনা ⁝ লৈজদে অমত্তা /
ননাইগী লৈজবা ⁝ কচ্চরি অসিত্তা—/
পীবিয়ু পুন্সিগী ⁝ মুক্তি //

খোনকাপ ১২ + ১২ + ১১ = ৩৫

পাক্কী নুংঙাইনা ⁝ পুক্নীং খোয়দানা /
সনা কংলৈপুংদা ⁝ জয়সিংহ নিংথৌনা /
প্রজাগী মঙ্গলতা ⁝ লাইনীং ওইনা //
তেখাওগী শামুবু ⁝ মখুৎনা কাখিবা /
নুংঙাইবান থৌদু ⁝ পেৎনবা খোংবাবা /
শোয়ন্নি ঙক্লবু ⁝ প্রজা পুম্বনা //

## (৪) তানখোঙ-মরিচৎপী।

## খোনকাপমশীন—১২॥১২॥১২॥৮ নত্রগা ১২॥১২॥১২॥১১

ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙ খুদিঙগী অহানবা তানখোঙ অনী নত্রগা অহুমদা অমসুং থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈগনি। মসিগী শৈখোঙসু তানখোঙ-মপুংফাদবা ওইগনি। খুদম—

খোনকাপ ১২+১২+১২+৮=৪৪

কনানো লাক্লিবা ⋮ মোমোয়া নোক্‌না /
থাবলনা চান্নবা ⋮ লৈকোলবু ফাওত্না /
থাবেক খুদিঙদা ⋮ লৈনিলবু লাংত্না— /
কনানো ফঙবী নঙবু //

হাইদোকট মায়খুম-ফি ⋮ হন্নোইবা থাত্না /
চেংলৌত্নু অমুক্তা ⋮ য়েংলগা মীৎলিনা /
হাপচগে থম্মোইসি ⋮ লৌবিয়ু থম্মোইনা— /
কনানো নুংশিবী নঙবু //

খোনকাপ ১২+১২+১২+১১=৪৭

ইঙেনগী অহীংদ ⋮ কপ্পদা থাশিনা /
মালেম থুম্লিসে ⋮ শিঙ্গরকপা পিনা /
কনা মতুংলাংগী ⋮ কমিগী যাত্না /
নুংশি-লাইজ-ঙৈরা ⋮ খোদোরকপনো //

মালেমগী খোয়াংবা ⋮ উত্না কনানা /
থেঙলবা তাংলোদা ⋮ খোজাদগী ঙৈরানা /
পিরাওবু ওইত্না ⋮ করম্না থম্মোইনা /
নোংদোন নোংলেনবু ⋮ হৈথয়কপনো //

# ঈচেলনাইবা ছন্দ

শৈনিস্থোই ছন্দগী তানখোঙ-অনৌচৎপীদা হায়বদি শামুখোঙ ছন্দদ য়ুম্ফম ওইরগা খোল্লেপকা (ছন্দোযতি/metrical pause-গা) লোল্লেপকা (ভাবযতি/sense pause গা ) মরী লৈনদবা খোনকাপ মশীংনা পুন্দবা মনীংতম্বা ভাবকী ঈচেল পুব ছন্দ মওঙ কয়ামরুম পুথোক্লরক্লি। অসিগুম্বা মওঙশিং অসিগী ছন্দবু **ঈচেলনাইবা ছন্দ** হায়না খঙনৈ। মসি বাংলাগী প্রবহমান ছন্দগী মওঙনি। খেন্নবা হায়ববু মৈতৈগী ঈচেলনাইবা ছন্দদা রাহৈগী নত্রগা তানখোঙমতেকী অরোইবা তিন্নবা খোম্থোক অতু শৈনিস্থেই ছন্দলৈরেং অতৈদা তৌবগুম্না মতম পূন্নমক্ত খোনকাপ অনী ওইনা লৌগনি হায়বগী অকক্লবা নিয়ম লৈতে, চিংথোক-চিংশিনগী মতুংইন্না খোনকাপ অমতা লৈবস্যু য়াই, অনী লৈবস্যু য়াই। মসি শৈনিস্থেই ছন্দগা চাংওইনা লৈবা নিয়মদগী হেন্দোকপা অমনি অমূল্যধন মুখোপাধ্যায়না 'অমিতাক্ষর ছন্দ' হায়না মসিগী অনৌবা মিংথোল অমা পুথোরক্লে। অমিতাক্ষর ছন্দসি মিত্রাক্ষর ( খৈমান্নবা ) নত্রগা অমিত্রাক্ষর ( খৈমান্নদবা ) ওইবা য়াই। মতাং অসিদা খঙজিনগদবা অমনা বাংলা ছন্দদা মিত্রাক্ষরগা মিতাক্ষরগা চপমান্নবা অর্থদা শীজিন্নদে। মাইকেলনা হৌদোক্লম্বা অমিত্রাক্ষর ছন্দদি অমিতাক্ষর ছন্দ মখল অমনি। মসিগী মরমদা মথাদা নৈনরকথিগনি।

**ঈচেলনাইবা ছন্দবু পৌনা মখল অনী থোক্লা খায়-থোকই—(১) ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দ অমস্যুং (২) মনীংতম্বা ছন্দ।** ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দদি বাংলাগী প্রবহমান পয়ারগা মান্নে অতুগা মনীংতম্বা ছন্দনা বাংলা মুক্তবন্ধ নত্রগা মুক্তক ছন্দ অমদি ইংরেজী free verse-কী মওঙনি।

ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দসি মান্নথৈ লৈবা লৈতবগী মতুংইন্না খৈমান্নবা ( মিত্রাক্ষর ) অমস্যুং খৈমান্নদবা ( অমিত্রাক্ষর ) অস্যুম্না

খায়দোকই অহুগা খোনকাপ ৮+৬=১৪ নত্রগা ৮+১০=১৮-গী শৈখোঙনা শাবা মতুংইন্না অতেনবা অমসুং অশাংবা অসুম্না খায়দোকই। অহুনা **ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দ মখল মরিনি—(১) খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ (২) খৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ। (৩) খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ অমসুং (৪) খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙছন্দ।** অহুগা মনীংতম্বা ছন্দনা খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দ, খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দ অমসুং য়ান্নবা মনীংতম্বা ছন্দ অসুম্না অহুম থোক্না খায়দোকই। মনীংতম্বা ছন্দ অসি হৌজিক্তি শৈনিঙ্খোই, খোন্নিঙ্খোই অমসুং খোল্লমখোই ছন্দ মখল অহুম্মক্তা শীজিন্নরে। ঈচেলনাইবা ছন্দ পূন্নমকসি অতেনবা নত্রগা অশাংবা তানখোঙ অনীচৎপীদা য়ুম্ফম ওইহনা শেম্বনি। হৌজিক্তি কনা কনাগুম্বনা তানখোঙ-অহুমচৎপীদসু ঈচেলনাইবা ছন্দ শীজিন্নবা য়াওরে। অদু ওইরবসু চপচানা ফজবা মওঙদা শীজিন্নবদি ঙমদ্রি।

হায়খ্রিবা ছন্দ মখলশিং অসি মখাগী লাইয়েক ( diagram ) অসিদা মচা খায়না অমুক উৎলি।

ঈচেলনাইবা ছন্দ

- ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দ
  - খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ (blank verse)
  - খৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ
  - খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ
  - খৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ
- মনীংতম্বা ছন্দ (মুক্তক/free verse)
  - খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দ
  - খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দ
  - য়ান্নবা মনীংতম্বা ছন্দ

## খৈমান্নদবা ঈচেল্লনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ

**( অমিত্রাক্ষর ছন্দ/Blank Verse )**

খৈমান্নদবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দদি মাইকেল মধুসূদনন্না হৌদোক্লম্বা বাংলা অমিত্রাক্ষরগী মওঙনি। মিল্টনগী blank verse-কী ফিদম লৌতুনা বাংলা অমিত্রাক্ষর ছন্দ চঙলকপগুম্না বাংলা অমিত্রাক্ষরগী মওঙ লৌতুনা মৈতৈ ছন্দদা খৈমান্নদবা ঈচেল্লনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ চঙলকখিবনি। অসিগী মমাঙদা ঈচেল্লনাইবা ছন্দ মওঙ অমতা মৈতৈ ছন্দদা লৈরমদে। মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা যুগকী লময়ানবা দরেন্দ্রজিৎ, নবদ্বীপচন্দ্র অমসুং মীনকেতন্না অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মওঙসি মৈতৈগী খোন্থোক্তা অহানব পুশিল্লকৃবা হোৎনবিখি; অদুবু মতৌদি চপচানা য়ানখিদে। খুদম ওইনা—দরেন্দ্রজিৎকী কংসবধ, নবদ্বীপ অমসুং মীনকেতনগী মেঘনাদবধকাব্য অনুবাদ। কবিশিং অসিনা মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর পয়ার ছন্দগী মনুংদা ভাবকী মনাংতম্বা ঈচেল অমা লৈফম থোকপদু লৈহন্নবদি হোৎনৈ অদুগা বাংলা পয়ারগী খোনকাপ ৮।।৬-তা খোল্লেপ তাগদবা অদু মৈতৈ খুলঙছন্দগী মওঙ লৌতুনা খোনকাপ ৭।।৭-তা তাহনবদগী পয়ারগী অরাম্বা অরেম্বা খোঙথাং অদু লৈহনবা ঙমদে। তপ্নবা ময়েক মরাঙ-কায়না অমসুং মচন চানা শীজিন্নদুনা ঈথকহৌবা খোন্নিল লাংহনবগী ফজবা অমা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা লৈফম থোকপদুসু কবিশিং অসিগী খোন্থোক্তা চপচানা পুরকপা ঙমদে। মরমশিং অসিনা অমিত্রাক্ষরগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ১৪ লৈবা অমসুং মান্নখৈ লৈতবগী মওঙশিং অদু কবিশিং অসিনা লৌরবসু মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মওঙ তাহনবা ঙমদ্রিবনি। চুম্নগী শামুখোঙ ছন্দগা ঈচেল্লনাইব শামুখোঙ ছন্দগা খেন্নবদু মুন্না খঙলগা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী তশেংবা শকফম উবা ঙমগনি।

মাইকেলনা হৌদোক্লম্বা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মপূংদি খোনকাপ ১৪না শাবা শৈখোঙগী পয়ার, হায়বদি, শামুখোঙ ছন্দগী লৈরেংনি। চুম্নগী পয়ারদা তৌবগুম্না অহানবা খোনকাপ ৮দা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অতুগা অবোইবা খোনকাপ ৬তা মপূংফাবা খোল্লেপ তাগনি। অতুগা লোল্লেপবা খোল্লেপকা মফম অমতদা তাদে। অর্থ অমদি ভাব মপূংফাবগী মতুংইন্না শৈখোঙমশীং অমসুং খোনকাপমশীং অকক্নদনা লোল্লেপ (ছেদ) তাগনি, খোল্লেপকী মতুংইন্না লোল্লেপ তাগনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। চুম্নগী পয়ারদদি মপূংফাবা খোল্লেপ তাবা অতুদা মপূংফাবা লোল্লেপ তাগদবনি, হায়বদি, শৈখোঙ খুদিঙমক্তা মপূংফাবা ভাব নত্রগা অর্থ অমমম ফোংদোক্কদবনি। অতুগা খেন্নবা অমনা চুম্নগী পয়ারদা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখৈ লৈবতু অমিত্রাক্ষর ছন্দদদি লৈতে। মান্নখৈ লৈতে হায়বগীদমক মাইকেলগী অনৌবা ছন্দ অসিবু 'অমিত্রাক্ষর ছন্দ' হায়না খঙনখ্রবনি। অদুবু অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়না খঙনরিবা মাইকেলগী অনৌবা ছন্দ অসিগী মওঙ পূম্নমক য়েংলবদি অমিত্রাক্ষর (খৈমান্নদবা) হায়বা মিংথোল অসিনা মসিগী চপচাবা মিংথোল ওইফম থেক্তে। মরমনি মান্নখৈ লৈতবা অসিতনা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মরুওইবা রা নত্তে। ছন্দ অসিগী মরুওইবা রাদি মনীংতম্বা ভাব পুতুনা ঈথক-ইপোম নাইনা চেল্লিবা মসিগী ছন্দঈচেল অসিনি। মধুসূদনগী মমাঙদা লৈরম্বা ভারতকী কবিশিংনা ছন্দগী মপানগী খুক্তীবু য়াম্না মরুওইনা লৌরম্মী। অতুনা ভাবকী মনীংতম্বা ঈচেল পুবা য়াদবা অরিবা ছন্দ পয়ার, ত্রিপদী অমসুং চৌপদীদা মখোয়গী কাব্যশৈরোল শন্নম্মী। মনীংতম্না চেম্থনীংবা ভাবপু অম্ম তৌনা অকক্নবা খোনকাপকী লমখৈথুংদা থিংতুনা থম্নম্মী। মধুসূদন্না মহাক্কী অমিত্রাক্ষর ছন্দদা খোনকাপকী অকক্নবা লমখৈ লাম্থোক্তুনা ভাবকা মনীংতম্বা ঈচেল পুথোকপা হৌখি। খুদম অমতং য়েংলগা মতৌ করম্না অমিত্রাক্ষর ছন্দদা মনীংতম্বা ভাবকী ঈচেল চেম্থহনবগে হায়বতু খঙবা ঙমগনি—

বাৈ-বাংমদা চত্তুনা / কৌজরুববদি //
অমুক্তং পুক্লীং নঙনা / লাকচগনি পুক্লীং //
পূম্বা, ★ নমথেক্তুনা লোইনা / অর্থগী শবল্লাং, ★ //
ভেংবানপূম্বগী অপূনবা / পুক্লীংনা লৈরিবা //
বিশ্বলাক অড় মোনা, ★ / ছন্দগী ঈহৌনা //
লমফীংজিবা, ★ শিল্লীশিংগী / শিল্লনা তাব্রিবা //
লমদমচদা । ★ ★

চুন্নগী পয়ারদা শৈখোঙ অমমমদা মপূংফাবা ভাব অমমম ফোংদোকপা অড়গী মহূত্তা মসিদনা খোনকাপ ১৪গী লমথৈ লাম্থোক্তুনা শৈখোঙ কযামরুম লান্না মথং মথং ভাবকী ঈচেল কয়া চেন্থরকপা উরি। অস্নুন্না মনীতম্বা ঈচেল অমা লৈহনবা যারিবসি লোল্লেপকা খোল্লেপকা মরী লৈনদনা, হায়বদি, শৈখোঙগী মশীং অকরুদনা অমস্নুং খোনকাপশীং অবরুদনা শৈখোঙগী মরক্তা লৈরবস্নু অরোইবদ ওইরবস্নু ভাবকী মতুং ইন্না লোল্লেপ তাবদগীনি। মরম অসিনা মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর ছন্দবু অমিল প্রবহমান লঘু পয়ার হায়নস্নু খঙনে। ছন্দ অসিগী মরুওইবা রাক্ষম অমনা—চুন্নগী পযারদা মান্নখৈনা ফজহনবা শরুক অড়ুগী মহূত্তা ছন্দ অসিদনা তপ্পা মযেক শীজিন্নতুনা তপ্পবা মযেক্কী ফজব খোন্নিল ময়াম হাপচিল্লগা মান্নখৈ লৈতবগী অরাংপা অড় মেনশিনবগা লোযননা খোঞ্জেলগী ফজরবা ঈথক অমস্নু হৌহল্লি। খোঞ্জেলগী ঈথক অসিনা ভাবকী ঈচেলবু হেন্না মথায় কলহল্লি অমস্নুং ফজহল্লি।

মধুসূদনগী অমিত্রাক্ষরগা মওঙ খজিক্তং খেন্নবা ঈচেলনাইবা ছন্দ মখল অমস্নু মৈতৈ ছন্দদা উবা ফংই। মওঙ অতৈ পুন্নমক্তি অমিত্রাক্ষরগা মান্নে অড়গা অমিত্রাক্ষরদা তৌবগুম্না শৈখোঙগী মস্নুংদা তাহন্নীংবা মফম অমদা মপূংফাবা খোল্লেপ তাহন্দে, ময়ায়ওইবা খোল্লেপ তাবা মফম অড়ুদা তাহল্লি। মসি বাংলা ছন্দদস্নু নবীনচন্দ্র সেননা শীজিন্নবা উই।

খুদম—

ঙকই নঙসে হে মীওইবা ! ** / হৌরি হুমিংচুপ্পা //
পুক্নীংদা করম্বা ঈথক ? ** / শেনবা নৈতে লোইবা নাইদে //
নঙগী থৌরাং নঙগী খোঙচৎ। ** /

পয়ারগী শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখে লৈবগী নিয়ম অহু থম্লগা মাইকেলগা অমিত্রাক্ষরগী মওঙ অতৈ পুম্নমক লৌতুনা রবীন্দ্রনাথনা ঈচেলনাইবা ছন্দ মখল অমগা শীজিন্নরম্মী। মসিসু মৈতৈ ছন্দদা চঙলক্লে। মসিবু মৈতৈ ছন্দদা খৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ হায়না খঙনৈ। বাংলা ছন্দদনা সমিল প্রবহমান লঘু পয়ার হায়না খঙনৈ। অমূল্যধন মুখোপাধ্যায়গী মতুংইন্না মসিবু মিত্রাক্ষর অমিতাক্ষরসু হায়নৈ। খুদম—

ঈশৈনা য়োম্লবা শাথেক / পুবতুনা নঙনা //
লাকখিবদো অহুঙৈদা / ফিজোন অশাংবনা //
লৈত্তেংলবা, * তনৌরবা / নঙগী হকচাংদা //
কবিতাগী ঈথক লৌনা, * / উরি ওপি মাঙদা //
ঐগী নীংশিং লৈকোম্দা, * / তারি অঙঙৈগী //
লৈহৌ চেনবা মুংশি-বাহৈ / থুম্লবা চীনবানগী। ** /

রবীন্দ্রশৈরেংদা খোনকাপ ৮+১০ = ১৮গী ছন্দলৈরেংবু খৈমান্নবা অমসুং খৈমান্নদবা মওঙ অনীমক্তা ঈচেলনাইবা ছন্দ ওইনা শীজিন্নত্তুনা বাংলা ছন্দদা সমিল প্রবহমান দীর্ঘ পয়ার অমসুং অমিল প্রবহমান দীর্ঘ পয়ার হায়না খঙনবা ছন্দ মখল অনী অমসু নৌনা পুশিল্লকখি। মৈতৈ সাহিত্যদা রবীন্দ্রকাব্যগী প্রভাব লাকপগা লোয়ননা ছন্দ মখল অনী অসিসু মৈতৈ ছন্দদা চঙবা হৌখি। অসুম্না চঙলক্তুনা হৌজিক মৈতৈ ছন্দদা খৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ হায়না খঙনরিবসি রবীন্দ্রগী সমিল প্রবহমান দীর্ঘ

পয়ারগী মওঙনি অদুগা খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ হায়রিবসিনা অমিল প্রবহমান দীর্ঘ পয়ারগী মওঙনি। খুদম—

### (১) খৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ

মতোক্তা মণি চেনবা / অবাবা-খাম্নৌ অসে পুক্নাংগী //
শাহল্লগে ঙগোই, ★ ঐগী / মুর'সনা অকায়বা বাঁশীগী, ★ //
অহানবা হৌবা অমুক্তা / চরানা ★ মদোম নুংঙাইজরনা //
শক্লিবা মুর অতদা / শিলহনজরগা নুংশিনা শেংনা //
পেনফগে থম্মোইসে ঐগী। ★★ /

### (২) খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ

য়ারম্নবদি ঙাংখোকপা / মীৎকী শাইজনা, ★ তাঙখোক্লমগনি //
মালেমসে ঐগী শিরাঙনা, ★ / ওইরম্নবদি তফায়াইগী খোং //
খেংলমগনি নুমিৎ মদিঙ / নঙগী শমজিনা তফাগী নাচোম //
শেমজহনা ইথুংমক / নুংশিবা পুম্বা হৈজিন্দুনা //
অমুক্তা উদ্রিবা নাচোম, ★ / অদুবু নঙোন্দা পীরবনি //
অথাকপা লৈংনা লোইনা / চিংখোক্তুনা পুম্নমক ঐগী, ★ //
লৌবিম্নে খুদোন অসে / চিংনবা লৈতনা অমুক্তদি। ★★ //

## মনীংতম্বা ছন্দ

### ( মুক্তক ছন্দ/Free Verse )

ঈচেলনাইবা ছন্দ মখল অমগা অনৌবা যুগকী মৈতৈ কবিশিংনা মৈতৈ ছন্দদা নৌনা পুশিল্লকপা উই। মসি খৈমান্নবা ছন্দগী শাখেকসু লৌই। খৈমান্নবা অমসুং খৈমান্নদবা অনীমক কবিতা মশা অমত্তদা য়ান্নরা লৈবসু য়াওই অদুগা তোঙান তোঙান্না খৈমান্নবা কবিতা নত্রগা খৈমান্নদবা কবিতা ওইনা লৈবসু য়াওই। মসিগী খৈমান্নবা শাখেক্তা মান্নখৈ শেংনা উৎননবগীদমক শৈখোঙগী মসুদা লৈবা

তানখোঙ অমদি তানখোঙমরুশিং অহু তোঙান তোঙানবা পরেংগী মওঙদা শেম্মী অহুগা পরেংগী অরোইবদা মান্নখৈ লৈরবস্সু পরেংগী খোনকাপমশীং মান্নদে অমসুং তানখোঙ অমদি তানখোঙমরুগী খোন-কাপমশীংদস্সু মান্নবগী মওঙ অমতা লৈতে। অহুগা খৈমান্নদবা শাথেক্কুনা মান্নখৈ উৎনবা পবেং খায়দোকপগী মহুত্তা ভাবকী ঈচেল মতুংইন্না ঈচেলগী লমথেক উৎপা য়ানবা পরেং খায়দোকই। অহুনা খৈমান্নবা খৈমান্নদবা অনীমক্তা পরেংগী অতেন অশাং চাং মান্নদে অমসুং পরেংগা শৈখোঙগা মান্ননা লৈতে অহুগা পরেং খুদিঙগী মপুংফাবা খোল্লেপ তাগনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। শৈখোঙগী অরেপ্পা চাং অমসুং শৈতুপকী অরেপ্পা মওঙ অমস্সু নাইদে। শন্না হায়রবদা, মসি শৈরেংগী অকক্সবা ফিরেপ অমতা ইন্দবা, নিয়মগী চূপ্পীদগা নাম্থোক্কুনা মনীংতম্না চৎপা অমসুং ভাবকী ঈথকইপোম ইন্দুনা তাউথবা অহুগুম্বা ছন্দনি। অহুনা অনৌবা মথলগী ঈচেল-নাইবা ছন্দ অসিবু **মনীংতম্বা ছন্দ** হায়না খঙনৈ। মসি ইংরেজী free verse-কী মওঙনি। তৌইগুম্বসুং ইংরেজী free verse-তদি মান্নখৈ উৎনবগীদমক পরেং খায়বগী নিয়ম লৈতে অহুগা মৈতৈগী মনীংতম্বা ছন্দদদি খৈমান্নবা খৈমান্নদবা শাথেক অনীমক্কী নিয়ম লৈ। অহুনা মৈতৈগা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ পূন্নমক্কা ইংরেজী free verse-কা চপমান্নে হায়না লৌব য়াদে। বাংলা ছন্দদা অসিগুম্বা মথলগী ছন্দবু মুক্তক ছন্দ নত্রগা মুক্তবন্ধ ছন্দ হায়না খঙনৈ।

মনীংতম্বা ছন্দগী ওরুওইবা রাদি মথেক নাইহনবনি, খেন্নবগী ঈথক হৌহনবনি। মমাঙগৈগী কবিশিংনা অমতওইবগী মওঙদদা য়েংশিল্লম্মী, অহুনা ছন্দনা মথলমথেল নাইনা ভাবকী মনীংতম্বা ঈচেল চেম্থহনবা ঙম্নমদে কাব্জগী মওঙদা চাংচৎ অমদ চৎপা অমতওইবগী খোঙথাং থুগায়হুনা শাথেক মথলমথেল পুবা অমসুং খেন্নবগী ঈথক-ইপোম হৌহনবা ছন্দগী মওঙ অমা চঙলক্লিবসি মতমগী য়াওল মতুংইন্না মীওইবগী রাখল কূপশিল্লকপা, পুন্সিগী সমস্যা ফাংলকপা

অমদি লুশিল্লকপা অহুগা লোয়ননা মখলমথেল পান্নকপদগীনি। ছন্দজগত্তা মখলমথেল পাম্বগী ঈহৌ অসি নোংচূপলোমদা হান্না লাকখি। ঈহৌ অসিদগীনি ইংরেজী free verse লাকখিবা। মৈতৈ ছন্দদা ঈহৌ অসি য়োরকপা থোইনা কুইদ্রি, অনৌশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও মতুংদা চঙলকপনি। ছন্দজগৎকী অনৌবা ঈহৌ অসি করম করম্বা মওঙদা অমদি মচাক্তা তোংহুনা চঙলক্লিবনো অমুক্তং নৈনখি।

শৈরেংগী মচন্দি তানখোঙমকনি। হান্না চৎনরক্লিবা ছন্দশিংসিদা তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙগী খোনকাপমশীংদা নত্রগা শৈখোঙগী খোনকাপ অমদি মশেমদা নত্রগা শৈতূপ মশেমদা অমতওইবা মপূং অমা লৈ। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা ফিরেপ পূন্নমক অসিদা অমতওইবগী মওঙ লৈত্রবসু ফিরেপ অমদবু লৈরবদি অমতওইবগী মওঙ অসিনা মখলমথেল নাইবা মওঙগা তিন্নহল্লগা শৈরেংগী ইঙ্গিৎচেনবা-মগুণ (ব্যঞ্জনাশক্তি) * হেঙ্গৎহনবা য়াই। অহুনা অনৌবা যুগকী কবিশিংনা ফিরেপ অমদ নত্রগা খরদা অমতওইবগী মওঙ থন্নগা ফিরেপ অতৈদনা মখলমথেল নাইবগী মওঙ হাপচিন্দুনা শৈরেংছন্দদা অনৌবা মখলগা শাথেক কয়া পুশিল্লক্লি। অসিগী মথক্তা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমসুং মপূংফাবা খোল্লেপকা মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং মপূংফাবা লোল্লেপকা তিন্নহনবা তিন্নহন্দবগী মতুংইন্নসু মখলমখা অয়াম্বা মখল-মথেল উৎপা য়াই। রাফম অসি মুন্না খঙবা তারবদি ছন্দদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ অনীগী খেন্নবা হান্না খঙগদবনি। খেন্নবা অসি খঙত্রবদি মখলমথেন্না মপূং ওইবা ছন্দগী মওঙ খঙবা ঙম্লোই, মখলমখা অয়াম্বা ঈচেলনাইবা ছন্দগী মরুওইবা অথূপ্পহু খঙদনা অহুম লৈগনি।

ঐখোয়না হান্না খঙখ্রে, লোল্লেপ হায়রগা খোন্নিলগী পোথাফম্বু খঙনৈ; অর্থচেনবা রাহৈ-কাঙলূপকী ( phrase-গী ) অরোইবদা মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং রাহৈপরেং নত্রগা রাহৈপরেং-মতেক্কী

* ব্যঞ্জনাশক্তি—দ্যোতনাশক্তি >suggestiveness

অরোইবদা মপূংফাবা লোল্লেপ তাগনি। রারেংগী মওঙ পূন্নমক্তা মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং মপূংফাবা লোল্লেপ শেংনা উবা ফংই। খোল্লেপতি (metrical pause দি) অর্থ মপূংফাবা ভাইদে, লৈয়েং খৎপগী অকক্লবা খোনকাপমশীং মতুংইন্না তাই। অদুনা খোল্লেপ তাকম মতুংইন্না ছন্দগী ফিরেপ খঙবা ঙম্মী। শৈরেংছন্দদা অকক্লবা খোনকাপ-মশীংগী মতুংইন্না খোল্লেপ তারবসু খোল্লেপকা লোল্লেপকা মফম অমতদা তাবা য়াম্না য়াওই, মতুদদি খোন্নিলগী লেপফমগা খো'ল্লপকা মশা অমতা ওইখি। তৌইগুম্বসুং মতম পূন্নমক্তা মত্ত খোক্তে। অসুম্না পূম্না তা'বা মতাং অতুদদি খোঞ্জেল শোন্থরকপা, লূম্বা হম্থরকপা নল্লগা সুর-লাঁচিং অমা লোইশিল্লকপা মতু'ইন্না খোল্লেপ তাফম লেপ্পী। খোল্লেপ তাবা মতমতুদা লৈয়েংনা অমুক হায়দোকপা লোই অমসুং অমুক্তা হায়নবগী-দমক পাঙ্গল তানশিল্লি শৈরেংছন্দদা খোল্লেপকী লৈফম্না ছন্দ-লৈরেংগী ফিরেপ তাকই, লোল্লেপকী লৈফম্না মতুঙ্গী মরী খঙহল্লি। অতুনা লোল্লেপকা খো'ল্লপকা অনীসি তোঙান তোঙানবা হীরম পাঙথোক্লবগীদবক কবিতাদা শীজিন্নৈ। ছন্দগী ইঙ্গিৎচেনবা-মগুণ (suggestiveness) ঙেঙ্গংহনবা তারবদি অমতওইবগা মথেল-নাইবগা পূলহনগদবনি। ঈচেলনাইবা ছন্দদা খোল্লেপনা অমতওইবগী অমসুং লোল্লেপন মথেলনাইবগী মওঙ খঙহল্লি।

মথক্তা হায়খ্রে, মনীংতম্বা ছন্দদি শরেংগী করিগুম্বা ফিরেপ অমতনা পুন্দে। অতু ওইরবসু মথেলনাইবনা মপূং ওইরগা অমত-ওইবগী যূম্ফম অমদ লৈতবদি য়াদে. শৈরেংগী মচন ওইরিবা তান-খোঙমরুশিং অতু খোনকাপমশীং মান্নদ্রবসু অমতওইবগী লাচিং অমদা তোঙান তোঙানবা শাথেক পুতুনা চৎমিন্নবা য়াবগী মওঙদা লৈগদবনি। মনীংতম্বা ছন্দগী অথূপ্পদি শৈবেংগী মচন ওইরিবা তোঙান তোঙানবা মওঙগী তানখোঙমরুশিংবু লেংলিবা অমতওইবগী লংলা অতুদা লৈ। লংলা অসি ভাব অমসুং সুর অনী তিন্নতুনা শেম্বনি। কবি-প্রতিভাগী মরুওইবা চাংয়েংসু লংলা অসিদা থূপ্তুনা লৈ। অতুগা মসিদা

তানখোঙগী অরেপ্পা মওঙ অমসু নাইদে, শৈখোঙ অমদা তানখোঙ অসুক লৈগনি হায়বগী নিয়ম কত্তে। পরেং অমদা তানখোঙ অমতা লৈবসু য়াওই, হায়বদি, পরেংগা তানখোঙগা মান্নবসু য়াওই। পরেং অমদা তানখোঙ অমা মপুংফাদবসু য়াওই, তানখোঙ অমদগী হেন্না লৈবসু য়াওই।

মৈতৈ ছন্দদা হৌজিক শীজিন্নরিবা মনীংতম্বা ছন্দসি মখল অহুম্নি—খৈমান্নব', খৈমান্নদবা অমসুং য়ান্নবা।

(১) খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দদা মপুংফাদবা মান্নখৈনা নম্না শীজিন্নবা উই। খুদম—

খোনকাপমশীং

ঈকায়থীবনা ঙুংশি মশক : থওপ্রবী ওইহল্লবী, ★ / =৫+৪+৭=১৬
নীংঙমদবনা : লোৎনা থুপ্পা : তেংথাজরবী, ★ / =৫+৪+৫=১৪
অনুতাপনা : মৈথা লাংলক্লবী স্নজ্জানা // =০+৪+৯=১৩
অথেংবা থাংলপী অহৌংদা / =০+০+৯=৯
প্রেমগী মন্দিরদ তপ্না তপ্না কাখংলগা =০+৬+৮=১৪
য়াম্না ঈকায় . হঙ্গোহনা শোঙ্গবগুম / =০+৪+৭=১১
"চান্নখোইরবা : হৌগংলো" হায়না : খোঙ থীনবগুম // =৫+৫+৪=১৪
শাজাহানপী : অরোইবা মীৎয়েংদা / =০+৪+৬=১০
তাজমহল নঙবু কোল্লগা : মীৎকী পিগা লোয়ননা / =০+৮+৭=১৫
"মমতাজ" হায়না : অমুক্তং শোল্লম্বা / =০+৫+৬=১১
সুংশামপী অমা : লৈহৌরে নঙগী থম্মোইদা // =০+৬+৮=১৪

(তাজমহল—রজনীকান্ত)

মথক্কী শৈরেংমতেক অসিদা শৈরেংছন্দগী করিগুম্বা ফিরেপ অমতা ইন্দে তৌইগুম্বসুং তোঙান তোঙানবা মওঙগী তানখোঙমরুনা মসিগী মচন ওইরি। মসিদা য়াওরিবা তানখোঙমরুশিং অসি খোনকাপমশীং খেন্নবা মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মওঙ কয়াদা লেরি। অদুগা মসি

তোঙান তোঙানবা মওঙগী শৈখোঙ অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই। অহানবা শৈখোংদা পরেং ৩ ( খোনকাপ ১৬+১৪+১৩=৪৩ ), অনীশুবা শৈখোঙদা পরেং ৪ ( খোনকাপ ৯+১৪+১১+১৪=৪৮), অহুমশুবা শৈখোঙদা পরেং ৪ ( খোনকাপ ১০+১৫+১১+১৪ =৫০ ) অসুম্না শৈখোঙশিং অসি খোনকাপমশীং মান্নবা লৈতে অতুগা শৈখোঙ খুদিংমক পরেং কয়ামরুম থোক্না খায়দোক্লি অমসুং পরেং খুদিঙমক তানখোঙ অমমম ওইনা লৈরি। পরেংশিং অসি অতেন-অশাং চাং মান্নদে। অতুগা মসিদা শৈতুপ নাইনা শেম্বগী মওঙসু লৈতে। খোল্লেপ তাবা মফম অয়াম্বদা লোল্লেপ তাদবা মরম্না ঈচেলনাইব ছন্দগী মওঙ অমদি অতুম লৈ। অদুগা লোল্লেপ তাব মফম মফমদা মান্নখে লৈ, অতুনা মান্নখৈনা ছন্দগী শাথেক শেংনা উৎলি। অহানবা অনীশুবা অমসুং তরুকশুবা তরেৎশুবা পরেংদা মপুংফাবা মান্নখৈ লৈ, অসি নত্তবা পরেং অতৈদদি মপুংফাদবা মান্নখৈ লৈ। অতুগা মাংখৈ লৈবদা পরেংমশীং অকক্লদে পরেং অনীদা লৈবসু য়াওরি, অহুম অমসুং মরিদা লৈবসু য়াওরি। অসুম তৌনা মৈতৈ কবিতাগী খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ পুন্নমক মসিদা উবা ফংলি।

রজনীকান্তগী ‘তাজমহল’ কবিতাগী মশাপুম্বা খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দদা ইবনি হায়বদি য়াদে। মরমদি খৈমান্নবা পরেংশিংগী মরক মরক্তা খৈমান্নদবা পরেং য়াওরি। অতুনা কবিতা পুম্বগী রাফম ওইরবদি য়াম্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী কবিতানি হায়না লৌবা তাই; ঈচেলনাইবা ছন্দগী কবিতা ওইনা য়েংলকপদসু মসিগী মপুংফাদবা শরুক খরা লৈ - মতুদি কবিতা অসিগী মশাদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ তিন্নবগী শরুক্তা তিন্নদবগী শরুক্তগী হেল্লি, অতুনা ভাবকী ঈচেল মনীংতম্বা খরা রাংলি।

রবীন্দ্রনাথকী ‘বলাকা’র ছন্দ হায়না খঙনবা মহাক্কী বলাকা কাব্যগী কবিতা খরদা শীজিন্নবা ছন্দ মখল অতুগা মৈতৈগী খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দ অসিগা য়াম্না মান্নে, অতু ওইরবসু চপমান্নে হায়রম্না

লৌবদি য়াদে। মহাক্কী 'পলাতকা'-গী ছন্দ অমসুং 'সাগরিকা'-গী ছন্দগা য়েংনরবস্থ অহুমশুম্য়, অহানবদা মান্নবা উরবস্থ মপুংদা খেন্নবা অমা অতুম লৈরম্মী। থুদম ওইনা বলাকা কাব্যগী তরাতরেংশুবা কবিতাগী অহানবা শৈত্‌প অসি অমুক্তং য়েংসি—

হে ভুবন
আমি যতক্ষণ
তোমারে ন' বেসেছিনু ভালো
ততক্ষণ তব আলো
খুঁজে খুঁজে পায় নাই তার সব ধন।
ততক্ষণ
নিখিল গগন
হাতে নিয়ে দীপ তার শূন্যে শূন্যে ছিল পথ চেয়ে।

মসিদা পরেংগা শৈখোঙগা মান্নবা লৈতে, পরেংগী অতেন-অশাং অমস্থ নাইদে, পরেং খুদিঙদা ছন্দলৈরেংগী যিরেপ মপুংফানা লৈতে। অরোইবা পরেং নত্তবা পরেং খুদিঙগী অরোইবদা মান্নখৈ লৈ অমসুং মান্নখৈ লৈফম খেন্নবা মতুংইন্না পরেংশিং অসিগী অতেন-অশাংস্থ খেন্নরি। অতুগা পরেং খুদিঙগী অরোইংদা লোল্লেপ অমা নত্রগা অমা তারি, অতুনা পরেং খুদিঙগী অরোইবদা খোন্নিলগী পোথাফম ওইরি। লোল্লেপকা মান্নখৈগা মফম অমতদা লৈবনা মান্নখৈগী ইথিং কন্না চঙলি অমসুং ছন্দগী শাথেক্তা মচা থায়না উহল্লি। অস্তুন্না মান্নবা শব্দক কয়া লৈরবস্থ খোল্লেপ তাফমদা চাউনা খেন্নরি। মথক্কী 'তাজমহল' কবিতাগী শব্দক অসিদা শৈখোঙগী অকক্লবা খোনকাপ-মশীং লৈতে। অতুগা বলাকাগী ছন্দ অসিদদি শৈখোঙ খুদিঙগী খোনকাপ ৪ লৈ, অতুনা মায়কৈ অতৈ অতৈদা নিয়মগী চুপ্পী পুম্ববস্থ খোনকাপ ১৪ খুদিঙদা খোল্লেপ তাবগী ফিরেপ অমদি

ইল্লি। মথক্কী বলাকাগী পরেংশিং অসি মথাগী মওঙ অসিদা থম্লগা ৱাফম অসি খঙবা ঙমগনি।

হে ভুবন * আমি যতক্ষণ * তোমারে না
বেসেছিনু ভালো ** ততক্ষণ * তব আলো *
খুঁজে খুঁজে পায় নাই * তার সব ধন। **
ততক্ষণ * নিখিল গগন * হাতে নিয়ে
দীপ তার * শূন্যে শূন্যে ছিল পথ চেয়ে। **

কবি Wordsworth-কা Ode on the Intimations of Immortality-দসু পরেংগা শৈথোঙগা মান্নদবা, পরেংগা অতেন-অশাং চাং নাইদবা অমসুং শৈতূপ নাইদবা অসিনচিংবা মওঙশিং অসি লৈ। অহুনা চাউরাকপা মীৎয়েংদা মসিদা শীজিন্নরিবা ছন্দ অসি খৈমাম্নবা মনাংতম্বা ছন্দ ওইনা উই।

Number of feet

There was | a time | when mead | ow,
grove, | and stream, = 5
The earth | and eve | ry comm | on sight = 4
To me | did seem = 2
Appa | relled in | celes | tial light, = 4
The glo | ry and | the fresh | ness of | a
dream = 5

মসিদা পরেং খুদিঙগী তানথোঙমরু (foot) মশীং মান্নদবনচিংবা মনাংতম্বগী মওঙ য়াম্না লৈরবসু তানথোঙমরু মখল অমবু হন্না হন্না শীজিন্নরি। মসিদা iambic নত্তবা অতোপ্পা মখলগী foot অমতা শীজিন্নদে। অহুনা মসিগী অচেৎপা ফিরেপ অমা লৈ। মরম অসিনা Immortality Ode-কী ছন্দবু মনাংতম্বা ছন্দনি হায়না লৌবা য়াদে।

রবীন্দ্রনাথকী পলাতকা অমসুং সাগরিকাগী ছন্দগী ফিরেপস্থু Immortality Ode-কী ফিরেপ অসিগা চপমান্নে।

পলাতকাগী খুদম-

তানখোঙমরুমশীং

মা কেঁদে কয় | "মঞ্জুলী মোর | ঐ তো কচি | মেয়ে, =৪
ওরি সঙ্গে | বিয়ে দেবে ? | বয়সে ওর | চেয়ে =৪
পাঁচ গুণো সে | বড়ো ;— =২
তাকে দেখে | বাছা আমার | ভয়েই জড় | সড়। =৪
এমন বিয়ে | ঘট্‌তে দেবো | না কো।" =৩
বাপ বল্‌লে, | "কান্না তোমার | রাখো ; =৩
পঞ্চাননকে | পাওয়া গেছে | অনেক দিনের | খোঁজে, =৪
জানো না কি | মস্ত কুলীন | ও-যে ! =৩
সমাজে তো | উঠ্‌তে হবে | সেটা কি কেউ ভাবো ? =৪
ওকে ছাড়্‌লে | পাত্র কোথায় | পাবো ? =৩

সাগরিকাগী খুদম্-

তানখোঙমরুমশীং

সাগর জলে | সিনান করি' | সজল এলো | চুলে =৪
বসিয়াছিলে | উপল-উপ | কূলে। =৩
শিথিল পীত | বাস =২
মাটির পরে | কুটিল-রেখা | লুটিল চারি | পাশ। =৪
নিরাবরণ | বক্ষে তব, | নিরাভরণ | দেহে =৪
চিকন সোনা- | লিখন উষা | আঁকিয়া দিলো | স্নেহে =৪

খুদম অনীমক অসিদ শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমরুমশীং মান্ননা লৈতে, অদুনা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ হাইফেত্তি চঙই হায়বা য়াই।

অদু ওইরবস্তু শৈরেংছন্দগী ফিরেপ কয়ামরুম্না মপূংওইনা লৈ। পলা-তকাগী পরেংশিং অসিদা খোনকাপ মরিগী তানখোঙমরুবু শৈরেংগী মচন ওইনা শীজিন্নরি, সাগরিকাগী পরেংশিংসিদনা খোনকাপ মঙাগী তানখোঙমরু শীজিন্নরি। খুদম অনীমক অসিদা চাংওইনা পরেং অনী অনীদা মান্নখৈ লৈ, শৈখোঙগা পরেংগা মান্নৈ, হায়বদি, পরেং খুদিঙগী মপূংফাবা খোল্লেপ তাই। চুম্নগী ছন্দ অয়াম্বদা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু মপূংফাদনা লৈবা অদুস্তু খুদম অনীমক অসিদা উবা ফংলি। অদুনা পলাতকা অমসুং সাগরিকাদা শীজিন্নরিবা ছন্দ অসি মনীংতম্বা ছন্দনি হায়না লৌবা য়াদে।

বলাকাগী খুদম অমগা য়েংসি—

খোনকাপমশীং তানখোঙমরুমশীং

যদি তুমি মুহূর্ত্তের তরে | ক্লান্তিভরে
দাঁড়াও থমকি', =১০+১০ —২
তখনি চমকি' | উচ্ছি্রয়া | উঠিবে বিশ্ব |
পুঞ্জ পুঞ্জ বস্তুর পর্ব্বতে ; =৬+৮+১০ —৩
পঙ্গু মূক | কবন্ধ বধির আধা | স্থূল তনু
ভয়ঙ্করী বাধা =৪+৮+১০ —৩
সবারে ঠেকায়ে দিয়ে | দাঁড়াইবে পথে ; =৮+৬ —২

অণুতম পরমাণু | আপনার ভারে |
সঞ্চয়ের অচল বিকারে =৮+৬+১০ —৩
বিদ্ধ হবে | আকাশের মর্ম্মমূলে |
কলুষের বেদনার শূলে। =৪+৮+১০ —৩

ওগো নটী, চঞ্চল অপ্সরী | অলক্ষ্য
সুন্দরী, =১০+৬ —২
তব নৃত্য-মন্দাকিনী | নিত্য ঝরি' ঝরি' =৮+৬ —২

খোনকাপমশীং তানখোঙমক্কমশীং

তুলিতেছে শুচি করি' । মৃত্যুস্নানে বিশ্বের
জীবন । =৮+১০ —২

নিঃশেষ নির্ম্মল নীলে | বিকাশিছে
নিখিল গগন | =৮+১০ —২

মসিগী শৈখোঙশিংদা লৈরিবা খোনকাপমশীং য়েংলগা ফিরেপ অমগী মতুংইন্না শৈতুপ শেম্বগী ইঙ্গং ফংলি। অতুন মসিবু মনীংতম্বা ছন্দগী কবিতানি হায়বা য়াদে। Christabel-নচিংবা কবিতাদ foot অমদি line-গী অতেন-অশা' চাং বক্তে, তৌইগুম্বসুং মখোয় অহুবু মনীংতম্বা ছন্দগী কবিতানি হায়না লৌন দ, মরমদি মহুদসু ফিরেপকী চূপ্পী য়াওরি ।

মথক্তা নৈনপ্রিবা খুদমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে— অপোবা মীৎয়েংদা বলাকা, পলাতকা অমসুং সাগরিকাগী ছন্দবু খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগা মান্নে হায়না লৌনরিবহু কূপশিন্না য়েংলবদি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াদে ।

খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগা হাইফেৎ নকশিন্নবা ছন্দ মওঙ খরা মৈতৈ কবিগী কবিতাদসু উবা ফংই । খুদম—

| | খোনকাপমশীং |
|---|---|
| শেল কয়া খোমলুয়ে | =০+৬=৬ |
| ঐগী পূক্কেদা ⋮ পৈদুনা থম্লে | =৫+৫=১০ |
| হীয়া মণিমুক্তাগী ⋮ জাং তুয়ে | =৭+৪=১১ |
| ইথস্তগী পাঙ্গলনা ⋮ পৈদুনা থম্লে। | =৭+৫=১২ |
| তুম্নীংবনা খুহুম চন্দুনা | =০+৯=৯ |
| সুমিৎ তাবদা ঙায়রিঙৈনা | =০+৯=৯ |
| য়াতারে তুমখুন তালে। | =০+৭=৭ |
| হৌগৎলকপদা ⋮ বন্দা ওইরম্লে | =৫+৫=১০ |

| | খোনকাপমশীং |
|---|---|
| ঐদি বন্দী ওইরম্লে | =০+৭=৭ |
| ইবুঙো নঙগী ⁝ বন্দী ওইরম্লে | =৫+৫=১০ |
| ঐহাক্কী ইযুংসিমক্তদা। | =০+৯=৯ |

( ঐহাক বন্দীনি—বেদজিৎ )

মসিদা পরেংগী অমস্তুং তানখোঙমক্কগী অতেন-অশাং চাং মান্নত্রবস্তু শৈখোঙগা পরেংগা মান্নবা নৈ অমস্তুং শৈখোঙ অমদা তানখোঙ অমদগী হেন্না নৈতে। অদুগা তানখোঙমক্ক অমনা তানখোঙ অমস্তুং শৈখোঙ শাবস্তু য়াওরি। লোন্নেপকা খোন্নেপকস্তু তিম্নবা তাই, অদুন' মসিদা শীজিন্নরিবসি ঈচেল্লনাইবা ছন্দ নত্তে। ছন্দগী ফিরেপ অমা নাইদবনা মনীংতম্বগী মওঙ হাইফেৎ চঙলবস্তু মসিবু মনীংতম্বা ছন্দ ওইনা লৌবদি য়াদে।

অতোপ্পা থুদম অমনা—

| | খোনকাপমশীং |
|---|---|
| শকথঙদবা অমনা থুজেংসি ⁝ চেৎনা পায়খিবনা | =১০+৬=১৬ |
| ঙমদ্রে ঐদি চৎচবা ⁝ ইনীং তৌনা | =৭ +৫=১২ |
| মানা ঐবু ⁝ লেপ্তনা চিংলি | =৪ +৯= ৯ |
| নাম্বোকপা ঙমদ্রবনা ⁝ ঐস্ত অদুমক ইল্লি | =৭ +৭=১৪ |
| হন্নফাওবা য়েংবিদে ⁝ কনথ্রবা থম্মোইনি | =৭ +৬=১৩ |
| পোথাদনা চিংবত্তনা ⁝ মাগী মথৌনি। | =৮ +৫=১৩ |
| | |
| মক্কপকী সুংশিবা বাঙাঙনা ⁝ থৌনা হাপকংপি | =৯ +৫=১৪ |
| পাঙথোকদবা ⁝ থবক কয়াস্তু / কোকথক্তা থোঙ্গংপি | =১০+৬=১৬ |
| অথৌবশিংগী ⁝ থৌদাং কয়াস্তু / ঐহাক্না কন্নকউই | =১০+৬=১৬ |
| মথোয়গী লম্বেলদু ⁝ তুং ইনগেস্তু থঞ্জরুই | =৬ +৭=১৩ |
| নাপল্ল ভৌরবা পুক্লীংনা ⁝ থন্দবু নৈরমদে | =৮ +৭=১৫ |
| 'চাওরম কাম্নবা থংম্নোইনা ⁝ কনাবুস্তু ফিক্কদে। | =৮ +৭=১৫ |

( মহাক্কা নীচিংদা—চিত্রেশ্বর )

মসিদস্তু অতেন-অশাং মাম্নদবা পরেং অমস্তুং তানখোঙমরুশিং অসিনা মনীংতম্বগী মওঙ খরা লৈহল্লবস্তু পরেং মশীং অকরুবা শৈতূপ শেম্বগী নিয়ম অমা ইল্লি। অতুগা লোল্লেপকা খোল্লেপকা তিন্ননা লৈবনা মনীংতম্বা ভাবকী ঈচেল অমা চেম্বহনবা ঙমদে, অতুনা মসি ঈচেল-নাইবা ছন্দ নত্তে অমস্তুং মরম অতুনা মনীংতম্বা ছন্দনি হায়না লৌবা য়াদে।

(২) খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দদা ইংরেজী free verse-কী মওঙ পূন্নমক চপচানা লৈবা উই। মনীংতম্বা ছন্দমওঙ অতৈদদি অস্তুন্না চপচানা লৈবা উদে। ছন্দ অসিদা ইবা মৈতৈ অমস্তুং ইংরেজী কবিতাগী পরেং খরা চাংদম্নহনা য়েংলগা অনৌসিগী মশক খঙবগা লোয়ননা মাম্নবস্তু উবা ঙমগনি।

অহানবদা য়েংসি নীলকান্তগী 'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী' কবিতাগী পরেং খরা—

হে পৃথিবী ! ⁝ চহী যুগ যুগ কয়া / চৎলক্লি ইতিহাসকী লামায়দা। //
লাম্বোক্লুই আটলান্টিক ⁝ মহাসাগর, /
পোথাকুই ট্রোয় লমদমগী ⁝ হেলেনগা লোয়ননা, //
কৌক্রুচৌংগী চৌংদোন্দা ⁝ লেপ্তুনা য়েংলুই ⁝ হৌখ্রবা ইতিহাসতা ⁝
মণিপুরগী—/
কোয়মিন্নকুই পাথংবগা ⁝ গুরুগী ফানখোঙ, //
কম্লুই কিম্বাম্বা ⁝ নিংথৌগী সভাদা / মাঙমিন্নকুই সন্ধ্যাদা ⁝ লাঙ্গোন
লুখোইগা //
অগোই শারস্মী ⁝ শীজ লাইরোইবীগা / নাপদা চঙতনা পাউহংলুই। //

মসিদা শৈরেংছন্দগী করিগুম্বা ফিরেপ অমতা ইন্দে অতুগা মনীংতম্বা ভাবকী ঈচেল অমা শৈখোঙ অমদগী শৈখোঙ অমা লান্দুন, হৌবদগী লোইবফাওবা মথং মথং চেম্বরি, শৈখোঙ নত্রগা পরেংগী অরোইবদস্তু

মান্নখৈ লৈতে। হায়রিবা মরমশিং অসিনা নীলকান্তগী পরেংশিং অসি খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দগী চপচাবা খুদম্নি হায়বা তাকই।

নীলকান্তগী পরেংশিং অসিগা T. S. Eliot-কী The Journey of the Magi-দগী লৌথোকপা পরেংশিং অসিগা চাংদমন্নবা য়েংসি। T. S. Eliot কী পরেংশিং অসিনা ইংরেজী free verse-কী মওং ফজনা তাক্লি। (পরেংশিং অসিদা অশম-খুদম [ ´ ]-না accented syllable অমসুং [ – ]-না unaccented syllable খঙহল্লি।)—

All this | was a long | time a·go | I re·mem· | ber,
And I | would do | it a-gain, | but set | down
This set down |
This : | were we led | all that way | for
Birth | or Death ? | There was | a Birth, |
certainly, |
We had ev- | i dence | and | no doubt. | I had
seen | birth and | death. |
But had thought | they were diff | -er·ent ; |
This Birth | was

Hard | and bitt | -er ag- | on-y | for us, |
like Death, our death. |
We re-turned | to our plac- | es, these king |
-doms,
But no long | -er at ease | here, | in the old |
dis-pen-sa | -tion,
With an al-ien peo- | ple clutch | -ing their
gods, |
I should | be glad | of an-oth- | er death. |

মসিদা উবা ফংলি—পরেং খুদিঙমকপু শেম্লিবা মচাকসি foot, হায়বদি, ইংরেজী ছন্দগী measure হায়রিবত্নি। ইংরেজী foot-কী মওঙমতৌ পূম্নমক হায়রিবা measure অসিদা লৈ। ইংরেজী শৈরেংদা শীজিন্নদবা অত্থগা ব্রারেংদা শীজিন্নবা করিগুম্বা measure অমতা ( খুদম ওইনা cretic, ionic, paeon ) মসিদা শীজিন্নদে। ইংরেজী শৈরেংগী accented অমস্থুং unaccented syllable তাইননা লৈমিন্নবগী নিয়ম অমতা লাস্থোক্তে। তৌইগুম্বস্থুং মসিদা করিগুম্বা ফিরেপ অমা ইনবদি তৌদে অত্থগা তানশোঙমরু ( foot ) মথল অমতনা মপূং ওইনা লৈতে ; ভাবকী ঈচেল মতুংইন্না শৈরেংগী ঈথক হৌরি। অস্থুম তৌনা মসিদা free verse নত্রগা vers

libre-গী মওঙ পূম্নমক শুনা য়াওরি। নীলকান্তগী পরেংশিং অসিদসু মসিদা য়াওরিবা মওঙ পূম্নমকসি লৈ।

থৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ অমনা নীলকান্তগী 'মণিপুর' কবিতাগী পরেংশিংসিদ উবা ফংই—

রথযাত্রা মুমিংকী মুংখিলদা
কংশি, মাঙগঙ, পুংগী ⋮ মখোলগা লোয়ননা
"জয় জগন্নাথ" ⋮ "জয় জগন্নাথ"
নিল্লি মায়কৈ ⋮ পুম্বা মণিপুরগী
অদুবু মণিপুরগী ⋮ অভিয়াদদি
অমকপা, য়েংথীনবা ⋮ থম্মোইদগী খোয়কপা
লোইবা নাইদ্রবা ⋮ চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অঙংবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্তেলিষ্ট, ⋮ কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, ⋮ রাজসিংহাসন।

মসিদা পরেং থুদিঙগী তানখোঙ অমমম চাংওইনা লৈরি। অদু ওইরবসু তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙশিং অসি অতেন-অশাং চাং মান্নদে। অদুনা মসি করিগুম্বা ফিরেপ অমদা তোংদুনা লৈ হায়বা য়াদে। লোল্লেপকা খোল্লেপকা অনী তিন্নদবগী শক্তক য়াম্না য়াওবনা ঈচেলনাইবা ছন্দগী মওঙসু য়াম্না ফজনা লৈ।

অসি নত্তবা বাংলা 'গৈরিশ ছন্দ'-গা মান্নবা অতোপ্পা মওঙ অমসু মৈতৈগী থৈমান্নদবা মতীংতম্বা ছন্দদা উবা ফংই। থুদম—

| | খোনকাপমশীং |
|---|---|
| নঙগী বাঁশীতনা কবি—/ খোক্লরোই মদুগী সুর, | =৮+৮ |
| পায়খৎলুনে পাঞ্চজন্য, / পায়খৎলু লীকুং তেন, | =৮+৬ |
| চোংখোক্লো কুরুক্ষেত্র' লানকমদা—থীম্নে ভেন্না থোংলো। | =১০+৬ |
| পক্ত্রবসু নখান্দা করিসু / কৎলম্মু নথ্রায় অদুতা, | =১০+৮ |
| কল্পনাগী স্ফূর্তি—/ ওইহল্লো অহীংবা মূর্তি। | =৬+৮ |

( বাঁশীগী থম্মোই ঈহৌরো )

ছন্দ মওঙ অসিদা শৈখোঙ খুদিঙমক অতোপ্পা শৈখোঙদগী তোঙানবা শরূক অমমম ওইনা লৈ; তানখোঙ অনী অনীনা শৈখোঙ অমমম শাই অমসুং তানখোঙগা তানখোঙমরুগা অমতা ওইনা লৈ, হায়রবদি, তানখোঙমরু অমনা তানখোঙ অমা শাই। তানখোঙমরুগী খোন-কাপমশীং অকরুদে; খোনকাপ ৪, ৬, ৮, ১০গী তানখোঙমরু শীজিন্নবা য়াই; অরাম্বা ভাবকী মতাংদা খোনকাপ ৮ অমসুং ১০ অতুগা অয়াংবা ওইরগনা খোনকাপ ৪ অমসুং ৬কী তানখোঙমরু শীজিন্নে। শৈখোঙ খুদিঙগী চাংওইনা তানখোঙ অনী অনী লৈরবসু ফিরেপ অমনা পুল্লি হায়বা য়াদে; মরমদি থংন থংনবা শৈখোঙশিং পূন্নরগা শৈতূপ শেম্বগী মওঙ লৈতে। অসিগুম্বা মওঙগী ছন্দ অসি বাংলা নাট্যকার গিরিশচন্দ্র ঘোষনা মহাক্কী নাটকতা অহানবা শীজিন্নতুনা বাংলা ছন্দদা পুশিনখি। অতুনা মসিবু বাংলা ছন্দদা **'গৈরিশ ছন্দ'** হায়না খঙনৈ।

অসুম তৌনা খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ কয়া মৈতৈ কবিশিংগী কলমদগী অনৌবা শাথেক পুতুনা থোরক্লি।

(৩) য়াম্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী মশক্তি মমিং অসিনা অতুম তাকচরি। মসিদা খৈমাম্নবা মনীংতম্ব ছন্দ অমসুং খৈমান্নদবা মনীং-তম্বা ছন্দ অনী য়াম্নতুনা লৈ। ছন্দ অসিগী কবিতাদি ভাবকী ঈচেল মতুংইন্না শরূক কয়ামরুম থোক্ল খায়দোক্লগা শরূক খরনা খৈমাম্নবা, খরনা খৈমান্নদবা ওইনা শেম্বসু য়াওই অতুগা শরূক খায়দোক্তবসু য়াওই। খৈমাম্নবা অমসুং খৈমান্নদবা শরূকশিং অতু মথংমনাওগী নিয়ম অকরুবা লৈতে। ঝলজিৎকী 'অমর কবিতা' শরূক খায়-দোক্তুনা শেম্বা য়াম্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী নীংথিজরবা কবিতানি। 'অমর কবিতা' গী শরূক অনীদং লৌথোক্তুনা য়েংসি—

**মমাঙদৈদা নোংমসু ইঙাগী অলানবা মুমিত্তা**
**কনাগুম্বা 'যক্ষ' অমা উজ্জয়িনী কোম্নুংগী**

থা-খি মাগী মেঘদূত পুক্নীংহুন্নবা বাহৈনা ।
চৎখ্রে ঙসিদি কদায়দা মালবিকাগী 'যক্ষ'
মুংশিগী মৈচাক্না ঙাওন্নবা ?
চৎখ্রে ঙসি কদায়দা
মমীত্তা ঊরম্বা নোংগী মপৈ ?
অত্তুবু মাঙগনি কদায়দা
মথাক্না থা-রম্বা মেঘদূত ?

নৈখ্রে কদায়দা কবিতা
হৌজিক্কী নিনখোংবা মরক্তা ?
মমথক্তে অতিম্বা কারখানাগী মৈথুনা,
লুপথক্তে সহর
ট্রাম বসকী অনিনবা মরক্তা ।
মতুংইন্না মতমগী তোরৈ
তাউথরক্লি হাপু মপৈ মপৈ
মতমগী ঈচেল মথক্তা ।
থনখ্রে অতিম্বা অমোংপা মনম্বা
থনখ্রে দৃশ্য অমোংপা মপৈনা ।
অত্তবু, অমোংপা পৃথ্বী মমায়দা
শাৎপগুম থম্বালনা
থোইনা কেন্ন' পুক্নাং হুনা,
শাংলি অমর কবিত, শিফত্রব' কবিতা
অতংলা নৈতনা মাওইবগী পুক্নীংদা ।

অতুগা কবিতা মপূম অমমম ওইনা খন্নরবদি বেদজিৎকী 'ঐহাক বন্দীনি', নীলকান্তগী 'লম্মাঙনবা', 'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী', 'মণিপুর', রজনীকান্তগী 'তাজমহল', 'পুন্সি' অসিনচিংবা কবিতাশিং অসি শরুক খায়দোক্তবা যান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী কবিতা ঙাক্তনি।

মনীংতম্বা ছন্দগী মরমদা ঐখোয়না কাউরোইদবা মরুওইবা ন্নাফমদি মখাগী মওঙশিং অসিনি ।

(অ) মনীংতম্বা ছন্দদি ঈচেলনাইবা ছন্দ ওইগদবনি।

(আ) শৈরেংছন্দগী করিগুম্বা ফিরেপ অমতা ইল্লোইদবনি।

(ই) শৈরে ছন্দগী মচন, হায়বদি, তানখোঙমরু ঙাক্তনা শৈরেং শেমগদবনি। অতেন-অশাং মান্নবা তানখোঙমরু য়াম্না য়াওরোই-দবনি, তানখোঙমরু মওঙ অমতা মপূং ওইনা লৈরোইদবনি।

কনা কনাগুম্বন' অপোবা মীৎয়েংদা রারেংকবিতাগী ছন্দবু ( prose verse পু ' মনীংতম্বা ছন্দগী ( free verse-কী ) মন্নুংচল্লি হায়না লৌহ ; তৌইগুম্বসুং রারেংকবিতাগী ছন্দদি ঈচেলনাইবা ছন্দ নত্তে, অদুনা মনীংতম্বা ছন্দগী মন্নুংচনবা য়াদে। [ রারেং কবিতাগী ছন্দগী মরমদা মতুংদা নৈনরক্নি। মতুদা রারেংকবিতাগী ছন্দ অমসুং মনীংতম্বা ছন্দগী খেন্নবা উবা ফংগনি। ]

# অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা খোন্নিস্নোই ছন্দ

রাহৈ খুদিঙমক শেংনা হায়দোকপা অমসুং শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমরু পুম্নমক্তা খোস্নোক-খোন্নিলনা মপুং ওইবা ছন্দবু খোন্নিস্নোই ছন্দ কৌই। মসিগী খোঙচৎ য়াম্না তপ্পী, হাইহুমদে অমসুং মপূক লোয় হায়দুনা মসিবু অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দসু হায়নৈ। অসিগুম্বা ছন্দ মখল অসিবু বাংলা ছন্দদা মাত্রাবৃত্ত ছন্দ, ধ্বনিমাত্রিক ছন্দ, ধ্বনিপ্রধান ছন্দ অসিনচিংবা মিংশিং অসিনা খঙনৈ। সংস্কৃত জাতি ছন্দবুসু মাত্রাবৃত্ত হায়না খঙনৈ। অদু ওইরবসু সংস্কৃত মাত্রাবৃত্ত ছন্দগা বাংলা মাত্রাবৃত্ত ছন্দগা চপমান্নবা অর্থদা শীজিন্নদে। মৈতৈ খোন্নিস্নোই ছন্দগা বাংলা মাত্রাবৃত্তগদি মওঙ অমতনি, অদুনা মৈতৈ খোন্নিস্নোই ছন্দগা সংস্কৃত মাত্রাবৃত্ত ছন্দগা মাম্নে হায়না লৌবা য়াদে। মুংঙাইবপাম্বা, পোথানীংবা, তন্দে-মান্দেবগী খোঙচৎনা ছন্দ অসিগী

তোপতোপ্পা মওঙনি ; অদুনা ছন্দ অসিগী মপাঙ্গল অদুক য়াম্না লৈতে। অদু ওইরবস্ু মসি মশকমতৌ শেম্বদা অমস্ুং হিসাবতা য়াম্না চেকশিল্লি, অদুনা মসিবু **নুপীমান ছন্দ** হায়বা য়াই। তশেংবমক মসি নুপীমান ছন্দ হায়বদুমক্কি। রাহৈ শেংনা তাহনবা, খোম্লিলগী হিসাবতা কূপশিনবা, কেনা মৌনা তপ্পা চৎপা মওঙ পুন্নমক অসিনা মপাঙ্গল য়াওনা উত্রবস্ু পুরিবা শাথেক অমস্ুং খোম্লিল অদুমখৈদি য়াম্না ফজহনবা, থুমহনবা অমস্ুং পুন্নীং হুহনবা ঙম্মী; তৌইগুম্বস্ুং নুপাগুম্না খোঙূপ তূবা, নুংথং পায়বদগী হৌদুনা পূং ঈশৈ জগোইগী শিনফম, নিংথৌ মন্ত্রী লাম্মীগী থবক পুন্নমক গুনা তৌবদি ঙমদে। শৈনিস্থোই ছন্দদা চেক্লাগী নুংশি-কোলোয়দগী হৌদুনা বজ্রগী অথূকপা অঙংবা খোল্লাউ, অমম্বগী থম্মোই কায়না থরাম্নিচাক্লা কপ্পগী খোপ্পেল-ফাওবা ফোংদোকপা য়াই; মরম অদুনা মসিবু **নুপামান ছন্দ** হায়বা য়াই। অস্ুম তৌনা খোম্নিস্থোই ছন্দনা শিন গুবা য়াম্না হেল্লি।

খোম্নিস্থোই ছন্দদা খোম্লিল শেংনা তাহন্নবগীদমক য়ারিবমখৈ হোৎনৈ, রাহৈ অমগী খোম্লিলনা রাহৈ অমগী মথক্তা তাহন্দে, তানখোঙ অমস্ুং তানখোঙমরুশিংস্ু য়াম্না শেংনা মচা খায়না তাহল্লি। শৈনিস্থোই ছন্দগুম্না করিগুম্বা স্বরগী ঈচেল অমতা মসিদা য়াওদে, অদুনা মসিগী খোঙচৎ য়াম্না তপ্লিবনি। মসিদা তিম্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্লা খোনকাপ অমা অদুগা তিম্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্লা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। অদু ওইরবস্ু খোম্থোক-খোম্লিলগী চাং য়েংলগা করি করিগুম্বা খোম্থোক্তি শাংদোকহনবা নত্রগা তেন-শিলহনবা য়াই। **রাহৈ অমতগী মনুংদা লৈবা তিম্নবা ব্যঞ্জনগী মমাঙগী স্বর অদু খোনকাপ অনী ওইনা লৌই; অনুস্বার অমস্ুং বিসর্গগী মমাঙগী স্বর অমদি তিম্নবা স্বর পুন্নমক খোন-কাপ অনী ওইনা লৌই।** হায়খ্রিবশিং অসি নত্তবা স্বর অতৈ অতৈদি খোনকাপ অমতা ওইনা লৌই।

খোম্লিম্থোই ছন্দদা ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক হায়দোকপা মতমদা মরক মরক্তা খোনফমগী চাং কায়রকপা য়াওই। মসিনা মরম ওইদুনা সুরগী মূর্ছনা থোকখিবা য়াওই। খুদম—'ভারত' হায়বা রাহৈসি হায়বা মতমদা 'ভা-আ-রত' অশুম্না হায়বা য়াওই। মসিদা নীংথিজরবা সুর অমা থাকই—অদুনা খোম্লিম্থোই ছন্দবু **'ঈশৈচেনবা ছন্দ'** (গীতিধর্মী ছন্দ) হায়নসু খঙনৈ।

শৈনিম্থোই ছন্দগা খোম্লিম্থোইগা করম করম্বা মরমদা খেন্নবগে হায়বদু খরগা কূপ্না নৈনরগা খোম্লিম্থোইগী মশক অমুকসু হেন্না নীং-থিনা খঙগনি। শৈনিম্থোই ছন্দদা তিন্নবা খোম্লিলবু মতম অয়াম্বদা খোনকাপ অমতা ওইনা লৌই, অদুগা খোম্লিম্থোইদদি তিন্নবা খোম্লিল পূন্নমক অশাংবনি—মরম অদুনা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। শৈনিম্থোই ছন্দদা খোম্থোক্কী খোম্লিলদা সুরগী ঈচেল অমা মপুংওইনা য়াওই অদুগা খোম্লিম্থোই ছন্দদনা খোম্থোক-খোম্লিলগী চাংনা মরুওইনা লৌই। অদুনা শৈনিম্থোই ছন্দগুম্না খোম্লিম্থোই ছন্দদা খোম্লিল নত্রগা খোনকাপ চিংশিন্নবা 'থোইদোকপা পাঙ্গল' অদু য়াওদে। ছন্দ মথল অনীমক্তা খোম্লিল শাংদোকহনবা য়াই, তৌইগুম্বসুং খোম্লিম্থোইদনা শাংদোকহনবা হেন্না য়াওগল্লি। শৈনিম্থোইগুম্না খোম্লিল চিংশিন্নবা 'থোইদোকপা পাঙ্গল' য়াওদ্রবসু খোম্লিম্থোইদা খোম্লিল চিংশিনবা য়াবগী নিয়মদি লৈ। শৈনিম্থোই ছন্দদা সুরগী অরূম্বা অরেম্বনা মরুওইনা লৈ অদুগা খোম্লিম্থোই ছন্দদনা অথকপা (ঈরাঙহৌবা) অমসুং অথুম্বগী শরুক্না হেল্লি। শৈনিম্থোই ছন্দদা মহৌশানা তূমাশুদবা খোনকাপমশীংগী মপুংফাবা তানখোঙমরু শীজিন্নদে, তৌইগুম্বসুং খোম্লিম্থোই ছন্দদদি তূমাশুদবা, হায়বদি, খোনকাপ ৫, ৭-নচিংবগী তানখোঙমরুসু শীজিন্নৈ। খোম্লিম্থোই ছন্দদা **'থোইদোকপ তানখোঙমরু'** অমসুং **'চুম্নগী তানখোঙমরু'**—অসুম্না তানখোঙমরু মথল অনী থোক্না লৈ। তপ্নবা ময়েক্না শেম্বা অতেনবা তানখোঙমরুবু 'থোইদোকপা তানখোঙমরু' কৌই। অদুগা তপ্নদবা ময়েক্না শেম্বা

অশাংবা তানখোঙমরুবু 'চুমগী তানখোঙমরু' কৌই। থোইদোকপা তানখোঙমরুদা তিম্নবা খোম্লোক লৈবা মফম অতুদা খোম্নিল শাং-দোকই, তৌইগুম্বসুং চুম্নগী তানখোঙমরুদদি তিম্নবা খোম্লোক য়াওদবনা খোম্নিল শাংদোক্তে। শৈনিম্লোই ছন্দনা অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দনি অতুগা খোম্নিম্লোই ছন্দনা অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দনি। শৈ-নিম্লোই ছন্দদদি ঈচেলনাইবা ছন্দ লৈবা য়াই অতুগা খোম্নিম্লোইদদি লৈবা য়াদে। শৈনিম্লোইদদি খোম্লোকী য়ারা খোম্নিলবু ফাজিল্লগা অহেনবা সুরগী ঈচেল অমনা শৈখোঙশিং অতুদা শান্নে, খোম্নিম্লোইদদি অহেনবা সুরগী ঈচেল অসি লৈতে।

**খোম্নিম্লোইগী তানখোঙমরুদি অতেন-অশাংগী চাং মতুং-ইন্না, হায়রবদি, খোনকাপমশীং মতুংইন্না মখল মরি শুই—খোনকাপ মরিনা শাবা, খোনকাপ মঙানা শাবা, খোনকাপ তরুক্না শাবা অমসুং খোনকাপ তরেৎনা শাবা।**

(১) **খোনকাপ মরিনা শাবা (Tetramoric) তান-খোঙমরু**=অনা : অনী। খুদম—

চাক চাক . লাউ . -মবা / ঈং : -লবা ⁝ থাবু //
য়েং : -লগা ⁝ ন হে -বদি / কম্রি -পীনো ⁝ মকু //

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ মরি লৈ অতুগা শৈখোঙগী অরোইব তানখোঙমরুদি মপুংফাদবা তানখোঙমরুনি।

(২) **খোনকাপ মঙানা শাবা (Pentamoric) তান-খোঙমরু**=অহুম : অনা ॥ অনী : অহুম। খুদম—

বসন্ : -তনা ⁝ চুপ : -লবদা / মুল্লে : মায়কৈ ⁝ মরি //
মচুপী : মঙ ⁝ কয়া : ঙৈৎথ / ঙৈৎথ : মঙ ⁝ -ঙার //

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ মঙা লৈ অতুগা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুনা মপুংফাদবা তানখোঙমরুনি।

(৩) **খোনকাপ তরুক্সা শাবা** ( **Hexamoric** ) **তানখোঙমরু** — অহুম : অহুম ‖ মরি : অনী ‖ অনী : মরি ‖ অনী : অনা : অনী। খুদম—

**চৌরবা** : ঙক্সা : **লীক্লাং** : পবেং / **ঈরাঙ** : চৌনা : **কোঞ্জরি** //
**লেঙ লেঙ** : চৎপা : **শম্লাংা মশৈ** / নীংচু : য়ৈনা : **শাম্নরি** //

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ তরুক লৈ অতুগা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুনা মপুংফাদবা তানখোঙমরুনি।

(৪) **খোনকাপ তরেৎনা শাবা** ( **Heptamoric** ) **তানখোঙমরু** = মরি : অহুম ‖ অহুম : মরি ‖ অহুম : অনী : অনী ‖ অনী : অনী : অহুম। খুদম—

মপুগী নোংদম : খোন্দি : **কলবগী** : **শক্তম্নি** //
**কান্নগী** : ভেংথারি : **পূম্নমক** : **মাগী** : **খোজালনি** //
**অরাবা** : **ফিজোন্দা** : **লাকপদা** মাইফবা : পুতুনা //
**কান্নগী** : **কিক্কার** : **নহাক্সা** : **অরাবনি** : খন্দুনা //

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ তরেৎ লৈ অতুগা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুনা মপুংফাদবা তানখোঙমরুনি।

শৈনিংথোইগুম্না খোন্নিংথোইগীসু তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী অমসুং তানখোঙ-মরিচৎপী ছন্দলৈরেং লৈ। ময়ায়ওইবা খোল্লেপনা খায়দোকপা তানখোঙগী মশীং মতুংইন্না ছন্দলৈরেংশিং অসিগী মওঙ লেপ্পী। মথক্কী অহানবা খুদম অহুম অসি মপুংফাদবা তানখোঙ-অনাচৎপীনি অতুগা ইকোন কোনবা খুদম্না তানখোঙ-অমচৎপীনি। মসিগী মতুংদা অহানবগী হায়বদি, খোনকাপ

মরিনা শাবা তানখোঙমরুগী তানখোঙ-অনীচৎপীগী অতোপ্পা মমিং অমদি 'খোম্নিঙ্খোই শামুখোঙ ছন্দ' কৌই। মসি বাংলাগী মাত্রাবৃত্ত পয়ারগী মওঙনি। খোম্নিঙ্খোই ছন্দলৈরেং অতৈ অতৈগী খুদম অমনীদং মখাদা পীরি।

**(অ) খোনকাপ মঙানা শাবা তানখোঙমরুগী তানখোঙ-অহুমচৎপী।**

**খোনকাপমশীন—১০ ॥ ১০ ॥ ১৪**

নুংনা চনবা ⋮ লমশাং শীংনা /
মতমগী বৎ ⋮ চৎলি কন্না /
লয়রুচুনা ⋮ তমথীরবা কাংখোঙ //

**(আ) খোনকাপ তরুক্কা শাবা তানখোঙমরুগী তান-খোঙ-মরিচৎপী।**

**খোনকাপমশীন—১২ ॥ ১২ ॥ ১২ ॥ ৮**

ঈপাক্কা নঙগী ⋮ খোক্‌না খোঙদা /
লৌরি খুয়া-উফুল ⋮ মতমচুপ্পদা /
জাহ্নবী যমুনা ⋮ নঙগী লীক্লাংনা /
হাইরি থবাক ⋮ -থক্কা //

খোম্নিঙ্খোই ছন্দদা ঈচেলনাইবা ছন্দলৈরেং শীজিন্নদে। মরমদি ঈচেলনাইবা ছন্দদা লৈফম থোকপা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ তাক্কমগী মনীংতম্বতু নিয়ম অসিগী ছন্দদা লৈতে। হৌজিক কনা কনাগুম্বনা খোম্নিঙ্খোইদসু ঈচেলনাইবা ছন্দগী শৈরেং ইবা হোৎনবদি উই, অদুবু মহে য়ালহনবদি ঙমদ্রি।

# অথুবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা খোল্লূমথোই ছন্দ

চাউরাকপা মীৎয়েংদা খোন্থোক-খোন্নিলগী অকক্লবা মশীংগী মতুংইন্না তানখোঙমরু খায়দোকপা অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙগী খোন্থোক-খোন্নিল মশীং থীরগা খোনকাপকী চাউরাকপা হিসাব ফংবা য়াবা অমদি তানখোঙমরু খুদিঙগী য়ামত্রবদা খোন্থোক অমদা খোল্লূম তাবা ছন্দ মখল অতুবু খোল্লূমথোই ছন্দ কৌই। খোল্লূম য়াম্না তোয়না তাবা মরম্না ছন্দ অসিগী খোঙচৎ থুই। অতুনা মসিবু অথুবা খোঙচৎকী ছন্দ হায়নসু খঙনৈ। অসিগুম্বা ছন্দ মখল অসি মমাঙ-ঙৈদা নাউথেম অমদি নাউশুম ঈশৈ, ফৌশু ঈশৈ, থাবলচোংবী ঈশৈ, হীরোয় ঈশৈ, ষঞ্জেন্নহ' ঈশৈ অসিনচিংবা অরায়বা অয়াংবা ভাবকী খুলঙঈশৈদা শীজিন্নরম্মী। অতুনা মসিবু খুলঙছন্দ হায়না খঙনৈ। বাংলা ছন্দদা অসিগুম্বা মখলগী ছন্দবু লৌকিক ছন্দ নত্রগা ছড়ার ছন্দ হায়ন' খঙনৈ। অসি নত্তবা স্বরমাত্রিক, স্বরবৃত্ত, স্বরাঘাতপ্রধান, প্রাস্বরিক, বলপ্রধান, শ্বাসাঘাতপ্রধান অসিনচিংবা মিং-থোল কয়ামরুমসু ছন্দ অসিগী অতোপ অতোপ্পা মমিং ওইনা হৌজিক্কী বাংলা ছন্দদা শীজিন্নবা উই। ইংরেজী ছন্দদনা মসিবু Folk Metre হায়রগা খঙনৈ। বাংলা লৌকিক ছন্দ অমদি ইংরেগী Folk Metre-গা মৈতৈ খুলঙছন্দগা মখলদা তিন্নরবসু মওঙদি খেন্নে।

মমাঙঙৈদদি মসি লরায় থরায়গী খুল্লক মৈরক্তা শরুবা ঈশৈতগী ছন্দ ওইনা শীজিন্নরম্মী। হৌজিক্তি কোম্মুংলোলদসু অসিগুম্বা ছন্দগী শৈরেং য়াম্না ইনরে। মসি অরায়বা ভাবকী শৈরেং ইবদা নম্না শীজিন্নরবসু অরুবা ভাবকী শৈরেংদসু 'অতুম শীজিন্নে। অতুনা মৈতৈ সাহিত্যগী অরিবা যুগতগী হৌজিক্কী যুগ ফাওবা অরুবা অরায়বা ভাবকী কাব্য মখল অনীমক ছন্দ অসিদা ইনরক্লি। হৌজিক ফাওবদা ইনরক্লিবা মৈতৈ কাব্য অয়াম্বদি নিয়ম অসিগী ছন্দদা ইবা ওইনা

তৌই। মরম অসিনা ছন্দ অসিবু মৈতৈ কাব্যগী থরায় পুবা চেক্লা ওইনা লৌনৈ।

চাংওইনা অসিগুম্বা ছন্দদা খোম্থোক খুদিঙগী খোনকাপ অমমম ওইনা লৌই, হায়বদি, স্বরমযেক কয়া শীজিন্নবগে হায়বদু য়েংলগা অয়াম্বা মতমদা খোনকাপকী হিসাব ফংই। অদু ওইরবসু খোনকাপমশীং থীরগা ছন্দ অসিগী তশেংবা মশক খঙবদি ঙমদে। অসিগুম্বা ছন্দদসু মরক মরক্তা করি করিগুম্বা খোম্থোক্তি খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। অদুগা খোনকাপ অমমথায় ওইনা লৌবা খোম্থোকসু মরক মরক্তা য়াওই অমসুং খোনকাপ অনীনা অমদা, খোনকাপ অহুম্না অনীদা নত্রগা অমদা চিংশিনবসু য়াওই। শৈনিম্থোই অমসুং খোন্নিম্থোই ছন্দগী হিসাবতসু স্বরগী খোম্থোক্লা মরুওইনা লৈ অদুগা শৈনিম্থোইদদি রাহৈগী অরোইবা তিন্নব খোম্থোক নত্তনা খোম্থোক অতৈ অতৈদি খোনকাপ অমা ওইনা লৌই। মরম অদুনা খোম্থোক খোন্নিলগী হিসাব মতৌদা য়েংলুরবদি খোল্লমথোই ছন্দ অসি শৈনিম্থোই অমসুং খোন্নিম্থোইগা থরমখৈ খেন্নরবসু পূমখেন খেন্নৈ হায়না লৌব দ য়াদে। পোম্থোক চিংথোক-চিংশিনগী মরমদসু ছন্দ মখল অসিগা শৈনিম্থোই অমদি খোন্নিম্থোই ছন্দগা অদুক য়াম্না খেন্নদে। তৌইগুম্বসুং খোল্লমথোইগা ছন্দ মখল অতৈশিং অসিগা পূমখেন খেন্নবা মায়কৈ অমদি লৈ হাম্নবসি কূপ্না য়েংশিল্লুব্রবসু তাবদা অদুম খঙবা ঙম্মী।

> হো-ে া ইমা-া ইমাও ⋮ ঐনু লাক্কে-ে ইমাও
>
> নে'-ে া-ং চুই-ই লাকনু- ⋮ য়েম্পাক তূপত্না-া মরাক্কে
>
> লম্বী নাল্লি-ি লাকনু ⋮ চৈত্ত শুদ্‌না-া মরাক্কে

মথক্কী থোল্লমথোই ছন্দগী শৈখোঙশিং অসি য়েংলগা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—শৈনিম্থোই, খোন্নিম্থোই অমসুং খোল্লমথোই অহুম

অসিগী মরক্তা খোনকাপকী হিসাব মতৌ অমদি খোম্হোক চিংথোক-চিংশিন্দা অথোই-অহেন খরা লৈরবস্সু মপুংওইন খেন্নবদি লৈতে। অতুনা হৌজিক ঐখোয়না খন্নগদবদি, খোনকাপকী হিসাবতা অমসুং খোম্হোক চিংথোক চিংশিন্দা মান্নদবা খরা লৈবসিতনা খোল্লমথোইগী তোপতোপ্পা মওঙ ওইগদরা—নত্রগনা ছন্দ অসিগী থোইদোক-হেন্দোকপা মওঙ করিনো ? ছন্দ অসিদা শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমরু খুদিঙদা চাংনাইনা খোম্হোক অমা নত্রগা অনী নত্রগা অহুমদা অকনবা খোল্লম তাই। অসুম্না চাংনাইনা খোল্লম তাবগী মওঙ অসি ছন্দ অতৈদা লৈতে, হায়বদি, মসিনা ছন্দ অসিগী থোইদোকপা মওঙনি। খোল্লম তাবা অসিনা মরম ওইতুনা তানখোঙমরুদা য়াওবা রাহৈগী ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্হোক অতু চিংশিল্লগা তেনশিন্না হায়দোকই অমসুং মসিনা ছন্দগী খোঙচৎ থুহল্লি। তৌইগুম্বসুং খোন্নিম্হোই ছন্দদা ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্হোক পূম্নমক অশাংবা ওইনা লৌবনা নিয়মনি অমসুং হায়রিবা ছন্দ অসিগী খোঙচৎসু তপ্পা অদুগা শৈনিম্হোই ছন্দদনা ব্যঞ্জন্না চম্বা অরোইব খোম্হোকপু অশাংবা ওইনা লৌই অমসুং মসিগী খোঙচৎসু অতপ্পনি। খোল্লম তাবগী থোইদোকপা পাঙ্গল অমসুং খোঙচৎ থুবা অসিনা খোল্লমথোই ছন্দদা তোপতোপ্পা মওঙ অমা লৈহল্লিবনি। মরম অসিনা খোল্লমথোইগী তানখোঙমরুশিং অসিবু খোম্হোক-ইনবা ( syllabic ) হায়দতুনা খোল্লম-ইনবা ( stressed) হায়বনা চুম্মী। খোন্নিম্হোই অমদি শৈনিম্হোই ছন্দগী তানখোঙমরুশিংদা খোল্লম সুক্তা তাদে হায়বদি য়াদে। অদু ওইরবসু খোল্লমথোই ছন্দদা তাবগুম্না মরাঙকায়না অমদি চাংনাইনা তাদে।

ছন্দ অসিদা খোল্লম তাবা তিন্নবা খোম্হোক অদু অতেনবা ওইনা লৌই। খোল্লম তাবা মরম্ম লৈয়েং কন্না থৎলি অমসুং মসিনা মরম ওইতুনা খোম্হোক চিংশিল্লি ; অতুনা হায়দোকপদা থুই অমসুং য়াংই। তৌইগুম্বসুং খোল্লমথোই ছন্দসু মৈতৈগী চৎনবী খোন-কাপকী পথাপ মথাপোল্লি। মরম অতুনা ছন্দ অসিদসু মরক মরক্তা

খোম্থোক শাংদোকহনবা য়াই অমসুং খোল্লুম তাবগা মরী লৈনদনা চুম্নগী চাংদগী হেন্দোক্লা খোম্থোক তেনশিলহনবা য়াওই। তিম্নবা খোম্থোক্তা তান্দ্রবদি খোল্লুমগী মপাঙ্গল চপচানা ফাওদে। অতুনা ছন্দ অসিদা তিম্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্তা খোল্লুম তারবদি মতুদসু খরা কনশিন্না তিম্নবা খোম্থোক্কুম্না পাগদবনি।

থুদম—

সে সে ে সেবোতি-ি ⋮ লাইশ্রম মচা ভবোতি-ি

নঙগা ঐগা-া কাওনসি-ি ⋮ কনানা ঙমগে-ে য়েংনসি ি

লৈশাবী কোদুপ শীংনসি-ি ⋮ পাখং থৌরী-ী শীংনসি-ি

(স্বাঃ)

খোল্লুম য়াওবা খোম্থোক্কী মতুংদা লৈবা খোম্থোক অচু তানখোঙমতেক অতুগী মখুংচল্লবদি অয়াংবা ওইগদবনি। খোল্লুম তানবা হোৎনরুরবা মতুংদা লৈয়েং অসি পোথানীংই, থুদক অতুদা অমুক হন্না চিংশিন্দুনা হায়নবা হোৎননীংদে। খোল্লুম য়াওবা ছন্দদি কোনফমগুম্না অকক্লবা মওঙদা হান্না চন্দুনা থম্বনা ছন্দ অসিদা য়াহে অমবু থুগাইরগা তানখোঙমতেক অনী থম্বা য়াই। শৈনিম্থোইগুম্না ছন্দ অসিদা অহেনবা করিগুম্বা খোম্নিলগী ঈচেল লৈতে, খোম্থোক অমগা খোম্থোক অমগা য়ৈশিন্নদুনা লৈ। অকনবা খোল্লুম য়াওবা তিম্নবা খোম্থোক্কা মতুগা তাইনবা অতেনবা খোম্থোক্কা তিম্নদুনা শেম্বা তানখোঙমতেক্কী মতুংদা লৈবা থংনবা তানখোঙমতেক্তা অতপ্পা খোঙচৎ অমা লাকই। মতৌ অসুম্না খোম্থোক শীনবা মরম্না ছন্দ অসিগী খোঙচত্তা ঈথক করিমতা হৌদে।

**খোনকাপমশীং মতুংইন্না খোল্লুমথোই ছন্দগী তানখোঙমক্কু মথল তরেৎনি—খোনকাপ মরিনা শাবা, খোনকাপা**

**মঙানা শাবা, খোনকাপ তরুক্না শাবা, খোনকাপ তরেৎমা শাবা, খোনকাপ নিপালনা শাবা, খোনকাপ মাপলনা শাবা অমসুং খোনকাপ তরানা শাবা।**

(১) খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমরু—অনী : অনী খুদম—

২

হয়ূম : য়াম্নবা ⁝ থৌদাং : -কোহে /

শীংজল্ ⁝ -লূচো ⁝ হায়ব ⁝ গাহে /

ফোবু ⁝ -রকপা ⁝ য়াম্ন ⁝ -বাহে ! //   = (৪ + ৪) + (৪ + ৪) + (৪ + ৪)

নঙনা ⁝ চাকপূ ⁝ হায়ব : -গাহে /

কৌগাক : চঙীক ⁝ নমথৌ : -বীবু /

চাকপূ ⁝ শানা ⁝ পীজ : গেহে ! //   = (৪ + ৪) + (৪ + ৪) + (৪ + ৪)

মসিদা খোস্থোক মরিনা তানখোঙমরু অমমম শারি অতুগা তানখোঙ খুদিঙদা তানখোঙমরু অনী অমসুং শৈখোঙ খুদিঙদা তানখোঙ অহুম অহুম লৈ। তানখোঙমরু খুদিঙগী অনীশুবা অমসুং অরোইবা খোস্থোক্তা চাংনাইনা খোল্লম তারি। অতুগা অহানব শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙমরুদা 'য়াম্নবা' হায়বা তানখোঙমতেক অসি খোনকাপ অনীদা চিংশিল্লি।

মৈতৈগী ফোঙ্গু ঈশৈ অয়াম্বা খোনকাপ মরিনা শাবা খোল্লম-খোই তানখোঙমরুগী তোঙান তোঙানবা ছন্দলৈরেংদা ইবা শৈরেং

ভাক্তা ওইনা তৌই। মরম অচুনা খোনকাপ মখিমা শাবা তানখোঙ-মরুগী খোল্ল মথোই ছন্দলৈরেংবু কৌশুরোল ছন্দ হায়না কৌবনৈ।

## (২) খোনকাপ মঙানা শাবা তানখোঙমরু

=অহুম : অনী ॥ অনী : অহুম

খুদম—

(অ) বা বা ঝর ঝম বাঃ /

বা বা ; ঝর ঝম বাঃ ! // = ৫ + ৫

বা বাঃ বা বা ! ঝর ঝম বা /

বা বা : ঝর ঝম বা ! // = ৭ + ৫

( মৈতৈ কবিতা—মীনকেতন )

(আ) খোয়রাং : হৈনিদা /

চীন্দম : হৈনিদা—// = ৫ + ৫

ওয়গী ; ভন্দা ; বাংঙম্লোল /

চীন্দমঃ হৈনিদা ! // = ৭ + ৫

( মৈতৈ কবিতা—মীনকেতন )

মথক্কী খুদম অনীমক অসিদা অনীশুবা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙমরু নত্তনা তানখোঙমরু খুদিঙমক খোনকাপ মঙানা শাই অমস্তুং তানখোঙমরু অমময়া তানখোঙ অমমম ওইরি অচুগা শৈখোঙ

খুদিঙদা তানখোঙ অনী অনী লৈ। খুদম অনীমক্তা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোম্লোক অনী অনীদা চাংনাইনা খোল্লম তারি।

মৈতৈগী তেংথারোল অয়াম্বা অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী ছন্দ-লৈরেংদা ইবা ওইনা তৌই। মরম অঠুনা খোনকাপ মঙানা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্লমথোই ছন্দলৈরেংবু **তেংথারোল ছন্দ** হায়না খঙনৈ।

## (৩) খোনকাপ তরুক্লা শাবা তানখোঙমরু

—মরি : অনী ‖ অনী : মরি ‖ অহুম : অহুম ‖ অনী : অনা : অনী খুদম—

(অ) ভীং-ভীং: ভীং-ভীং চাউরো /

ভীং-ভীং: ভীং-ভীং চাউরো // —৬+৬

১½ 1½

মুমিৎনা কাম্রিঙৈ: কাহৌরো /

১½ ১½

থবীমা-হন্নিঙৈ: হনহৌরো- // —৬+৬

(আ) হৈপোক ওটৈ : বানি / লীরুং খোংজি: বানি // —৬+৬

১

খেৎ কায়র: খেগাক কায়র / কায়দকদে : কায়র // —৬+৬

(ই) নুকোক : নুকোক: চাং-চপ /

মকর্: ঝুলি: জম্-জম্ // =৬+৬

নগুংলাংগী : যাবনা / থম্বৌ পাবুং: লম্বোইরে // =৬+৬

১

(ঈ) শম্ভ্রেম্বী : থোয়ক্লো / নহুম পোঞ্জেন: শাবিগে /

লাই খুবাক: খুবিগে // =৬+৬+৬

মথক্কী খুদমশিং অসিদা তানখোঙমরু খুদিঙমক খোনকাপ তরাক্লা শাই অমস্তুং তানখোঙমরু অমমম্না তানখোঙ ওইহনা লৈ। শৈখোঙ খুদিঙমক্তা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোম্থোক অনীদা নত্রগা অহুমদা চাংনাইনা খোল্ল্ম তারি। অহুগা খুদম (অ), (আ) অমস্তুং (ঈ)-দা চুমগী চাংদগী হেন্দোক্লা খোম্থোক চিংশিনবা রাহৈ খরা য়াওবস্তু উরি।

মৈতৈগী লাইরা তীনরাদা খোল্ল্মথোইগী খোনকাপ তরাক্লা শাবা তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংনা নম্না শীজিন্নৈ। মরম অহুনা অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংবু **লাইবারোল ছন্দ** হায়না খঙনৈ।

## (৪) খোনকাপ তরেৎনা শাবা তানখোঙমরু

=মরি : অহুম ॥ অহুম : মরি ॥ মঙা : অনী ॥ অনী : মঙা ॥ অহুম : অনা : অনী ॥ অনী : অনী : অহুম

খুদম—

২

(অ) কোয়ৌ : নোংনা : য়াংবরা / পম্থৌ : ইপানা : মরাংই // =৭+৭

২

মালেম : লৈনা : লুম্বরা / পলেম : ইমানা: মরমই // =৭+৭

(আ) পঙ্খৌ-ইংখোল : লমজাউকোন / হবাইমভোন : য়েম্নৌলাং //

=৭+৭

পিদোম্নবী : মুজাকোন / পেতোম্বীনা : ঔখোলাং // =৭+৭

মুংশিরৈতে : পুনৈতে / খোইমুরাবা : লোম্নুম্ব // =৭+৭

শাইবিরক্লো : তোংক্রুম্বা / তৌদ্রীখোংবা : ভাচৌবা // =৭+৭

(ই) চীংদা : শাংপা : ইভেনৈ / চিন্নদনা : কেনখিবা /

কম্নকই // =৭+৭+৩

(ঈ) ঔন্নাই : ভানবা : লৈশিংনা /

পাংয়াম : কোনশাং : থন্নদি /

পামক্লে দে // =৭+৭+৪

(উ) নিংথৌ : শ্রেলগী : শগোলদি / মমৈ : গে গে লাউবনি /

২

অঙৌবা : শগোল : তোংবরা // =৭+৭+৭

মথক্কী থুদমশিং অসিদা (ই) অমসুং (ঈ)-গী অরোইবা তানখোঙ-মরুশিং অসি মথংশীংনা খোনকাপ অহুম অমসুং মরিনা শাই। মরম অদুনা (ই) অমসুং (ঈ)-গী শৈখোঙশিং অসি তানখোঙমপুংফাদবা শৈখোঙনি। হায়রিবা তানখোঙমরুশিং অসি নত্তবা অতৈ পূম্নমক্তি

খোনকাপ তরেৎনা শাবা ঙাক্তনি। শৈখোঙ খুদিঙমক্তা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোম্থোক অমদা নত্রগা অনীদা চাংনাইনা খোল্লূম তারি। অহুগা খুদম ( অ ) অমসুং ( উ )-গী রাহৈ খবদা খোনকাপ অহুম্বু খোনকাপ অনীদা চিংশিল্লি।

মৈতৈ পেনাঙ্গৈশৈ অয়াম্বদা অসিগুম্বা খোল্লূমথোই তানখোঙ-মরুগী ছন্দলৈরেং শীজিন্নৈ। মরম অহুনা খোনকাপ তরেৎনা শাবা খোল্লূমথোই তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংবু **পেনাছন্দ** নত্রগা **চৈজৌৎলোল ছন্দ** হায়না খঙনৈ।

## (৫) খোনকাপ নিপালনা শাবা তানখোঙমরু

=মরি : মরি ‖ মঙা : অহুম ॥ অহুম : মঙা ‖ মরি : অনী : অনী ‖
অনী : অনী : মরি ‖ অনী : অহুম : অহুম ॥ অহুম : অহুম : অনী

খুদম—

হো-য়া-য়া-য়া !হোহো : য়ায়া /
য়া-য়া-য়া-য়া : হোহো :য়ায়া // =৮+৮

য়ায়া :হোহো :হো-য়া-য়া-য়া /
১ ৩ ২
'সিবু থোইনা : করাওবা : লৈবখা // =৮+৮
( লৈবনে )

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙমক খোনকাপ নিপালনা শারি অহুগা তানখোঙমরু অমমম্না তানখোঙ অমমম ওইনা লৈ অমসুং তানখোঙ অনী অনীনা শৈখোঙ অমমম শাম্নি। তানখোঙমরু খুদিঙগী মরিগুবা অমসুং নিপালগুবা খোম্থোক্তা চাংনাইনা খোল্লূম তারি অহুগা অরোইবা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুদা 'থোইনা' হায়বা রাহৈ অনি

খোনকাপ অহুমদা চিংথোক্লি অচুগা রাহৈ অতৈ অতৈদনা খোনকাপ অমমম চিংশিল্লি।

অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংদি লাইহরাওবগী লাইবৌ চোংবদা হোই লাউবগী লাইবৌরোলদগী থোরকপনি। মরম অচুনা খোনকাপ নিশালনা শাবা খোল্ল্মথোই তানখোঙমরুগী ছন্দ-লৈরেংবু **লাইবৌরোল ছন্দ** হায়না খঙনৈ।

### (৬) খোনকাপ মাপলনা শাবা তানখোঙমরু

=তরাক : অহুম || অহুম : অহুম : অহুম

থুদম—

(অ) নোংজাবী :নোংজাবী : তঙাংবী /

রাশিনা : কুচুদা : হৈরবী /

ইপারি: পাখোরেল: অকনবা /

ওইজরো : নশাবী: মুংশিবা // =১+১+১+১

(আ) লাপথ্রবা : থবায়না : থম্লিবা /

অহোংবী: তন্দনবু: ওইদুনা /

মুংখিলগী: চেক্লাবু : ওইদুনা /

পাইবিরক্লোগবা : পান্মুবা। // =১+১+১+১

( মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎ—ইবুঙোহল )

মথক্কী থুদম অনী অসিমক তানখোঙ মরি মরিনা শাবা শৈখোঙ ওইকনি। তানখোঙমরু অমমম্না তানখোঙ অমম্মম শারি অমসুং

তানখোঙমরু খুদিঙদা খোনকাপ মাপল মাপল লৈ অহুগা তানখোঙ মরুগী খোম্বোক অনী অনীদা চাংনাইনা খোল্লূম তাবি।

অসিগুম্বা খোল্লূমথোই তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংদি অঙাং কপ্পা অমসুং তূম্বা থেম্বগী শৈরোলদা অয়াম্বা শীজিন্নে। মরম অহুনা খোনকাপ মাপলনা শাবা খোল্লূমথোই তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংবু **নাউথেমলোল ছন্দ** হায়না খঙনৈ।

## (৭) খোনকাপ তরানা শাবা তানখোঙমরু

=মবি : অহুম : অহুম ॥ অহুম অহুম : মরি ॥ মরি : মরি : অনী ॥ অনী : মরি মরি

খুদম—

অমথেক ! অনীথেক: পাথেক-পাথুম /

অহুমথেক : মরিথেক : খাইদেম-লবায় /

লৈমকোন উচেক্কোন ! হুংশি-লৈকায় /

উবোলে ! উবোলে ! লে-লে-লে-লে // =১০+১০+১০+১০

মথক্কী শৈখোঙ অসি তানখোঙ-মরিচৎশীনি। মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ তরা তরা লৈ অহুগা তানখোঙমরু অমমম্না তানখোঙ অমমম শারি অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙগী খোম্বোক অহুম অহুমদা চাংনাইনা খোল্লূম তারি।

উরাউবী শাম্নবগী মরোল অয়াম্বা অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংদা ইবা ওইনা তৌই। মরম অহুনা খোনকাপ তরানা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্লূমথোই ছন্দলৈরেংবু **উরাউবীরোল ছন্দ** হায়না খঙনৈ। খোনকাপ তরেৎনা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্লূমথোই ছন্দলৈরেংদা শেম্বা উরাউবী মরোল কয়ামরুমসু ঐখোয়না তাবা

ফংই। অদু ওইরবসু মসিগী মশীঃ থোইনা য়ামদবনা খোনকাপ তরানা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্লমথোই ছন্দলৈরেংতবু অসিগুম্বা মিংথোল অসিনা খণ্ডনরিবনি।

খোল্লমথোই ছন্দদসু তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী অমসুং তানখোঙ-মরিচৎপী ছন্দলৈরেং মখল মরি অসিমক লৈ। হায়রিবা ছন্দলৈরেংশিং অসি শৈনিম্থোইগীগুম্বা অকক্লবা খোনকাপ মশীংনা অতেনবা অশাংবা থায়দোক্তে অদুগা ছন্দলৈরেং মখল খুদিঙমক্তা শৈখোঙগী খোনকাপমশীং হেন্দোকহেল্লিন লৈবদি য়াওই। শৈরেং অমতদা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী শৈখোঙ য়াম্লনা লৈবসু য়াওই, হায়বদি, তানখোঙ-মপূংফাবা শৈ-খোঙগা তানখোঙ মপূংফাদবা নত্রগা হেন্দোক্লা-তানখোঙ-মপূংফাবা শৈখোঙগা অমদি অকোনবগী শৈখোঙ মখল অনী অসি য়াম্লনা শৈরেং মশা অমতদা লৈবা য়াওই। অদুগা শৈনিম্থোইগুম্বা মপূংফাদবা শৈখোঙ ভাক্কনা শাবা অমদি হেন্দোক্লা-মপূংফাবা শৈখোঙ ভাক্কনা শাবা ছন্দলৈরেংসু খোল্ল্মথোই ছন্দদা লৈ। মরম অদুনা ছন্দ অসিদা ছন্দলৈরেং মখল খুদিঙমক **শৈখোঙ-য়াম্লদবা** অমদি **শৈখোঙ-য়াম্লবা** অসুম্বা অনী থোক্লা থায়রি। অদুগা শৈখোঙ-য়াম্লদবা অমসুং শৈখোঙ-য়াম্লবা মখল অনীমক্তা ছন্দলৈরেংশিং অসি অমুক তোঙান তোঙানবা মওঙদা য়াম্লবা অমসুং য়াম্লদবগী মতুংইন্না মচা কয়ামরুম থোক্লা থায়দোকপা য়াই। খোল্ল্মথোই ছন্দগী মখলমচাশিং অসি মথাগী লাইয়েক (diagram) অসিদা উৎলি—

## খোল্লমখোৎই ছন্দ (খুলঙছন্দ)

| খোনকাপ ৪গী | খোনকাপ ৫গী | খোনকাপ ৬কী | খোনকাপ ৭কী | খোনকাপ ৮গী | খোনকাপ ৯গী | খোনকাপ ১০গী |
|---|---|---|---|---|---|---|
| তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু |
| কৌণ্ডরোল | তেংখারোল | লাইবারোল | চৈক্সীংলোল | লাইবোয়োল | নাউথেমলোল | উম্রাউবীয়োল |
| তানখোঙ ১॥২॥৩॥৪ | তানখোঙ ১॥২॥৩॥৪ | তানখোঙ ১॥•॥৩॥৪ | তানখোঙ ১॥২॥৩॥৪ | তানখোঙ ১॥২॥৩॥৪ | তানখোঙ ১॥২॥৩॥৪॥ | তানখোঙ ১॥২॥০॥৪ |

শৈখোঙ-য়ান্নদবা

| মপুংকাবা | মপুংকাদবা | হেন্দোক্লা-মপুংকাবা |
|---|---|---|

শৈখোঙ-য়ান্নবা

| মপুংকাবা + মপুংকাদবা | মপুংকাবা + হেন্দোক্লা-মপুংকাবা | মপুংকাদবা + হেন্দোক্লা-মপুংকাবা | মপুংকাবা + মপুংকাদবা + হেন্দোক্লা-মপুংকাবা |
|---|---|---|---|

খোল্ল মথোই ছন্দগী ছন্দলৈরেংশিংগী খুদম কয়ামরুম মখা পীরি।

**খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্ল মথোই ছন্দ-লৈরেং ( কৌগুরোল ছন্দ )—**

**(১) শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ-অমচৎপী।**
**খোনকাপমশীন—৪॥৪, ৪॥২, ৪॥৩**

(ক) তানখোঙ-মপুংফাবা শৈখোঙ ( ৪॥৪ )--

কৌবী কাৎপা ⁝ পাখংথৌনি

হৈজীং শানবা ⁝ নুয়াখৌনি

কৌবু লঙবা ⁝ পাখংগীনি

নুংশি লঙবা ⁝ নুয়াগীনি

পান্দা শিবা ⁝ মালঙবান্নি

থুংদা শিবা ⁝ নুংশিবনি

তৌত্রী মরোল ⁝ চুমদবও

থুংদাং লৈকায় ⁝ কোয়গনবও

লাংবন খোইহা ⁝ থুমজনমু

মাইথুংদনা ⁝ মাজসমু

উয়াং উকৈ ⁝ কায়দোংনীংদে

নচল ঐনা ⁝ য়াজনীংদে

(খ) তানথোও-মপৃংকাদখা শৈথোও ( ৪॥২ )—

নোংগী খয়ায় ⋮ নীক্রে

চীঙ্ক্ লাইখাউ ⋮ নিয়ে

খম্মোই খোম্মীং ⋮ কায়ে

সুংশি-মহুম ⋮ শায়ে

:হনৌয়েখী ⋮ কেয়ে

হেনৌয়াখা ⋮ ঙাওয়ে

(গ) হেম্লোক্রা-মপৃংফাবা শৈথোও (৪॥৬)—

চয়োয় শিঙ্গা ⋮ তেতু য়েতু তুতু

লৌয়ক পূংলোল ⋮ ভুম্-ভুম্ উর্থুম্ ভুম্-ভুম্

য়েংখৌ মপাল ⋮ পেপে য়েপে পেপে

নিংনিংখোম্বী ⋮ হম্রিনোংনাং নিংনিং

চংনিংখোম্বা ⋮ খোইনীং উশৈকোম্বা

খোয়নৌকোনগী ⋮ নৈমা উয়েম্বীনা

কেকে য়েকে ⋮ মঙক চংনা চংনা

দোলাই থক্কা ⋮ লাক্রে নোমা হাইনা

## (২) শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ-অমচৎপী।

(ক) মপূংফাবা অমসুং মপূংফাদবা য়ান্নবা-

২ ২

নো-ং া-ম্ : নো-ং া-ম্ ⋮ শগাইতো- =৮

২ ১ + ১

চা-া ⋮ -নবা নৈ ⋮ -ত্তে ত্ত : -খেন-থাঙ =৪ + ৪

উহি : শেঙ্গাও ⋮ পুনীংদে

খোংবাল : লাইবা ⋮ তম্নীংদে =৪ + ৩

মথক্কী থুদম অসিদা অনীশুবা শৈখোঙনা তানখোঙ-মপূংফাবা শৈখোঙনি অহুগা শৈখোঙ অতৈদি তানখোঙ-মপূংফাদবা ওাক্তনি। অসুম তৌনা মসিদা তানখোঙ-মপূংফাবা অমসুং তানখোঙ-মপূংফাদবা শৈখোঙ মথল অনী য়ান্নহুনা লৈরি।

(খ) মপূংফাবা অমসুং হেন্দোক্না-মপূংফাবা য়ান্নবা—

উপূং : -লাইমু ⋮ মতৈ : মনাওনা =৪ + ৫

খোংনাং : জটা ⋮ উকৈ : থক্তা =৪ + ৪

চীন্নোক : -ননা ⋮ ভয় : -জরি =৪ + ৪

ভেঙ্গোল : অহয ⋮ খোকপগী : বারী =৪ + ৫

মসিদা অহানবা অমসুং অরোইবা শৈখোঙনা হেন্দোক্না-মপূংফাবা শৈখোঙনি অহুগা অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা শৈখোঙনা মপূংফাবা

শৈথোঙনি। অসুম্মা মসিদা মপূংফাবা অমসুং হেন্দোক্না-মপূংফাবা শৈখোঙ মথল অনা য়াম্নহ্লনা লৈরি।

(গ) মপূংফাদবা অমসুং হেন্দোক্না-মপূংফাবা য়াম্নবা—

খুমু : খরঙ : খুমু : খরঙ : কুকু =৪+৬

মঙন : মক্ক : চাজরো =৪+৩

কুকু : কুকু : কুকু : কুকু : কুকু =৪+৬

চাবীক : শরেং : লৌজরো =৪+৩

মসিদা অহানবা অমসুং অহুমশুবা শৈথোঙনা হেন্দোক্না-মপূং-ফাবা অহুগা অনীশুবা অমসুং অরোইবনা মপূংফাদবা শৈথোঙনি। অসুম তৌনা মসিদা মপূংফাদবা অমসুং হেন্দোক্ল-মপূংফাবা মথল অনী য়াম্নহ্লনা লৈরি।

(ঘ) মপূংফাবা, মপূংফাদবা অমসুং হেন্দোক্না-মপূংফাবা য়াম্নবা—

২

নোংও : চুথ : -রো-ো =৪+২

২ ২ ২

হন্থবা : হ-(অ) : -চুবী : -তাউথরো =৪+৪

লাংজীং : মতোন : থুমংলো =৪+৩

২

পাংশোম : নুম্না : -বী- া : তেকথংলো [illegible]+৫

মথক্কী খুদম অসিদা অহানবা অমসুং অহুমশুবা শৈখোঙনা তানখোঙ-মপুংফাদবা, অনীশুবা শৈখোঙনা তানখোঙ-মপুংফাবা অমসুং মরিশুবনা হেন্দোক্না-মপুংফাবা শৈখোঙনি। অসুম তৌনা মসিদা মপুংফাবা, মপুংফাদবা অমসুং হেন্দোক্না-মপুংফাবা শৈখোঙ মথক্ক অহুম য়াম্লনা লৈরি।

## (৩) শৈখোঙ-য়াম্লবা তানখোঙ-অনীচৎপী। খোনকাপমশীন—৮ ‖ ৮

ঙসি লাইরেন ⋮ নোংজাদাহে / পহৌ-শূমাঙ ⋮ চাউগোয়দাহে //

সুংখি' খুজেং ⋮ পাম্মুনা পায় / নাচল মখোঙ ⋮ শাহুনাহে //

তগুপতরেং ⋮ পরেংবু লেং / লাইরেল মথেক ⋮ শেক্তুনাহে //

২

থাবল-ইপোম ⋮ খেঙ্গোংবু লাং / খোঙথাং হাপ্পা ⋮ তাহে চোংসিহে //

## (৪) শৈখোঙ-য়াম্লবা তানখোঙ-অনীচৎপী।

সুংশিকোন্‌গী ⋮ থম্মোইকোম্দা / চৌক্লা ঊচীক ⋮ -খোনবী // —৮+৬

পলেম নঙগী ⋮ য়াইবীকোম্দা / লাঙোগুগে ⋮ মপোক খুদিঙ // —৮+৮

## (৫) শৈখোঙ-য়াম্লদবা তানখোঙ-অহুমচৎপী। খোনকাপমশীন—৮ ‖ ৮ ‖ ৮

[ মথক্তা লামায় ১৩৭-তা পীখিবা খোল্লমথোই ছন্দগী খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমক্লগী খুদম ঐ ।। ফোংগুরোল ছন্দলৈরেং অহু য়াম্লদবা তানখোঙ-অহুমচৎপীনি। ]

(৬) শৈখোঙ-য়াম্নবা তানখোঙ-অহুমচৎপী।

শীথয়ক্লে ⋮ শোয়ায়েম্না / থ্বা-থ্বা থ্বা-থ্বা ⋮ থ্বা-থ্বা থ্বা থ্বা /

কয়ি নোংদোন ⋮ -পাউনো //

=৮+৮+৬

মালেম-লৈচং ⋮ নাইদববু / তিম্নাও শীংনা ⋮ ভূক্কচয়ে /

তাকপনিদে ⋮ তাকপনিদে //

=৮+৮+৮

(৭) শৈখোঙ-য়াম্নদবা তানখোঙ-মরিচৎপী।

খোনকাপমশীন—৮ ॥ ৮ ॥ ৮ ॥ ৮ ॥ ৮

২ ১ ১ ২

ভোং ভোং তোংক্রম্বা ⋮ চক্কক নাক্কক চবায়বা /

১ ১ ২

লাই মোয়োক মশীং থী ⋮ থাদোই কৌইদা /

১ ১ ১ ১ ১

তিমু তিমু ভাংশঙ ভাঙ ⋮ মতোন সনা চিচৌ /

১ ১

চিচৌ চাচৌ ⋮ ময়া ফাক ময়া থুম //

২ ১ ১ ২

কোন কোন কোন্দুম্বা ⋮ হীফু য়াইফু হুদোনবা

১ ১ ২

লপৱে খগাই কায়দোংবা ⋮ উরে য়া-য়া /

কেকু ফোং-ফোং : কেকু ফোং-ফোং /

উরে যা-যা : উরে যা যা //

মথক্কী থূদম অসিদা চূন্নবী চাংদগী লেপ্পোক্লা খোম্থোক চিংশিনবগী শরূক য়াম্না য়াওরি অসুম তৌনা খোল্লমথোই ছন্দদা খোম্থোক চিংশিনবগী মওঙ হান্নসু থেংনখ্রে।

## (৮) শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ-মরিচৎপী।

লোশা পক্কী : ওস্বাংখোংদা / খোইনা উথুম : লাবা অনী /

ঈশৈ কাংন : কাংলতুনা / মিতাংজবি : থম্বাল-লৈহৌ //

= ৮ + ৮ + ৮ + ৮

তৌদ্রা থোংবা : যেক্লেন্নহা / শীংনাক্লে : চেক্লাশিংগা /

খোলহেক শুনা : হেক্লতুনা / থম্মে হৈ খোন্না : খোম্মা //

= ৮ + ৮ + ৮ + ৬

অসুম তৌনা খোনকাপ মঙানা শাবা, তাবেৎনা শাবা, নিপালনা শাবা, মাপলনা শাবা অমসুং তরানা শাবা তানখোঙমরুগা খোল্লমথোই ছন্দলৈরেংশিংদসু, হায়বদি তেংথারোল, চৈজ্ঞাংপোল, লাইবোরোল, নাউথেমলোল অমসুং উরাউবীরোল ছন্দদসু শৈখোঙ-য়ান্নদবা অমদি শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ অমচৎপা, তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী অমসুং তানখোঙ-মরিচৎপী উবা ফংই।

খোল্লমথোই ছন্দ অসি বাংলা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দগী মথলদা চিংলবসু কৌশুরোল ছন্দ নত্তনা খোল্লমথোই ছন্দগী মওঙ অতৈদি

হায়রিবা বাংলা ছন্দগী মথল অসিদা উবা ফংদে। সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃততদি খোল্লমথোই (শ্বাসাঘাতপ্রধান) ছন্দ লৈতে। বাংলা লৈবাক্কী ঢোল, সাঁওতাল পুংলোল অমসুং বিহারগী লোকনৃত্যগী তালদা মৈতৈ খোল্ল মথোই ছন্দগী, হাযবদি, ফৌশুরোল ছন্দগী শৈথোঙ-য়াম্নদব তানথোঙ-অনীচংগী ছন্দশৈরেংগা হাইফেৎ মান্নবা মওঙ উবা ফংই। মতুদি—

(অ) সাঁওতালগী পুংলোল :

"দি-পিব্ : দি-পাং | দি-পির্ : দি-পাং |
দি-পির্ : দি-পাং | তাং"

"তু তুব্ : তুয়া | তু-তুব্ : তুয়া | তু-তুব্ : তুয়া | তু"

(আ) বিহারগী লোকনৃত্যগী তাল :

"ছ্যা″-ব্যা : র‍্যা′-র‍্যা | ছ্যা″-র‍্যা র‍্যা′-র‍্যা | ছ্যা″-র‍্যা :
র‍্যা′-র‍্যা | র‍্যা″—"

(ই) বাংলাগী ঢোল মরোল :

"লাক্ চ : ড়া চড়্ | লাক্ চ : ড় চড়্ |
লাক্ চ : ড়া চড়্ | চড় —"

নত্রগা,

"টাক্ ডু : মা ডুম্ | টাক্ ডু : মা ডুম্ |
টাক্ ডু : মা ডুম্ | ডুম্"

নত্রগা,

"গিজ্-তা : গি-জোড়্ | গিজ্-তা : গি-জোড়্ |
গিজ্-তা : গি-জোড় | গাং"

(বাংলা ছন্দের মূলসূত্র—অমূল্যধন মুখোপাধ্যায়)

ফৌশুরোল ছন্দ নত্তবা খোল্ল মথোই ছন্দগী মওঙ অতৈগা মান্নবা ছন্দমওঙদি বাংলা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দদা উবা ফংদে। মরমদি

বাংলা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দ নত্রগা লৌকিক ছন্দগী মপুংওইবা তান-খোঙমরুদি খোনকাপ মরিনা শাবা ঙাক্তেনি, হায়বদি, খোনকাপ মরিগী তানখোঙমরু নত্তবা অতোপ্পা মখলগী করিগুম্বা তানখোঙমরু অমতবু বাংলা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দদা মপুংওইবা তানখোঙমরু ওইনা লৌজিন্নদে।

মৈতৈ ছন্দদা খোল্লমথোইগী ঈচেলনাইবা ছন্দ মহৌশানা লৌজিন্নদে। তৌইগুম্বসুং অঙাংহল, শীতলজিৎনচিংবা অনৌবা যুগকা কবি খরগী শৈরেংদা ঈচেলনাইবা খোল্লমথোই ছন্দগা মওঙ উবা ফংই। খুদম—

(অ) সুম্বা লাইজ-লমদম্বা ⁝ —নৌংখিজবা মতমদা

* * * * *

খুমন নোংয়ায় মচাদি ⁝ খুৎনা খনবা খম্বনা
নৌংখম শমজিন খোল্লুনা ⁝ নৌরেন খুত্তা পায়দুনা,
বাকৈয় হিকদা লেপ ⁝ মচেম খয় কোবীনা
হিনাউ কাওদোন থংদুনা, ⁝ মজাইবেম্মা থোইবীনা
হিন্নায়দুদা তোংখিল্লে, ⁝ কেপে লোক্তাক লমদমদা
কাওয়েন ফাবা চংপগী ⁝ হোল্লোয়ক্লে হি অদো।

(খম্ব-থোইবী-শৈরেং অহুমশুবা শরুক—অঙাংহল)

(আ) তুমদুনা লৈবী চন্নুখিং ⁝ হৌদোক্লগে হায়দুনা
কাব্য বীণা হুন্দোকপা ⁝ অবলা মিংথোল হোংদুনা
ভারত-লৈমা শায়োন-ও ⁝ খুৎলাই তন্না পায়রকপা
বৃটিশ-নোংখা অকনবা ⁝ মমায় তুংহন্নখিবা
কাউদ্রি নচা ঐথোয়না ⁝ কাউয়োই মতম পুম্বদা
নৌংখিংদুনা লৈগনি ⁝ নঙনা তাকপা মন্নদা।

(সরোজিনী নাইডু—শীতলজিৎ)

বাংলাদসু খোল্লমথোই শ্বাসাঘাতপ্রধান) ছন্দদদি ঈচেলনাইবা ছন্দগী কবিতা হাম্না লৈরমদে। হৌজিকসু অসিগুম্বা ছন্দগী বাংলা কবিতা য়াম্না তাঙনা উবা ফংই।

# খোঙচৎ য়াল্লবা

ছন্দগী খোঙচৎ মতুংইন্না খায়দোকপা ছন্দ মখল অহুমগী মরমদা নৈনখ্রে। রাফম অসিগী মতাংদা খঙজিনগদবা অমনা কবিতা মশা অমতদা তোঙান তোঙানবা খোঙচৎ লৈবা য়াই হায়বসিনি অথুবা খোঙচৎকী মফমদা অতপ্পা, অতপ্পগী মফমদা অথীনবা খোঙচৎ শীজিন্নবা করি করিগুম্বদা উবা ফংই। শৈখোঙ অমতদা শরূক অমনা খোঙচৎ অমদা অতুগা শরূক অতৈনা অতোপ্পা খোঙচত্তা শীজিন্নবসু উই। তোঙান তোঙানবা খোঙচৎকী তানখোঙমরু নল্লগা তানখোঙ নল্লগা শৈখোঙনা কবিতা অমতদা লৈরবদি মখোয় অতুগী মপুংওইবা খোঙচৎ অমা লৈহনবগদবনি। অতু নল্লবদি মখোয় অতু ছন্দ মখল অহুম অসিগী মনুং চন্দন লৈগনি। শৈখোঙ অমতদা অথুবা অমসুং অতপ্পা খোঙচৎ লৈবা য়াই; অদু ওইরবসু থুবা হেনবা খোঙচৎকী মফমদা তপ্পা হেনবা খোঙচৎ শীজিন্নগদবনি, মদুগী ওন্নতৈনবা তৌবদি য়াদে। মরম অদুনা অতপ্পা খোঙচৎকী মফমদা অথীনবা খোঙচৎ শীজিন্নবদি য়াই অদুগা অথীনবা খোঙচৎকী মফমদা অথুবা নল্লগা অতপ্পা খোঙচৎ শীজিন্নবদি য়াদে।

## ছন্দগী খোঙচৎ অমসুং মখল লেপ্পদা খোনকাপ

খোনকাপকী নিযমনা মৈতৈ ছন্দগী মখল খায়দোকপা য়াদে হায়বসি হান্নসু হায়খ্রে। মৈতৈ ছন্দগী যুক্ষমদি তানখোঙমরুনি অমসুং তানখোঙমরুগী মশক খঙবন খোনকাপমশীংদনি। তৌই-গুম্বসুং খোনকাপকী চাংচৎ নত্তবা ছন্দগী গুণ অতৈ অতৈসু লৈরি. মতুগী মতুংইন্না ছন্দগী খোঙচৎ অমদি মখল পুথোকপা য়াই। মৈতৈ ছন্দগী খোনকাপনিয়মদি অমতনি অমসুং হোংবা নাইদে, ছন্দগী খোঙচৎ অমসুং মখলদা নন্দুনা লৈতে। করি করিগুম্বা কবিতাদা

মতাং ২৮ (গ<sup></sup>-দা মখোয় অসিগী অমগা অমগা তিন্নবা য়াবা যাদবা মওঙশিং অদু উৎখ্রে।

শৈখোঙদা তাঙান তোঙানবা অযাঙবগী খোন্থোক শীজিন্নবা মতুংইন্না ছন্দগী ফৃরূপ মখ'গী অস্নুন্না খাযদোকপা যাই ঃ

(১) **অয়াংবা ছন্দ—**

ছন্দ অসিগী শৈখোঙদা অযাংবা খোন্থোক্তমক শীজিন্নে অমস্নুং শৈখোঙ খুদিংগমক অতপ্পা খোঙচত্তা নম্রগা অথীনবা খোঙচত্তা পাবা যাই।

(২) **অশেংবা অরূম্বা ছন্দ—**

ছন্দ অসিগী শৈখোঙদা অযাংবা অমস্নুং অরূম্বা মখল অনীগী খোন্থোক শী জিন্নে। মসিগী খোঙচত্তি অতপ্পনি অমস্নুং মসিদা শৈনিন্না মপুংওইনা লৈ হাযবিবা মওঙশিং অসি শৈনিন্থোই ছন্দদা লৈ। অদুনা অশেংবা অরূম্বা ছন্দ হাযরগা শৈনিন্থোই ছন্দবু খঙনৈ।

(৩) **য়ান্নবা অরূম্বা ছন্দ—**

ছন্দ অসিগী শৈখোঙদা অয়াংবা অমস্নুং অরূম্বা খোন্থোক শীজিন্নবগা লোযননা অথীনবা অমস্নুং যান্ন-থানবা খোন্থোকস্নু লমলাম্বা ওইনা ববি কবিগুম্বদা শীজিন্নে। তৌইগুম্বস্নুং কবিগুম্বা তানখোঙমতেক অমতদা অমুক্তগী তেন্না খোন্থোক য়ান্নবা য়াওদে।

(৪) **অশেংবা অথীনবা ছন্দ—**

ছন্দ অসিদা অযাংবা অমস্নুং অথীনবা মখল অনীগী খোন্থোক শীজিন্নে অমস্নুং মসিগী খোঙচত্তি অথীনবনি। মওঙশিং অসি খোন্নন্থোই ছন্দদা লৈবা মবন্ন অশেংবা অথীনবা ছন্দ হায়রগা খোন্নিন্থোই ছন্দবু খঙনৈ।

(৫) **য়ান্নবা অথীনবা ছন্দ—**

অয়াংবা অমস্নুং অথীনবা খোন্থোক্কা লোয়ননা য়ান্না-থীনবা

খোম্মোকসু লমলাম্বা ওইনা করি করিগুম্বদা শীজিন্নৈ। অসুম্না খোম্মোক য়ান্নবা শীজিন্নবা মতমদা য়ান্নবা অথানবা ছন্দ ওই।

### (৬) য়ান্না-থীনবা ছন্দ—

ছন্দ অসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা য়ান্না থীনব খোম্মোক অমদগী হেন্না শীজিন্নৈ। খোম্মোক অতৈ অতৈনা অয়াংবা নত্রগা অথানবনি। মসিসু অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দনি।

### (৭) অশেংবা অথুবা ছন্দ—

মসিনা থুলঙছন্দ নত্রগা খোল্ল্মথোই ছন্দগী মওঙনি। মসিগী খোঙচত্তি অথুবনি। ছন্দ অসিদা মহৌশানা অয়াংবা অমসুং য়ান্না থুবা মথল অনীগী খোম্মোক শীজিন্নৈ। অরাম্বা খোম্মোকসু ফজরোস ভাক্লগা শীজিন্নবা য়াই।

### (৮) য়ান্নবা অথুবা ছন্দ—

অশেংবা অথুবা ছন্দদা শীজিন্নবা খোম্মোকশিং অতুগা লোয়নননা করি করিগুম্বদা লমলাম্বা ওইনা অথীনবা অমসুং য়ান্না থীনবা খোম্মোকসু শীজিন্নবা য়াওই। অসুম্না খোম্মোক য়ান্ননা শীজিন্নবা মতমদা য়ান্নবা অথুবা ছন্দ ওই।

মতাং অসিদা নীংশিংগদবদি মৈতৈ ছন্দগী খোনকাপনিয়ম মরু-ওইনা অমতনি হায়বসিনি। মথক্তা হায়খ্রিবা ছন্দগী ক্রূপশিং অসি মফম পুম্নমক্তা খোনকাপনিয়ম অদু মরুওইবা কাঙলোলশিং অদুগা লোয়নননা ইনগদবনি।

মৈতৈ শৈরেংগী করি করিগুম্বা শৈখোঙদা করিগুম্বা খোম্মোক মথল অমনা মপুংওইনা লৈবা য়াওই। অয়াংবা খোম্মোক হায়রিবা খোম্মোক মথল অদুগা তিন্নহনা তোপতোপ্পা খোঙচৎ অমসুং মথল অমা থোরকই। খোম্মোক মথল মঙা লৈবা অদুগী মতুংইন্না হায়খ্রিবা অশেংবা ছন্দ মওঙ মঙা অসি লৈবা য়ারিবনি। অশেংবা ছন্দগী

শৈখোঙদা লমলাম্বা খোম্লোক হাযবদি লৈফম থোক্তবা খোম্লোক করি করিগুম্বদা লৈবা যাওই অমসুং মতদগী যান্নবা ছন্দ থোরকই; তোইগুম্বসুং **লমলাম্ব' খোম্লোক্তি করিগুম্বা তানখোঙমতেকী মনুংদা অমদগী হেন্না লৈবা য়াদে** অমসুং শৈখোঙদসু মখোয়গী মশীং যামদে, অত্ত নত্রবদি খোঙচৎকা মংও মান্দে। অত্ত ওইরবসু মসিমদি য়াদবা মঙদে, মংদি মবক্তা লমলাম্বা খোম্লোক শীজিন্নবনা খোঙচৎ হোংলকপা য়াওবদ্দ করি করিগুম্বদা ছন্দবু পুক্নীং তুহনবা, শাথেক ফজহনবা অমসুং হঙ্গিৎ চেলহনবা য়াওই

## মৈতৈ ছন্দদা অনৌবা মওং থরা

(১) অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা শৈনিন্থোই ছন্দবু খোন কাপ ৪ অমসুং ৬কী ছন্দনি হায়না লৌনরক্লে। তোইগুম্বসুং ছন্দ মখল অসিদা খোনকাপ ৫, ৭, ৮ অমসুং ১০না শাবা তানখোঙমরুসু হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা উবা ফংই।

(২) হান্নদগী চৎনরকপা নিযম মতুংইন্না অথৌনবা খোঙচৎকী ছন্দ নংগা খোন্নিন্থোই ছন্দদা খোনকাপ ৪, ৫, ৬ অমসুং ৭কী তানখোঙমংতমক শীজিন্নগদবনি। তোইগুম্বসুং খোনকাপ ৮গী তানখোঙমরুসু কনা কনাগুম্বনা হৌজিক শীজিন্নৈ ওই

(৩) শৈনিন্থোই ছন্দ অমসুং খোন্নিন্থোই ছন্দ মখল অনামক্তা খোনকাপ ২ অমসুং ৩গী তানখোঙমতেক ঙাক্তা অদুগা খোল্ল মথোই ছন্দদনা খোনকাপ ২, ৩, ৪, ৫ অমসুং ৬কী তানখোঙমতেক ঙাক্তা শীজিন্নগদবনি হাযবসি মৈতৈ ছন্দগী চৎনবাক্লবা নিযমনি। তোই-গুম্বসুং হৌজিক্তি কনা কনাগুম্বনা শৈনিন্থোই অমসুং খোন্নিন্থোই ছন্দদসু খোনকাপ ৪, ৫ অমসুং ৬কী তানখোঙমতেক শীজিন্নবা য়াওরে।

(৪) হান্না চৎনরকপা নিয়ম মতুংইন্না তানখোমতেক্কী খোন-কাপমশীন্দ ৩+১ অমসুং ১+৩-গী মওঙশিং অসি মৈতৈ ছন্দদা লৈরক্কে. তৌইগুম্বসুং বাংলা পর্বাঙ্গগী মাত্রামশীন লোয়না হৌজিক্তি মৈতৈ শৈরেংদসু কনা কনাগুম্বন' পুশিল্লকপা য়াওরে।

# শৈখোঙ অমসুং শৈতূপকী তোঙান তোঙানবা মশেম

মথক্তা হান্না নৈনখ্রে—মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা মচন্দি তানখোঙ-মরুনি অমসুং খোনকাপমশীং মান্নবা তানখোঙমরু অমদি তানখোঙ কযামকন্না শৈখোঙ. শৈতূপ অসিনচিংবা শেম্মী। সংস্কৃততা অসুম তৌনা শেম্বা মওঙশিং অসিগী মমিং অমমম লৈ, মতুদি—অনুষ্টুপ্, ত্রিষ্টুপ, ইন্দ্রবজ্রা, স্রগ্ধরা মালিনী, মন্দাক্রান্তা, শার্দ্দূলবিক্রীড়িত অসিনচিংবা। ইংরেজীদসু dimeter, trimeter, tetrameter, pentameter, hexameter, heptameter, Romantic metre ( iambic tetrameter ), Heroic verse ( iambic pentameter), Alexandrine verse (iambic hexameter) অতুগা বাংলাদনা পয়ার, একাবলী, দ্বিপদী, ত্রিপদী, চৌপদী অসি-নচিংবা মিংশিং অসি মতম কুইনগী মমাঙদগী শীজিন্নরক্লি। মৈতৈগীসু শামুখোঙ, তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অন'চৎপী, তানখোঙ-অহুম-চৎপী, তানখোঙ মরিচৎপী অসিনচিংবা ছন্দলৈরেংশিং অসি লৈরক্লি। মৈতৈ ছন্দলৈরেংশিং অসিদা শীজিন্নবা শৈখোঙ কয়াগী তোঙান তোঙানবা মশেম ঐখোয়না থেংনখ্রে। অতুগা' মতুদগী হেন্দোকপা মওঙ কয়াসু হৌজিক মৈতৈ শৈরেংদা নৌনা চঙশিল্লকপা উরি।

মখাদ উৎলিবা শৈখোঙমশেমশিং অসিদা তানখোঙ খুদিঙমক তানখোঙমরু অমনা শাবা ঙাক্তা ওইনা লৈরি, হায়বদি, তানখোঙগা তানখোঙমরুগা মান্ননা থম্লি।

শেখোঙ

# খোনকাপ মরিগী ছন্দ

## ( মপুংথইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ মরি লৈবা )

**তানখোঙ-অনীচৎপী :**

তানখোঙমপুংফাবা— ৪/৪//

তানখোঙমপুংফাদবা— ৪/২//

হেন্দোক্লা-তানখোঙ-মপুংফাবা— ৪/৬//

**তানখোঙ-মরিচৎপী :**

তানখোঙমপুংফাবা— ৪/৪/৪/৪//

তানখোঙমপুংফাদবা— ৪/৪/৪/২//

হেন্দোক্লা তানখোঙমপুংফাবা— ৪/৪/৪/৬//

**তানখোঙ-অহুমচৎপী :**

তানখোঙমপুংফাবা—৪/৪/৪//

তানখোঙমপুংফাদবা— ৪/৪/২//

হেন্দোক্লা তানখোঙ-মপুংফাবা— ৪/৪/৬//

**তানখোঙ-মঙাচৎপী :**

তানখোঙমপুংফাবা— ৪/৪/৪/৪/৪//

তানখোঙমপুংফাদবা—৪/৪/৪/৪/২//

[ তানখোঙ মঙাচৎপী ছন্দলৈরেংদি খোনকাপ মরিগী ছন্দদা শীজিন্নে অমম্বুং য়াম্না তাঙনা উবা ফংই। ]

# খোনকাপ মঙাগী ছন্দ

## ( মপুংথইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ তরুক লৈবা )

**তানখোঙ-অনীচৎপী :**

তানখোঙমপুংফাবা—৫/৫//

তানখোঙমপুংফাদবা—৫/৩//

হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা— ৫/৬//

**তানখোঙ-অহুমচৎপী :**

তানখোঙমপুংফাদবা—৫/৫/৩//

**তানখোঙ-মরিচৎপী :**

তানখোঙমপুংফাদবা— ৫/৫/৫/৩//

# খোনকাপ তরুক্কী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ তরুক লৈবা )

তানখোঙ অনীচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৬/৬//

তানখোঙমপুংফাদবা—৬/৩//

তানখোঙ-মরিচংপী :

তানখোঙ-মপুংফাদবা—৬/৯/৬/৩//

তানখোঙ-অহুমচংপী :

তানখোঙমপুংফাদবা—৬/৬/২//

হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা—৬/৬/৮//

# খোনকাপ তরেৎকী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ তরেৎ লৈবা )

তানখোঙ-অনীচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৭/৭//

তানখোঙমপুংফাদবা—৭/৪//

তানখোঙ-মরিচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৭/৭/৭/৭//

তানখোঙমপুংফাদবা—৭/৭/৭/২//

তানখোঙ-অহুমচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৭/৭/৭//

তানখোঙমপুংফাদবা—৭/৭/৪//

# খোনকাপ নিপালগী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ নিপাল লৈবা )

তানখোঙ-অনীচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৮/৮//

তানখোঙমপুংফাদবা—৮/৬//

হেন্দোক্লা তানখোঙমপুংফাবা—৮/১০//

তানখোঙ-অহুমচংপী :

তানখোঙমপুংফাদবা—৮/৮/৬//

হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা—৮/৮/১০//

তানখোঙ-মরিচৎপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৮/৮/৮/৮//

তানখোঙমপুংফাদবা—৮/৮/৮/৫//

## খোনকাপ মাপলগী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ মাপল লৈবা )

তানখোঙ-অনীচৎপী :

তানখোঙমপুংফাবা— ৯/৯//

তানখোঙ-অহুমচৎপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৯/৯/৯//

তানখোঙ-মরিচৎপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৯/৯/৯/৯//

## খোনকাপ তরাগী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ তরা লৈবা )

তানখোঙ-অনীচৎপী :

তানখোঙমপুংফাবা—১০/১০//

তানখোঙ-অহুমচৎপী :

তানখোঙমপুংফাদবা—১০/১০/৫//

## শৈখোঙমশেম অতৈ খরা

তানখোঙ অনীচৎপী : ৫/৮// ; ৬/৪// ; ৭/১১// ; ৮/১১//

তানখোঙ-অহুমচৎপী : ৭/৭/৫// ; ৭/৭/৪// ; ৮/১০/৬//

## শৈতূপ

হৌজিক মৈতৈ শৈরেংদা মখলমখা অয়াম্বা শৈতূপ উবা ফংই। মখোয় অতুগী অকরুবা মশীং তায়বা য়াম্না লুই। খ্বাইদগী হেন্না শীজিন্নগনবা শৈতূপ খরগী মওঙ মতাং অসিদা উৎলি।

শৈতূপ শেম্বগী মখলমখা অয়াম্বা মওঙ লৈরবসু অমসুং অকরুবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমরুনা মসিগী মরুওইবা মচাক ওইরবনু [illegible]

অয়াম্বদা ঐখোয়না উবা ফংগনি, মহৃদি অকরুবা তানখোঙমরুমশীংগী তানখোঙনা মসিগী মরুওইবা শরাক অমমম ওইনা লৈ। শৈতূপকী মহুংচনবা শৈখোঙশিংগী তানখোঙমশীং মান্নদবা য়াই, তৌইগুম্বসুং তানখোঙ খুদিঙগী খোনকাপমশীংদি মরুদা মান্নে। অহুগা মতম অয়াম্বদা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু মপুংফাদবা মরম্না অরোইবা তানখোঙ অহু মপুংফাদে অমসুং করি করিগুম্বদা শৈতূপকী মহুংদা অকায়বা শৈখোঙ শীজিন্নবা য়াওই।

শৈতূপকী শৈখোঙশিংদা খোনখৈহন নত্রগা মান্নখৈ লৈরবদি মতম অয়াম্বদা শৈখোঙ তোঙানবগা লোয়ননা তোঙান তোঙানবা অর্থ চেনবা রাহৈদা লৈগল্লি। লাইরিক অসিদা ক, খ, গ, ... ... ... অসিনচিংবা ময়েক্না শৈতূপকী মহুংদা খোনখৈহন লৈবগী নিয়ম উৎলি। করিগুম্ব শৈতূপ অমবু ক-খ-খ-ক হায়বা খুদম অসিনা তাক্লবদি—শৈতূপ অহুদা শৈখোঙ মরি অহুগা অহানবা অমসুং মরিশুবা, অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা শৈখোঙগী মরক্তা মান্নখৈ লৈ হায়বা খঙনগনি।

## শৈখোঙ অনীগী শৈতূপ

অমগা অমগা মওঙ মান্নবা অমসুং খৈমান্নবা শৈখোঙ অনীনা শৈতূপ শেম্বগী নিয়ম অসি মমাঙতৈদগী হৌজিকফাওবদা চংনরক্লিবা খ্বাইদগী পান্নবা নিয়মনি। মমাঙতৈদদি মসি নত্তবা অতোপ্পা করিগুম্বা মখলগী শৈতূপ লৈরমদে। শামুখোঙ, তানখোঙ-অহুমচৎপী-নচিংবা ছন্দলৈরেং পূন্নমকসি অসিগুম্বা মওঙগী শৈতূপ্তা ইবা ঙাক্তনি। মখুলমখ; অয়াম্বা ছন্দলৈরেং নৈনবা মতাংদা অসিগুম্বা শৈতূপ কয়াগী মওঙ উৎপ্রে।

হৌজিক করি করিগুম্বদা উবা ফংই—অসিগুম্বা শৈতূপকী শৈখোঙ অনী অহু মওঙ পুন্মান মান্নদে; মহৃদি—

থনখি মীৎকুপ কয়াদা / অহৌংগী মমৈদা / ঊংলবা থাবলনা // =৮+৬+৬
মুহ'গুম তুম্নীংবনা / ঊইথরক্লবদি ঐগী / কেম্নবা পুন্সিনা // =৮+৮+৬

অদুগা অয়াম্বা মতমদা উবা ফংই—শৈখোঙ অনী অদুগী তানখোঙমশীং মাম্নদে ; মদুদি—

পীবিয়ু পুন্সিগী / নোংদম্বা // =৬+৩
পাক্লবা থম্মোইদো / তেংবানবু কোনঙম্বা / পীবিয়ুনে ঐগী / লমজীংবা //
=৬+৬+৬+৩

# শৈখোঙ অহুমগী শৈতুপ

অসিগুম্বা মথলগী শৈতুপ অসি হান্না লৈরমদে, হৌজিক্তু নৌনা শীজিন্নরকপনি। মসিদা তোঙান তোঙানবা মওঙদা মান্নখৈ লৈহনবা যাই ; মদুদি ক-ক-ক, ক থ-ক, ক-খ-খ, ক-ক-খ। অদুগা শৈখোঙ অহুম্মক মওঙ মান্ননা, হায়বদি, ছন্দলৈরেং অমতদা থম্বা য়াই। মদুদি—

থেঙলবা অহৌংদা / থিংত্রনা ইত্রিখোঙ / থিকরি ঐদি, // =৬+৬+৫
লৈরম্রে অমুক্কী / মেঙলবা মঙান্দা / ইবুঙো নঙদি, // =৬+৬+৫
ঊজরে মচুগী / সমুদ্র ঊম্নায়দা / লৈরম্রে নঙদি। // =৬+৬+৫

তানখোঙমশীং মান্নদবা তোঙান তোঙানবা মওঙগী শৈখোঙনস্তু অসিগুম্বা শৈতুপ অসি শেম্বা য়াই। অহানবা শৈখোঙ অনীনা শীকপা অমসুং অহুমগুবনা চাউবা—অদুগুম্বা শৈতুপনা অয়াম্বা চৎনৈ ; মদুদি—

লৈনা লৈনা লৈতবা / মালঙপান্দা // =৭+৫
উনা উনা উদবা / মঙানলিদা // =৭+৫
লেংলিদো মীওইবনা / কংবনাইদবা পিগী / লোইবনাইদবা
পরেং / মতমচুপ্পদা। // =৭+৭+৭+৫

# শৈখোঙ মরিগী শৈতূপ

অসিগুম্বা শৈতূপ অসি মৈতৈ শৈরেংদা য়াম্না তোয়না শীজিন্নে। ক-খ-ক-খ, ক-খ-খ-ক, ক ক-ক-খ, চ-ক-ছ-ক, অসুম্না তোঙান তোঙানবা মওঙদা মাম্নখৈ লৈহনবা য়াই। অদুগা শৈখোঙশিং অদু ছন্দলৈরেং অমতদা থম্বা য়াই ; মদুদি—

মীৎচিবা মীৎচিদা / তমজরি থম্মোইগী / যাদি. // =৬+৬+২
নোকমিবা চীনবানগী / ইঙ্গিৎন' ঈহৌরি / লোম্না। // =৬+৬+২
পাম্বোম্না পাম্বোমদা / য়েঙ্বা ঈরাঙ / হৌনা // =৬+৬+২
থম্মোইগা থম্মোইগা / লান্নরি অথুপ্পা / লন্দি। // =৬+৬+২

অদুগা তোঙান তোঙানবা মশীংগী তানখোঙনা শাবা শৈখোঙনসু অসিগুম্বা শৈতূপ শেম্বা য়াই। হৌজিক য়াম্না চৎনরিবা অসিগুম্বা মখল থরগী খুদম মখাদা পীরি।

(ক) অহানবা, অনীশুবা অমসুং মরিশুবা শৈখোঙনা পীকপা অদুগা অহুমশুবনা চাউবা—

খঙলম্লোই কনাসু / মালেমসিদা. // =৭+৪
য়াকায়রিদো ঙসিদি / ইবানীদা // =৭=৪
হৈথরক্লি লেপ্তুনা / নোংদোম্দগী লাইজনা / ঈচীকখোম্না থেঙখ্রবা / অহীংসিদা, // =৭+৭+৭+৪
হায়রোগবা নপাউদো / হায়রোগবা। // =৭+৪

(খ) অহানবা অমসুং মরিশুবা শৈখোঙনা চাউবা, অনীশুবা অমসুং অহুমশুবনা পীকপা—

খংবৈ য়েনশীন / য়ামতুনশী / চরোৎ অঙৌবা / মরানা // =৬+৬+৬+৩
ভিন্দুনা ফুৎলবা / মনম মুংশিনা // =৬+৬

চেঙহৌগী চাইখেল / খুদোংদা হাপ্পুনা // =৬+৬

চংদি শাথেকপুবা / চিন্দেন মায়কৈদা / চিনিচম্পাবন / ফাওড়না। //
=৬+৬+৬+৩

(গ) অহানবা অমস্তুং অহুমশুবা শৈখোঙনা চাউবা, অনীশুবা অমস্তুং মরিশুবনা পীকপা—

খোংবিরবোনে / মৈগী বীণাদো / খম্মোইনুংসিদা / ঙাম্ভোইদুনা, //
=৫+৫+৫+৪

চাইথোকচগে / মৈরীকশিংসে / য়াবানুংগী // =৫+৫+৪

চুখৎপিরবো / ঐগী পুক্সিসে / নঙগী পূজাগী বত্তি ওইনা, // =৫+৫+৫+৪

চাকথেককহনবিয়ু / তাজোই তানা / নঙুংলাংগী। // =৫+৫+৪

# শৈখোঙ মঙাগী শৈতূপ

শৈখোঙ মঙাগী শৈতূপতি হান্না লৈবমদে, হৌজিক্তি কন কনাগুম্বনা শীজিন্নবা যাওরে। অসিগুম্বা মখলগী শৈতূপতা অহানবা, অনীশুব, মঙাশুবা শৈখোঙনা চাউবা অতুগা অহুমশুবা অমস্তুং মরিশুবনা পীকপা—অতুগুম্বা মওঙনা অয়াম্বা উই। খুদম—

খোংবিনি কনানা / লুম্নবা থুম্নবা / তাইবঙ য়াকায়বা / খোঞ্জেন্দা //
=৬+৬+৬+৩

ইশাবু কাইদুনা / ঙাওরবা থম্মোইনা / অগোই শানবা / পুংজোন্দা ? //

অনৌবা ছন্দনা / করম্বা ঊশৈগী // =৬+৬

খদংকনি চুপ্পী / পুম্বসে ঐগী ? // =৬+৬

য়াকায়নি করম্বা / অনৌবা অনীংবা / পুক্নীং-সমুদ্র / -মুংসিদা ? //
=৬+৬+৬+৩

# শৈখোঙ তরক্কী শৈতূপ

খোনকাপ তরেৎকী তানখোঙমরুগুম্না শৈখোঙ তরক্কী শৈতূপসু মৈতৈ শৈরেংদা য়াম্না চংনৈ। মতুগী মন্নুংদা মখল খরদুনা পুম্না শীজিন্নবা হেন্নি। মথাগী অহানবা মখলগী শৈতূপতা অনীশুবা,

অহুমশুবা, মঙাশুবা, তরাকশুবা শৈখোঙ মরি অসি অমগা অমগা মাগৈ অমস্নুং পীকই ; অতুগা অহানবা অমস্নুং মরিশুবা শৈখোঙনা মখোয় অসিদগী হেন্না চাউই অমস্নুং অনী অসি পূংবা ওইনা লৈ।
মতুদি—

মেঙলবা মঙান্না / মৈরমেনে ঐপী / থোঙজৌন্দা— // =৬+৬+৩
কনাগী মপাউন / অনৌবা অয়ুক্তা // =৬+৬
করিগী নিন্নবি / ঈচৌবা ঈজিত্তা ? =৬+৬
ত্রঙ ত্রঙ তুন্দুভি / থীল্লক্লে মায়কৈ / মখিদা— // =৬+৬+৩
অনৌবা খোনাগী / থাঙশাংনা ঙসিদি // =৬+৬
করানি পুন্সিগী / বাহংগী য়োৎহ্নিলংদি। // =৬+৬

অনীশুবা মখলগী শৈতূপতা অহানবা, অনীশুবা, মঙাশুবা, তরাকশুবা শৈখোঙ মরি অসি অমগা অমগা মাগৈ অমস্নুং চাউই ; অতুগা অহুমশুবা অমস্নুং মরিশুবা শৈখোঙনা মখোয় অসিদগী হেন্না পীকই অমস্নুং পূংবা ওইনা লৈ। মতুদি—

লেঙলক্লে ইমা খাদোকহৈরবী / অমৃতকোন্দগী কুমথরক্লে, // =১০+১০
পৃথিবী ঙসিদি খোয়থুম্বনা / অশংবা ঈথক ঈহৌরক্লে। // =১০+১০
নৌখজয়ে তম্পাক্তা মমাগী // =১০
মতম কুইনা কায়নক্লরবী। // =১০
থকচয়ে অমৃত মপুক থন্না— / থরায়না জগোই শাজয়ে নীক্লা, / =১০+১০
কীজোন্না মায়কৈ-লাইয়েম্বাগী। কূপথয়ে নোংখোঙ শীনবা থুংনা। //
=১০+১০
( নোংজু ঋতু )

অসি নত্তবা মখল মথেল কয়াগী শৈতূপস্নু উবা ফংই। শৈতূপকী শৈখোঙমশীং অকরুদবা মরন্না শৈখোঙ তরেৎ, নিপাল, তরা অমস্নুং অসিদগী হেনবা মশীংগী শৈখোঙনা শাবা শৈতূপস্নু শীজিন্নৈ। শৈতূপকা শৈখোঙশিং অতু শৈথেক নাইবা ওইরবদি শৈখোঙমশীং

মান্নবা অমসুং ছন্দলৈরেং অমতগী শৈখোঙনা শাবা শৈতুপশিংসু শৈথেক খেন্নবা মতুংইন্না মওঙ তোঙান তোঙাল্লি। অদুনা মখাগী শৈতুপ অনী অসি ছন্দলৈরেং অমতগী শৈখোঙ অনীনা শাবা ভাক্তা ওইরবসু তোঙান তোঙানবা মওঙদা উরি।

(অ) শকুগানি বজ্রনা / বীণা-শৈরোল অথুম্বা /
নোংপোক-খোঙ্গেল মপাউগা /
শৈথেং শহুম্নবদা। // = ৭ + ৭ + ৭ + ৭
নোংচুপ-উমং অশোঙবা হুয়েল লাল্লাউ নিল্লিবা /
শৈহেকুকম ওইরনি /
মুংশি-খোঙ্গেল কয়াগী। // = ৭ + ৭ + ৭ + ৭
( ভারতনা নীংতম্নবদা )

(আ) "মুংশিবগী মহুত্তি /
খিবা খঙদে ভাইবঙদা, /
ঙম্বা নত্তে শিনবদি
সন' খুজি নীশীংনা— // ৭ + ৭ + ৭ + ৭
ঐগী নুংশিবসিনা //
শিংলগেকো নঙোন্দা।" /
অসি হায়না মমানা
চুপচবম্মী মচাদা। // = ৭ + ৭ + ৭ + ৭
( মোইবুং খুজি )

ঐখোয়না অমুক নৈনত্রবসু অহুম খঙবা ঙম্মী, তোঙান তোঙানবা মওঙদা মান্নখে লৈহনবা অমসুং মপুংওইবা তানখোঙমরু মান্নহনবনা অশাংবাশৈতুপ শেম্বা য়ারিবনি। অশাংবা শৈতুপশিংদদি অয়াম্বা মতম-দা শৈখোঙশিং অহু অতেন-অশাংদা, হায়বদি, তানখোঙমশীংদা খেন্ননা লৈ। অহু নত্রবদি, য়াম্না শাংবসিনা অসিগুম্বা শৈতুপশিং অসি পাবদা মুংঙাইনা থোক্লম্লোইদবনি। অতেন-অশাং খেন্নবসিনা ভাবকী ঈচেলদা ইঙ্গিৎ চেলহনবদসু খুদোংচাহল্লি।

## উচনশৈরেং

### ( Sonnet / চতুর্দশপদী কবিতা )

ইয়ুরোপকী সাহিত্যদা সোনেট (sonnet)* হায়না খঙনরিবা শৈখোঙ তরামরিন শাবা, কবিগুম্বা ভাব অমসুং খুংবান ( অনুভূতি ) অমবু য়াম্না তাশিনখোমজিন্না অমদি মপুংফানা উৎপা কবিতা মখল অমবু মৈতৈ সাহিত্যদা **উচনশৈরেং** হায়না খঙনৈ। মসিদা হান্নদগী শেমংনা থম্বা শৈওঙগী উচন অমদা কবিতাগী ভাবকী মূর্তি অমু লমওঙৈঙ্গে থাম্বনা চপচানা হাপচিল্লি। ভাবকী মূর্তি অসিগা লোয়ননা কবিগী মশাদগী থোকপা খুংবান অমসু উচন চান হাপচিনবা ঙমজরবদি অসিগুম্বা মখলগী কবিতা ওইবা য়াদে। অসুম্না হান্নদগী চন্দুনা থম্বা উচন্দা শেম্মী হায়দুনা মসিবু উচনশৈরেং কৌরিবনি। বাংলা সাহিত্যদা অসিগুম্বা মখলগী কবিতাবু মাইকেল মধুসূদন্না **চতুর্দশপদী কবিতা** হায়না মমিং থোল্লম্মী।

ইং কুমজা চাতরাহুমদোইশুবদা ইতালীদা অহানবা সোনেট ইবা হৌখিবনি হায়না লৌনরক্লি। তৌইগুম্বসুং কনা কনাগুম্বা খরনা ইং কুমজা চাতরামাখোইশুবগী পর্তুগীজ কবি গিদো দ আরেৎসওই ( Guido D' Arezzo )-না অহানবা হৌদোকখিবনি হায়রি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু চপচাবা মওঙদা নীংথিজবা সোনেট অহানবা ইবদি ইতালীগী মমিংচৎলবা কবি ফ্রান্সিস্কো পেত্রার্কানি। মহাক্না ইং কুমজা চাতরামরিশুবগী ময়ায়রাইদা ফজ ফজবা সোনেট য়াম্না ইখি। মতুংদা ইতালী কবি দান্তে অমসুং টাসোনসু ফজরবা সোনেট কয়া পুখোকখি অমসুং ইতালীদগী ইয়ু-রোপকী লমদম অতৈ অতৈদসু শন্দোরক্তুনা সোনেট ইবা হৌনখি। অসুম তৌনা শন্দোরকপসিনা ইং কুমজা চাতরাতরাকশুবদা ইংরেজী সাহিত্যদা অহানবা সোনেট চঙলকখি। রাট অমসুং সারে না ইংলণ্ডদা

*Sonnet হায়বা বাহৈসি ইতালী বাহৈ Sonnetto ( ঈশৈ ) দগী লাকপনি।

ইহান হান্না সোনেট ইবা চৌদোকখি, মতুংদ' মহাকবি সেক্সপীয়ারনা মওঙ খজিক্তুং হোংদোক্তুনা অনৌবা মওঙগী সোনেট পুথোকখি। ইংরেজী সাহিত্যদা সেক্সপীয়ারগী মতুংদা মিলটন, রার্ড্‌সরার্থ্‌, কীট্‌স, সুইনবার্ণ, রোসেটি অসিনচিংবা কবিশিং অসি অথোইবা সোনেট-লেংবনি হায়না মমিং চৎখি। বাংলাদা সোনেট অহানবা ইবদি মাই-কেল মধুসূদন্নি। মাইকেল মধুসূদনগী মতুংদা রবীন্দ্রনাথ, দেবেন্দ্রনাথ সেন, অক্ষয়কুমার বড়াল, প্রমথ চৌধুরী, সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত, মোহিতলাল মজুমদার অসিনচিংবা কবিশিং অসিসু বাংলা সোনেট ইখি।

মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা যুগকী কবি খরনা সোনেটকা হাইফেৎ মান্নবা কবিতা ফনা ইনবা য়াওরবসু দরেন্দ্রজিৎকী 'স্মৃতি' হাযবা কবিতা অদু নত্তনা অতৈদি খেন্নবগী শরুক্তা য়াম্মনবনা সোনেটকী শীংদা চনবা য়াদে। মহাক্কী 'স্মৃতি' কবিতা অসি পেত্রার্ক, সেক্সপীযার, মধুসূদন্নচিংবা অতোপ্পা লোলগী কবিশিংনা ইবা সোনেট মওঙগা খরা খেন্নরবসু মসিদা সোনেটকী, হায়বদি, উচনশৈরেংগী তঙায়ফদনা লৈফম থোকপা মরুওইবা মওঙশিং অদুদি শুন লৈ। অদুনা মসিবু মৈতৈ সোনেট নত্ত্রগা উচনশৈরেংগী অহানবা পোথোক ওইনা লৌবা য়াই অমসুং মরম অসিনা দরেন্দ্রজিৎপু মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা সোনেট-লেংবনি হায়বগা লোয়নননা হৌজিকফাওবদদি মহাক্কা অমত-ভায়বা মৈতৈ সোনেট-লেংবা কবিনি হায়ৎসু য়াই।

বাংলা সোনেট অহানবা হৌদোকপা মাইকেল মধুসূদন্ন 'পদ' পু শৈখোঙ ওইনা লৌদুনা সোনেটপু চতুর্দশপদী কবিতা হায়না কৌরম্ল-বসু চতুর্দশপদী ওইরগতা, হায়বদি, শৈখোঙ তরামরিনা শাবা ওইরগতা সোনেট ওইরে হায়না লৌবা য়াদে। মরমদি শৈখোঙমশীং অকক্নবতনা মসিগী মরুওইবা মওঙ নত্তে — মসিগী মহু' অমসুং মপান্দা, রাখল অমসুং শক্তমদা চানহনবগা লোয়নন হায়রিবা মায়কৈশিং অসিদা ভোপত্তোপ্পা মওঙ খরসু লৈগদবনি। মসিদা অকক্নবা শৈখোঙমশীংগী

মন্থুংদা ভাব অমবু মপূংফানা মশক উৎকদবনি অমস্তুং অকনবা মুংবান অমবু শম্না ফোংদোক্লদবনি। অতুগা রাহৈ চেকশিন্না অমস্তুং অশক্লনা শীজিন্নবস্থু মসিগী মরুওইবা মওঙ অমনি। সোনেটকী মন্থুং অমস্তুং মপানগী মওঙশিং অসি মখাদা মচাখাযনা নৈনরি।

মপানগী শরুক্তা সোনেট শেম্নগী তোপতোপ্পা নিয়ম খরা লৈ। নিয়মশিং অসিনা সোনেটকী মপানগী মওঙ শেম্মী—

(১) ইতালী অমস্তুং ইংরেজী সোনেটকী ... iambic pentameter ওইবা মরম্না খোনকাপ তরানা শাই। বাংলা সো-নেটতি পয়ার নত্রগা মহাপয়ার ছন্দদা ইবা মরম্না খোনকাপ তরামরি নত্রগা তরানিপালনা শৈখোঙ শাই। মৈতৈ সোনেটকী শৈখোঙস্থু শামুখোঙ ছন্দ নত্রগা পয়ারগী শৈখোঙগুম্না খোনকাপ তরামরিনা শাই, তোইগুম্বস্তুং খোনকাপ ৭। ৭ তা খোল্লেপ তাবা মরম্না শামুখোঙ ছন্দগী শৈখোঙগা মওঙ মান্নদে। অতুনা দরেন্দ্রজিৎনা হৌদোক্লম্বা মৈতৈ সোনেটতি খোনকাপ তরেৎকী ছন্দদা ইবা কবিতানি। শামু-খোঙ ছন্দদস্থু মৈতৈ সোনেট নত্রগা উচনশৈরেং ইবা য়াদবদি নত্তে।

(২) সোনেট অমদা শৈখোঙ তরামরি লৈ। পেত্রার্কান সোনেটতা শৈখোঙ তরামরি অসিবু ভাব ফোংদোকপগী চাং মতুংইন্না শরুক অনী থোক্না থাম্বদোকই—অহানব শৈখোঙ নিপালদা ভাবকী মূর্তি উৎলি. অরোইবা শৈখোঙ তরুক্তা মূর্তি অতুবু খঙহল্লি। অহানবা শৈখোঙ নিপালবু octave ( নিপালখোঙ/অষ্টক ) অমস্তুং অরোইবা শৈখোঙ তরুকপু sestette ( তরুকখোঙ/ষট্‌ক ) অস্তুম্ন খঙনৈ। Octave-কী শরুক্তা ক খ খ ক ক খ খ ক অস্তুম্না মান্নখৈ অনী লৈ, অতুগা sestette-কী শরুক্তা গ ঘ গ ঘ গ ঘ নত্রগা গ ঘ ঙ গ ঘ ঙ অস্তুম্না মান্নখৈ অনী নত্রগা অহুম লে। Octave-কী শরুকপু শৈখোঙ মরি মরিগী শৈতুপ অনী থোক্না অমুক খায়দোকই। মখাদা পীরিবা কীট্‌সকী কবিতা অসি পেত্রার্কান সোনেটকী নাংথিজরবা থুদম্নি—

OCTAVE

To one who has been long in city pent, ক
'Tis very sweet to look into the fair খ
And open face of heaven,- to breathe a prayer খ
Full in the smile of the blue firmament. ক

Who is more happy, when with heart's content, ক
Fatigued he sinks into some pleasent lair খ
Of wavy grass, and reads a debonair খ
And gentle tale of love and languishment ? ক

SESTETTE

Returning home at evening, with an ear গ
Catching the notes of Philomel,—an eye ঘ
Watching the sailing cloudlet's brigh career, গ
He mourns that day so soon has glided by ঘ
E'n like the passage of an angel's tear গ
That falls through the clear ether silently. ঘ

সেক্সপীরিয়ন সোনেটতনা অহানবা শৈখোঙ তরানিথোই অহু শৈখোঙ অমমম কান্ন কান্ননা মান্নখৈ লৈবা শৈখোঙ-মরিগী-শৈতূপ (quatrain) অহুম অমসুং অরোইবা শৈখোঙ অনীনা মান্নখত্রাং ( couplet ) অমা ওইনা লৈ । অসুম তৌনা পেত্রার্কান সোনেটকী মান্নখৈ মরি নত্রগা মঙা অহুগা মহুত্তা সেক্সপীরিয়ন সোনেটতনা মান্নখৈ তরেৎ লৈ ।

মহুদি—

Take all my loves, my love, yea, take them all ; ক
What hast thou then more than thou hadst before ? খ
No love, my love, that thou mayst true love call : ক
All mine was thine before thou hadst this more. খ
Then if for my love thou my love receivest, গ
I cannot blame thee, for my love thou usest ; ঘ

But yet be blam'd, if thou thyself deceivest — গ
By wilful taste of what thyself refusest. — ঘ
I do forgive thy robb'ry, gentle thief, — ঙ
Although thou steal thee all my poverty, — চ
And yet love knows it is a greater grief — ঙ
To bear love's wrong than hate's known injury. — চ
Lascivious grace, in whom all ill well shows, — ছ
Kill me with spites ; yet we must not be foes. — ছ

( *Shakespeare* )

অতুন পেত্রার্কান অমসুং সেক্সপীয়রন সোনেটকী মওঙশিং অসি লৌরগা উচনশৈরেংগী শৈখোঙমশীনসি অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই— (১) ক খ খ ক, ক খ খ ক, গ ঘ গ, ঘ গ ঘ; (২) ক খ খ ক, ক খ খ ক, গ ঘ ঙ, গ ঘ ঙ; (৩) ক খ ক খ, গ ঘ গ ঘ, ঙ চ ঙ চ, ছ ছ।

হৌজিক সোনেটকী মতুংগী শকফমদা করম করম্বা থোইদোকহেন্দোকপা মায়কৈ লৈবগে হায়বত্ত অমুক নৈনরগা সোনেট শেম্বগী রাফম অসি মপুংফাগনি। হান্নদগী শেমহুনা থম্বা নিয়মগী উচন অমদা কবিতাগী ভাবকী মুতি অত্থু উচন চানা হাপচিল্লগা সোনেট শেমগদবনি হায়বসি হান্না হায়খ্রে। কবিনা মহাক্কী মনুংহুঞ্জিন্না লৈব্রবা নুংবান ( অনুভূতি ) অদুবু মহাক্কী অন্না-নুংঙাই, নুংগী চৈনাখোন, অনীংবা, কল্পনা অমসুং ধ্যাননা সোনেটকী উচন্দা লমওঙ্গে থাহনা ওল্লগা চপচানা হাপচিনগদবনি। অমুন্না চপচানা হাপচিন্দ্রবদি অচুম্বা সোনেট ওইবা য়াদে। ছন্দলৈরেংগী মনুংদা ঈশৈগী শক্তম অমা শাংকায়হুনা লৈ, ঈশৈ অহুনা সোনেটকী মশাদা চেন্নবা অথোইবা পোৎশক্লি। ঈশৈ অত্থুগী সুরদা মহুগী মতীকচাবা বাহৈলৈরেং হাপচিন্দুনা কবিনা মহাক্কী পুক্নিংগী ভাব অমসুং থম্মোইগী নুংবান অদুবু ঈশৈ ওইনা পুথোকপা মতম অদুদা সোনেট কবিতা নল্লগা উচনশৈরেং পোকই।

ইংরেজ কবি ডি, জি রোসেটিন হায়খি—

A sonnet is a monument,
Memorial from the soul eternity
To one Dead deathless hour.

সোনেটতি মপূম ওইবা পোৎশক অমা ওইগদবনি—ভাব অমা, কবিগী মুংদা ফাওবা মপূংফাবা মঙাল অমা শৈখোঙ শৈখোঙদা ফোংদোক্লুনা মপূম অমতা ওইন শাৎকায়গদবনি। সোনেটকী ভাবতি মপানগী পাকচাউবদা রাংলবস্থ মন্নুংগী শক্তাক্তুদি য়াম্না য়োশিন্না লুথগদবনি। অমরোমদনা চাংজৌ ফংদনা লুখিবা, অমরোমদনা ঈথক ঈহৌ অদুগা অমরোমদসু অকনবা নিয়মগী চূপ্পী—অদুম অ'সনা থোংমান্ননা তিল্লবা মন্নুংহুঞ্জিনবা নুংবান অদুনি সোনেটকা পোক্লফম। ঈশৈকবিতা (গীতিকবিতা)-দসু মন্নুংহুঞ্জিনবা নু থানগী খোঞ্জেল পুই—অদু ওইরবসু মহুদদি অসিগুম্বা অকনব চূপ্প, য়াংদে। সোনেটতদি চাংজৌ লুখ্রবা ভাব অমসুং নুংবান লৈরবসু অকনবা নিয়মগী লাপুন্না মসিগী তোপতোপ্পা মশক অমা নাইহল্লিবনি।

মথক্তা হায়খ্রিবা মন্নুং অমসুং মপানগী নিয়মশিং অসি ঙাক্লগা সোনেট ইবা অরায়বা থবক নত্তে। অদুনা মধুসূদন অমসুং রবীন্দ্র-নাথকী সোনেট কবিতাশিংদসু নিয়মশিং অসি শুনা ঙাক্তবা মতাং য়াওই। মধুসূদন্না মাম্নখে শীজিন্নবগী মওংদা পেত্রার্ককী নিয়ম ইল্লবসু অমসুং ভাবকী মূর্তি শেম্বদা সেক্সপীয়ার মিল্টন্নচিংবগী ফিদম লৌরবসু মহাক্কী সোনেটতি iambic pentameter-গী শৈখোঙনা শেম্বগী মহুত্তা পয়ারগী খোনকাপ ৮+৬কী শৈখোঙনা শেম্মী। অদুগা নিপালখোঙ তরাকখোঙ খায়দোকপগী নিয়মসু মতম পূম্নমক্তা ইন্দে। মহাক্কী সোনেটতা পয়ারগী শৈখোঙ শীজিন্নরবসু অয়াম্বা মতমদা ঈচেলনাইবা ছন্দগী মওঙ লৈবা উই। রবীন্দ্রনাথকী সোনেটতদি পয়ার মহাপয়ার মওঙ অনামক্কী শৈখোঙ শীজিন্নৈ, হায়বদি, পয়ারগী

খোনকাপ ৮+৬-কী শৈখোঙ শীজিন্নহুনা ইবস্থ য়াওই। অহুনা মহাপয়ারগী খোনকাপ ৮+১০-গী শৈখোঙ শীজিন্নহুনা ইবস্থ য়াওই। মহাক্তি ঈচেলনাইবা অমস্থং ঈচেলনাইদবা ছন্দ মওঙ অনীমক্তা সোনেট ইরম্মী। অয়াম্বা মতমদা মহাক্কী সোনেটতি শৈখোঙ অনীনা শাবা শৈতুপ তরেংকী কবিতা ওইনা তৌই অমস্থং মান্নখৈ শীজিন্নবদস্থ য়াম্না মনীংতম্মী। অহুনা মহাক্কী সোনেট মওঙদি পেত্রার্কান অমস্থং সেক্সপীরিয়ন মওঙ অনীমক অসিদগী ফনা য়াম্না থাপতোকখ্রে। হায়-রিবা মওঙশিং অসি মহাক্কী 'চৈতালি', 'নৈবেদ্য', 'কড়ি ও কোমল' অসিনচিংবা কাব্যলাইরিকশিংদা উবা ফংই।

মৈতৈ সোনেট হৌদোকপা দরেন্দ্রজিৎকী সোনেটতি পেত্রার্কান সোনেটকী কোনফমদা (ছাচাদা) মান্নখৈ অমস্থং শৈখোঙগী মওঙ খরা হোংদোক্লগা শেম্বনি, হায়বদি, মান্নখৈ অমস্থং শৈখোঙগী মওঙদা খরা খেন্নরবস্থ মপূংদি পেত্রার্কান সোনেটকী মওঙনি। কনা কনাগুম্বনা দরেন্দ্রজিৎকী কাব্যগুরুদি মধুসূদনন্নি হায়বা য়াওই; তৌইগুম্বস্থং হীরম অসিদা মহাক্কী গুরুদি পেত্রার্কনি। মধুসূদন নত্তে, মরমদি মধুসূদন্না মপানগী শরূক শেম্বদা পেত্রার্ককী ফিদম্না অয়াম্বা লৌরগা মতুংগী শরূক্তদি সেক্সপীয়ার, মিল্টন, ৱার্ডসরার্থ নচিংবগী ফিদম্না অয়াম্বা লৌই। মথাদা পীরিবা দরেন্দ্রজিৎকী কবিতা অসি য়েংলগা মহাক্না কদায়-ফাওবা পেত্রার্ককী ফিদম লৌবগে হায়বহু খঙবা ঙমগনি—

## স্মৃতি

তিপালশোঙ

বাম্নব পুন্সি'সিন মূন মূন য়েংলম্মী — ক
মতম কৌব ঈপাক্কী নুংন কোম্নব খোঙবান্দ — খ
পীক্ক পীক্ক হক্রিবা মশ্নেকলাব মম্নিদ — খ
মখক খঙগে ভান্দুন মূন মূন য়েংলম্মী। — ক
চেক্লি তঙ্গপ নাইদন ঈপোম চাউন ঈচেম — গ

নিপালখোঙ

কন্ন কন্ন ৈয়রবন্মী নুংশাক'শিংন লৈবদো, ঘ
লাক্কে হোৎনৈ মূথৎকে ময়েকশিংন তাবদো, ঘ
ভকমূৎ মূৎলু য়ারমদে হেন্নি খোইন লংবন। গ

তরূকখোঙ

হন্ন'মুক্কং য়ে'তুনা মযেকতুন লাউরকখি, ঙ
খোঞ্জেল্দুন তৌবন ঙরাওথে'নবু নক্কংখি – ঙ
"মীওইপোক্কী লাইশিংগী অক'থোগী মণিনে, চ
মাঙফদ্রব ফবান্দ খিল্লন্নব উবো নে। চ
বিশ্বতাইবঙপানবন কপ্ন কপ্ন লোইথিনি, ছ
নুংঙ্গ টব ঐখোয়ন নোক্ন নোক্ন লৈহৌনি।" ছ

মসিদা ঐখোয়না উরি, দবেন্দ্রজিৎনা হৌদোকপা মৈতৈ সোনেট নত্রগা উচনশৈরেংগী শৈখোঙশীন্দ ক খ খ ক, গ ঘ ঘ গ, ঙ ঙ, চ চ, ছ ছ অসিনি। অতুগা অহানবা শৈখোঙ নিপালদা ভাবকী শক্তম শাগৎলগা অরে ইবা শৈখোঙ তরূক্তা শক্তম অতু খঙহল্লি। অসুম্ন', পেত্রার্কান সোনেটতা ভাব ফোংদোকপগী চাং মতুংইন্না নিপালখোঙ তরূকখোঙ খায়দোকপগী নিযম অতু চেকশিন্না ঙাক্লি অমসুং চাংজৌনাইদনা লুরবা ভাবকী মূর্তি অমবু মনু'হু ঞ্জনথ্রবা হুংবানগী ঈথক ঈহোগা শোয়ননা নিয়মগী উচন অমদা য়াম্না তাশিনখোমজিন্ন অমদি অহেনবা রাহৈ শীজিন্নদনা চপচান থম্লি।

অদুগা মান্নখৈমশীন্দা য়েংলগা সেক্সপীরিয়ন সোনেট মওঙ হাইফেৎ মানবা শৈখোঙ তরামরিনা শাবা কবিতা মথল অমসু মৈতৈ কাব্যদা উবা ফংই। মথাদা পীরিবা চিত্রেশ্বরগী কবিতা অসি অসিগুম্বা মথলগী কবিতানি—

### অরেপ্পা

উ-রা পুম্বনা বসন্ত লাকপদা য়েনীং হল্লি, ক
তমথীরবা নিংথমথা উন্না ৈয়রবদা কংতুনা মাঙনবা; খ
অহীংগী মতমদা লৈরাং খিবিক্সা ফূগায়না শাৎলি, ক

অৱূক্না ওইবদা কল্লকপা থুংশিংনা থস্তুনা শাম্লনবা ; খ
মপুংফায়বা য়েংবদা পেঙ্গবা পূর্ণিমা থাজশি, গ
শূক্না মম্লবা অকিবা ফংলবা 'থাশি'না মতুংদা ঘ
তাম্নলবা খেনফমদা থম্মোই অনীবা শেমখিবা 'লৈপুন'নি, গ
থাঙবদা বাৱবা অকিবা শকফমগী 'কাঞ্চনব'না মমৈদা ঘ
মীপুম কল্লকপা নৌনা ফজবা 'নহ'গী পুম্বিনি, গ
অহল ওইবগা ফিজম্না কায়বদা পোয়দনা তেংথা'নি, গ
লেপকনু, পোথানু, মায়গৈ খুদিঙদা কোয়না য়েংউচো চ
কয়ম্বা মকমদা তাইবঙনা খিরিবা 'অবেপ্প'তু ফংবগে ? ছ
অরেপ্পদি লৈরে—, থাজত্রগা ঐবু 'তে'প্পদম্ম হংলুচো চ
'অরেপ্পা লৈতে' মসিতনা অরেপ্পনি মীপুমদা হায়জগে। ছ

মসিদা চাং অমা নাইনা মান্নখৈ লৈরবসু অমস্তুং শৈখোঙ খুদিঙদা তানখোঙমরু অহুম অহুমগী চাংচং অমা লৈরবস্থ তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমরুনা অরেপ্পা ফিদম অমা ইন্দনা কবিতা অসি শারি। অদুনা ম'স অরেপ্প মওঙ নাইবা উ'ন অমদা লৈতে। মরম অদুনা মসিবু অশেংব উচনশৈরেং অমা ওইনা লৌবা য়াদে ; তৌইগুম্বস্তুং বাংলা মুক্তবন্ধ সোনেটকুম্বা মখল অমা ওইনা লৌরগা অসিগুম্বা মওঙগী কবিতাবু মনীংতম্বা উচনশৈরেং হায়বমখৈদি য়াই।

হৌজিক কনা কনাগুম্বনা বাংলা সাহিত্যদা শৈখোঙ তরামরিগী কোনফম অসি থুগায়রনা শৈখোঙমশীং হেন্না শীজিন্নরগা অনৌবা মওঙগী বাংলা সোনেট ওইন পুথোক্লব য়াওবি। মৈতৈ কাব্যদস্থ শৈখোঙমশীং নত্তুব মওঙ শতৈ থরদা সানেটকী মওঙ চঙবা শৈখোঙ ১২, ১৬ অমস্তুং ১৮গী কবিতা উবা ফংই। তৌংগুম্বয়ং মখোয় অসিবু সোনেটকী শীংদ চলহনবদি য়াদে। মরমদি সোনেটকী মতুংদা লৈফম থোকপা মওঙশিং অদু শৈখোঙ তরামরিদগী তারবদি মপুংফানা অমস্তুং ফজনা লৈহনবা য়াদে। অদুগা তরামরিদগী হেল্লবসু রাহৈ

অশরুনা থম্বা অমস্থং য়াম্না তাশিনখোমজিনবা য়াদবদগী ভাবকী চীংলেম্বা অমস্থং লাকশিনবা ফিভম অতু তাহনবা ঙমদে। অতুনা হৌজিক মৈতৈ সাহিত্যদা উরিবা—মওঙ খবদা সোনেটকা নরুবা, সোনেটমক্তি নত্তব, শৈখোঙ্শীং কায়বা কবিতাশিং অসিবু **উচন-শৈরেং শাগৈগী কবিতা** হায়না অতোপ্পা পথ্থে অমদা থম্বনা চুম্মী।

## ৱারেংছন্দ
## ( Prose rhythm )

শৈরেংগী ছন্দ লৈবগুম্না ৱারেংগীসু ছন্দ লৈ। ৱারেংগী ছন্দ অসিবু ৱারেংছন্দ হায়না খঙনৈ। অর্থ পাকচাউনা লৌরবদি ছন্দ হায়বসি ললিত কলা পূম্নমক্তা লৈবা মওঙনি। নীংথিজবা ৱারেংদা অর্থগী নত্রগা ভাবকী ফজব লৈবগুম্না মসিগী মপানগী মশক অমদি খোন্নিল মশীন্না নাকোংদা ফাওহনা থম্মোই য়োহনবা অমস্থং মুংবানগী ঈহৌদা ইঙ্গিং চেলহনব মওঙসু লৈ হায়বা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। হায়বদি, ছন্দনাইবা ৱরেং লৈ হাযবসি ঐখোযগী পুক্নিংদা ফাওই। তৌইগুম্বস্থং শৈবেংছন্দগী মওঙ পুথোক্লবা হোৎনবগুম্না ৱারেংছন্দগী মওঙ পুথোক্লবদি ঐখোযনা থোইদোক্না হোৎনকদে। এরিষ্টোটলনসু শৈরেংছন্দ মান্নদব ৱারেংগী ছন্দ অম লৈ হায়বসি য়ারম্মী। কাইসেবে নচিংবা অফাওবা বক্তা অমস্থং লেখকী ৱারেংদা ছন্দগী মওঙ শে যাওবা উই। লাটিন লোলগী অরোইবা যুগতা Vulgate Bible নচিংবদসু ছন্দগী মওঙ উই। ইংরেজী ধর্মলাইরিকশিংদা লাইরিক অসগী শহুম (প্রভাব) য়াম্না চঙই অমস্থং ছন্দগী মওঙ যাওবা ৱারেং কয়াদসু শহুম অসি উবা ফংই। ইংরেজী অমস্থং বাংলানচিংবা লোল খবদদি ৱারেংছন্দগী মরম অসি নৈনতুনা মসিগী মরমদা পোকপা ৱাহংশিং অতুগী পাউথুম খরমথৈদি ফংনরে।

[illegible] ৱারেংছন্দগী মরমদা খরদং নৈনসি।

ইংরেজী খোনহায়দা খোল্লম্না খ্বাইদগী মরুওইবা মরম্না খোল্লমগী লৈফমদা ছন্দগী শাজৎ নন্দুনা লৈ। ইংরেজী শৈরেংছন্দগুম্না ইংরেজী রারে ছন্দদসু খোল্লম্না খ্বাইদগী মরুওইবা খোম্লিলগী মওঙনি। তৌইগুম্নসুং মৈতৈ ছন্দদদি খোল্লেপ তাফমদা ছন্দগী শাজৎ নন্দুনা লৈ। খোল্লেপ অর্নগী মরক্তা লৈবা রাহৈকাঙলূপ phrase) নম্রগা তানখোঙমরুগী খোনকাপ মতুংইন্না মৈতৈ সাহিত্যদা শৈরেংছন্দ অমসুং রারেংছন্দ অনীমক্কী রাফম খন্নে। ছন্দনাইবা রারেংগী মচন্দি খোনহায় অমুক্তা হায়দোকপা রাহৈকাঙলূপনি। মসিবু **বারেংতাম-খোঙমরু ( গদ্যপর্ব )** হায়না খঙনৈ। ছন্দনাইবা রারেংগী খুদম অমা য়েংসি—

তেংবানবা অসি তাইবঙমপুগী খুত্তা পায়বা বাণানি। অত্ত নত্রবদি—শীঙেল পামেল খুদিঙদা করম্না মচুগী ঈথক হোগদগে, বসন্তদেবীনা উনা লৈনা খুদিঙদা কদাযদগী মপুগী স্তুর ইগদগে? নোংমা চহী লক্ষকোটিগী ঘাংমদগী থরায়, পুক্নীং অমদি লান্মীগী মপোক্তা পোক্লবা পুন্সি অসিনা পৃথিবীগী গর্ভদগী থোকখিবা অতুবু জগৎশেম্বা ইবুঙো মহাক্কী শৈহৌ মত্তনা করি ওইগদগে? পৃথবীদা লৈবা থম্মোঃ খুদিঙমক তাইবঙমপুগী বীণা-মরী অমমম্রি। অতুনা মীওইবা খুদিঙমক্না শক্তদবা অমদি শক্লাক্লবা স্তুর অমমম লৈনরিবনি। স্তুর ময়াম অদিগী অপূনবা সঙ্গীতকী ঈচেলবু সমাজগী থোঙলৈ অমদি ইত্তোল্লাসন হায়নীংই।

( মপুগী বীণা—সাহিত্য লৈচন )

মথক্তা হায়খ্রিবা পরেংশিং অসি রারেং ওইরবসু ছন্দনাইবনি হায়বসি কনানসু য়াদবা তৌরোই। পরেংশিং অসিগী ছন্দ নৈনরগা রারেংছন্দগী মওঙ খঙবা ঙমগনি।

শৈরেংছন্দদা তৌবগুম্না রারেংছন্দদসু খোনকাপ খেন্নবগী মতুং-ইন্না খোল্লেপ মথল অহুম্ন—অয়াংবা খোল্লেপ, ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা খোল্লেপ। রারেংদা রাহৈকাঙলূপ অমমম্না, করি

করিগুম্বদা রাহৈ অমমন্না তানখে ঙমরু অমমম শেন্মী অমসুং অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী মতুংদা অযাংবা খোল্লেপ অমা তাই। তানখোঙমরু কয়ামরুন্না রারেংগী তানখোঙ হায়বদি রাহৈপরেংমতেক শেন্মী অমসুং মহুগী মতুংদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ তাই। অসিগুম্বা তানখোঙ অমা নন্তরগা কয়ামরুন্না রাহৈংপরেং অমা শেন্মী অমসুং মহুগী মতুংদা মপুংফাবা খোল্লেপ তাই। শৈরেংদা তৌবগুম্না রারেংদসু হায়রিবা শরুকশিং অসি রাহৈপরেং অমগী মমুংদা শুনা লৈবা য়াই অমসুং লৈতবা য়াই। মথক্কী পরেংশিং অসি খোল্লেপকী মতুংইন্না অসুন্না থায়দোকপা য়াই—

[ রারেংছন্দদসু শৈরেংছন্দগী অশম-খুদম //, /, অসি শীজিন্নগনি। ]

১বা রাহৈপরেং—ভংবানবা ⁝ অসি ⁝ তাইবঙ ' মপুগী ⁝ থুত্তা পাম্বা ⁝
বীণানি। //

২শুবা রাহৈপরেং—অতু নত্রঙদি— ⁝ শীংলেন ⁝ পামেল : খুদিঙদা ⁝
করম ⁝ মচুগী ঈথক: হৌগদগে, /
বসন্ত দেবীনা ⁝ উনা · লৈনা ⁝ খুদিঙদ ⁝ কদায়দগী ⁝
মপুগী: স্বর : ইগদগে ? //

৩শুব রাহৈপরেং নোংমা ⁝ চহী লক্ষকোটিগী : রাংমদগী ⁝ থরায়: পুক্লীং ⁝
অমদি ⁝ লান্মাগী : মপোক্তা : পোক্লবা ⁝ পুন্সি: অসিনা ⁝
পৃথিবীগী ⁝ গর্ভনগী ⁝ থোকখিবা অত্তব ⁝ জগৎশেম্বা :
ইবুঙো : মচ কী ⁝ শৈকৌ : নত্তনা ⁝ কবি ওইগদগে ? //

৪শুবা রাহৈপরেং—পৃথবীদা : লেব ⁝ থম্মোই : খুদিংমক ⁝ তাইবঙ :
মপুগী ⁝ বীণা : মরী : অমমায়। //

৫শুব রাহৈপরেং—অতুনা ⁝ মীওইবা: খুদিঙমক্কা ⁝ শক্তদবা: অমদি ⁝
শক্লাক্লবা ⁝ স্বর : অমমম লৈনারবনি। //

৬শুবা রাহৈপরেং- স্বর : ময়াম : আসগী ⁝ অপুনবা : সঙ্গীতকী : ঈচেলবু ⁝
সমাজগী : খোঙচৈ ⁝ অমদি : ইত্তোল্লুসন : হায়নীংই। //

শৈরেংগী তানখোঙং রুগুন্না রারেংতানখোঙমরুসু তানখোঙমতেক অনী নত্তগা অহুন্না শাগনি তানখোঙমরুগী মন্নুংচনবা তানখোঙ-মতেক্কী অমগা অমগা লৈনবা চাং অমসুং খেন্নবদগী তানখোঙমরুগী খোইদোকপা ছন্দমওঙ থোরকই অমসুং ঈথক চেল্লি হায়বা খঙহল্লি। মৈতৈ ছন্দদা শৈরেংগুন্না রারেংদসু খোনকাপকী মতুংইন্না ছন্দগী হিসাব তৌই। অদুগা মৈতৈ রারেংদা খোনকাপকী পথাপতি শৈনিস্থোই ছন্দগী নিয়ম অং ইল্লি। হায়বদি, রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোস্থোক নত্তনা খোস্থোক থুদঙমক খোনকাপ অমমম ওইহনা লোই, রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোস্থোক্লা খোনকাপ অনী ওইনা লোই। শন্না হায়রবদা রারেংগী খোনকাপানিয়মদ খোনকাপচেম্নজবা খোস্থোক্কী নিয়মনি। মসিনা মৈতৈ খোনহায়গী মহৌশানা লৈবা নিয়মনি। অদু ওইরবসু খোনকাপকী মরমদ মৈতৈ খোনহায়গী নিয়ম য়াম্ন অকক্লদে, খোনিংল-ঈহৌগী অথোই অহেন মতুংহন্না রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোস্থোক নত্তবা খোস্থোক অতৈসু শা দোকহনবা য়াই।

রারেংদসু চাংওইনা তানখোঙমতেক অমমমদা খোনকাপ অনী, অহুম নত্তগা মরি লৈ। করি করিগুম্বদা খোনকাপ অমতা লৈবসু য়াওই অদুগা মরিদগা হেন্না লেবসু উবা ফংই। রারেংগী তানখোঙ-মতেক অমদা রাহৈমপূম অমা নত্তগা অমদগা হেন্না লৈগনি অদুগা রাহৈগী শরুক্লা তানখোঙমতেক শেম্বদি য়াদে। মরম অদুনা তান-খোঙমরু অমদা রাহৈমপূম কয়ামরুম লৈগনি।

শৈরেংগী তানখোঙমরুগা রারেংগী তানখোঙমরুগা মরুওইনা খেন্নবদি অসিনি—শৈরেংদা তানখোঙমরুগী মন্নুংচনবা তানখোঙ-মতেকশিং অদু মান্নগনি নত্তগা খোনকাপকী চাং মতুংইন্না শীনগনি; তৌইগুম্বসুং রারেংদদি মথলমথা অয়াম্বা পাম্বৈনা তানখোঙমরুগী মন্নুংদা তানখোঙমতেকশিং অদু শীল্লি। মথক্কী পরেংশিং অসিদা য়াওরিবা তানখোঙমতেকশিং অসি খোনকাপকী করম করম্বা চাংদা লৈবগে য়েংসি :

তানখোঙ-
মরুমশীং

১বা রাহৈপরেং—(৩ + ২ =) ৫ ⋮ (৩ + ৩ =) ৬ ⋮ (২ + ২ + ৩ =) ৭ // .... ৩

২শুবা রাহৈপরেং—(২ + ৪ =) ৬ ⋮ (৩ + ৩ + ৩ ) ৯ ⋮
[৩] ⋮ (৩ + ৩ + ৪ =) ১০ /
(৩ + ৩ =) ৬ ⋮ (২ + ২ + ৩ =) ৭ ⋮
[৪] ⋮ (৩ + ২ + ৪ =) ৯ // .... ৮

৩শুবা রাহৈপরেং—[২] ⋮ (২ + ৫ + ৪ =) ১১ ⋮ (৩ + ৩ + ৩ =) ৯ ⋮
(৩ + ৩ + ৩ =) ৯ ⋮ (২ + ৩ =) ৫ ⋮ (৪ + ৪ =) ৮ ·
(৩ + ৩ =) ৬ ⋮ (৪ + ৩ + ৩ =) ১০ ⋮
(৩ + ৩ =) ৬ ⋮ (২ + ৪ =) ৬ // .... ১০

৪শুবা রাহৈপরেং—(৪ + ২ =) ৬ ⋮ (৩ + ৪ =) ৭ ⋮ (৩ + ৩ =) ৬ ⋮
(২ + ২ + ৪ =) ৮ // .... ৪

৫শুবা রাহৈপরেং—[৩] ⋮ (৩ + ৪ =) ৮ ⋮ (৪ + ৩ + ৪ =) ১১ ⋮
(২ + ৪ + ৫ =) ১১ // .... ৪

৬শুবা রাহৈপরেং—(২ + ৩ + ৩ =) ৮ ⋮ (৩ + ৩ + ৩ =) ৯ ⋮
(৩ + ৩ =) ৬ ⋮ (৩ + ৫ + ৩ =) ১১ .... ৪

ম'সদা তানখোঙমরু ৩৩থক লৈ। মসিগী মনুংদা তানখোঙ-মরুগী নাকল অনীদা অশম খুদম [ ] পীরিবা অসিদা তানখোঙমতেক অমমম লৈ। অসিগুম্বা তানখোঙমরু ৪থক রাহৈপরেং ৩দা লৈ। অসিগুম্বা তানখোঙমরুদা করিগুম্বা ছন্দগী ঈথক অমত্তা হৌদে, মরম অতুনা অকুপ্পা মীৎয়েংদা মখোয় অসিবু ছন্দগী তানখোঙমরু হায়বা য়াদে। থাঙ্গৎশেংবমক মখোয় অসি ছন্দদগী হেন্দোকপা (hypermetric) রাহৈ অমমম ওইবদগী হেন্দে। রাহৈপা'বংগী মনুংদা ছন্দঈচেল হৌবা মফম অতুগী মমাঙদা মখোয় অসি মতম অযাম্বদা লৈগল্লি। করিগুম্বদা ছন্দঈচেলগী মরক থৎনা অহস্পুং অরোইবদসু উবা ফংই। ঈথকহৌদবা রাহৈশিং অসিদা নেৎলগা ছন্দঈথক্ত পোঙ তান্নবন-গদবনি, করি করিগুম্বদা ছন্দগী পোঙ লাক্কুনা অসিগুম্বা রাহৈশিংসিদা থেংলগা লেপ্পী। শৈরেংদসু করি করিগুম্বদা অসিগুম্বা [illegible]

ৱাহৈ শীজিন্নবা উই, তৌইগুম্বস্নুং মথোয় অসি ৱারেংদনা হেন্না শীজিন্নৈ। *

থোইদোকহেন্দোক্না য়েংশিনগদবদি অসিনি—মথক্কী থুদম অসিদা মথঙমথা অয়াম্ব তোঙান তোঙানবা মওঙদা খোনকাপকী চাং থম্লগা তানখোঙমরুগী মসুংদা তানখোঙমতেক শীন্দুনা লৈ। শৈরেংদা তানখোঙমতেক অহুম্না করিগুম্বা তানখোঙমরু অমা শারবদি অহানবা তানখোঙমতেক অনী নল্লগা অরোইবা তানখোঙমতেক অনী নল্লগা অহুম্মক মাম্নগনি। তানখোঙমতেক অনী মাম্নবা মতাংদা হেন্না পীকপা নল্লগা শাংবা তানখোঙমতেক অমনা তানখোঙমরুগী অহোবদা নল্লগা মমৈদা লৈগনি, অদুগা মরক্তুদি করিগুম্বদস্ু লৈতে। তৌইগুম্বস্নুং ৱারেংদদি মদু য়াই, মরক্কী তানখোঙমতেক পীকপা নল্লগা শাংবা হায়বদি ঈথক য়াম্না হোৱা ছন্দগী তানখোঙমরু শীজিন্নবনা ৱারেংগী থোইদোকহেন্দোকপা মওঙ অদু নাকোংদা ফাওই। মথক্কী থুদম অসিদা তানখোঙমরু ১৫দা তানখোঙমতেক অহুম অহুম লৈ। মদুগী মসুংদ মথক্তা হায়খ্রিবা শৈরেংগী নিয়ম অসি ইনবা তানখোঙমরু ১০নি ('খুত্ত পায়বা বীণানি', শীঙেল পামেল থুদিঙদা', 'মচুগী ঈথক হোগদগে' অসিনচিংবা)। অদুগা মাম্নবা তানখোঙমতেক অনী য়াওরবস্ু 'শক্তদবা অমদি শক্লক্লিবা', 'অমদি ইভোল্যুসন হায়নীংই' হায়বা তানখোঙমরুশিং অসিদি শৈরেংদা চৎনদে।

অসিতা নত্তুনা, ৱারেংদা অমগা অমগা মান্নদবা তানখোঙমতেক অহুম্না তানখোঙমরু শেম্বা য়াই, শৈরেংদদি য়াদে। অসিগুম্বা তান-খোঙমরু অহুমথক মথক্কী থুদম অসিদা উরি ('মপুগী সুন্ন ইগদগে', 'চহী

---

* শৈরেংগী মসুংদা ৱারেংগী মওঙ চঙলকপা অসিনা অয়াম্বা মতমদা অনৌবা মওঙগী মথেল অমা থোকহল্লি অমসুং শৈরেংগী ইঙ্গিংচেনবা-মশুগ হেনৎহল্লি। মসি লোন পূম্নমক্তা ছন্দগী অথূম্না কাঙলোন অমনি। শৈরেংদা ছন্দদগী হেন্দোকপা ৱাহৈ হাম্নসি ৱারেংগী মওঙ পুশিন্নকৎপগী পাম্বৈ অমনি।

লক্ষকোটিগ ৱাংমদগা', 'সুর অমমম লৈনরিবনি' )। মান্নদবা তানখোঙমতেক অহুম লেবা মতমদা মখোয় অতুগী মথংমনাও থোইদোকপা অকক্লদে, হায়বদি, অচৌ অপীক খায়দনা তানখোঙমরুগী অহৌবদা নত্রগা অরোইবদা নত্রগা মরক্তা তানখোঙমতেক খুদিঙমক লৈহনবা য়াই।

ৱাফম অমনা শৈরেংদ খোনকাপ ১০দগী হেনবা তানখোঙমরু শীজিন্নদে, ৱারেংদদি মসিদগী হেনবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমরুসু শীজিন্নে। অতুগা শেরেংদা খোনকাপ মাপলগী তানখোঙমরু য়াম্না উবা ফংদে, তৌইগুম্বসুং ৱরেংদদি য়াম্না মরাঙকায়না শীজিন্নে। শৈরেংদা তানখোঙমরু শেহগী মওঙ অতু নত্তবা মওঙ অতৈ অতৈদসু ৱারেংদা তানখোঙমরু শেম্বা য়াই।

শৈরেংছন্দগা ৱারেংছন্দগা মরুওইনা খেন্নবদি মসিনি—শৈরেংছন্দদা অমতওইবগী চাংচৎনা মরুনি অতুগ ৱারেংছন্দদন মথেলনাইবনা মরুনি। শৈরেংদা মহৌশানা শৈখোঙগী মলুংচনপা তানখোঙমরুশিং অতু মনৈ, শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অতু মপূংফাব খোল্লেপকী মমাঙদা লৈবা মরম্না অয়াম্বা মতমদা তেল্লি ; তানখোঙমরুশিং অতু খোনকাপ মান্ননা মথং মথং লৈতব মতমদদি করিগুম্বা মওঙ অমনা খোনকাপকী নিয়ম থমগনি। তৌইগুম্বসুং তানখোঙমরুশিং অতু থংন থংননা মান্নদবা নত্রগা করিগুম্বা মওঙ খমা নাইনা খোনকাপকী নিয়ম লেপ্পুবনা ৱারেংগী নিয়মনি। ৱারেংদদি ৱাহৈপরেংগী মলুংচনবা তানখোঙমরুশিং অতু মুংবানগী ঈহৌ মতুংইন্ন করি করিগুম্বদা তেনশিল্লকই, করিগুম্বদা শাংদোরকই। তৌইগুম্বসুং ৱাহৈপরেংগী অরোইবদা লাক্লবদি অসিগুম্বা খোঙথাং অসি হন্দোরকই, অয়াম্বা মতমদা অরোইবা তানখোঙমরুদা ওন্নতৈনবা মওঙ লাকই। মসিনা ৱারেংগী অরাম অয়াং চাং মান্নহল্লি। অসিগুম্বা খোঙথাং অসিদগী ৱারেংছন্দগী থোইদোকহেন্দোকপা মওঙ থোরকই।

রারেংদা থংন থংনবা তানখোঙমরুশিং অতু মহৌশানা খোনকাপমশীং মান্নদে। থংন থংনবা তানখোঙমরু অনীগী খোনকাপমশীং মান্নবা মতাং অতুদনা সম্পায় অতু তানখোঙমতেকমশীন্দা খেন্নগনি। অতুগা মতুদশু মান্নবদি য়েংলবদা তপ্পা ময়েক শীক্তিংবদ ওইরবসু খেন্নগনি, মতুনা খোনকাপ মান্নবা অমসুং তানখোঙখ্রকমশীন অমতগী তানখোঙমরু অনীগী লেক্তা মান্নদবা মওঙ লৈহল্লি। অমুম তৌনা রারেংদা মথেলনাইবগী মওঙ লৈহল্লি।

রারেংদা মহৌশানা রৈহৈপরেং অমমমদা ছন্দগী ফিদম (আদর্শ) অমমম মপুংফানা লৈ, মরম অতুনা শৈতুপ শেন্নবা তাংনদে। অতু ওইরবসু মুংবান ঈহৌ কনবা রারেংদ ববি থবিগুম্বদা থংন থংনবা রাহৈপরেং কয়ামরুম্না ছন্দ অমগী ফিদম শেম্বা উই। অসিগুম্বা মফমদা ফিদম অতু ঈথক যাম্না চেনবা ছন্দগী মওঙদা লৈ। ঈথক যাম্না চেনবা ছন্দ অসিনা রারেংগী তোপতেংপা তশেংবা ছন্দনি।

রবীন্দ্রনাথনা রারেং অমসুং শৈরেংগী খোঙথাংবু অসুম্না হায়রম্মী—'গদ্যের চালটা পায়ে চলার চাল, পদ্যের চালটা নাচের।' হায়বদি 'রারেংগী খোঙথাংনা লম্চৎদা চৎপগী খোঙথানি, শৈরেংগী খোঙথাংনা জগোইগীনি।' রাফম অসি তশেংনমক অচুম্বনি। শৈরেংছন্দদা ভাব ফোংদোক্লবগী মতীকচাবা শাথেকশিং অদুবু ছন্দগী চূপ্লীনা পুল্লি। মতুদা পাঙ্গল অমা হাপখি— মতুনা ঐখোয়গী পুক্নীংদা য়ৈরে। অতুগা চূপ্লী অসি থাদোক্লগ মহৌশাগী ওইবা ছন্দগী শক্তম অমা ফোংদোকপা যাই। মসিনা রারেংগী ছন্দনি। চূপ্লী য়াওদনা চুম্না চৎপগী খোঙথাং ওইরবসু থোংচাদনা হাইবং হাপ্পরংবা মওঙদা চৎলবদি মুক্তাওবগী মওঙ তাগনি, মতুদা ফজবা মওঙ অমত্তা লৈরোই। চূপ্লী য়াওরবসু থোংচানা চৎপা ঙম্লবদি ফজবা অমা অদুম লৈগনি। রাফমশিং অসি শুপচিল্লগা রারেংছন্দগী মশক অসি অসুম্না তাকপা য়াই— জগোই শাদনা চুম্না চৎপা মরম্না মফম থুদিঙমক্তা চঙবা

য়াবা, অরেপ্পা শাথেক নাইদবা, অকক্লবা নিয়ম লৈতবা মরম্না মহৌশাগী ওইবা ছন্দগী শক্তম অমা ফোংদোকপা, ভাবকী মতুংইন্না খোল্লেপ অমসুং শৈখোঙ হায়বদি বাহৈপরেং অমসুং বাহৈপরেংগী শরূক খায়দোকপা ছন্দ অতুবু বারেংছন্দ কৌই।

# বারেংকবিতাগী ছন্দ

## ( Prose-verse )

ছন্দনাইবা রারেং লৈ হায়বসি মথক্তা ঐখোয়না উখ্রে। রারেংদা ইবা কবিতাবু রারেংকবিতা হায়না শঙনরবস্থু ছন্দ য়াওদবা রারেংদদি রারেংকবিতা ইবা য়াদে, ছন্দনাইবা রারেংদদা ইগদবনি; হায়বদি রারেংকবিতাগী ছন্দ অমদি লৈগদবনি। তৌইগুম্বসুং চুম্নগী রারেংছন্দগা রারেংকবিতাগী ছন্দগা অমতনি হায়না লৌবদি য়াদে। চুম্নগী রারেং-ছন্দদদি শৈরেংছন্দগী ফিদম অমতা য়াওদে, অদুগ রারেংকবিতাগী ছন্দদদি রারেংছন্দগী মওঙ পূম্নমকস্থু লৈরগা শৈরেংছন্দগী ফিদম অমস্থু য়াওগদবনি। রাফম অসিদনি মনীংতম্বা ছন্দ নত্রগা free verse-কা রারেংকবিতাগী ছন্দ নত্রগা prose-verse-কা মরুওইনা খেন্নবা মতাং অমা ওইরিবস্থু। কনা কনাগুম্বনা রারেংকবিতাগী ছন্দবু মনীংতম্বা ছন্দগী মমুংচনবনি হায়না লৌবা য়াওই। তৌইগুম্বসুং অনী অসি তোঙান তোঙানবা মওঙ অমমমগী ছন্দনি। মনীংতম্বা ছন্দদি শৈরেং-ছন্দগী মচম্না শাই অমসুং মাসদা মচন শীনবগী মরমদা শৈরেংগী ফিদম অমত্তনা পুন্দে। অদুগা রারেংকবিতাদনা শৈরেংছন্দগী মচন, হায়বদি খোনকাপমশীংনা থায়দোকপা তানখোঙমরু অদু য়াওদে। অর্থচেনবা রাহৈকাঙলুপ ( phrase ) অমমম্না মসিগী মচাক্নি। মরম অদুনা রারেংকবিতাগী ছন্দদা খোল্লেপ অমসুং লোল্লেপ তিম্নদবগী রাফম

লাক্তে। অদুনা মসি ঈচেলনাইবা ছন্দসু নত্তে, তৌইগুম্বসুং মনীংতম্বা ছন্দদি ঈচেলনাইবা ছন্দনি। রারেংকবিতাগী ছন্দদা মচন অমমম খণ্ডনবা মওঙদি খোনকাপ নম্রগা অতে'প্পা করিগুম্বা খোম্লিলগী মওঙ অমতনা ওইদে, অর্থ অমসুং ভাবকী মতুংইন্না মসিগী মচন খণ্ডবা ওম্মী। মসিদা শৈরেংছন্দগী মচন য়াওত্রবসু শৈরেংছন্দগী ফিদমদি য়াওই। খুদম ওইনা মথাগী পরেংশিং অসি য়েংসি—

| | |
|---|---|
| মৈগী খম্বাল ⋮ খাৎলে অত্যাদা, | =(২ + ৩) + (২ + ৩) |
| অনৌবা মঙান্দা | = ৩ + ৩ |
| চাইথরে পৃথিবী | = ৩ + ৩ |
| ময়াম্বদা ভঙ্কা থিনবা | = ৩ + ২ + ৩ |
| মণি অখংবগী শেম্পাকুম | = ২ + ৪ + ৪ |
| নীংথিজরে ওসিগী অত্যা, | = ৪ + ৩ + ২ |
| মালেম-অমৃত হাপ্তুনা | = ৩ + ৩ + ৩ |
| উদবা কনানা পাম্বদুনা | = ৩ + ৩ + ৩ |
| পুথোম্বক্লে কনাগীদমক্তা। | = ৪ + ৬ |
| খোংলক্লে মাম্বকৈ থুংনা ⋮ কনাগী বীণা! | =(৩ + ৩ + ২) + (৩ + ২) |
| | |
| তুমিন তুমিন ⋮ চপ চপ লেপ্তুনা | =(৩ + ৩) + (২ + ২ + ৩) |
| অমম্বা অহৌংগী | = ৩ + ৩ |
| নোংমুংশিৎ মম্বক্তা | = ৪ + ৩ |
| ধ্যান তৌম্বা পামেলসু | = ২ + ৩ + ৩ |
| নোংদোম্না মথুৎ থাদত্তুনা | = ৩ + ৩ + ৪ |
| লাম্লক্লে মপু তম', | = ৩ + ২ + ২ |
| পৃথ্বীগী মায়া থাদোক্লে— | = ৩ + ২ + ৩ |
| লৈমাম্বথক্তা মম্বা হাইগৎলে | = ৪ + ২ + ৩ |
| থূনীং কাঙলগে মতাগুম। | = ৩ + ৩ + ৪ |
| খোংলক্লে মাম্বকৈ থুংনা ⋮ কনাগী বীণা! | =(৩ + ৩ + ২) + (৩ + ২) |

(অকাম্বা বীণাগী কাম্বদবা মুর)

মসিদা অহানবা পরেং তরানা শৈতূপ অমা অমস্তুং অরোইবা পরেং তরানা শৈতূপ অমা শৈরেংছন্দগী ফিদম লোতুনা শেম্লি। অতুগা মসিদা খোল্লেপ তাদবা মফমদা লোল্লেপ অমতা তাদে, হায়বদি লোল্লেপকা খোল্লেপকা তিন্নদবগী মওঙ লৈতে; অতুনা মসি মরম অতৈ থম্নদ্রবস্তু ঈচেলনাইবা ছন্দ নত্তে হায়বা থঙবা ঙম্মী অমস্তুং মরম অতুনা মসি মনীংতম্বা ছন্দ ( free verse ) নত্তে। অতুগা মসিগী মরক মরক্তা পূংবা ওইনবা হায়বদি অমগা অমগা খোনকাপমশীন মান্নবা পরেং নত্রগা তানখোঙমরু থবা য়াওরবস্তু শৈখোঙ অমস্তুং তানখোঙমরুগী অরেপ্পা মওঙ অমতা ইন্দে। অতুনা মসি শৈরেং-ছন্দগী মওঙ থরা চঙলবস্তু রারেংকবিত' ওইনা লৌগনি। মসিগা Walt Whitman-গী পরেংশিং অসিগা চাংদম্নতুনা য়েংসি—

| All the past | we leave behind,
| We debouch | upon a newer | mightier world, | varied world,
| Fresh and strong | the world we seize, | world of labour | and the march,
| Pioneers ! | O Pioneers !

| We detachments | steady throwing, |
| Down the edges, | through the passes, | up the mountains | steep
| Conquering, holding, | daring, venturing | as we go | the unknown ways,
| Pioneers ! | O Pioneers !

মসিদা অহানবা পরেং মরিনা শৈতূপ অমা অমস্তুং অরোইবা পরেং মরিনা শৈতূপ অমা শৈরেংছন্দগী ফিদম লোতুনা শেম্লি। শৈতূপ

খুদিঙগী অহানবা পরেংদা phrase অনী, অনীশুবা অমস্তুং অহুম শুবদা মরি অহুগ মরিশুবদা অনী লৈ। অমমমদা syllable মরি লৈবা phrase-না মপুং ওইরবস্তু খোল্লিলগী করিগুম্বা মওঙ অমা ইল্লা শরূক অমমম খায়দোক্তে, মরম অহুনা মসিস্তু রারেংকবিতা ওইনা লৌগনি।

অসি নত্তবা অতোপ্পা মওঙ কয়াদস্তু রারেংকবিতা ইবা য়াই। মতুদি—

তানখোঙমরুমশীং

১ ২ ১ ২
অমম্রোমদা অমুক ⋮ উম্নিদো ঙসি = ২

১ ২ ১ ২
শকী সমুদ্র ⋮ ঈগ্নায়সিদা— = ২

১ ২ ১ ২ ১ ২
শৃঙ্গার-মহাবীর ⋮ নুংশি-নুংঙনগী ⋮ পাথোরেল কয়া = ৩

১ ২ ১ ২ ১ ২
জাতিগী পাঙ্গলবু ⋮ তোংজি খাতুনা ⋮ চুপখোকপা ঙম্বা— = ৩

১ ২ ১ ২ ৩
মতমগী পাখোরেল ⋮ যুগকী ফীরাল পায়বা। = ২

১ ২ ১ ২ ৩
অমুকস্তু ঊরি ⋮ খুমন খম্বা মগুংলাংগী = ২

১ ২ ১ ২ ১ ২
কবোরাই হৌগনবী ⋮ য়াজোইতোংবী ⋮ বীরাঙ্গনা কয়া— = ৩

১ ২ ১ ২ ১ ২ ১ ২
নোংবান শাবা ⋮ খম্বা শাবা ⋮ শক্লেম্বী চৈশ্রা ⋮ লেডী ম্যেকবেথ = ৪

১ ২ ৩ ১ ২
নুপীগী ঈকায়খুম্নবা ঙাকপা ⋮ পাথৌ নাইট = ২

১ ২ ৩ ১ ২
নুপীগী ঈকায়খুম্নবা হাংপা ⋮ পাখৌ হিংচায়েল— = ২

১ ২ ১ ২
মধুকৈটভ মহিষাসুর ⋮ চণ্ডমুণ্ড রক্তবীজ = ২

১ ২ ১ ২ ৩
হাংপা লৈতে ⋮ শক্লোল সমুদ্রসিদা। = ২

(শক্লোল-সমুদ্র-ঈগ্নায়দা)

মসিদা তানখোঙমতেক অহুমগী তানখোঙমরু য়াওরবসু তানখোঙমতেক অনীগী তানখোঙমরুন মপুং ওইনা লৈরি অহুগা তানখোঙমরুশিং অসি খোনকাপমশীন্দা থোইদোকপা অয়েপ্পা মওঙ অমা ইন্দ্রবসু তানখোঙমরু অনীনা শাবা পরেংনা মপুং ওইনা লৈরি। অহুনা মসি শৈরেংগী মচম্ম শেমজ্রবসু শৈরেংছন্দগী ফিদমদি ইল্লি। অহুগা মসিদা পরেং মশীং অকরুদনা শৈতূপ থায়দোকপা উরি অমসুং শৈরেংদা য়াওবা অমদি য়াওদবা তানখোঙমরুগী মওঙ য়াম্লনা লৈরি।

অমনা—

তানখোঙমরুমশীং

১ ২ ৩ ১ ২ ১ ২
কৌক্রু চৌংগী চৌংদোন্দা ⋮ ইবানীনা শাগৎলবা ⋮ উনাগী খাংপোক = ৩

১ ২
নীংশিংলিবরা মনোরমা ? = ১

১
নীংশিংলিবরা ? = ১

১ ২ ১ ২ ১ ২ ১ ২
মওঙ নাইত্রবা ⋮ উনাগী খাংপোক ⋮ হায়কম খঙত্রবা ⋮ কৌক্রুগী হুংশিং = ৪

১ ২ ১ ২ ১ ২ ১ ২
পল্লেপক্ষম খঙত্রবা ⋮ মীওইবগী পুন্সি ⋮ নঙতনা খঙবা ⋮ ঐগী থম্মোই। = ৪

১ ২ ৩ ১ ২ ৩
হুংশিংনা বা-বা শীৎলকপা ⋮ নোংলৈনা উরু-উরু লৈশিন্নকপা = ২

১ ২ ১ ২ ৩
হুংশিংইত্রবা মমশিন্নকপা ⋮ অমংবা নোংগী মপৈ = ২

১ ২ ৩
নোংথাঙগী তথক্রুবা শাথেক = ১

১ ২
অকিবা নোংথোং। = ১

( নীংশিংলিবরা মনোরমা—নীলকান্ত )

মসিদা অহানবা শৈখোঙ অহুম্না শৈতুপ অমা অতুগা অয়োইবা শৈখোঙ তরাক্না শৈতুপ অমা শাবগী ইঙ্গিৎ লৈরি। শৈখোঙগী তানখোঙমরুমশীং মথংশীংনা ৩, ১, ১ অমসুং ৪, ৪, ২, ২, ১, ১ অমুম্না মথং মথং পীকথনা লৈরি। অতুগা তানখোঙমতেক অহুম্না শাবা তানখোঙমরু য়াওরবসু তানখোঙমতেক অনীনা শাবা তানখোঙমরুনা মপুং ওইনা লৈ। মতৌ অসুম্না মসিদা শৈরেংছন্দগী ফিদম লৈবা উরি। তৌইগুম্বসুং মসি শৈরেংছন্দগী মচন্না শাবদি নত্তে। মরম অতুনা মসিবু রারেংকবিতা ওইনা লৌগনি।

অসি নত্তবা শৈতুপ খায়বগী ইঙ্গিৎ লৈতবা অমদি শৈতুপ খায়দবা মওঙদসু রারেংকবিতা হবা য়াই। খুদম—

> য়েংউ খম্বাল অমম্বা খম্মোইচু হাংদোক্নুনা
> মেঙলবা শক্তমসে মহৌশা লাইয়েখীনি।
> মতমসে য়েংউ
> চীক্নরা, মেঙদরা, খম্মোইবু চুংশন্দবরা?
> নোংমু ভান্দ্রি অতুগা অহীংসু চেনখ্রি
> লম্বী খংলি
> খামলি
> নোংচুপ চীংখোঙদা ভারমদাই খাজনা।
> খম্বাল
> নোংমু ভান্দ্রি অতুগা অহীংসু চেনখ্রি॥
>
> (অয়েকপা লাইখিংদা য়েংউ খম্বাল—পাচা মীতৈ)

অসিতা নত্তনা অতোপ্পা মওঙ কয়াদসু হৌজিক রারেংকবিতা কয়া ইনরক্লি। অতুগা ঈখকহৌদবা রারেংনা শৈরেংগী ফিদম ইন্দুনা হায়রবদি শৈরেংছন্দগী মওঙদা শৈতুপ, শৈখোঙ, তানখোঙমরুনচিংবা খায়বগী ইঙ্গিৎ হাইফেৎ থম্নগা ভাবকী ঈহৌ অমগী ইঙ্গিৎকা লোয়নবা—রারেংকবিতা অমসুং শৈরেংকবিতাগী মরক ওইনা তৌবা

কবিতা মথল অমসু কনা কনাগুম্বনা ইনরক্লি। তৌইশুবসুং অসি-গুম্বা মথলগী কবিতা অসিদা ছন্দগী ঈথক মাওদঘনা মখোয় অসিবু ঈথকহৌদবা নত্রগা ঈহৌদবা কবিতা হায়বা য়াই। মতুদি—

(অ) পুং ভরা তারকপদা
লৌরুংশংগী থোজান্দা
খঙদবা লৈত্তে ওইনাম মোহন।
—ওইনাম মোহনগী নমত্তে
য়েংদবা ভমদে উরবনা
হেক্লে মপান কাঙজৈবুংদসু
গৃহমন্ত্রীগী নমত্তেমক্তা।
খাঙবা ভমদে আফিলতা
ওইনাম মোহনগী নমত্তে।
মীগী চুরূপ থকরবা
কেরাণীদা হায়জিনবী,
'নখুত্তগী চৎথ্রিবনি চে পুরমক'
পঙখহল্লি কেরাণী
নমকনা চুরূপ থক্লোকই।

( ওইনাম মোহন—সমরেন্দ্র )

(আ) শ্রীপঞ্চমী য়োরকপদা
অনৌবা এন্নীঙ্‌ উরক্লে।
সুংথিলগী মমৈদা
উচেক বায়া মপৈ মপৈ পাইরক্লে
অশংবা উনারক্তা
লৈ-সু চবুন চবুন শাৎলক্লে।
খোইমু খোঞ্জেল তারক্লে।
শাবী শানৌ ডাওনরক্লে।

বসন্তগী মতমসিদা
খোংঙ্গে উচেক মচা অমদি
অক্লাদা মতু ইপোন পোম্না লৈপ্রে।

( অমতনি—পদ্মকুমার )

ন্নারেংছন্দদা শৈরেংগী মচন য়ানবা য়াওবগুম্না ন্নারেংকবিতাগী মচন্দস্থ শৈরেংগী মচন থরা য়ানবা য়াই, তৌইগুম্বস্নুং মপূংওইনা য়াওহনবদি য়াদে। মথক্তা পীপ্রিব। খুদমশিং অসিদা শৈরেংগী মচন য়াওবা ন্নাহৈপরেং য়াওখ্রি। মহুদি—

(অ) "মওঙ নাইত্রবা ⋮ উনাগী থাংপোক ⋮ কায়ফম থঙত্রবা ⋮
কৌক্রুগী মুংশিং"

(আ) "মৈগী থম্বাল ⋮ শাংলে অত্যাদা
অনৌবা মঙাম্বা
চাইথরে পৃথিবী।" —অসিনচিংবা।

# শৈশেম উৎপা
## ( Scanning )

শৈরেং অমস্নুং কবিতাগী ছন্দমশেম তাকপবু শৈশেম উৎপা কৌই। শৈশেম উৎপা তারবদি অহানবদা শৈখোঙ খুদিঙমকী তান-খোঙমতেক, তানখোঙমরু অমদি তানখোঙ থাম্নদোক্কনি অহুগা অশম্ন-খুদমগী পাম্বৈনা খোম্বোক খুদিঙমকী মশক হায়বদি মথল তাকনি অমস্নুং শৈখোঙ খুদিঙমকী খোনকাপমশীন মচা থায়না উৎকনি। অহুদগী মথংমনাও নাইনা তানখোঙমরু, তানখোঙ, শৈখোঙ অমস্নুং শৈতুপকী মওঙ অহুগা শৈখোঙগী খোঙচৎ, ছন্দগী মথল অমস্নুং মুক্লপ তাকনি। মথাদা মথলমথা অয়াম্বা ছন্দলৈরেংদা ইথা কবিতা কয়ামরুমগী শৈশেম উৎলি।

( ১ )

\+ •   + ০ • •   ০ • ০   • •
য়েংখি : য়েংখিবদা ⁝ কব্রিনো ⁝ ঙশি //   = (২ + ৪) + (৩ + ২)

\+ :   • • •   + :   • •
পুক্লীং ⁝ হূখরে ⁝ ভেংবান   অসি //   = (৩ + ৩) + (৩ + ২)

\+ • •   • :   + ০   + •
চাইখরে ⁝ মঙান ⁝ নোংদোন ⁝ শাংনা //   = (৩ + ৩) + (৩ + ২)

• • •   + + ০   + :   + ০
কব্রিণী ⁝ থোব্রাংনো ⁝ মাথক ⁝ শীন্না //   = (৩ + ৩) + (৩ + ২)

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরাক্লা শাবা।

তানখোঙমরু—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙমপুংফাদবা ( অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতূপ—মান্নবা শৈখোঙ মরি, খৈমান্নবা ( ক-ক-খ-খ )।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মখল—শৈনিঙ্খোই।

ছন্দগী ফুরূপ—অশেংবা অরূম্বা।

( ২ )

• • •   + • ০   + • •   ০ + •   + • • •   + •   + •
মাধবী : কুঞ্জদা ⁝ নোংমণী · অহীংদা / খোংখিবদো : নোয়না ⁝ নোয়না //
= (৩ + ৩) + (৩ + ৩) + (৪ + ২) + ২

• ০ •   • ০ •   + + ০   • ০ •   + • • •   • •   + •
মিরবা ⁝ সুরদ ⁝ থম্মোইশী : ভারদা / য়ৈরবেনে : ঙসি ⁝ নোনা //
= (৩ + ৩) + (৩ + ৩) + (৪ + ২) + ২

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরাক্লা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙমপুংফায়বা ( অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতুপ—মাম্লখত্রাং।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মথল – শৈনিস্থোই।

ছন্দগী ফুরূপ—অশেংবা অরূম্বা।

( ৩ )

••• —ః —• ••••+—•

মপুগী ః নোংদম ঃ খোম্দি ঃ কজবগী ঃ খঙুম্নি //

= (৩ + ৪) + (৩ + ৪) + ৪

••• —•• —০ঃ •• +— •

করিগী ঃ তেংখাম্নি ঃ পুম্নমক ঃ মাগী ঃ খোজাননি //

= (৩ + ৪) + (৫ + ২) + ৪

••• •—• —০• + •• ‖••

অবাবা ঃ ফিজোন্দা ঃ লাকপদা ঃ য়াইকবা ঃ পুডুনা //

= (৩ + ৪) + (৪ + ৩) + ৪

••• ‖•• •+• ••০০ —••

করিগী ঃ কিরুম্নি ঃ নহাক্না ঃ অবাবনি ঃ খন্দুনা //

= (৩ + ৪) + (৩ + ৪) + ৪

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরেৎনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অহুম্না শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-খমচৎপী, তানখোঙমপুংফাদবা ( অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা )

শৈতুপ—মাম্নবা শৈখোঙ মরি, খেমাম্নবা ( ক-ক-খ-খ )।

খোঙচৎ—অথীনবা।

ছন্দগী মথল—খোম্নিস্থোই।

ছন্দগী ফুরূপ—য়াম্নবা অথীনবা।

( ৪ )

বসন্ : তনা ⁝ চুপ্ : লবদা / মুল্লে ⁝ মায়কৈ ⁝ মরি //
= (৩ + ২) + (২ + ৩) + (২ + ৩) + ২

মচুপী : মঙ ⁝ কয়া : উইথ / উইথ : মঙ ⁝ জরি //
= (৩ + ২) + (২ + ০) + (৩ + ২) + ২

তানখোঙমরু—খোনকাপ মঙানা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙমপুংফাদবা (অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা)।

শৈতুপ—মায়খৎবাং।

খোঙচৎ—অথীনবা

ছন্দগী মথল—খোল্লিস্থোই (রায়বা)।

ছন্দগী ফুরূপ—য়ায়বা অথীনবা।

( ৫ )

ঙসি । লাইরেন ⁝ নোংজা : দাহে / পম্বৌ : শূমাং ⁝ চাউগোয় : দাহে //
= (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২)

মুংশি' খুজেং : পাম্মু ⁝ না পায় / নাচল : মখোঙ ⁝ শাদু : নাহে //
(২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২)

ভঙপ : তরেং ⁝ পরেং : বু লেং / লাইরেন . মথেক ⁝ থেক্ ⁝ নাহে //
= (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২)

থাবল · ইপোম ⁝ খেঞ্জোং ⁝ বু লাং / খোঙথাং : হাপ্পা ⁝ ভাহে।

চোংসিহে // = (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২)

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ অনীচৎপী, তানখোঙমপুংফাবা।

শৈতূপ—শৈখোঙ-য়ান্নদবা, শৈখোঙ মরি, থৈমান্নবা ( ক-ক-ক-ক )।

খোঙচৎ—অথুবা।

ছন্দগী মখল—খোল্ল মখোই।

ছন্দগী কুন্নপ—অশেংবা অথুবা।

খোইদোকপা—খোনকাপ ৩গী মকমদা ২ (অরোইবা শৈখোঙদা 'চোংসিহে' )।

+´ +´ • ´ +´ •´ •´ •´ •´

শীথ : ঋক্লে ⁝ শোরা ⁝ য়েম্না / থ্বা-থ্বা : থ্বা-থ্বা ⁝ থ্বা-থ্বা : থ্বা-থ্বা /

•´ + ´ + ´

কৱি : নোংমোন ⁝ পাউনো //

=(২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ১) + ২

• ´ •´ + ´ •´ + ´ + ´ +´ •´

মালেম : লৌচৎ ⁝ নাহৈদ: ৱবু / ভিন্নাঙ, শীৎনা ⁝ তুক: চরে /

+ ´ • ´ + ´ • ´

তাকপ ⁝ নিদে ⁝ তাকপ : নিদে //

= (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২)

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ অহুমচৎপী।

শৈতূপ—শৈখোঙ-য়াম্নবা ; শৈখোঙ অনী, -বা শৈখোঙ তানখোঙমপুংফাদবা (অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা) অমসুং ২শুবা শৈখোঙ তানখোঙমপুংফাবা ; থৈমান্নদবা।

খোঙচৎ—অথুবা।

ছন্দগী মখল—খোল্ল মথোই।

ছন্দগী ফূরূপ—অশেংবা অথুবা।

(৭)

\+ •  ••  + • •  ••  ••  + •  ••  + •

লৌবি ፧ য়ুনে ⁝ লৎন ፡ দনা / তাঙ্গা ˙ নবা ⁝ নঙগী ፡ সনা ፡ থুৎনা //

= (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২ + ২)

• •  • •  + •  ፡  + •  • •  • •  + •  + •

অহা ፧ বগী ⁝ চৈনা ፡ খোম / লেংজ ˙ ৱিবা ⁝ অমে ፡ কপ্পা ፡ কপ্পা //

= (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২ + ২)

\+ •  ••  + •  + •  + •  + •  + •

থীকথ ፧ বিয়ু ⁝ ষুংশি ፧ লাইজ / ষুংশি ፡ লাইজ ⁝ খোনবা ፡

\+ •  • •

থুত্ত ˙ দগী //  = (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২ + ২)

፡  • •  • •  • •  + •  + •  • •

চাম ፡ জগে ⁝ থুম্না ፧ থাদো / মীৎকী ፡ লাইজ ⁝ সিনা ፡

\+ •  ••

তোম ፧ বগী //  = (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২ + ২)

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—অশাংবা তানখোঙ অনীচৎপী ( অশাংবা শামুখোঙ ), হেন্দোক্লা-তানখোঙমপূংফাবা ( অরোইবা তানখোঙ-মরু শাংবা )।

শৈতূপ—মান্নবা শৈখোঙ মরি, থৈমান্নবা ( ক-ক খ-খ )।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মখল্ল—শৈনিঙ্থোই।

ছন্দগী ফূরূপ—অশেংবা অরূম্বা।

(৮)

\+ •   ••   +•   ••   +•   +•   +•

লৈকা ; কম্না ⋮ শাচ্ছ : চুনা / লৈহী ; কঞ্চ ⋮ য়ক্লে //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

••   ••   +•   +•   +•   +•   +•

মপু । মাবু ⋮ খোঞ ˙ য়ক্লে / পোম্বী : চেক্লা ⋮ শিংনা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

\+   •   +•   ••   ••   ••   +•   +•

পাইখো । য়ক্লে ⋮ য়াগি: গীনা / ঙসি । ঙাওনা ⋮ ঙংনা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

\+ •   +•   ••   +•   +•   +•   +•

য়েংব ; হৈবা ⋮ কবি : শিংনা / পেম্না ⁝ য়েংজ ⋮ য়ক্লে //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—অতেনবা তানখোঙ-অনীচংপী (অতেনবা শামুখোঙ), তানখোঙমপুংফাদবা ( অয়োইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতূপ—মাম্নবা শৈখোঙ মরি, খৈমাম্নবা ( ক-খ-খ-ক ) ( ময়ায়-মাম্নবা শামুখোঙ )।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

**ছন্দগী মথল**—শৈনিস্থোই।

**ছন্দগী ফুরূপ**—অশেংবা অরূপা।

(৯)

\+••   +••   +• •   +••

লৈজদে : ঐগীদি ⋮ ভক্তিসি : নত্তনা /

••••   + •   +•••   + •

থূম্নাখাদা ⋮ নঙগী ⋮ কচ্চনবা ; পেম্না — /

\+ ••   •+•   +•

লৌবিম্ন : ননাইগী ⋮ ভক্তি //

=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

\+ + ॰ ••• +•• •••
থম্মোইসি : নত্তনা ⁝ লৈজদে ⁝ অমতা /
• + • +॰• +॰॰ •••
ননাইগী : লৈজবা ⁝ কচ্চরি : অসিত্তা— /
••• +•• +•
পীবিয় ⁝ পুন্সিগী ⁝ মুক্তি //
=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরাক্লা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অহুমচৎপী ( ১বা তানখোঙ অনীদা মায়থৈ লৈবা ), তানখোঙমপুংফাদবা ( অয়োইবা তানখোঙ-মরু তেনবা )।

শৈতুপ—মায়থব্রাং।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মথল—শৈনিঙ্গোই।

ছন্দগী ফূরূপ—অশেংবা অরূম্বা।

( ১০ )

\+• •• •• +• +• •• •⁝ ••
থুম্মী : দকো ⁝ হে অ : থুম্মী / নুংশি । দকো ⁝ হে হুং । শিবী
\+ ॰ +• + • +• + • + • +• +•••
পোক্ল : ফম্নি ⁝ নঙসে ঐগী / পেনবা : নাইদে ⁝ নঙবু : য়েংজবগী //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+২)
+(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+৪)

\+• •• + • •• + • + • •• ••
থক্লা : থাবু ⁝ কোনব । সিদা / কোয়না : কোয়না ⁝ থিক্ল : বদা /
\+ • + • +• •• +• +• +• +•••
লৈতে : নঙগা ⁝ মায় । বদি / পেনবা : নাইদে ⁝ নঙবু । কৌজবগী //
= ২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+২)
+(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+৪)

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—অশাংবা তানখোঙ-মরিচৎপী ( ১বা অমসুং অরোইবা তানখোঙ অনীদা মান্নথৈ লৈবা ), হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা ( অরোইবা তানখোঙমরু শাংবা )।

শৈতূপ—মান্নখত্রাং।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মখল—শৈনিম্মোই।

ছন্দগী ফুরূপ—অশেংবা অরূম্বা।

খোইদোকপা—খোনকাপ ৩গী মফমদা ২ ( অহানবা শৈখোঙগী ৪শুবা তানখোঙমরুদা 'হে মুং' )।

( ১১ )

• ◦     :     :     + • :

শাবী : লাউ ⁝ লাউ ⁝ চৎসি লাউ //     =(২+২+২)+(২+২)

+ + •    + •    + + •    + •    + ◦    • •    :

কল্লকপা : য়াম্পী ⁝ কঞ্জাওবা · য়াম্পী / মাঙদা ⁝ থাম্লো ⁝ লাউ //

=(৩+২)+(৩+২)+(২+২)+২

তানখোঙমরু—য়াম্নবা ( খোনকাপ ৪, ৫, ৬ না শাবা )।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—য়াম্নবা ( তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অনীচৎপী ); ১বা তানখোমরু অনীদা মান্নথৈ লৈবা, তানখোঙমপুংফাদবা ( অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতূপ—ছন্দলৈরেং অমসুং তানখোঙমরু মান্নদবা, তৌইশুম্বসুং খৈমান্নবা শৈখোঙ অনী ( ১বা শৈখোঙ তানখোঙ-অমচৎপী, ২শুবা শৈখোঙ তানখোঙ-অনীচৎপী )।

খোঙচৎ—অতম্না।

ছন্দগী মথল—শৈনিস্থোই ( থৈমান্নবা মনীংতম্বা )।

ছন্দগী কুপ্পাপ—অশেংবা অন্নাম্বা।

( ১২ )

•—•  •  — :  ••  •॥•  :  ••

বসন্ত ⁝ থাবল ⁝ থাঙঙম: দবা / মকুনা ⁝ থল ⁝ লবা //

=(৪+২)+(৪+২)+(৪+২)+২

• • •  • ।  — •  • ॥  • :  •॥  • :

সমাজ ⁝ সিদা, ★ ⁝ খোংখি : গত্রা / বসন্ ⁝ ভগী ⁝ কোকিল—★ //

=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

।  — ।  • • •  • :  • ॥  • ॥  • •

মী : ওইবা ⁝ সমাজ ⁝ থবায় / পুবা ⁝ সত্য ⁝ ভাগী //

=(২+৪)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

• ।  — •  — :  • •  — •  ০ :  • •

খজি ⁝ য়োংকে ⁝ থৌরাং ⁝ লিবা / ভাইবঙ । উমং ⁝ লিদা, ★ //

=(৩+৩)+(৪+২)+(৪+২)+২

+•  • ।  • ।  • :  —•  ০ ।  • •

থায় ⁝ হখি ⁝ গত্রা ⁝ মনীং / ভম্না, ★ সত্য ⁝ ভাগী //

=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

• ।  ।•  • :  • ॥

খজি : না-া মিপাই ⁝ দনা ? ★ ★ / ... — ...

=(৩+৩)+(৩+৩) ... .. ...

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরুক্লা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙমপুংকাদবা (অয়োইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতুপ—✗, শৈখোঙ-মান্নবা, থৈমান্নদবা।

খোঙচৎ—অখীনবা।

ছন্দগী মথল—থোম্নিঙ্হোই ( ঈচেলনাইবা )।

ছন্দগী মূরূপ—অশেংবা অথীনবা।

থোইদোকপা—থোনকাপ ৩গী মফমদা ২ (অহানবা শৈথোঙদা 'থাবল', অনীশুবা শৈথোঙদা 'কোকিল', মরিশুবা শৈথোঙদা 'উমং' )।

[থোম্নিঙ্হোই ছন্দলৈরেংদা ঈচেলনাইবা ছন্দ মহোশানা শীজিন্নদে, তৌইগুম্বশুং মসিদদি শীজিন্নবা উরি। অসিগুম্বা ছন্দ অসি কনা কনাগুম্বনা মৈতৈ সাহিত্যদা নৌনা পুশিল্লক্লি, অদুবু শৈনিঙ্হোই ঈচেলনাইবা ছন্দগুম্না মওঙ তাহনবদি উমদ্রি। ]

( ১৩ )

• :　　+•　　• :　　• :　　+ •　　••　　• •
ৱাহৈ : ৱাংম ⁝ দা চৎ ! তুনা / কৌজ ! রুর ⁝ বদি //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

• :　　:　　+ :　　+ •　　+ •　　• •　　+ •
অমুক্ : ভং ⁝ পুক্লীং : নঙনা / লাকচ : গনি ⁝ পুক্লীং //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+•　　+ :　　• •　　+ •　　+•　　:　　+:
পুম্বা, * নমথেক্ ⁝ তুনা : লোইনা / অর্থ ! শব্ ⁝ বল্লাং, ★ //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+ :　　+•　　• •　　+•　　+:　　• :　　• •
ভেংবান : পুম্ব ⁝ গী অ : পুনবা / পুক্লীং ! না লৈ ⁝ ঘ্রিবা //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+◦　　:　　••　　+ •　　+•　　• •　　+ •
বিশ্ব : লোক ⁝ অদু : য়োনা, ★ / ছন্দ : গী উ ⁝ হোনা //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+ :　　• •　　+ •　　+ •　　+•　　• :　　• •
লমজাং : জিবা, ★ ⁝ শিল্পী : শিংগী / শিল্প : না ভাক্ ⁝ লিবা //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+ :　　••
লমদম : ছুদা। ★ ★ ... ... ...　—(২+২) ... — —

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—অতেনবা তানখোঙ অনীচংশী ( অতেনবা শামুখোঙ ), তানখোঙমপূংফাদবা ( অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈভূপ—×, শৈখোঙ-মায়বা, খৈমায়দবা।

খোঙচং—অতপ্পা।

ছন্দগী মথল—শৈনিস্থোই ( ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ )।

ছন্দগী ফুরূপ—অশেংবা অরাপ্পা।

থোইদোকপা—ঈচেলনাইবা ছন্দ ওইবনা রাহৈগী অমদি তানখোঙমতেকী অরোইবা তিমবা খোস্থোক অয়াম্বা খোনকাপ অমা ওইনা লৌরি।

( ১৪ )

• :   ||   ••   + •   ••   • ০   + • •   + + •
মতোক্ ⁝ ভা ⁝ মণি : চেনবা / অৱা ⁝ বা খা ⁝ রো অলে : পুক্নীংগী //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(৩+৩)

• :   • •   • :   + •   ••   ••   • + ০
শাহল্ : লগে ⁝ জগোই, ★ : ঐগী / সুম ⁝ সিনা ⁝ অকায়বা :
• • •
বাশীগী, ★ //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(৩+৩)

• :   • :   • • + •   + •   •   •   +   + :
অহান ˙ বা হৌ ⁝ বা অ : যূক্নী / চেক্লা : না, ★ ম ⁝ লোম ছুংঙাই :
• • •
অছুনা //
=(১+২)+(২+২)+(২+২)+(৩+৩)

+ •   • •   ০ •   • ০   + :   ০ •   • + • •   + •
শক্তি ⁝ বা সু ⁝ ব অ ⁝ ছুদা / ভিজহন : অর ⁝ গা ছুংশিনা : খেংবা //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(৪+২)

+ •   • :   + • + •
পেনজ : গে থম্ ⁝ যোইসে : ঐগী। ★ ★ / ... ... ...
=(২+২)+(২+২) ... ...

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।
তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।
শৈখোঙ—অশাংবা তানখোঙ-অনীচৎপী ( অশাংবা শামুখোঙ ),
হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা ( অয়োইবা তানখোঙ-
মরু শাংবা )।
শৈতুপ— ×, শৈখোঙ-মান্নবা, খৈমান্নবা ( ক-ক-খ-খ )।
খোঙচৎ—অতপ্পা।
ছন্দগী মখল—শৈনিঙ্খোই ( ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ )।
ছন্দগী ফুন্নাপ—য়ান্নবা অরান্বা।
খোইদোকপা—ঈচেলনাইবা ছন্দ ওইবনা রাহৈগী অমদি তান-
খোঙমতেকী অয়োইবা তিন্নবা খোঙ্খোকশিং অসি
খোনকাপ অমদা চিংশিল্লি।

( ১৫ )

॥ • • • •• + : •॥ + + • •◦ :
হে ! পৃথিবী ! ★ ⋮ চহী : যুগ যুগ : কয়া / চৎলক্লি : ইতিহাস :
• • + •
কী লামায়দা। ★ ★ //
=(২+৩)+(২+৩+৩)+(৩+৩+৪)

+ + : + + : •• • :
লাহোক্লুই : আটলান্টিক ⋮ মহা : সাগর, ★ /
=(৪+৪)+(২+৩)

+ • : + + + • ◦ + • + ••
পোখাক্লই : ট্রোয় লমদমগী ⋮ হেলেনগা : লোয়ননা, ★ //
=(৪+৪)+(৩+৩)

+• + • + + • + •• + : + ••
কৌক্র : চীংগী : চীংদোম্বা ⋮ লেপ্তুনা : য়েংলুই / হৌগ্রবা !
•• + ◦ ◦• —•
ইতিহাসতা ⋮ মণি : পুরগী— ★ /
=(২+২+৩)+(৩+৩)+(৩+৪)+(২+৩)

+ : • : •+•• ••• + :
কোয়মিন্ ⁝ নক্কই । পাখংবগা ⁝ অরুগী : ফানখোঙ, ★ //
=(৩+৩+৪)+(৩+৩)

+: ০+• ++• ০॥• + : • : +• •
কম্লুই : কিয়াখা ⁝ নিংথৌগী : সঙ্গাদা / মাঙমিন্ : নক্কই ⁝ লক্তাদা ⁝
+ : • + •
লাজোন ⁝ লুখোইগা //
=(৩+৩)+(৩+৪)+(৩+৩+৩)+(৩+৩)

• : •+• •• + + • • ••• +••
জগোই : শারন্মী ⁝ শীজ : লাইরোইবীগা / নাপদা ⁝ চঙজ্না
++ :
পাউহংলুই । ★ ★ //
=(৩+৩)+(২+৪)+(৩+৩+৪)

তানখোঙমরু—য়াম্নবা ( খোনকাপ ৫, ৬, ৭, ৮, ৯, ১০না শাবা )।

তানখোঙ—য়াম্নবা ( তানখোঙমরু ১, ২, ৪না শাবা )।

শৈখোঙ—য়াম্নবা (তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী)।

শৈতূপ— X, খৈমান্নদবা, য়াম্নবা।

খোঙচৎ—অতম্বা।

ছন্দগী মখল—শৈনিহ্মোই ( মনীংতম্বা )।

ছন্দগী ফুরূপ—য়াম্নবা অরূম্বা।

খোইদোকপা—খোনকাপ ৪গী মক্ষমদা ৩ ( অহানবা শৈখোঙদা 'ইতিহাস' )।

য়ারেং অমসুং য়ারেংকবিতাগী ছন্দদা তোঙান তোঙানবা মওঙ লৈরবসু অরেপ্পা নিয়ম ইম্না শেমদবা মরম্না মওঙশিং অসিগী ফুরূপ অমসুং মখলদি খায়দোকপা য়াদে। হায়রবদি, শৈরেংছন্দদা তৌবগুম্না খোম্লোকমগীন অমসুং খোঙচৎ (লয়) মশক নাইনা অকরুবা হিসাবতা ছন্দগী শরূক খায়দবা মরম্না ছন্দগী ফুরূপ অমসুং মখল খায়দোকপা

য়াদে। অহুনা ৱারেং অমস্নুং ৱারেংকবিতাগী তোঙান তোঙানবা ছন্দমশেম উৎপা য়ারবস্নু ফূরূপ অমস্নুং মথল নাইনা উৎপদি য়াদে। মরম অহুনা মক্ষম অসিদা ৱারেং অমস্নুং ৱারেংকবিতাগী ছন্দমশেম উৎনবা হোৎনন্ত্রে।

---

# মরিশুবা শরূক

## ( ছন্দয়োলগী মরু )

# ছন্দঈথক অমসুং শৈরেংছন্দ

## ( Rhythm and Metre )

শৈরেংছন্দগী রাফম নৈনবা তারবদি অহানবদা ছন্দঈথক্কী মরমদা শেংনা খঙগদবনি। মৈতৈলোন্দা ছন্দ হায়বা রাহৈসি শৈরেংছন্দ (metre) অমসুং ছন্দঈথক (rhythm) অর্থ অনীমক্তা পোনা শীজিন্নখদগী শৈরেংছন্দ অমসুং ছন্দঈথক অনীসি তোঙান তোঙানবা ৱাংলোল ( concept ) অমমল্লি হায়বা অযাম্বনা মতম পূন্নমক্তা নীংশিংনদে। শৈরেংছন্দদি ছন্দঈথক্কী শরূক অমা ওইনা লৈজবতনি।

রসকী ৱাংবানগা ছন্দগী ঈফাওগা যান্ন অথূপ্পা মরী অমা লৈনৈ। পুন্নীংদা রস ফাওরক্নবদি ছন্দঈথক্তা মতু ফোংদোকই। করিগুম্বা মওঙ অমদা রসপু ফাওরবদি মতুদা মশানা ছন্দ অতুন লোয়নরকই। অঙাংগী তথক তথকপা জগোইদসু মখল অমগী ছন্দ যাওই, মীওইবগী আর্টকী খুৎশেম মন্নুংদসু ছন্দ য়াওই। রাখললখনবশিংদি তেংবানবগী লীলা অসিদসু ছন্দগী কূম্মৈ উবা ফংই। ছন্দঈফাওগা লোয়ন লোয়ননা শিংলীদা ঈথক হোরকই, ঈথক অতুনা মরম ওইতুনা পুন্নীংদা মত্নুনা গুম্বাৎপগুম ৱাংবঙনবা ভাব লাকই, "স্বপ্নো নু মায়া নু মতিভ্রমো নু" অসিগুম্বা ফিভম অসিদা লৈ। হায়রিবা ৱাংবান অসিনা কবিতা অমসুং ললিত কলা অতৈ পুন্নমক্কী থরায়নি।

হৌজিক ঐখোয়গী রাহংদি—ছন্দঈফাওগী পোৎচঙ করিনো? ইন্দ্রিনা খঙবা য়াবা পোৎকী মন্নুংদা করম্বা নাওঙ ( লক্ষণ ) লৈরবদি ছন্দগী ঈফাও লাকপা য়াবগে? নুমিদাংরাইগী অতিয়াদা মচুগী কূম্মৈদা, ঈশৈগী ৱুরদা নত্রগা জগোইশাবীগী শাথেক্তা, তাজমহলগী খুৎশেমদা করম্বা মওঙ য়াওবগে—মতুগীদমক ঐখোয়না পূন্নমক অসিগী মন্নুংদা ছন্দ কোবা চেন্নবা লীচৎ অমা উবা ঙম্বা? মীৎ, নাকোংনচিংবা

ইন্দ্রিগী পাম্বনা মচু নক্সগা শুর নক্সগা শাথেক নক্সগা অহুগুম্বা মগুণ অমা নক্সগা অমা ঐখোয়না থঙবা ঙম্মী। মখোয় অতু করম্না শীন্দুনা তাইনহল্লগা 'ঐখোয়না ছন্দনাইবা হায়না থঙনবা য়াবগে ?

কন' কনাগুম্বনা হায়, করিগুম্বা থৌদোক অমা হন্না হন্না থোকপনা ছন্দগী মওঙনি। মখোয়না হায়, চপমান্নবা মতমগী চাংদা থৌদোক অমা হন্না হন্না থোক্লগা মহুদা মতমগী শরুক থায়দোকই হায়বা থঙহল্লবদি মহুদা ছন্দ য়াওরে হায়বা য়'ই। মরম অহুনা ঘড়ীগী পেন্দুলম্না হাইবা, ঈথক্কী অকা-অকুম অসিনচিংবদা ছন্দ য়াওই হায়বা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং হায়রিবা ছন্দগী মওঙ অসিনা মসিগী মশক চপচানা তাক্লে হায়বদি য়াদে। করি করিগুম্বা মথংগী ছন্দদা থৌদোক হণ্ডিনবনা মরুওইবা মওঙ ওইনা লৈ ; অহুগা ছন্দগী অসি-গুম্বা মক্তম কয়ামরুমস্ত লৈ, মহুদা থৌদোক হণ্ডিনবগী মওঙ অসি স্তুকলৈ লৈতে নক্সগা লৈরবস্তু মহুনা ছন্দ য়াওই হায়বা থঙহন্দে। সুমিৎ তাবা মতমদা নক্সগা অচৌ অচৌবা লাইয়েকপশিংগী লাইশিংদা উবা মচুমশীন অহুদা হণ্ডিনবগী মওঙ লৈতে, তৌইগুম্বস্তুং মহুদা ছন্দঈথক য়াওদে হায়বদি য়াদে। ঈশৈশকপশিংনা ঈশৈ শকপা মতমদস্তু হণ্ডিনবগী মওঙ লৈতে। তৌইগুম্বস্তুং মহুদা ছন্দঈথক্তি অহুম য়াওই। মরুওইবা ৱাদি অসিনি--ছন্দঈথক্কী থবক্তি পুক্নীংগী সুংহৌ মতুংইন্না ঈথক হৌহনবনি, করিগুম্বা থৌদোক্কী হণ্ডিনবা মওঙ উৎপা অহুতা নস্তে।

করিগুম্বা চিংথোকচিংশিন য়াবা পোৎ অমদা য়ৈরুবদি ঈথক হৌরকই। ঐখোয়গী মপানগী ইন্দ্রিশিং অসিগী মশেম য়েংলবদি থঙবা ঙমগনি, মখোয অসি চিংথোকচিংশিন য়াবা পোৎনা শাবনি। মপানগী জগৎকী থৌদোক থুদিঙমক অমস্তুং অহোংবা ( change ) পুন্নক্কা মীৎ নক্সগা নাকোংগী চিংথোকচিংশিন য়াবা শিংলীদা য়ৈরগা ঈথক হৌহল্লি অমস্তুং ঈথক অহুগী ঈহৌনা থোপকী শিংলীদা য়ৌখিহুনা

সুংবান পোকহল্লি। হুমিৎ খুদিঙগী মপানগী জগৎকা মরী লৈনরক-পনা মথলমথা অয়াম্বা ঈশকী ঈহৌনা ঐখোয়গী ইন্দ্রিশিং অসিবু থুক্কংলি। অদুগা করিগুম্বা খোইদোকপা মথলগী ঈশকী পথো মমুংদা ফজরবা চাংচৎ মওঙ অমা লৈবা মতম অদুদা ছন্দগী ঈফাও লাকই।

চাংচৎ অসিগী তশেংবা মশক করিনো? শাজৎ অমতগী খোৗ-দোকপরেংগী মমুংদা করিগুম্বা খোইদোকপা গুণগী খেন্নবা লৈবনা পুল্লীংদা ঈহৌ লাক্লবদি মহুদা ছন্দঈশক লৈ হায়বা য়াই। করিগুম্বা খোৗদোক অমা খণ্ডবগা লোয়ন লোয়ননা অদুগুম্বা মথলগী খোৗদোক অমগা অমুক লাকহন্নীংই। নাকোংদা 'সা'-গী সুরনা য়ৈরগা নাকোংগী পেন্ননবা পুল্লীংদা মহৌশানা 'পা' নল্লগ অতোপ্পা সুর অমা অমুক লাকহন্নীংই; মতৌ অদুগুম্না অণ্ডাণ্ডবা মচু উরগা অশংবা মচু উনীংবা হায়বসি হৌনশানি। তোইগুম্বসুং অনীংবা হায়বদি খোকহন্নীংবা খোৗদোক অদু লাক্তুনা অতোপ্পা খোৗদোক অমা লাক্লবদি পুল্লীংদা ঈশক হৌরকই; অদুগা খোকহন্নীংবা অদু লাক্লবসু ঈশক মখল অমা অমুক হৌরকই। অসুম তৌনা ঈশক হৌরগা সুংগী ঈশৌদা ইঙ্গিৎ চেল্লকই। অসুম তৌনা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী ঈশক্লা তোঙান তোঙানবা মওঙদা শীন্দুনা লৈবা নল্লগা খোকহন্নীংবা অমসুং খোকহন্নীংদবা খোৗদোক্তগী খোকপা ঈশক অদুনা ছন্দগী থরায়নি। করিগুম্বা রাগরাগিণীগী আলাপনা সুর মথল মথল তাইনহনবা নল্লপা লাই য়েকপদা মচু ময়াম তাইনবা উরগা মসিগী অচুম্বা খণ্ডবা ভমগনি। মসিদা ঐখোয়না য়েংশিনগদবা হায়ববু তোঙান তোঙানবা খোনকাপ-মশীংগী ঈশকশিংগী ময়ক্তা মুক্লবা লৈতনবা নল্লগা সঙ্গীতকী লোলদা হায়রগনা মখোয় অদু অমগা অমগা 'বিবাদী' ওইনদনবা শীনবা অসিনি। ঈশক মথল মথলনা তোঙান তোঙানবা মওঙদা তাইনবদগী সুংগী ঈহৌ মতুংইন্না অকুপ্পা ঈশক হৌরকই। অকুপ্পা ঈশক অসিনা সুংগী ঈহৌগী মহুৎশিনবা শক্তম্নি।

থৌইগুম্বস্লুং মথেলনাইবা নত্তবা অতোপ্পা মওঙ অমস্লু ছন্দদা লৈগদবনি। মতুদি—থৌদোকপরেংগী মন্নুংদা করিগুম্বা মথল অমগী অমত্তওইবগী মরী অমা। ঈশৈদা স্বরগী মতুংইন্না মথেলনাইবা মওঙ লৈহল্লি, তালনা স্বর পুন্নমক অতুবু অমতওইবগী মরী অমদা লেংশিল্লি। ঈথক লৈবা মফম অতুদ মতম পূন্নমক্তা ফিভম অনীগী থৌওঙ উবা ফংই—অমনা চংপা ( গতি ), অমনা লেপ্পা ( স্থিতি )। অয়াঙবগী থৌইন্সিন্না করিগুম্বা মায়কৈ অমদা চংনীংবা অমস্লুং অরেপ্পা ফিভমদা হল্লিন্নীংবা—থৌওঙ অনী অসি অমগা অমগা থেংনবদগী ঈথক হৌরকই। ছন্দদস্লু অমরোমদা মথেলনাইবা মরম্না 'চংপা' অমস্লুং অমরোমদা অমতওইবগী মরী লৈবা মরম্না 'লেপ্পা'—ফিভম অনী অসি তিন্নবদগী ঈথক্কী মওঙ ফাওরকই।

মরম অতুনা ছন্দ লৈবা মফমদা অহানবদা শাজং মান্নবা থৌদোক-পরেং লৈগদবনি, অনীশুবদা পূন্নমক অতুগী মরক্তা করিগুম্বা মথল অমগী অমতওইবগী মরী লৈগদবনি, অহুমশুবদা মথোয় অতুগী মরক্তা করিগুম্বা থোইদোকপা গুণ অমা থেন্নবদগী থোকপা মথেলনাইবগী ফজবা মওঙ অমা লৈগদবনি। খুদম ওইনা, ঈশৈদা স্বরগী পরেংদা তাল থায়দোকপনা অমতওইবা মওঙ অমস্লুং নৌবা কনবগী থেন্নবা মতুংইন্না মথেলনাইবা মওঙ থোকহল্লি, অমস্লুং মতৌ অস্লুন্না ছন্দগী ঈফাও লাকই।

শৈরেংছন্দগী মন্নুংদস্লু হায়রিবা মওঙশিং অসি থোইদোকপা শক্তমদা উবা ফংই। রাহৈলৈরেংগা রাহৈলৈরেংগা লেংশিন্নবনা শৈরেংছন্দগী থবক্লি। শৈবেংছন্দগী মতাংদা শাজংমান্নবা থৌদোক-পরেং হায়রগা থোম্বোক নত্রগা থোম্বোককাঙলূপ—অসিগুম্বা রাহৈ-লৈরেংগী শরুক অমা থঙনগনি; অমস্লুং পরেং হায়রগা মতমগী চাং অমা ইন্না লেংবা থঙনগনি। রাহৈলৈরেংগী শরুকশিং অতু করি করিগুম্বা গুণগী মায়কৈদা অমতওইবগী মওঙ লৈগনি; হায়বদি গুণ অতুগী মায়কৈদা থংন থংনবা রাহৈলৈরেংগী শরূকশিং অতু মওঙ অমত্তা

ওইগনি, নত্রগা করিগুম্বা লায়না-খঙবা (obvious) মওঙ নত্রগা ফিদম ইনগনি। ফিদম নত্রগা মওঙ অসিনা মতম মতমদা অনীংবা ভাবকী ইঙ্গিৎ পী, অমসুং মতম অমগদ অমতওইবা মওঙগা মথেলনাইবা মওঙগা তিম্নবা লৈহল্লি। তোঙ্গুম্বসুং অসিগুম্বা মখলগী মথেলনাইবা মওঙ অসিদা নিয়মগী চূপ্পী য়াম্না লৈ, মরম অতূনা অমতওইবগী লীপুন্না শরুক হেল্লি। সুংগী ঈহৌগা শাক্তৎ মাম্নবা মথেলনাইবগী মওঙ লৈহন্নবগীদমক অতোপ্পা করিগুম্বা গুণ অমগী মায়কৈদা মপূংফানা মনীংতম্বা য়াহনগদবনি। কবিনা মনীংতম্না গুণ অতূগী খেন্নবা মওঙ পুথোক্তুনা মথেলনাইবগী মওঙ থোকহল্লি অমসুং অনীংবা সুংহৌগী (আবেগ কী) ইঙ্গিৎ পী। চুম্নগী ফিদম অমা ইন্দুনতা চৎপ্রবদি ছন্দ অতূ রস চেল্লক্তে, খোয়শাওনরকই অমসুং মতূদা সুংহৌগী ইঙ্গিৎ অমতা য়াওদে। রাফম অসি কবি অমসুং ছন্দশিল্পী অয়াম্বনা কাউথোকপা মরম্না ছন্দগী ফজ্জবগী মরু অতূ মখোয়না ফাবা ঙমদে।

শৈরেংছন্দগী মরমদা নৈনবা তারবদি মরুওইনা ছন্দগী অমতওইবগী মরী অতূ নৈনগদবনি কবিনা মনীংতম্না মথেলনাইবা মওঙ লৈহল্লি, মতূগী মরমদা মায়কৈ কেপ্পমখৈদি ঙম্মী, অকক্নবা নিয়মনা পুল্লুবদি য়াদে। তোংগুম্বসু ছন্দগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিংগী মরক্তা অমতওইবগী মরী করিনা ওইবা যাবগে হায়বতুদি লোলগী শাজৎ ( nature ) মৈহৌরোল অমসুং শীজিন্নবগী নিয়মদা নন্দুনা লৈ, মতূগী মরমদা ছন্দগী ব্যাকরণ লেংবা য়াই।

শৈরেংছন্দগী শাজত্তি রাহৈপরেংগী চেন্নবা মগুণদা নন্দুনা লৈ। মরম অতূনা অহানবদা রাহৈপরেংগী চেন্নবা মগুণ করি ফরিমো অমসুং মতূদ মতৌ করম্না ছন্দ শেম্বা যাবগে হায়বতূ খঙগদবনি।

ধ্বনিবিজ্ঞানগী মতুংইন্না খোম্থোক নত্রগা syllable-না রাহৈপরেংগী অণুনি। লৈয়েংনা অমুক থংপদা হায়দোকপা খোম্নিলগী শরুক অতূনা খোম্থোক্লি। খোম্থোক হায়দোক্লবগীদমক খোরী অমসুং কাওন সুংশাস্বর হোনব মতমদা খোনাউদা লৈবা য়াওবনবা

কায়াৎকী লৈফম মতুংইন্না মুংশাইনিল অতু করিগুম্বা স্বর অমা ওইরকই, অমসুং অতুগী মতুংদা য়ামুংগী অমসু' লৈয়েং খৎপগী মওঙ মতুংইন্না ব্যঞ্জনগী খোন্নিলসু অয়াম্বা মতমদা খোকহল্লি। রা-ভাঙনবা কায়াৎকী শরুকশিংগী লৈফম অমসুং লেঙওৎপদা অমগা অমগা খেন্নবা মতুংইন্না খোম্থোক্কা শকফমগী নত্রগা খোন্নিলগী খেন্নবা লাকহল্লি অমসুং মথলমথা অয়াম্বা খোম্থোক খোকহল্লি। খোম্থোক খুদিঙদা স্বর অমথক্কা লৈগনি অমসুং স্বর অতুনা খোম্থোক্কী মরুওইবা শরুক্কি। অহেনবা ব্যঞ্জনময়েক্তি স্বর অতুগী থোইদোকপা মশক অমা তাকপতনি।

ধ্বনিবিজ্ঞানগী মতুংইন্না স্বরগী চেন্নবা মগুণ মরি লৈ— (১) অরাম্বা, (২) অশাংবা, (৩) খোনরাং অমসুং (৪) স্বর মচু। (রাফম অসি অনীশুবা শরুক্কী ৫শুবা মতাংদসু হায়খ্রে।) স্বরগী চেন্নবা মগুণশিং অসিতা নত্তনা, খোম্থোক কয়ামরুম লেংশিল্লগা রাহৈপরেং শেন্নবা মতমদসু খোন্নিল মওঙ অমা অনী উবা ফংই। রা ভাঙবা মতমদা থবোম্বীদা মুংশাইনিল লেতবা মতমদা মুংশাস্বর হৌন্নবগীদমক লেপ্পী, মুংশাস্বর হোল্লিঙৈ মতম্মক্তদা খোন্নিল খোকহনবা য়াদে। মরম অতুনা রাহৈপরেংগী মরক মরক্তদা pause নত্রগা লেপফম লৈবা উই। অসিতা নত্তনা কবি করিগুম্বদা লেপফম লৈতবা মফমদসু লৈয়েং হন্না হন্না খৎলুরবা মতুংদা ভাইহাক্তং পোথানবা মফম লৈবসু য়াওই।

রা ভাঙবা মতমদা মথলমথা অয়াম্বা খোম্থোক অমসুং অপূনবা খোম্থোক্কী মথংমনাওনাইবা খোনহাযদা হায়দোকই। তৌইগুম্বসুং ছন্দগী ঈফাওদি রাহৈপরেং মওঙ অতৈ অতৈ য়াওদনা থোইদোকপা মওঙ অমা অনীদগী লাকই। রাহৈপরেংগী করিগুম্বা থোইদোকপা চেন্নবা মগুণ অমদগী ছন্দনাইবা রাহৈলৈরেংগী অমতওইবগী মরী অমসুং মতুংগী মতীকচাবা ফিদম ফংবা ঙম্মী। অদুগা পুক্রাংগী ঈংলৈশু রাহৈপরেংগী অতোপ্পা করিগুম্বা চেন্নবা মগুণ অমগী খোনকাপকী মথেলনাইবা কওনা কোংদোকই—মতুদি, বৈদিক সংস্কৃত্তা পাদ (foot) খুদিঙগী

খোঙ্খোকমশীংদা অমসুং পাদগী অরোইবদা লৈবা খোঙ্খোক কয়া-মরুমগী খোনকাপমশীনগী নিয়মদা ছন্দগী অমত্তওইবগী মরী কংবা ভম্মী ; খোঙ্খোক কয়ামরুম অচুগী খোনকাপমশীন অচুনা পাদগী অরোইবদা খোইদোকপা মখল অমগী cadence নত্রগা অহাইবা (দোলন) মওঙ অমা ঐখোয়দা ফাওহল্লি। অচুগা অমুক পাদ খুদিঙগী মমুংচনবা তোঙান তোঙানবা খোঙ্খোক্কী উদাত্ত, অনুদাত্ত, স্বরিত খেন্নবা মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা খোনকাপতা স্বরগী খোনরাং ( pitch ) লৈবা মরন্না মুংগী ঈহোগী ইঙ্গিৎ পুবা মথেলনাইবা মওঙ ফাওহল্লি। লৌকিক সংস্কৃতকী অরিবা ছন্দ পূন্নমক্তা চরণ (শৈখোঙ) খুদিঙগী খোঙ্খোকমশীং অমসুং খোনকাপমশীংদা অমত্তওইবগী মরী উবা ফংই ; তৌইগুম্বসুং অতেন অশাং খেন্নবা মতুংইন্না খোঙ্খোক শীনবগী নিয়মনা মথেলনাইবগী মওঙ লৈহল্লি। অনৌবা সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃত ছন্দদা অমদি অরাং-ভারতত্তা চৎনরিবা লোল পূন্নমক্কী ছন্দদদি অমত্তওইবগী মরী অসি অতোপ্পা মওঙ অমদা লৈবা উই ; মচুদদি পর্ব (তানখোঙমরু) খুদিঙগী অপূনবা খোনকাপমশীংনা ছন্দদা অমত্ত-ওইবগী মওঙ খঙহল্লি। Measure নত্রগা পর্বগী মমুংদা খোনকাপকী খোঙ্খোকমশীনগী মরমদা কবিনা মপুংফানা মনীংতম্বা য়াই। ইংরেজী ছন্দদদি অমুক accent হায়বদি খোইদোকপা খোঙ্খোক অমা হায়-দোক্লবগীদমক স্বর লূমথবনা খোল্লিলগী মরুওইবা মওঙনি। শৈখোঙ খুদিঙদা অকরুবা মশীংগী foot নত্রগা গণ লৈবা অচুনা অমত্তওইবগী মওঙ খঙহল্লি ; তৌইগুম্বসুং গণগী মমুংদা accent-য়াওবা অমসুং accent-য়াওদবা খোঙ্খোক্কী মশীন্দগী মথেলনাইবগী মওঙ খঙবা ভম্মী।

মতৌ অম্সুন্না তোঙান তোঙানবা লৈবাক্তা অমসুং তোঙান তোঙানবা লোলদা ছন্দগী শাজৎ ( nature ) অমসুং ফিদম তোঙান তোঙাল্লি হায়বা খঙবা ভম্মী। ছন্দগী মচাক নত্রগা মচম্দগী খোক্পা য়াহৈপরেংগী শাজৎ, অমত্তওইবা অমসুং মথেলনাইবা মওঙ খঙমবগী

য়ুম্ফম ওইবা মগুণ, অমতওইবগী ফিদম, অমতওইবা অমসুং মথেংনা-ই-বগী অমগা অমগা তাইনবগী মশীন—হীরম পুম্নমক অসিদা খেন্নব উবা ফংই। মতুংদি, লৌকিক সংস্কৃতকী বৃত্ত ছন্দগী মওঙগা অনৌবা মাত্রাবৃত্তকী মাত্রাবৃত্ত নন্নগা জাতি ছন্দগী মওঙগা পুমথেন খেন্নে। তোঙান তোঙানবা জাতিগী শাওঙশাহৌ অমসুং সভ্যতাগী মৈহৌরোল মতুংইন্না খেন্নবা অসি লাকপনি। অনার্যশিংনা সংস্কৃত লোল লোন্নরকপদগী অমসুং অনার্য ছন্দগী শক্তম ফংবদগী বৃত্ত ছন্দগী মফমদা জাতি ছন্দ লাকখিবা ওইবা য়াই। রাহৈপরেংগী মথলমথা অয়াম্বা মগুণ লৈরবত্ত থোইদোকপা মগুণ অমা অনীনা পুন্নীং অমসুং নাকোংবু চিংশিনবা ওন্মী—মসি জাতি খুদিঙমক্তা চপমান্নবা থোকই।

# মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ

মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা রাকমশিং অসি খঙবা তারবদি, অহানবদা মৈতৈ খোনহায়গী থোইদোকপা মওঙ খরা নীংশিংগদবনি। থোই-দোকপা মওঙশিং অসিগা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎকা য়াম্না মরী লৈনৈ।

মৈতৈ খোনহায়গী নিয়মদা য়াম্না অকরুবা মওঙ করিগুম্বা মায় লৈ অমতদা লৈতে। লৈবাক খুদিঙমক্তা মীনা রা ডাঙবা মতমদা মীওই খেন্নবা অমসুং মতম খেন্নবগী মতুংইন্না চপমান্নবা রাহৈ অমগী খোন্নিলদা অথোই-অহেন নাইনা খেন্নবা উবা ফংই। তৌইগুম্বসুং লোল অয়াম্বদা রাহৈগী মগুণ অমা নন্নগা অমনা অতোপ্পা মগুণদগী মরুওইবা হেন্নি অমসুং মগুণ অদু ইন্দুনা ছন্দলৈরেং শেম্মী। সংস্কৃততা খোন্থোক-শিংগী মসুংদা করম্বনা তেনগনি, করম্বনা শাংগনি হায়বা অদু হান্নগী লেপ্তুনা লৈ, রারেং শৈরেং অনীমক্তা মচু কায়দনা থম্মী, অমসুং মচুগী মতুংইন্না ছন্দ শেম্মী। ইংরেজীদদি খোন্থোকী অতেন-অশাং হান্নদগী লেপ্তে অমসুং শৈরেংদা ছন্দ তারুবগীদমক খোন্থোক চিংথোক চিংশিন তৌই, অদুম ওইনমক accent-কী মায়কৈদদি খোনহায়গী মরমদা

য়াবা য়াদবা য়াম্না লৈ। রাহৈগী করিগুম্বা খোম্থোক্তা accent নত্রগা খোল্লুম তাগনি হায়বসি হান্নদগী লেপ্তুনা লৈ অমসুং accent-কী মতুংইন্না ছন্দ শেম্মী. তৌইগুম্বসুং খোম্থোক্কী খোনকাপ নত্রগা মতমগী চাং করি ওইগদগে হায়বা অছুগী মরমদদি করিগুম্বা অরেপ্পা নিয়ম লৈতে। মথাগী খুদম অসিদা রাক্ষম অসি নৈনছুনা য়েংসি—

নোং জম্ জম্ হৈথরকপা মতম অছুদা, লৌক কোল নীংথিনা
শিরবী মুদ্রং তৌবী মোনহা অমথক লৌরেম্বম ইংখোল্লোমদগী
শোরোক পাংনা খোরকপা উছুনা মংলেম কোবা পাথং অমনা
খোংনাং মরুমদগী চোংখোরক্লগা মোনহা অছুবু চিংগে তৌরম্মী।
তাঞ্জা অসিদা ইখণ্ড খণ্ডহোদনা মশম-মনা ইফা ফাবা মুপা অমনা
থাঙ শর্ হাইগম্তুনা মংলেমগী মরেংবান্দা য়াম্থরম্মী। মছু উবদা
মুপী অছুনা পাখম্তুনা মুংশা থবেৎ থবেৎ কোল্লছুনা হায়রম্মী,
"হৈমাইপেমা, মাঙলে, মাঙলে, করি মতৌনেইগে তৌরিসিদে।"
মুপা অছুনা হায়রকই, 'ঐ লৈরিভৈদবু লমহেনবা শারিয়ে,
মৈত্রবাকসে মুপী নহা অমত লম্বী চংপা য়াশিল্লক্করে।

(এথক্তা পরেংশিং অসিদা অশাংবা লৈই মরক মরক্তা চিংছুনা খোনহায়গী পোথাক্তম খণ্ডহল্লি, অমসুং ভারতকী সঙ্গীতবিজ্ঞানগী চৎনবী অশম খুদম মতুংইন্না খোম্থোক্কী মথক্তা খুদম-লৈই চিংছুনা খোনকাপমশীং উৎলি; মথক্তা। চিংলবদি খোনকাপ অমা।)

চিংলবদি খোনকাপ অনী, ।।। চিংলবদি খোনকাপ অহুম খণ্ডনগনি। )

মথক্কী পরেংশিং অসিদা য়াওরিবা খোম্থোকশিং অসিগী খোন-কাপ খন্নরবদি মখাগী নিয়মশিং অসি লেপ্পা য়াই :—

(১) মহৌশানা মৈতৈ খোনহায়দা খোম্থোক খুদিঙমক অতেনবা নত্রগা খোনকাপ অমা ওইনা লৌই।

(২) তৌইগুম্বসুং মতম অয়াম্বদা হেন্না শাংবা খোম্থোক অমসুং করি করিগুম্বদা হেন্না তেনবা খোম্থোকসু উবা ফংই।

(ক) ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক অমনা শাবা রাহৈদি মহৌশানা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই; খুদম—'নোং', 'লীক', 'কোল', 'থাঙ'; তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা মতমদা খোনকাপ অমতা ওইনা লৌবসু য়াওই; খুদম—'জম্', 'শর্'।

(খ) রাহৈগী অরোইবদা লৈবা ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক করি করিগুম্বদা শাংই ( খুদম— 'লৌরেম্বম' হায়বসিদা 'বম', 'মংলেম' হায়বসিদা 'লেম' ); অতুগা করি করিগুম্বদা তেনবসু য়াওই ( খুদম—'মুত্রং' হায়বসিদা 'ত্রং', 'খবেৎ' হায়বসিদা 'বেৎ' )।

(গ) রাহৈগী ময়ুংদা ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক করি করিগুম্বদা শাংই ( খুদম— 'হৈখরকপা' হায়বসিদা 'রক' ); করি করিগুম্বদা তেল্লি ( খুদম—'হাইগস্তুনা' হায়বসিদা 'গৎ', 'য়াম্থরম্মী' হায়বসিদা 'য়ান্' ); করিগুম্বদা কা হেন্না শাংদোকখিবসু য়াওই (খুদম—য়াশিল্লক্করে' হায়বসিদা 'শিল্' )।

(ঘ) তিন্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক করি করিগুম্বদা শাংই ( খুদম—'মতৌনেইগে' হায়বসিদা 'নেই', 'শারিয়ে' হায়বসিদা 'রিয়ে [=রিএ]' ); করিগুম্বদা কা হেন্না শাংদোকখিবসু য়াওই ( খুদম—'হৈম্মাইপেমা' হায়বসিদা 'মাই'; অতুগা করি করিগুম্বদা তেনবসু য়াওই (খুদম—'হাইগস্তুনা' হায়বসিদা' 'হাই', 'হায়রম্মী' হায়বসিদা 'হায়' )।

(ঙ) ভিন্নদবা স্বরনা চন্বা খোম্বোক মহৌশানা তেল্লি, তৌই-থম্মু মখোয় অছু শাংহন্নৌংবা মতমদা শাংহনবা য়াই— 'নীংথিনা' হায়বসিদা 'থি', 'তাঙ্গা' হায়বসিদা 'ঙ্গা' 'শারিয়ে' হায়বসিদা 'শা'।

মখাগী শৈরেং শরূক অসিদগীসু হায়রিবা নিয়মশিং অসি লেপ্পা য়াই-

(১) নিংথোকাবা য়েরক্লে | লৈপাকপোকপা ইরক্লে, |

(২) রেল গাডী ঝক্ ঝক্ | জাহাজ জম্ জম্ |

(৩) খুনা য়াওবা খোরক্লে | মথং মথং থুংলরে, |

(৪) য়ুমশকৈশ শগোলশেল | চোংথরক্লে দম্ দম্। |

(৫) ইচেবেম্মা নোংমাইজাং | পুককবীদি য়াওরক্লে, |

(৬) রেল জাহাজ্ তোংনবা | লৈশা লৈতবরনে? |

( অঙাং তোনানবগী শৈরেং—সাহিত্য অপোখা )

মসিদা উরি,—

(ক) ব্যঞ্জনা চন্বা খোম্বোক অমনা শাবা য়াহৈ কয়িগুম্বদা শাংই ( খুদম— ২শুবা পরেংদা 'জম্' ), কয়িগুম্বদা তেল্লি ( খুদম—২শুবা পরেংদা 'ঝক্', ৬শুবা পরেংদা 'রেল' ), কয়িগুম্বদা কা হেন্না শাংই ( খুদম—২শুবা পরেংদা 'রেল' )।

(খ) য়াহৈগী অরোইবদা লৈবা ব্যঞ্জনা চন্বা খোম্বোক কয়িগুম্বদা শাংই ( খুদম—৪শুবা পরেংগী 'শগোলশেল' হায়বসিদা 'শেল', ৫শুবা পরেংগী 'নোংমাইজীং' হায়বসিদা 'জীং', ৬শুবা পরেংগী 'জাহাজ্' হায়বসিদা 'হাজ্' ), অমশুং কয়িগুম্বদা তেল্লি ( খুদম—১বা পরেংগী 'লৈপাক' হায়বসিদা 'পাক', ৩শুবা পরেংগী 'মথং' হায়বসিদা 'থং' )।

(গ) রাহৈগী অহৌবা অমসুং মরক্তা লৈবা ব্যঞ্জনা চম্বা খোম্থোক করিগুম্বদা তেল্লি ( খুদম— ১বা পরেংগী 'নিংথৌকাবা' হায়বসিদা 'নিং', ৩শুবা পরেংগী 'য়াঙনা' হায়বসিদা 'য়াঙ', ৪শুবা পরেংগী 'শগোলশেল' হায়বসিদা 'গোল' ; অমসুং করিগুম্বদা শাংই (খুদম— ১বা পরেংগী 'য়ৌরক্রে', 'হল্লক্রে' হায়বসিদা 'রক্' অমসুং 'লক্' ; ৫শুবা পরেংগী 'থুংলরে' হায়বসিদা 'থুং' ; ৬শুবা পরেংগী 'তোংনবা' হায়বসিদা 'তোং' ) ।

(ঘ) তিম্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক করিগুম্বদা শাংই ( খুদম— ৬শুবা পরেংগী 'লৈতবরনে' হায়বসিদা 'লৈ' ), অমসুং করিগুম্বদা তেল্লি ( খুদম—৫শুবা পরেংগী 'নোংমাইজীং' হায়বসিদা 'মাই' ) ।

(ঙ) তিম্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্তি অয়াম্বা মতমদা তেল্লি, তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বদা শাংই ( খুদম— ২শুবা পরেংগী 'গাড়ী' হায়বসিদা 'ড়ী', 'জাহ'-জ' হায়বসিদা 'হা' ) ।

অসিতা নম্বনা মফম খেন্নবা মতুংইন্না রাহৈ অমতগী তোঙান তোঙানবা খোনহায় লৈবা য়াই। খুদম— ২শুবা অমসুং ৬শুবা পরেংদা য়াওরিবা 'রেল' হায়বা রাহৈ অসিগী খোনহায় মান্নদে; ২শুবা পরেংগী 'রেল'-না খোনকাপ অহুল্লি, ৬শুবা পরেংগী 'রেল'-না খোনকাপ অমনি। মথাগী পরেংশিং অসিদসু হায়রিবা মওঙ অসি উবা ফংলি—

(১) হো ইমা ইমাও | ঐসু লাকে ইমাও

(২) খোংত্রে ইমা | ঐগী বীণাদে ( চাউবা )

পরেং অনী অসিদা 'ইমা' হায়বা রাহৈ অসিগী খোনহায় মান্নদে; ১বা পরেংদা 'ইমা' খোনকাপ অনীনি অমসুং ২শুবা পরেংদা 'ইমা' খোনকপ অহুল্লি।

অসিনচিংবা খুদমশিং অসিদগী মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ অসি কয়াদা অরেপ্পা নাইদবগে হায়বন্থ শেংনা খঙবা ঙম্মী। ভারতকী সঙ্গীততস্থ মওঙ অসি উবা ফংই। ঈশৈদা অশকপগী অনীংবা মতুং-ইন্না খোম্থোক অমগী চাং সিকি মাত্রা হায়বদি মাত্রা মশুংদগী মাত্রা মরিফাওবা ওইহনবা য়াই। চুন্না রারীশাবদদি অস্থক য়ান্না মাত্রা হোংবসি চৎনদে; অদু ওইরবস্থ মাত্রা মথায়দগী মাত্রা অনী, অহুম-ফাওবা হোংবা ইতত্তনা উই। খোনহায় য়ান্না হোংবগী মওঙ অসিগা মৈতৈ ছন্দগা থোইদোকপা মরী অমা লৈনৈ।

মৈতৈগী রা-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াৎনা (থোইদোক্লা লৈয়েং থোংপা মরন্না) মৈতৈগী খোনহায়দা অসিগুম্বা মওঙ অসি লৈহল্লিবনি। খোম্থোক অমবু ওইহন্নীংবা মতুংইন্না তেলহনবা নম্ভগা শাংহনবসি মৈতৈগী মফমদা লায়না থোকই। খোম্থোক খুদিঙমক তেম্না হায়-দোকপদা হৈনবা অমা ওইনা তৌই, অদু ওইরবস্থ রাহৈগী অরোইবদা তিন্নবা খোম্থোক লৈরবদি মহৌশানা মদুগী খোনহায় শাংই (খুদম— 'ইমোম লাংলেন সনাহল' হায়বসিদা 'মোম', 'লেন', 'হল' হায়বা অসি খোম্থোক অমমমতা ওইরবস্থ খোনকাপ অনী অনী ওইনা পাই)। তৌইগুম্বস্থং করি করিগুম্বদা রাহৈগী অরোইবদা লৈবা তিন্নবা খোম্থোকস্থ তেলহনবা য়াই। মসিগী খুদম হান্না উখ্রে।

মৈতৈগী রা-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াৎ থোংপা মরন্না মৈতৈ খোন-হায়দা থোইদোকপা মওঙ অমস্থ উবা ফংই। মৈতৈগী লৈয়েং অমস্থং রা-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াত্তি য়াম্না থুনা লেঙই অমস্থং থৎলি, হায়বদি, য়াম্না থুনা লৈফম অমস্থং মওঙ হোংই। মরম অদুনা মৈতৈ খোনহায়দা স্বর খুদিঙমক হায়দোক্লবা হোৎনবগী শক্লাক থোইদোক্লা য়াওদে। ইংরেজী অমস্থং সংস্কৃত লোন্দা স্বরনা খোনহায়গী মায়কৈদা রাহৈ-পরেংগী অথোইবা শক্লক্সি অমস্থং ছন্দ শেম্বদা স্বর খুদিঙমকী মরম (ওজন) অমস্থং হিসাব চানহনগদবনি। **Immortality, Ethereal, Melody** অসিনচিংবা রাহৈগী স্বর খুদিঙমকী হিসাব ছন্দগী

মসুংদা য়াওই, অমসুং মরম অদুনা শৈরেংদা Immortality হায়বা রাহৈসিবু স্বর অমনা শাবা রাহৈ মঙাগা মান্নরা লৌই।

তৌইগুম্বস্নুং মৈতৈগীদদি স্বরনা মরুওইবা মওঙ অসি উদে। 'Immortality'-গা 'How sweet those days are' হায়বসিগা নম্রগা 'Melody'-গা 'Love gets wings' হায়বসিগা মরাম (ওজন) মান্নরা লৌবগী মওঙসি মৈতৈ খোনহায়গী নিয়মদদি লৈতে। মরমদি মৈতৈ খোনহায়দা স্বরনা অতোপ্পা ময়েকশিংবু নম্বত্তুনা থমদে। স্বর হায়দোক্নবা হোৎনবনা রাহৈপরেংগী খ্বাইদগী মরুওইবা থবক নত্তে। মৈতৈলোন্দদি য়াম্না লায়না স্বর হায়দোকপা য়াই অমসুং য়াম্না থুনা স্বরগী খোনকাপ হেঙ্গৎপা, হস্নবা নম্রগা মতুগী মথক্তা খোনহায়গী শাফু পীবা য়াই। অয়াম্বা মতমদা অসুক্কী মতীক য়াংনা স্বর হায়দোকপা য়াই মদুদি ছন্দগী হিসাবতা মতু য়াওহন্দবফাওবা য়াই। থুদম—

তোং তোং তোংদ্রম্বা চক্কক নাক্কক চবায়বা  
লাই মোম্বোক মশীং থী থাদোই কৌইদা।

```
  |    |    |      উব্ |  | |  ঋক্ |   ঋক্ |   আয়্ |
=তোং তোং তোংদ্র্     বা | চক্     নাক্     চব্      বা

 |     |    ওক্ |   ঈং |  | |  |    |   ই |
লাই  মোর্       মশ্     থী | থাদোই কৌ      দা
```

অদুগা অনৌশুবা শরাক্কী (৩৭ ঘ) অমসুং (৩৭ ঙ)-শুবা মতাংদা পীরিবা থুদমশিং অদুদসু অসিগুম্বা মওঙ অসি উবা ফংই; মদুদি— 'অতিয়াদা'

```
       ই                       ই
='অত্ য়াদা'='অত্যাদা', 'করিয়ে'='কর্ য়ে'='কর্য়ে', 'আদগী
            অগ
অসে'='আদ্      ঈঅসে'='আদৈসে'।
```

অতোপ্পা মায়কৈ অমদগীসু মসিগী প্রমাণ ফংই। অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না উই, রাহৈগী মসুংদা করিগুম্বা স্বর অমবু হায়রবসু হায়রবসু ছন্দদা করিমতা অকায়বা লৈতে। মদুদি—

'আর্য দ্রাবিড় অনার্য | বৌদ্ধ খ্রীষ্টীয়ান দীক্ষা
খেম্বা খম্মোই-ঈপাক্লি | ভারত-তীর্থ ঐখোয়গী'

হায়বসিদা 'দ্রাবিড়' হায়বা রাহৈ অসিগী অরোইবা ময়েক 'ড়' অসি স্বরনা চম্বা ওইনা পারবস্ম 'ড়্' ওইনা লৌরবস্ম ছন্দদি অঙ্কা ওইনা অহুম লৈ ; মমাঙগী স্বর 'ই'-বু শাংনা অমস্তুং অরোইবা ময়েক 'ড়'-বু 'ড়্' ওইনা পারগা খোনকাপ চানহল্লবা মতুংদস্ম খরা য়াংলপনা 'অ'

অ

হায়দোকপা য়াই [ আর্য দ্রাবিড়্ ], মসিদা ছন্দগী অকায়বা করিমতা লাক্তে। মতৌ অস্মুম্না 'ভারত তীর্থ' হায়বসি 'ভারত্-তীর্থ' নত্রগা

অ

'ভারত্ -তীর্থ' হায়না পাবা য়াই।

মরম অহুনা হৌজিক ঐখোয়না হায়বা ওম্মী, খোম্মোকমশীংনা মৈতৈ ছন্দগী য়ুক্ষম নত্তে। হায়বদি, স্বরগী মশীং নত্রগা স্বরগী করিগুম্বা অখল্লবা গুণ অমদা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ নন্দুনা লৈতে। নল্লম্লবদি, মথক্তা হায়খ্রিবা খুদম অসিদা 'দ্রাবিড়' হায়বা রাহৈ অসিবু অমুক্তা স্বর অনী ওইনা অমুক্তা স্বর অহুম ওইনা লৌবদা ছন্দগী খেল্লবা লৈরমগদবনি।

তৌইগুম্বস্তুং মৈতৈ ছন্দদা খোম্মোক্কী খোনকাপনিয়ম লৈতে হায়বদি য়াদে। নিয়মদি লৈ, অতোপ্পা মকমদা নিয়ম অতু নৈনরি। মসিদা অসিদং হায়নীংই, মতুদি মৈতৈ খোনহায়দদি খোম্মোক্কী খোনকাপকী মরমদা খোইদোকপা অকক্লবা নিয়ম লৈতে। মরম অহুনা ছন্দগী ওইহল্লীংবা মওঙ ইল্লা খোনকাপ হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াই।

## লোল্লেপ, খোল্লেপ অমস্তুং ছন্দগী শরুক

লোল্লেপ অমস্তুং খোল্লেপকী মরমদা অনীগুবা শরুক্তা চাউরাক্লা নৈনত্রে। ছন্দগী মমুংদা লোল্লেপ অমস্তুং খোল্লেপকী থবক মুল্লা খওবা তারবদি মখোয়গী খেল্লবা অমস্তুং ছন্দগী শরুক্তা মখোয়গা লৈনবা মরী অহু কুম্না খওগদবনি।

রা ঙাঙবা মতমদা পোথাবা স্লক্লাই নাইদনা চিংহুনা ঙাঙবা য়াদে, থবোম্বীদা নুংশিং রাংলগা থবোম্বী হাপচিল্লি হায়বদি চিংশিল্লি (contracts) অমস্তুং হকচাংগী পাঙ্গল মতুংইন্না অথোই-অহেন নাইনা চিংশিন্নবা হোংলৈ। মরম অতুনা মতম খরগী মতুংদা অমুক হন্না নুংশাস্বর হোঙিন্নবগীদমক রা ঙাঙব লেপ্পা তারকই। স্বর হোঙিল্লিলৈঙেদদি রা ঙাঙথোকপা যাদে। শিঙ্গংপা নত্রগা অথূকপা নত্রগা শাগংপা র খরগী ঈতৌ লাকপা মতম অঙ্গদা থবোম্বীগা তাইনবা হকচাংগী তেংশিং অমা মতম খরগীদমক ফিঙ্গংলি, মতম অতুদা চিংশিন্নবা হোংলবা রাংলি, অমস্তুং মরম অতুনা অতুক য়াম্না থুনা পোথাননাই ওইদে। মরম অসিনা য়াম্ন শাগংপা রাঙাঙদা নত্রগা ঈরাঙহৌবা কবিতা পাবদা য়াম্না তেংযন পোথানদে। ঙাঙবা নত্রগা পাবা মতমদা অস্তুম্না পোথাবা অসি ছয় স্বা মতমদা রাহৈ-পরেংগী অর্থগা মতুংইন্না, অদুনা মসি চাংনাদে—হায়বদি মতম অস্তুক্কা মতুংদা পোথাগনি হায়বগা অরেপ্পা চাং লৈতে। অর্থগী মতুংইন্না রাহৈপরেংগা মরক্তা অমস্তুং অরোইবদা পোথাবা অসিবু মৈতে ছন্দদা লোল্লেপ (ছেদ) কৌই।

করিগুম্বা রাহৈপরেং অমা মচা থায়না পারবদি ঐখোয়না উবা ফংগনি, মরক মরক্তা লোল্লেপ লৈবা মরম্না মহু তোঙান তোঙানবা শরুক কয়ামরুম থোক্না থায়দোক্কুনা লৈ। শরুক খুদিঙমক অসি breath-group হায়বদি নুংশাস্বর-কাঙলুপ অমমম্নি, অমস্তুং তোঙান তোঙানবা শরুক্কী মরক্তা breath pause নত্রগ লোল্লেপ অমমম লৈ। ব্যাকরণগী মতুংইনা রাহৈপরেং খুদিঙমক মপুংফাবা নুংশাস্বর-কাঙলুপ অমমম্নি নত্রগা নুংশাস্বর-কাঙলুপ কয়ামকঙ্গী অপুনবান। রাহৈপরেংগী অরোইবা লোল্লেপতি থবা শাংই, অদুনা মসিবু major breath-pause হায়বদি মপুংফাবা লোল্লেপ হায়বা য়াই। রাহৈপরেংগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা phrase নত্রগা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলুপকী অরোইবদা লৈবা লোল্লেপতি তেল্লি, অদুনা মহুবু

minor breath pause নত্রগা মতেকওইবা লোল্লেপ হায়বা য়াই। মুংশাস্বর-কাঙলূপ খুদিঙদা রাহৈ কম্নামরুম লৈবা য়াই, তৌইশুম্বস্নুং হায়দোকপা মতমদা মুংশাস্বর-কাঙলূপ অমতগী মম্নুংদা খোন্নিলগী খোঙথাং লেপ্তুনা চৎলি।

মপূংফাবা লোল্লেপ লৈবা মতমদা লৈয়েং থরা শাংনা পোত্থাবা মরম্না মতম অতুদা মুংশাস্বর খবা শাংনা হোঙ্গিল্লি। মসিবু স্বরপল্লেপ (শ্বাসযতি) হায়বস্নু যাই। অতুগা মপূংফাবা লোল্লেপ লৈবা মফমদা অর্থ মপূংফাবা মরম্না মসিবু অর্থপল্লেপ (ভাবযতি নত্রগা অর্থযতি) হায়বস্নু য়াই তৌইশুম্বস্নুং মতেকওইব লোল্লেপ লৈবা মফম-শিংদস্নু স্বরগা পল্লেপথম অমস্নুং অর্থগী পল্লেপফম লৈবা মরম্না স্বরপল্লেপ (breath-pause) অমদি অর্থপল্লেপ (sense-pause) হাযবা রাহৌশং অসি মপূংফাবা অমদি মতেকওইবা লোল্লেপ মথল অনীমক্কী তোঙান তোঙানব মিংথোল ওইনা খঙনৈ। হায়বদি, মপূংফাবা লোল্লেপ্ত স্বরপল্লেপ অমদি অর্থপল্লেপ হাযন খঙনবগুম্না মতেকওইবা লোল্লেপ্তস্নু স্বরপল্লেপ অমদি অর্থপল্লেপ হাযনা খঙনৈ। মতেকওইবা লোল্লেপ লৈবা মফমদ অর্থচেনবা রাহৈকাঙলূপ লোইরে হায়না খঙনগনি; মতেকওইবা লোল্লেপ লৈবা মরম্না রাহৈপরেংগী মনুংদা রাহৈ অমগা রাহৈ অমগা রাহৈকাঙলূপ অমগা রাহৈকাঙলূপ অমগা লৈনবা মরী অদু খঙবা ঙম্মী অমস্নুং রাহৈপরেং অমবু অর্থচেনবা তোঙান তোঙানবা শরুক্তা থায়দোকপা য়াই।

খুদম অমা য়েংসি—

"মণিপুরগী মমাঙবৈগী অহল্লমনশিংনা তৌরম্বা থবকশিংগী মনুংদা * খ্বাইদগী হেন্না লানবা * অমস্নুং খ্বাইদগী হেন্না মণিপুর পুন্নমক্কী ম চনবগী মশক ওইবদি * বাংলা ময়েক্কা মৈতৈলোল ইবা হৌদোকপা * অদুগা বাংলা লোলনা ঈশৈ শকপা হৌদোকপা * অনী অসিনি * *।"

('সাহিত্য অমস্নুং রস'—দ্বিজমণি)

মথক্কী রাহৈপরেং অসি পাবা মতমদা থরাম্মিচাক অমা ময়েকপা মকমদা ভাইহাক লেপ্পী, মতুদা মতেকওইবা লোল্লেপ তাই ; মসিদা লেপত্রবদি করম্বা রাহৈগা করম্বা রাহৈগা মরী লৈনবগে হায়রবহ্ খঙবা ওমদে। মতেকওইবা লে ল্লেপশিং অসিনা রাহৈপরেংবু অর্থচেনবা শরুক কযামরুম থোক্লা খাযদোক্লি। থরাম্মিচাক অমী ময়েকপা মকমদা মপূংফাবা লোল্লেপ তারি ; মতুদা অর্থ মপুংফায় অমস্তুং রাহৈপরেং লোই। অসিগুম্বা মফমদা থোনহায শাংনা পোশ্বায অমস্তুং নৌনা স্নুংশাস্বর হোঞ্জিল্লি। রাহৈপরেংগী মনুংদা ছন্দলৈরেং শেম্নবা অমতন ওইবগী মওঙ লৈহনগদবা অতু লোল্লেপ তাফম্না অয়াম্বা মতমদা তাকই। অকক্লবা মতমগী চাংশন্না নত্রগা করিগুম্বা ক্ষিদম ইম্না খায়দোকপা মতমগী চাংথন্দা তাবা লোল্লেপতগী ছন্দগী ঈক্ষাও লাকই। শামুথোঙ ছন্দ, তানথোঙ অহুমচৎপী অসিমচিংবা ছন্দদা লোল্লেপকী লৈফম্না অয়াম্বা মতমদা ছন্দগী শক্তক ভংকই। খুদম—

(অ) কজবগী মকাদগী ★ / লাক্লি সুংগী পাউদি ★ ★ //
কজথোইবা সুংশিথোইবা ★ / কংদে উবা যাদি ★ ★ //

(আ) লৈজদে ঐগীদি ★ ⁝ ভক্তিসি নত্তনা ★ /
খুৱাথাদা নঙগী ★ ⁝ কচ্ছনবা পেল্লা ★ — /
লৌবিয়ু ননাইগী ⁝ ভক্তি ★ ★ //

থম্মোইসি নত্তনা ★ ⁝ লৈজদে অমত্তা ★ /
ননাইগী লৈজবা ★ ⁝ কচ্ছরি অসিত্তা ★ — /
পীবিয়ু পুম্ফিগী ⁝ মুক্তি ★ ★ //

মথক্কী খুদম অমী অসিদা অর্থগী তাংকক মতুংইন্না ছন্দগী তাংকক খায়দোকপা উরি, মতেকওইবা লোল্লেপ অমস্তুং মপূংফাবা লোল্লেপ তাকম তাকমদা ছন্দগী ঈক্ষাও লৈহল্লি।

তৌইগুম্বসুং অয়াম্বা মতমদা শৈরেংদা লোল্লেপ তাকম মতুংইন্না ছন্দগী অমতওইবা মওঙ লেপ্তে। লোল্লেপ তাবগী মতম অকক্লবা শৈরেং অহু কাজগী খোঙথাংগুম্না ঈথকহৌদবা অমসুং মথেলনাইদবা ওইনা খোকই, মরম অতুনা মতুদা নীংথজনা ক্রীগী ঈংহৌগী ইঙ্গিৎ লাক্তে। ইংরেজীদা Pope কী Heroic Couplet-ত, বাংলাগী ভারতচন্দ্রগী পয়ারদা অমসুং মৈতৈগীদা চাউবগী শৈরেং অয়াম্বদা অমতা ওইনা চিংবা ঈথবহৌদবা সুরণা ঈফাও লৈ। পুক্নীংদা খোইদোকপা ভাবকী শবনবা ঈহৌ লাকহনবা ছন্দগী শৈরেংদা লোল্লেপকী লৈফম অতুক য়াম্না চাংনাইদে হান্নসু হায়খ্রে, ছন্দগী থন্নায়দি মথেলনাইবদা, মথেলনাইবদগী থোকপা ঈথক্তা অমদি সুংগী ঈহৌ শন্দোকপদা লৈ। অমতওইবগী মওঙনা ছন্দগী উচম্নি, মথেল-নাইবনা মাগী মশক্নি। লোল্লেপকী লৈফম্না ছন্দগী অমতওইবা মওঙ খঙনরবদি রাহৈলৈরেংগী অতোপ্পা ক'রগুম্বা মওঙ অমন মথেলনাইবগী মওঙ লৈহনগদবনি। তৌইগুম্বসুং খোম্নল খায়দোবপনা পুক্নীং অমসুং নাকোংদা খ্বাইদগী হেন্না পাল্লি, মরম অতুনা লোল্লেপনা অমতওইবগী চূপ্পী লৈহল্লগ রাহৈলৈরেগী অতোপ্পা মওঙনা লৈহনবা মথেলনাইবগী মওঙ অতুদি য়াম্না এমি শাম্মী। মরম অসিনা ঈহৌ কনবা ভাবকী ছন্দদা লোল্লেপনা মথেলনাইবগী মচাক ওইতুনা লৈ।

লোল্লেপ নত্তবা রাহৈপরেংগী অতোপ্পা মওঙনসু অমতওইবগী মওঙ লৈহনবা য়াই। তোঙান তোঙানবা জাতিগী খোনহায়গী নিয়ম খেন্নবা মতুংইন্না রাহৈপরেংগী করিগুম্বা মওঙ অমবু অমত ওইবগী মচাক ওইনা লৌই। করিগুম্বা জাতি অমগী লোন্দা ন্না-ভাঙনবা হকচাং-কায়াংনা মশক নাইনা হোৎনবগী মথক্তা ননবা অমসুং জাতি অমগী মী পুন্নমকী খোনহায়দা মপুংফানা কায়দনা লৈবা রাহৈপরেংগী মওঙ অতুনা অমতওইবগী মচাক্তি হায়বা য়াই।

ইংরেজীদা করি করিগুম্বা খোম্থোকী খোনহায়দা স্বর লূমথবা য়াওই, মতুবু accent-য়াওবা খোম্থোক কৌই। Accent অসিগী

লৈফম্না ইংরেজী ছন্দগী খ্বাইদগী মরুওইবা পোৎশক্নি। তৌইগুম্বসুং মৈতৈলোন্দদি করিগুম্বা খোম্থোক্কী খে নহায়দা স্বর লূমথবগী মহৌ-শাগী ওইবা অমসুং চাংনাইবা নিয়ম লৈতে, হায়বদি মৈতৈলোলগী খোম্থোক্কা খোল্লুম তাবগী অসিগুম্বা অপ্পা নিয়ম অমত্তা লৈতে, মহুদা নহ্লগা ছন্দগী অমতওইবা মওঙ শেম্ব যাবা। মৈতৈলোলগী রাহৈগী অহৌবদা মহৌশানা খোল্লুম খর তাগল্লি মরম অসিনা মৈতে রাহৈ অয়াম্বগী অরোইবা খোম্থেক্তা স্বর শোম্থে। বাংলা অমসুং সাওতালীনচিংবা লোন্দসু অসিগুম্ব মওঙ অসি উবা ফংই।

তৌইগুম্বসুং মৈতৈ রাহৈগী অহৌবদা মহৌশানা তাবা খোল্লুম অতুগী মপাঙ্গল য়াম্না শোনবা মরম্না মতুনা পুক্নীং অমসুং নাকোংদা য়াম্না পালহনবা ঙমদে। মৈতৈগী লৈতোন খোংপা অমসুং থুবা মরম্না অমুক্তদা রাহৈ য়াম্না হায়দোকই, অমসুং মরম অতুনা রাহৈ খুদঙগী থোইদোকপা খোম্থোক্কী মথক্তা খোল্লুম য়াম্না তাহনবা খরা লুনা থোকই—খোম্থোক পূম্নক চপমান্নবা পাবদ অয়াম্বা হৈনৈ। খুদম ওইনা, "পৃথিবীদা হৌজিক চৎনারিবা অমদি চৎনরম্বদগী চৎখিত্রবা লোলশিংগী মঙ্গংদা খবদি, মখোয়গা মরী লৈনবা লোলশিং অতু মূৎখিব্দগী নত্রগা মতীকচাবা খুদম লেঙবদগী করিগুম্ব লোলগী শাগৈ অমত্তদা তিলহনবা য়াদ্রি।"—অসিগুম্বা রাহেপরেং অমা পাবা মতমদা রাহৈ খুদিঙদা শীংথাবা য়ানা মপাঙ্গল কনবা খোল্লুম য়াওদে। করি করিগুম্বা রাহৈবু তোঙান্না পাবা নত্রগা হায়দোকপা মতমদা রাহৈগী অহৌবদা খোল্লুম খর তরবস্থ ইংরেজী রাহৈগী accent-য়াওবা খোম্থোক্তা পাঙ্গল লৈবা অতুক মৈতৈ রাহৈগী অসিগুম্বা অহানবা খোম্থোক্তা লৈতে। 'কে´বা', 'শা´ংপা' অসিনচিংবা রাহৈগী অহৌবদা লৈবা খোল্লুম তাবা খোম্থোকশিং অসিদগী ref´ute, inst´inct অসিনচিংবা ইংরেজী রাহৈগী accent-য়াওবা খোম্থোকশিং অসিনা কনবা য়াম্না হেল্লি।

মৈতৈ খোনহায়দা খোল্লুম শেংনা ফাওবা য়াওরিবা অহু রাহৈ-দগী লাকপা নত্তে, রাহৈ ময়াম তিম্নবদগী লাকপনি। রাহৈ কয়ামরুম তিম্নরগা শেম্বা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলুপকী অহানবা শরুক্তা করিগুম্বা রাহৈ অমদা খোল্লুম শেংনা তাই মথক্তা মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ নৈনবা মতাংদা খুদম ওইনা যাওরিবা বারেংশরুক অহুগী তাংককশিং অহু য়েংজবদি উবা ফংগনি, তাংকক খুদিঙদা নম্রগা রাহৈকাঙলুপ খুদিঙদা রাহৈ অমথক্তা করিগুম্বা খোম্থোক অমগী মথক্তা খোল্লুম শেংনা তারি। মহুদি—'তাঙ্গা অসিদা ইর্থঙ খঙহৌদনা | মশম-মনা ইর্ফা-ফাবা মুপা অমনা | থাঙ শর্ব্ হাইগতুনা | মংলেমগী মরেংবান্দা য়াম্থরম্বা |' । রাহৈপরেংগী শরুক্তা নম্রগা রাহৈকাঙলুপকা মন্নুংদা অর্থ অমমুং লৈফমগী মায়কৈদা মরুওইরবদি করিগুম্বা রাহৈ অমদা অহুম খোল্লুম তাবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী ওইব অমসুং চাংওইনা লৈবা খোল্লুমদি রাহৈ খুদিঙমক্তা শেংনা ফাংদে। রাহৈপরেংগী শরুক খুদিঙদা লৈবা খোল্লুম অহুনা রাহৈপরেংগী ছন্দগী তাংকক লায়না খঙহল্লি অমসুং ছন্দঈথক্কী লৈফম তাকই। তৌইগুম্বসুং খোল্লুম অসি ছন্দগী তাংকক অমসুং অর্থগী তাংকক থায়বগী মহয়নি, মরম নত্তে; হায়বদি ছন্দগী তাংকক অমসুং অর্থগী তাংকক থায়বনা খোল্লুম থোকহল্লক্লিবনি, খোল্লুম্না মখোয়বু থোকহল্লকপা নত্তে মরম অহুনা মৈতৈলোন্দা খোল্লুম্না ছন্দগী তাংকক থায়নবগী হায়বদি শরুক থায়নবগী অমতওইবা মওঙ অহু খঙহনবা ঙমদে।

অকরুবা মতমগী চাংদা রা ঙাঙনবা হকচাং-কায়াত্তা নৌনা পাঙ্গল হাপ্পনা মৈতৈলোন্দা ছন্দগী শরুক থায়দোকপগী লংজীম্নি।

মৈতৈগী রা-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াৎ অসি য়াম্না থুনা লেঙ-ওৎলি অমসুং খোৎলি অহুগা চোকথবসু থুই। স্বর হোঙ্গিনবা মতুংদগী মথংগী মপুংকাবা লোম্লেপ লাক্তি্কাওবা রা-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী থবক লেপ্তনা চৎলি। মতম অসিদা খোম্থোক য়াম্না হায়দোকই।

মরম অদুনা হায়না ডাইহাক পোথাহৌদবা নত্রগ লেপহৌদবা য়াদে। অশাংবা স্বর য়াম্না শীজিন্নবা লোলশিংদা অশাংবা স্বর হায়দোকপা মতমদা লৈয়েং ডাইহাক পোথায় ; মরম অদুনা তোডাম্না লৈযেংগী পোথাক্ফম তাকপা চঙদে। তৌইগুম্বসুং মৈতৈলোন্দা অশাংবা স্বর শীজিন্নবা য়াম্না রাংলি, মরম অদুনা লোল্লেপ নত্তবা লৈয়েংগী পোথাক্ফম অতৈশু থম্মী। খোল্লী অমুক অমুক্তা লেয়েংনা খোম্থোক কয়ামরুম হায়দোক্লবা মতুংদা অমুক হন্না পাঙ্গল তানাশন্নবগীদমক পোথায়। পোথারবা মতুংদা অমুক খোল্লী অমুক্তা খোম্থোক কয়ামরুম হায়দোকই। অসুম্না লৈয়েংনা পোথাবা অসিবু খোল্লেপ (metrical pause/যতি) হায়না খঙনৈ। খোল্লেপ লেফমদা খোল্লী অমমম নত্রগা impulse অমমম লোহফাম্ন অমসুং মতুগ মতুংদা খোল্লী অমা অমুক হৌই।

ঐখোয়না মসিদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ, হায়বদি breath-pause অমসুং metrical pause অনী অসিগ খেন্নবা উৎলি। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত ছন্দশাস্ত্রদা অসুম্না খেন্নবা অসি য়াদে। সংস্কৃততা "যতির্জিহ্বেষ্টবিরামস্থানম্" অমসুং "যতির্বিচ্ছেদঃ" সংজ্ঞা মখল অনী অসি লৈ। সংস্কৃত ছন্দোবদ্ধকী রাথান্দ খোন্নিল থায়দোকপা মতমদা লৈয়েং পোথাগনি অমসুং অতোপ্পা মতমদা লৈয়েংগী থবক লেপ্পনা চংকনি—অসিনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না মসিমদি য়েংশিনখিদে, মহুদি অশাংবা স্বর শায়দোকপা মতমদসু লৈয়েং ডাইহাক্তুং পোথায় অমসুং পোথাবা অসিনা মরম ওইহনুনা খোনকাপ ২৮ পত্রগ ওইগী মতুংদ লোল্লেপ তাহনবা য়াই।

অমা ওইরবসু অমা ওইরবত্তু মৈতৈ ছন্দদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ—তানথায়ফম মখল অনী লৈ হায়বসি য়াদবা ঙমদে। লোল্লেপ মখল অনীনি—মতেঙওইবা লোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা লোল্লেপ। খোল্লেপনা খে নকাপ খেন্নবা মতুংইন্না মখল অহুম— অমা খোল্লেপ, ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা খোল্লেপ। খ্বাইদগী শীকপা ছন্দগী শরুকশিংগী মতুংদা অয়াংবা খোল্লেপ, খ্বাইদগী চাউবা

ছন্দগী শরুকশিংগী মতুংদা মপুংফাবা .থাল্লেপ. অদুগা খ্বাইদগী পীকপা অমসুং খ্বাইদগী চাউবা শরুক্তা মবকওইনা চাউবা শরুক্তী অরোইবদা ময়াযওইবা খোল্লেপ তাই।

অযাম্বা মতমদা মৈতৈ কবিতদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ মফম অমওদা তাই,— মতেকওইনা লোল্লেপকা ময়াযওইবা খোল্লেপকা অমসুং মপুংফাবা লোল্লেপকা পূক্রব খোল্লেপকা তিন্নখি। মসি মথক্তা পীখ্রিবা থুদমশিং ছন্দ মৈপোকপা উখ্রে। তৌইগুম্বসুং মতম পূম্নক্তা তিন্নবদি যাদে। ঈচেলনাইবা ছন্দদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ অমগা অমগা থইদোক্না হায়বদি তিন্নদনা ভাব ফোংদোক্লবগী পাঙ্গল অমসুং থেলনাইবা হেল্লবনি। ঈচেলনাইবা ছন্দ নত্তবা অতোপ্পা নওঙৈ ছন্দসু লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ চপচানা তিন্নদবা যাওই—মপুংফাবা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ তিন্নরবসু মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং ময়াযওইবা খোল্লেপ তিন্নদবা যাওই। মাসগী থুদমদি লাইবিক্তা অনাশুবা মায়সুং লেহুমশুনা শরুক্তা এরোয়না থে নখ্রে।

খোল্লেপকী লৈফমদা সেতে ছন্দগী অমতওইবগী ঈফাও লাকই। অকক্নবা নতমগী চাংদা কবিগুম্বা মীদম অমা হন্না খোল্লেপ তাগনি। তৌইগুম্বসুং লোল্লেপতি করি করিগুম্বদা মথেলনাইনা ছন্দগী শরুক্তী মরক মরক্তা তাহনা ছন্দগী অমতওইবা লীচিংগী মনুংদা মথেলনাইবা ঈহৌ শেম্মী। লোল্লেপকা তিন্নদনা খোল্লেপ তাবা মতমদা লৈযেংগী থবক লেপ্লাসু খোল্লিপা ঈহৌগীদ পাবানা টানা মতম অদুদ ধ্বনিগী কিন্তমদি অশাংবা লীচিং ( drawl ) অমদা লৈ। অদুগা লৈয়েংনা খোল্লিল-ঈহৌগী অয়াঙবা মতুংইন্না থংলা মতমদসু থডহোদনা লোল্লেপ তাই; মতম অদুদা মীৎকুপ অমা দগীক খোল্লিল লেপ্পী, তৌইগুম্বসুং লৈয়েংদি পোথাদে, খোল্লিল ঈহৌসু লেপদে, অমসুং লোল্লেপকী মতুংদা খোল্লিল ঈচেল হোৌবা মতমদা অমুক অনৌবা খোল্লিল ঈহৌ লাক্লে। লোল্লেপতি অর্থগী মতুংইন্না তাই; মরম অদুনা মসিনা শৈরেংবু অর্থগী মতুংইন্না শরুক থায়দোকই। অদুগা রা-ডাঙনবা হকচাং-কায়াংকী

পাঙল মতুংইন্না খোল্লেপ তাই। মসিনা শৈরেংবু অকক্লবা চাংদা ছন্দগী শক্লক খায়দোকই। ছন্দগী শক্লক খুদিঙমক রা-ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎ-কী ঈহৌ অমমমগী খোনকাপ মতুংইন্না ওই। খোম্লিল-ঈহৌ অমমমদা অকক্লবা খোনকাপকী মুংশাস্বর থবোম্বীদগী খোরকই। খোম্লিল-ঈহৌ অসিগী খোনকাপনা মৈতৈছন্দগী শক্লক হায়বদি তানথায়দা অমতওইবগী মওঙ ওইনা লৈ।

কনা কনাগুম্বনা হায়, অকক্লবা মতমগী চাংদা খোল্লুম-য়াওবা খোম্বোক লৈবনা ছন্দগী শক্লক খায়নবা ঈফাও লাকহল্লি। তৌই-গুম্বসুং রাকম অসি অচুম্বনি হায়না নীংদে। অয়াম্বা মতমদা ছন্দগী শক্লক অমমম শেম্বা রাহৈশিং অহুবু পুন্না ৩১১৩৩-group নত্রগা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলুপ হায়বা য়াই, মরম অতুনা রাহৈকাঙলুপ অতুগী অহৌবদা খোল্লুম অমা তম্বা য়াই। মরম অতুনা খোল্লুম তাকম্না ছন্দগী শক্লক খায়কনা তাকই হায়ন হনবা য়াই। মতুদি—

কোয়ৌ লোংন রাংবয়া / পহৌ ইপানা মরাংই //

মালেম লৈনা লুম্বরা / পলেম ইনানা মরুমই //

তৌইগুম্বসুং মতম পুন্নমক্তা অ.ম্না ভাক ওইদে। ছন্দকাঙলুপ নত্রগা ছন্দগী শক্লকী রাহৈ কয়ামরুন অতুনা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলুপ ওইদবা য়াম্না য়াওই; হায়বাদি অথ কাঙলুপ অমসুং ছন্দকাঙলুপ অনী অসি অমতা ওইনা লৈতবা মতাং য়াম্না য়াওই। মতুদি—

মতোক্তা মণি চেনবা / অবাবা-খায়ৌ অসে পুক্লীংগী //
শাহনুগে জগোই, * ঐগী / মুয়াসিনা অকাপ্রবা বাঁশীগী, * //
অহানবা হৌবা অয়ুকী / চেক্লানা, * মদোম মুংঙাইজরগা //
খক্লিবা মুর অতুনা / তিলহনজরগা মুংশনা শেংনা //
পেনজগে পম্বোইসে ঐগী। ম * /

হায়রিবা পরেং থরা অসিদা অর্থকাণ্ডলুপ অমসুং ছন্দকাণ্ডলুপ তিমদবগী মওঙ উরি। অদুগীসু মথক্তা রাহৈকাণ্ডলুপকী অহানবা খোম্থোক্তা মতম পুম্নমক্তা খোল্লম তাদে। অর্থগী মতুংইন্না মরুওইবা রাহৈদা খোল্লম তাবনা নিয়মনি। অদুগা শৈরেংগী শৈখোঙদা খোল্লম সুক-য়াও য়াওদবা ছন্দগী শরুকসু অয়াম্বা মতমদা য়াওই, খুদম ওইনা সঙ্গীতকী তাল থায়দোক্পদা খোল্লুম য়াওদবা অঙ্গ। খালি নত্রগা ফাঁক ) অমা মরক মরক্তা লৈ। খোল্লুম য়াওবা রাহৈদা তপ্পবা ময়েক য়াওরবদি অয়াম্বা মতমদা রাহৈগী অহানবা খোম্থোক্তা খোল্লম তাদনা তপ্পবা ময়েক্কী মমৈগী খোম্থোক্তে তাই। খুদম—

শম্রেম্বী খোরক্লো / নহুম পোক্লেন শাবিগে /

লাই থুবাক থুবিগে //

মরম অদুনা খোল্লম তাফম্না ছন্দগী শরুক খায়ফম তাক্তে হায়বা য়াই।

মতাং অসিদা খঙজিন্নীঙাই রাফম অম লৈ। মৈতৈগী খ্বাইদগী পীকপা ছন্দ-শরুক হায়বদি তানখোঙমরু অমমমসি সংস্কৃতকী 'পাদ' নত্রগা ইংরেজীগী foot নত্তে। সংস্কৃত ছন্দদা পাদ হায়রগা শ্লোক অমগী মরি থোকপগী শরুক অমা খঙনৈ। মদুগী মনুংদা গণ কয়ামরুম অমসুং লোল্লেপ অমদগী হেন্না লৈবা য়াই, অদুগা গণ খুদিঙদা অশাংবা স্বরগী মশীন নত্রগা মাত্রা মতুংইন্না লেপফম লৈবা য়াই। ইংরেজীদা foot হায়রগা accent-কী মতুংইন্না খোম্থোক শীনবগী ফিদম অমবু খঙনৈ। ইংরেজীদা foot কী অরোহবদ করিগুম্বা খোল্লেপ নত্রগা পোত্থাকফম লৈএরবসু য়াই, রাহৈগা মনুংদা লেপফম লেতবা নফমদসু foot লোইবা য়াই মৈতৈ ছন্দদা তানখোঙমরু অমনমদি আসঙবা ফিদম অমমম শুহবত্তা নত্তে। ইংরেজী foot অমসুং মৈতৈ তান-খোঙমরু আসবু অনতান ওয়না লৌরবাদ য়াম্না শংথীবা অরানবা

অমা ওইগনি। মসিগী মরমদা মঙাশুবা শরুক্তা খরগা শন্দোক্লা অমুক নৈনরকখিগনি।

ভারতকী সঙ্গীতশাস্ত্রদা তালগী হিসাবতা 'বিভাগ' হায়না খণ্ডনরিবা অতুগা খ্বাইদগী পীকপা ছন্দগী শরুক্কা মাম্নে। সংস্কৃততা 'পর্ব্বন্' হায়না খণ্ডনরিবা অতুগা মৈতৈ ছন্দগী খ্বাইদগী পীকপা শরুক্কা মাম্নে। মৈতৈ ছন্দদা খ্বাইদগী পীকপা ছন্দ-শরুক 'তানখোঙমরু'-না ছন্দগী মরুওইবা শরুক্কি। অকরুবা চাংগী খোনকাপকী তানখোঙমরুনা মৈতৈ ছন্দ শেম্মী। খোন্নিল-ঈহৌ অমুক অমুক্তা চোকথবা নম্রগা পোত্থানীংবা ফাওদ্রিক্কাওবা হায়দোকপা য়াবা শরুক অতুবু তান-খোঙমরু কৌই। তানখোঙমরুনা মৈতৈছন্দগী মরুওইবা মচন্নি।

## তানখোঙমতেক

হান্নবা হায়খ্রে, খোম্হোকমশীংনা মৈতৈ ছন্দগী মূখম ওইদে। সংস্কৃত, ইংরেজীনচিংবা লোলগী ছন্দদা খোম্হোক খুদিঙমক মরুওইবা অতুক মৈতৈ ছন্দদদি ওইদে। মহোশানা নোংচুপলোমগী ছন্দশাস্ত্র-লেংবশিংগী মততা খোম্হোক্লা ছন্দগী অণুনি। তৌইগুম্বসুং নোংচুপকী ছন্দশাস্ত্রলেংবা এরিষ্টোক্সেমসকী মততি, অকরুবা চাংগী মতমগী শরুক মতুংইন্না ছন্দলৈরেং শেম্মী অসিনি। হৌজিক্কী লোল পূন্নমকী ছন্দগী মরমদা মত অসি অচুম্বা ওইদবদি য়াই, তৌইগুম্বসুং এরিষ্টোক্সেমসনা থায়নগী গ্রীক অমসুং মতম অতুগী নোংপোক্কী লোন্দা চৎনবা ছন্দ নৈনরগা মত অসি ফোংদোক্লম্বনি হায়না নীংই।

অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু, মৈতৈ য়ারেং নম্রগা শৈরেং পাবা মতমদা খোম্হোক খুদিঙমক নম্রগা মখোম্নগী করিগুম্বা থোইদোকপা মগুণগী খেন্নবা অতু পুক্নীংদা নম্রগা নাকোংদা অতুক য়াম্না পান্দে। মৈতৈগী য়া-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী নম্রগা মৈতৈ খোনহায়গী অয়াংবা মগুণ নম্রগা অতুগুম্না অতোপ্পা করিগুম্বা মগুণ অমনা অসুম্না তৌহনবা

ওইবস্তু য়াই। অতু ওইরবস্তু মসিদি অচুম্বনি, মতুদি বাহৈ অমস্তুং মতুগী খোনকাপ অতু ঐখোয়গী নাকোংদা শেংনা ফাওই, করিগুম্বা খোম্থোক নত্রগা মতুগী করিগুম্বা মগুণ অমতা য়াবেংদা নত্রগা শৈরেংদা কদায়দস্তু অতুক য়াম্না শেংনা ফাওহনবা ঙমদে। অতুনা ঐখোয়গী ছন্দগী মরুওইবা মচাক অমস্তুং খোনহায়গী যুক্ষমদি খোম্থোক নত্তে, য়াহৈ মপূম্নি।

মৈতৈ ব্যাকরণগী নিয়মদগীস্থ হায়রিবা মৈতৈলোলগী মওঙ অসি খঙবা ঙম্মী। মৈতৈলোন্দা য়াহৈদগী পদ শেম্বা মতমদা য়াহৈগা অতোপ্পা য়াহৈ অমগা পকশিন্নে। একবচনদগী বহুবচন শেম্বদা অমস্তুং মথলমথা অয়াম্বা কারক, মথল মথা অয়াম্বা ল কার, কৃৎ, তদ্ধিত অসিনচিংবা অসিগী তোঙান তোঙানবা মওঙ শেম্বদ য়াহৈদা বিভক্তি নত্রগা প্রত্যয় খঙনবা অতোপ্পা য়াহৈ হাপ্পনা নিয়মনি; সংস্কৃতকী মতৌগুম্না খোম্থোক হোংবতনা হাযরিবা থবকশিং অসি পাঙথোক্কে। হৌরম অসোনদা প্রত্যয়-খঙনবা য়াহৈ শীজিন্নবা লোলকাঙলূপকা মৈতৈলোলগা মান্নে।

মৈতৈলোলগী নিয়ম অমনা— য়াহৈ খুদিঙকপু নক্নবা অতোপ্পা য়াহৈগা তিম্নহন্দবা অসিনি। মৈতৈলোন্দা নক্নবা খোম্থোক অনী সন্ধি তৌনয়গা খোম্থোক অমা ওইহনবগী নিয়ম লৈতে। অতোপ্পা লোন্দগী মশক হোংদোক্তনা চঙলকপা য়াহৈগী মনুংদদি অসিগুম্বা সন্ধি অসি লৈবা য়াই। সমাস-তৌনবা য়াহৈ ওইরবস্তু মৈতৈ য়াহৈগী মনুংদা অসিগুম্বা সন্ধি অসি চৎলদে; 'চেদা ইবা', 'অউবা-উদবা', 'লাবা-অমোম' অসিনচিংবা পদশিং অসি সমাস-তৌনবা ওইরবস্তু 'চেদেবা', 'অউবোদবা', 'লাবামোম' অস্তুম্না খোম্থোক অনী সন্ধি তৌনরগা খোম্থোক অমা ওইনা হায়বগী মওঙ য়াওরিবসি য়াদে—পদকী মনুং-চনবা য়াহৈ খুদিঙমক অসি তিম্নদনা অতুম লৈগদবনি। অতোপ্পা লোন্দগী মশক হোংদনা চঙলকপ য়াহৈস্তু অশেংবা মৈতৈগী নিয়মদা শীজিন্নরবদি মখোয় অতু সমাস তৌনবা মতমদা হায়রিবা সন্ধিগী মওঙ

অসি য়াওদনা হায়বদি তিন্নহন্দনা থম্বা য়াই , মতুদি—'অনাথ-আশ্রম', 'ভাগ্য-আকাশ', 'বিদায আরতি' অসিনচিংবা ।

মৈতৈ ছন্দগী শাক্রুং প্ণবা ক'বশদি মৈতৈলোলগী নিযমশিং অসি মুন্না নীংশিংগদবনি। মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমরু অমমন্থু খোম্বোক কয়ামরুমগী অপূনবনি হয়না লৌদনা রাহৈ কযামরুমগী অপূনবনি হায়না লৌগদবনি। নত্রবদি মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা কাঙলোলশিং অতু চপচানা থঙবা ঙম্লোই। ঋতু কয়াদি হৌথরে' হায়বা তানখোঙমরু অসিগী মথুংদা খোম্বোক ৮থক লৈরিবা অসিতা য়েংলগা য়াবা নত্তে, মসি 'ঋতু', 'কয়াদি', 'হৌখরে' হায়বা রাহৈ অহুম অসিগী অপূনবনি হাযবসিস্থ হিসাবতা য়াওদ্রবদি মৈতৈ ছন্দগী মওঙ অতু লাকশিনবা ঙম্লোই ।

মহৌশানা মৈতৈ রাহৈদি খোনকাপ অনী নত্রগা অহুম, করি করিগুম্বদা অমা ন্ত্রগা মরিগী ওইবস্থ য়াওই। সমাস-তৌনবা নত্রগা বিভক্তি-য়াওবা ওইরবাদ মসিদগী হেন্না চাউবা রাহৈস্থ লৈবা য়াই, তৌইগুম্বস্থং মৈতৈগী রাহৈ মপুংদ মসিদগী হেন্না চাউদে। খোনকাপ মরিদগী চাউবা করিগুম্বা রাহৈ শীঞ্জিন্নরবদি হায়দোকপা মতমদা মশানা অহুম থুগাযতুনা পীকশিলহল্লি। মসিস্থ মৈতৈ খোনহায়গী থোইদোকপা নিয়ম অমনি, অমস্থং মসিগা মৈতৈ ছন্দগী নিয়মগা মরী য়াম্না নৱে। 'পাইখরবা' হায়বা রাহৈ অসি খোনকাপ মারমি, তৌইগুম্বস্থং 'পাইখরবনা' হায়বসিনা খোনকাপ মঙানি, মরম অসিনা মসি পাবা মতমদা মশানা অহুম 'পাইখ- রবনা' অম্মা থুগায়রগা হায়দোকই। মতৌ অসিগুম্না 'খীকথরক্লিবসে' হায়বা রাহৈসি 'খীকথ—রক্লিবসে' অম্না হায়দোক্লে।

তানখোঙমরুগী মথুংদা য়াওরিবা রাহৈ-মপুং থুদিঙমক মথন মথন্তা নত্রগা অতোপ্পা রাহৈ অমা অনীগা লোয়ননা তানখোঙমরুগী কায়াং (Beat) হায়বদি তানখোঙমতেক অমমুম ওইতুনা লৈ। থুদম ওইনা,

ভারতকী সঙ্গীততা বিভাগ খুদিঙমক অঙ্গ কয়ামরুমগী অপুনবা ওইনা লৈ, মৈতৈ ছন্দদস্ু অহুগুম্না তানখোঙমরু খুদিঙমক কায়াৎ কয়ামরুমগী অপুনবা ওইনা লৈ। 'ঐগী বাঁশী মুংশিবা তাবিয়ুনে অশৈবা' হায়বা পরেং অসিদা তানখোঙমরু অনী লৈ—'ঐগী বাঁশী মু'শিবা' অমসুং 'তাবিয়ুনে অশৈবা'। অহানবা তানখোঙমরুনা 'ঐগী', 'বাঁশী', 'মুংশিবা' কায়াৎ অহুম অসিনা শাই ; অনীশুবা তানখোঙমরুনা 'তাবিয়ুনে', 'অশৈবা' কায়াৎ অনী অসিনা শাই। কায়াৎ খুদিঙমকী অহৌবদা স্বরগী অরাম্বা (intensity) খ্বাইদগী হেন্না লৈ, কায়াৎকী অরোইবদা অরাম্বা খ্বাই-দগী হন্থৈ। করি করিগুম্বদা অহৌবদা স্বরগী অরাম্বা রাংলগা অরোইবদা হেনবা য়াওই, অসুম তৌনা স্বরগী অরাম্বা হেঙ্গৎপা হন্থবা মতুংইন্না কায়াৎ হায়বদি তানখোমতেক খায়দোককম থঙবা ওম্মী। মথক্তা অর্থকাঙ-লুপ অমমমগী থোইদোকপা খোম্থোক্কী মথক্তা খোল্লুম তাবগী রাক্তম হায়খ্রিবা অহুগা স্বরগী অরাম্বগী রা অসিগা মান্নদে। স্বরগী অরাম্বা অসিদদি খোল্লুমদা তৌবগুম্না করিগুম্বা শাফু অমতা য়াওদে, নীংথিনা য়েংশিন্দ্রবদি স্বরগী অরাম্বা ফাবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং অসুম তৌনা কায়াৎ নত্রগা তানখোঙমতেক খায়দোকপা অসিদগী কবিতাগী তান-খোঙমরুদা ছন্দগী মওঙ থোরকই অমসুং তানখোঙমরুগী মতুংদা ঈথক-ঈহৌ নত্রগা অনীকপা অহাইবা মওঙ ফাওরকই। মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকপা নিয়মগী মতুংইন্না তানখোঙমতেকশিং অসি শীন্দ্রবদি শোয়দনা ছন্দ কায়গনি। তৌইগুম্বসুং তানখোঙমতেকশিং অসিবু মৈতৈ ছন্দগী মচন হায়বদি য়াদে—মরমদি মখোয়গী চাংচত্তগী ছন্দগী অমতওইবা মওঙ ফাওহন্দে। তানখোঙমরুগী মমুংচনবা তোঙান তোঙানবা কায়াৎ হায়বদি তানখোঙমতেক্কী খোনকাপনচিংবা মওঙ মান্নদবা য়াই, অমসুং মরম অহুনা তানখোঙমরুগী মমুংদা মথেলনাইবা মওঙ কয়ামরুম লৈহনবা য়াই।

মৈতৈ ছন্দগী নিয়মদা—য়ারিবমথৈ রাহৈ অমমম মপুংফানা তানখোঙমতেক অমগী মমুংদা লৈগদবনি। তানখোঙমতেক্তি চাংওইনা

খোনকাপ মরিদগী হেন্না চাউদে, করি করিগুম্বা মতমদা খোনকাপ মঙা অমস্তুং তরাক্কী তানখোঙমতেক ঊবা ফংই ; মরম অতুন অয়াম্বা মতমদা খোনকাপ মরিদগী চাউবা রাহৈদি থুগায়রগা তোঙানা তোঙানবা তানখোঙমতেক্কী মতুংদা থম্মী ; তৌইগুম্বস্তুং য়ারিবমথৈদি রাহৈগী ধাতুমপুং থুগায়দনা তানখোঙমতেক অমগী মতুংদা থমগদবনি। অতুগা করি করিগুম্বদা ছন্দলৈরেংগী কাঙলোল য়াম্না অকন্নবা মফমদা — খোইদোকহেন্দোক্না, খোল্লম য়াম্না য়াওবা ছন্দ হায়বদি খোল্লমখোই ছন্দদদি ছন্দ ঙাক্নবগীদমক নিয়ম অসি লাম্থোকপা য়াই।

# মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ

খোম্থোক্কী করিগুম্বা অথন্নবা মগুণ অমা নম্রগা অমদা করিগুম্বা অথন্নবা ছন্দনিয়ম অমা নন্দুনা লৈ ইংরেজী ছন্দদি মরুওইনা accent-কা মরী লৈনৈ ফজবা ইংরেজী কবিতাদা খোম্থোক্কী অশাংবা, স্বর-মচু অসিনচিংবনস্তু ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎহনবদা মতেং পাংই ; তৌইগুম্বস্তুং accent কী লেফম্ন ইংরেজী ছন্দদা খ্বাইদগী মরুওইবা হীরমনি। সংস্কৃত, বাংলা মৈতৈলোল অসিনচিংবা অয়াম্বা লোন্দা খোম্থোক্কী অশাংবা নম্রগা খোনকাপ মতুংইন্না ছন্দ শেম্মী। মৈতৈ ছন্দদা খোল্লমচিংবসি লৈত্রে হায়বাদ নত্তে, তৌইগুম্বস্তুং ছন্দগী য়ুম্ফমদি খোনকাপনি খোল্লম নম্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা নত্তে।

খোনকাপ ইনবা ছন্দগীস্থ তোঙান তোঙানবা নিয়ম লৈবা য়াই। সংস্কৃতকী বৃত্ত ছন্দদা অতেনবা অমস্তুং অশাংবা খোম্থোক শীনবগী মখেলনাইবা মওঙদা ছন্দগী ঈক্বাও নন্দুনা লৈ 'যা সৃ ষ্টিঃ স্র ষ্টু রা দ্য র্ব হ তি বি ধি হু তং যা হ বি র্যা চ হো ত্রী' হায়বা শৈখোঙ অসিদা অতেনবা খোম্থোক্কী মতুংদা অতেনবা নম্রগা অশাংবা অমস্তুং অশাংবা খোম্থোক্কী মতুংদা অশাংবা নম্রগা অতেনবা খোম্থোক

লৈহুনা মথেলনাইনা তিন্নবা মরম্না তোঙান তোঙানবা মওঙদা ভাবকী মথেলনাইবা ঈফাও লাকহল্লি। মসিদা ছন্দগী মহুৎদা খোম্লোক খুদিঙমক্কী খোনকাপনা ভাবকী ঈহৌ পোকহনবদা মতেং পাংলি অমসুং মথেলনাইনা ঈথক হৌহন্নবা মরুওইনা হোৎনল্লি। পাদ খুদিঙদা খোম্লোকমশীংদগী অমতওইবগী ঈফাও লাক্লি। মসিদা অমতওইবগী মওঙনা মরুওইবা পোৎ নত্তে, মথেলনাইবনা মরুওইবনি।

তৌইগুম্বসু মৈতৈ ছন্দদি খোনকাপকী মাম্নবা চাংচত্তা শেম্বনি; হায়বদি মসিগী শব্দক খুদিঙমক্তা খোনকাপকী অকরুবা চাংচৎ অমা লৈগদবনি। শৈখোঙ, তানখোঙ, তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙ-মতেক্কী খোনকাপমশীংনা মৈতৈ ছন্দগী মওঙ লেপ্পী। মৈতৈ ছন্দদা মহৌশানা মথেলনাইবদগী অমতওইবগী মওঙনা মরুওইবা হেল্লি। অকরুবা খোনকাপকী ছন্দশব্দকশিংবু মচন ওইনা শীজিন্নবগী মওঙদা ছন্দগী ঈফাও নন্দুনা লৈ। থাইদাকপা খোম্লোক খুদিঙমক্কী খোনকাপ নত্রগা করিগুম্বা ছন্দশব্দক অমগী মহুৎদা মখোয়বু শীনবগী মওঙ নত্রগা নিয়মনা মৈতৈ ছন্দগী যুক্ষম নত্তে। মৈতৈ ছন্দদা অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্লোক য়াম্নম লৈবা মফমশিং অদুদসু উবা ফংগনি— অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্লোক্কী মতিন্ন নত্রগা মশীন্দগী ছন্দগী ঈফাও লাক্তে। মহুদি—

অমৃত খোঞ্জেল : পুহনা : লমদম : তাম্ন : পাইরকপা /
$= (৩+৩+৩)+(৩+৩+৩)$

নোংগী : মপৈ : মপৈনা : থওহোদনা চুম্নকপা /
$= (৩+৩+৩)+(৬+৩)$

: খোঞ্জেন্না : কম্লকচৈ ।// $= (৩+৩+৩)$

মসিদা অতেনবা খোম্লোক্কা অশাংবা খোম্লোক্কা ফজনা শীন্নবসু তানখোঙমরু খুদিঙদা খোনকাপ মাপাল মাপাল লৈবা মরম্না ছন্দগী ঈফাও লাক্লিবনি, অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্লোক্কী মশীন্দা মথেলনা ' মওঙ লেপ্পা নত্তে

অনৌবা সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃত অতুগা মতুদগী থোরকপা অরাং-ভারতকী লোল পূন্নমক্তা মসিনা ছন্দগী মরুওইবা মওঙনি। ছন্দগী শরূক অমমমগী রাইহৈ হায়দোকপদা চঙবা মতম অতুগী মতুংইন্না ছন্দ শেম্নিবনি। অতুনদি থোনহায়গী থোন্নিল-ঈহৌ অমমমদা হোন্দোকপা স্বরগী চাং অতুনা থোনহায়গী খ্বাইদগী মরুওইবা পোৎনি। মসিদগী থবোম্বী শোনবা অমসুং রা-ঙাঙনবা হকচাং কায়াৎ থুনা চোকথবা অসিনচিংবা জাতিগী ওইবা মওঙ থরগী ইঙ্গিৎ ফংই। মসিগী মতুংদা ভারতকী জাতিতত্ত্ব হায়বদি জাতিরোলগী করিগুম্বা অরুবা সংজীন থুপ্তুনা লৈরম্বা য়াই। আর্যশিংনা অহানবা ভারত্তা লাকপা মতমদা মথোয়গী থোনহায়নিয়ম অমসুং ছন্দগী শাজৎ মওঙ অমত ওইরম্মী; তৌইগুম্বসুং মথোয়না ভারত্তা লাক্লবা মতুংদা মথোয়গী লোল অতু অনার্যশিংনসু লোনব হৌথ। অনার্যগী রা ঙাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী মওঙ অমসুং থোনহায়গী নিয়ম মতুংইন্না আর্যলোল অমসুং মতুদগী থোরকপা লোলগী থোনহায় অমসুং ছন্দনিয়ম হোংখি। ছন্দগী লৈবাক্তা 'অরায়বা সনা নাদা চিনবা' য়াদে, জাতি অমমমগী মশাগী লৈজবা মওঙ অতুদা মসিগী নিয়ম নন্দুনা লৈ। অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু মৈতৈলোন্দা থোন্নিল ঈহৌ অমমম নাইনা স্বর হেন্দোক্লগা রা ঙাঙথোকপনা খ্বাইদগী লায়, মরম অতুনা থোন্নিল-ঈহৌ অসিদা য়ুক্ষম ওইতুনা মৈতৈ ছন্দ শেম্মী। লৈ অমসুং থৌরাউতোংগী তোং চিংথোক চিংশিন্নচিংবগী পাম্বেনা মৈতৈ থোম্থোক্কী থোনহায় য়াম্না লায়না পাঙথোকই, মরম অতুনা থোম্থোক্কী মথংমনাও নত্রগা থোম্থোক মথল মথল মথেলনাইনা তিন্নবনা ছন্দগী মরুওইবা মওঙ নত্তে। স্বর হোনবগী থোন্নিল-ঈহৌ অমমমগী থোনকাপনা মৈতৈ ছন্দগী খ্বাইদগী মরুওইবা মওঙনি।

অমগা অমগা পুংবা চানবা নত্রগা symmetrical ওইবনা মৈতৈ ছন্দগী অতোপ্পা মরুওইবা মওঙ নত্রগা মগুণ অমনি। মৈতৈলোন্দা ছন্দগী কিদমদি জুরা জুরা নাইনা ছন্দশরূকশিংবু শীনথা অসিনি। মরম

অহুনা ২ নম্ব্রগা ৪—মশীং অনী অসিনা ছন্দ শেম্বদা অয়াম্বা শীজিন্নবা উই। ভারতকী সঙ্গীতকী মতম খায়দোকপদস্থ মওঙ অসি উবা ফংই; আবর্ত (খুৎকোয়) খুদিঙগী বিভাগমশীং অমস্থং বিভাগ খুদিঙগী অঙ্গমশীং চাংওইনা অনী নম্ব্রগা মরি লৈ। মৈতৈ কবিতাগী শৈখোঙশিংদস্থ চাংওইনা তানখোঙ অনী নম্ব্রগা মরি লৈ। মসিনা অরিবা ছন্দ পুম্নমক্কী মওঙনি। পৌরপনা য়েংবদা তানখোঙ অহুম-চৎপীবু ছন্দলৈরেং অতৈদগী তোঙানবা অমা ওইনা উই। তৌই-গুম্বস্থং অশাংবা তানখোঙ-অহুমচৎপী অসি তশেংবদি তানখোঙ-মরিচৎপীগী অশম্বা মওঙনি—অশাংবা তানখোঙ-অহুমচৎপীগী অরোইবা তানখোঙ অহুনা অতোপ্পা তানখোঙ অনী অহুদগী শাংবা হেল্লি; মুন্না য়েংশিল্লগা উবা ফংগনি, অহুমশুবা তানখোঙ অসি অহানবা তানখোঙ অনীগা মান্নবা শরূক অমগা থরা পীকপা শরূক অমগা পুল্লগা ওইবনি। অপীকপা শরূক হায়বদি তানখোঙ অসি মরিশুবা তানখোঙগী অথুপ্পা শক্তম্নি। অহুগা অতেনবা তানখোঙ-অহুমচৎপীগী অহুমশুবা তানখোঙ অহু অহানবা তানখোঙ অনীদগী হেন্না পীকপা মরম্না ছন্দলৈরেং অসিবু তানখোঙ-মরিচৎপীগী অথুপ্পা শক্রোল অমনি হায়না লৌবা য়াদে অমস্থং মরম অহুনা মসিদা পুংবা চানবা মওঙ লৈতে হায়না নীংবা য়াই। তৌইগুম্বস্থং অসিগুম্বা তানখোঙ অহুমচৎপীদি তানখোঙ অনীচৎপীগী অতোপ্পা শক্তম অমনি, মসিগী অহুমশুবা তানখোঙনা অহেনবা (hypermetric) শরূক ওইনা লৈজবতনি। খুদম ওইনা—

ব্রজ বৃন্দাবনগী স্বায়দা শাংথিরবা কুঞ্জবন্দা
ঙাল্লি রাধিকানা।
শোল্লহুনা কৃষ্ণনামবু নীংজহুনা মবুঙোবু
ঙাইরি ওন্নথোইনা॥

অসিগুম্বা মফমশিংদা শৈখোঙগী অহুমশুবা তানখোঙশিং অহু অহানবা তানখোঙ অনীগা হাইফেৎ থাইদোক্লনা লৈ অমস্থং অহানবা তানখোঙ

অনীগী ছন্দঈচেলগী মতুংদা মপুংকাবা লোয়েপ লাক্লমদাইদা য়া-ঙানবা হকচাং-কায়াৎ হন্দোকহল্লিনগী খোঙ্খাং মখল অমনি।

I was not ever thus, || nor prayed that thou
Shouldst lead me on ;
I loved to choose and see || my path ; but now
Lead thou me on,

( Lead, Kindly Light ! – Cardinal Newman )

অসিগুম্বা মওঙগী ইংরেজী কবিতাদা অনীশুবা অমসুং মরিশুবা পংতিনা অহানবা অমসুং অনীশুবা পংতিগী অরোইবা তানখোঙগী খোঙ্খাং ওইনা লৈবা উই, মৈতৈগী অতেনবা তানখোঙ-অহুমচৎপীগী অহুমশুবা তানখোঙসু অসিগুম্বা মওঙগী খোঙ্খাংনি।

ভারতকী সঙ্গীত খঙবশিংনা খঙগনি—অতেনবা তানখোঙ-অহুমচৎপী কবিতাবু একতালাদা অমসুং অশাংবা তানখোঙ অহুম-চৎপীবু কারালী ল্লাংকী তালদা শকপা য়াই। একতালাগী বিভাগ খুদিঙদা অঙ্গ অনী অনী অহুগা কারালীগী বিভাগ খুদিঙদা অঙ্গ মরি মরি লৈ। মরম অহুনা মসিদগীসু তানখোঙ-অহুমচৎপীগী অথুপ্পা কাঙলোল খঙবা ঙম্মী। মৈতৈগী খুলঙঈশৈ, লাইশোন-ঈশৈনচিংবা অরিবা শৈরেং পুম্নমক্তা অসুম্না পুংবা চানবগী মওঙ অসি উবা ফংই।

হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা পুংবা চানবগী মওঙ অসি অহুক য়াম্না মরুওইনা লৈতবা ওইনা তৌই। অনৌবা যুগকী কবিশিংনা symmetry নত্রগা পুংবা চানবগী মহুত্তা variety নত্রগা মথেল-নাইবগী মওঙ কয়া পুরক্লবা হোৎনরি। মখোয়না তাল্লিবদি মথলমখা অয়াম্বা মুংহৌগী ইঙ্গিৎ পীবনি, মরম অহুনা মখোয়না মুংহৌ-তাকপা মথেলনাইবা-মওঙ পুরক্লবা হোৎনৈ। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী ছন্দমশেম অহু নীংথিনা য়েংলবদি উবা ফংগনি—করি করিগুম্বা মায়কৈদা মথেলনাইবা মওঙ লৈরবসু পুংবা চানবনা ছন্দগী যুক্ষম

ওইতুনা লৈ। মতুদি, blank verse নত্রগা খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা ছন্দ অমসুং মনীংতম্বা ছন্দদা পূংবা চানবা য়েংদনা ভাবকী মতুংইনবা ফিদমদা ছন্দ শেম্নবা হোংনৈ; তৌইগুম্বসুং ঈচেলনাইবা ছন্দদা মথেল নাইনা লোল্লেপ তাবা অমসুং তানখোঙ য়াম্না পূনব অসিনচিংবা মরম্না মথেলনাইবগী মওঙ লৈরবসু ছন্দগী মরুওইবা উচন্দদি পূংবা চানবগী মওঙ কায়দনা লৈ, হায়বদি খোল্লেপ তাফমগী মায়কৈদদি পূংবা চানবগী মওঙ অতুম লৈ। খুদম ওইনা—

বাহৈ-বাংমদা চত্তুনা / কৌজকয়বদি //
অমুক্তং পুক্নীং নঙনা, * / লাকচগনি পুক্নীং //
পূম্বা, * নমথেক্তুনা লোইনা / অর্থগী শম্বল্লাং, * //
ভেংবানপূম্বগী অপুনবা / পুক্নীংনা লৈরিবা //
বিশ্বলোক অতু য়োনা, * / ছন্দগী ঈহৌনা //
লমজৌংলিবা, * শিল্লীশিংগী / শিম্নদা তাক্লিবা //
লমদমদুদা। * *

পংতি খুদা অসিদা মথেল নাইনা লোল্লেপ তারবসু খোল্লেপ তাফমদি পূংবা চাননা অতুম লৈ।

ললিত কলা পুন্নমক্তা পূংবা চানবগী মওঙ অসি লৈবা উই। য়ুমশা-কৈশা, লাইয়েক লাইশাদগী হৌদুনা জগোইগী কলাফাওবদা মওঙ অসি উবা ফংই; মীওইবগী হকচাংদা পূংবা চানা হায়বদি অমগা অমগা থোং চাননা হকচাং কাযাৎশিং অসি লৈবা মরম্না ছন্দ শেম্বদা পূংবা চানবগী মওঙ অসি অম্মুক য়াম্না চঙশিল্লকপা ওইবসু য়াই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু লোল পুন্নমক্কী কবিতাদা মওঙ অসি উবা ফংই। অরিবা ইংরেজী কবিতাগী শৈখোঙ খুদিঙমক শক্লক অনী খোক্লা থায়দোকই, হৌজিক্কী ইংরেজীদসু চাংওইনা শৈখোঙ খুদিঙগী মরক্তা caesura অমমম লৈ। সংস্কৃততসু 'পদ্যং চতুষ্পদী' হায়বা সংজ্ঞা অসিদগী পূংবা চানবগী মওঙ লৈ হায়বা

খণ্ডবা ঙম্মী। তৌইগুম্বস্মুং মৈতৈ ছন্দগা অতোপ্পা লোল অয়াম্বগী ছন্দগা মহৌশাগী শাজন্তা থেন্নবদি মসিনি—মৈতৈলোন্দা পুংবা চানবগী ঈফাওনা ছন্দঈফাওগী মরুওইবা মচাক ওইনা লৈ। ছন্দশরূক অনীগী পুংবা চানবা মওঙগী ঈফাও লাক্তুমখৈ মৈতৈ ছন্দগী ঈফাও লাক্কে। খুদম ওইনা, 'মচুগী কাগোক হাংলক্লে' হায়বা অসিতনা করিগুম্বা ছন্দগী ঈফাও অমত্তা লাকহনবা ঙমদে, 'মচুগী কাগোক হাংলক্লে সনাগী থম্বাল য়াকায়রে' অস্মুম্না পুংবা চানবা ছন্দ শরূক অনী লৈরবা মতমদা ছন্দগী ঈফাও পোকহল্লি। তৌইগুম্বস্মুং ইংরেজীদদি accent-য়াওবা অমস্মুং accent য়াওদবা syllable তিন্নবদগী ছন্দ ঈফাও লাকই, হায়বদি করিগুম্বা মওঙগী ঈথক য়াওবা foot অমমম লৈবদগী নম্রগা accent-কী লৈফম মতুংইন্না ছন্দ ঈফাও লাকই। Where smiling spring ॥ its earliest visit paid—হায়বা শৈখোঙ অসিগী মরক্তা caesura অমা লৈত্তনা পুংবা চানবা শরূক অনী থোক্না খায়দোক্লি, তৌইগুম্বস্মুং শৈখোঙ অসি লোইনা পাক্রবস্মু ছন্দঈফাও খণ্ডবা ঙম্মী। Where smiling spring হায়রগা accent-কী লৈফম মতুংইন্না থোন্নিল ঈচেন্দা ঈথক হোৌবা অত্থনা অত্থম ছন্দগী ঈফাও পোকহল্লি। সংস্কৃততস্মু গ্রন্থরা, মন্দাক্রান্তানচিংবা ছন্দদা পাদ অমমম মপুংফাক্রিভৈদনা মখলমখা অয়াম্বা গণগী মতিন্ন নম্রগা মশীন্না অতেনবা অমস্মুং অশাংবা খোন্থোক্কী মথংমনাও নাইবা মওঙ কয়াদগী ছন্দঈফাও লাকই অমস্মুং থোইদোকপ মখল অমগী ভাব পোক্রকই। অসিগুম্বা ছন্দগী মওঙশিং অসিনা ভারতকী সঙ্গীতকী রাগরাগিণীগী আলাপকা মান্ননা অতোপ্পা লোল কয়াগী ছন্দদা শত্থম লাংহনবা য়াওরি হায়বদি চঙশিন্দুনা লৈবা য়াওরি।

ছন্দঈথক্কী অসিগুম্বা মথেলনাইবা মওঙ অসি মৈতৈলোন্দা মুকলৈ লৈতবদি নত্তে। তোইগুম্বস্মুং মত্থু খোন্থোক্না ওইহনবা মওঙ নত্তে, অতেনবা অমস্মুং অশাংবা খোন্থোক্কী মথেলনাইবা মশীন্দগী থোকপা নত্তে। মরমদি, মৈতৈলোলগী খোনহায়নিয়ম মতুংইন্না খোন্থোক

পূম্নমক জাৎ অমতা মরম ( ওজন ) অমতা ওইনা তৌই। ইংরেজীদা accented অমসুং unaccented অচুগা সংস্কৃততা অতেনবা অমসুং অশাংবা অনীসি তোঙান তোঙানবা জাৎকী খোম্হোক ওইবগুম্না মৈতৈলোন্দদি ওইদে।

মতাং অসিদা ৱাফম অসিগী মরমদা খরগা নৈনবা চুম্মী। মৈতৈ খোম্নিস্নোই ছন্দদা সংস্কৃতকী মথেলনাইবা ঈথক অচু চপচানা পুরকপা য়াই হায়না কনা কনাগুম্বনা থনবা য়াই; মরমদি মৈতৈ খোম্নিস্নোই ছন্দদসু অশাংবা খোম্হোক য়াম্না শীজিন্নৈ। খুদম অমা য়েংসি—

+ – – + – – –
মতম : কুইনগী / তুংদা

– – – + + + – – + +
লেংখিল : লক্লে / ইমা : মৈতৈ : চনু

– – + – + – – + – +
মৈতৈ : সাহিত্য / মশিং : মনুংদা

অহানবা মীৎয়েংদদি নীংবা য়াই—মসিদা অশাংবা খোম্হোক অমুক য়াম্না শীজিন্নরিবসিনদি মৈতৈলোন্দা অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্হোক মথেল নাইনা তিন্নবগী মওঙ অমসুং সংস্কৃত ছন্দগী মওঙ অচু করিগী চপচানা পুরকপা য়াদদগে? তৌইগুম্বসুং খরগা কুপ্না য়েংশিল্লবদি উবা ফংগনি—মৈতৈগী অশাংবা খোম্হোক খুদিঙমক খোনকাপ অনীগী খোম্হোক ওইদে; মচুদি তানখোঙমতেক অমতদা থংনথংননা অশাংবা খোম্হোক অনী নৈরবদি মৈতৈ খোনহায় মতুংইন্না অশাংবা খোম্হোক খুদিঙদা খোনকাপ অমমতুং নত্রগা অমমখায় নৈ, হায়রবদি অসিগুম্বা মফমদা অতেনবা খোম্হোক নত্রগা খোনকাপ অমগী খোম্হোক্না অশাংবা খোম্হোক্না থোইনা খেন্নদনা নৈ। মরম অচুনা সংস্কৃততা অশাংবা খোম্হোক থংন-থংননা শীজিন্নবা মরম্না অতপ্পা অৱাম্বা অরেম্বা ভাব পুবগী মওঙ অমসুং মরক মরক্তা অতেনবা খোম্হোক শীজিন্নবা মরম্না খোন্নিল-ঈচেল য়াঙনা ( থুনা ) চেল্লগা অমুক

অশাংবা খোম্থোক্কী মশাদা য়ৈম্নুনা ঈথক হোৌহনবগী মওঙ অমু মৈতৈ ছন্দদা চপচানা লৈহনবা য়াদে। মৈতৈলোন্দা খোনকাপ অনীগী খোম্থোক শীজিন্নবস্মু য়াংলি, অয়াম্বা মতমদা য়াহৈ অমতগী মমুংদা নম্রগা তানখোঙমতেক অমতগী মমুংদা থংন-থংননা খোনকাপ অনীগী খোম্থোক শীজিন্নদে। খোনকাপ অনীনা শাবা খোম্থোক থংন-থংননা লৈবা অমু তানখোঙমতেক অমতগী মমুংদা লৈতনুনা তোঙান তো-ঙানবা তানখোঙমতেক নম্রগা তানখোঙমরুগী মমুংদা লৈরবদি মরক্তা খোল্লেপনচিংবা লৈবনা থংন-থংননা লৈবা অমুগী খোইদোকপা কান্নবা ফংদে। মরম অমুনা মৈতৈ ছন্দদা মথেল নাইনা ঈথক হোৌকম য়াম্না খুনা লৈ।

তোৌইগুম্বস্মুং অথূবা লমদম অসিদস্মু মৈতৈ খোম্নিম্থোই ছন্দদা হোৌবা খোম্নিলঈথক অমু ইংরেজী অমস্মুং সংস্কৃত ছন্দগী ছন্দঈথক্কা মাম্নৈ হায়বা য়াবরা খন্ননীঙাইনি। মতাং অসিদা তোঙান তোঙানবা লোলগী খোম্নিলগী শারুং খরা কূপশিন্না য়েংশিনবা তাই। মৈতৈ-লোন্দা সংস্কৃতকুম্না তিন্নদবা অশাংবা স্বর শীজিন্নবগী মওঙ অসি লৈতে হায়বা য়াই। খোম্নিম্থোই ছন্দদা তিন্নবা খোম্থোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌই, মখোয়গী খোনহায়গী মতমগী চাংদি খোম্থোক অতৈ অতৈদগী হেল্লি। তোৌইগুম্বস্মুং ছন্দঈথক য়াম্না হোৌহনবা তারবদি খোম্থোক মথল অনী চঙই; মথল অনীসিগী মরক্তা গুণশী খেন্নবা য়াম্না শেংনা লৈহনগদবনি। তোৌইগুম্বস্মুং মৈতৈ খোম্নিম্থোই ছন্দদা খোনকাপ অনীগী খোম্থোক্কী মমুংদা অসিগুম্বা করিগুম্বা মগুণ অমা লৈবরা, মমুগীদমক মখোয় অসিবু খোনকাপ অমগী খোম্থোক্তগী পুমতোপ তোপ্পা ঙাংকী খোম্থোক্তি হায়না লৌবা য়াবা—হায়বদি মখোয় অসিবু হায়দোকপদা য়া-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াংকী ইতোপ তোপ্পা থৌওঙ অমা চঙবরা?

হায়না হায়গ্রে, মৈতৈ খোনহায়দা স্বরনা অমুক য়াম্না মরুওইনা লৈতে, মৈতৈলোন্দা স্বরনা অতেপ্পা ময়েকশিংবু

নক্ষত্তুনা থমদে। অয়াম্বা মতমদা স্বরগী খোনহায় অসুকী মতীক য়াংই, মতুদি ছন্দগী হিসাবতা মতু য়াওহন্দবা য়াই। মথক্কী শৈরেং-শব্দক্তা 'মন্দির' হায়বা রাহৈসিবু খোঙ্গোক অনীগী ওইনা উৎলি, তৌইগুম্বসুং মসিবু কনাগুম্বনা খোঙ্গোক অহুমগী ওইনা উৎলবসু, হায়বদি মন্দির অসুম্না পারবসু ছন্দ করিমতা কায়রোই অমসুং খোনহায় থক্তিওং হোংবতু নাকোংদা খোইদোক্না ফাওরোই। তৌই-গুম্বসুং সংস্কৃত অমসুং ইংরেজীদা অসুম্না তৌরবদি ছন্দ কায়গনি। মৈতৈ খোনহায়দা—খোইদোকহেন্দোক্না খোম্লিম্লোই ছন্দগী শৈরেং পাবা মতমদা স্বর যাম্না য়াংনা হায়দোকই, মনম অতুনা খোম্লিম্লোই ছন্দদা অশাংবা অমসুং অতেনবা স্বরগী খেন্নবা অতুক য়াম্না লৈতে। মতাং অসিদা, খোম্লিম্লোই ছন্দদা তিম্নবা স্বরনা চম্বা অমসুং ব্যঞ্জন্না চম্বা খোঙ্গোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌবা মতমদা খোঙ্গোকশিং অতু অশাংবা স্বর চেনবা ওংফম থোক্তবা হাযবা রাহংসি পোকপা য়াই। খোম্লিম্লোই ছন্দদা ব্যঞ্জন্না চম্বা অমসুং তিম্নবা স্বরনা চম্বা মৈতৈগী খোঙ্গোক্তা অশাংব স্বর চোম্ল হায়না লৌরবসু মসিগী মরমদা সংস্কৃতকা মৈতৈলোনগা খেন্নবদি লৈ। হান্নরা থঙত্রে, মৈতৈলোলগী নিয়মদা রাহৈ খুদিঙমকপু নকবা রাহৈগা তিন্নদনা থম্মী। 'কল্লপ তৌনা' নত্রগা 'ঈশ্বর মানা' অসিনচিংবা অসিবু ঐখোয়না 'কল্লপ্তৌনা' 'ঈশ্বর্মানা' অসুম্না পুনশিল্লগা পাদে। সংস্কৃততদি অসুম্না পাব অসি লেনৈ ব্যঞ্জনময়েক পুনশিন্নবা অসি ঐখোয়না যারিবমথৈ লৈতনব হোৎলনংই। মসিগী মরমদি মৈতৈগী মহৌশানা হুংঙাইবা পাম্বা অসিনি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু রাহৈ খুদিঙমকপু মতুংগা থংনবা রাহৈগা তিন্নহন্দনবা ব্যঞ্জন্না চম্বা রাহৈগী মতুংদা ঐখোয়না ভাইহাক্তে পোথারগা মথংগী রাহৈ অহু হোই। অসুম্না পোথাবা মতম অহু য়াংনা হায়দোকপা স্বর অমগা মাম্নৈ হায়না লৌবা য়াই। অসিতা নত্তনা মৈতৈলোন্দা রাহৈ খুদিঙমক্কী অহৌবদা খোন্নুম হাইফেৎ তাই, মতুগীদমক রা-ভাঙনবা

হকচাং-কায়াৎনা শেমশানবগীদমক মতম থরা পীদবা য়াদে। মরম অসিনা মফম অয়াম্বদা রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। মৈতৈ খোনহায়নিয়মদা 'ঈশ্বর মানা' হায়বা রাহৈ কাণ্ডলূপ অসিবু 'ঈশ্+র+র+মা+না' অস্মুন্না পাবগী মতুত্তা 'ঈশ্+রব্+( )+মা+না' অস্মুন্না পাই। মরম অসিনা ব্রেকেট মতুংগী অহাঙবা মফমদা 'অ' স্বর অসি থম্লবসু ছন্দগী নত্রগা খোঙ্নিলঈচেলগী করিগুম্বা অহাঙবা অমতা লৈতে।— মসিনি রাহৈগী অরোইবদা লৈবা তিন্নবা খোঙ্থোক্কী রা। তৌইগুম্বসুং খোঙ্নিঙ্থোই ছন্দদা রাহৈগী মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অনী ওইন লৌরিবা করিগীনো? শৈনিঙ্থোই ছন্দদা রাহৈগী মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌদে; অমসুং ঐখোয়গী চুম্না রা ভাঙনবগী খোনহায়নিয়ম নত্রগা রারেংগী খোনহায়নিয়ম কুপ্না য়েংলগা থঙগনি থেইদোকপা মফম নত্তনা রাহৈগী মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোঙ্থোক্তি খোনকাপ অনা ওইনা লৌদে। খোঙ্নিঙ্থোই ছন্দদা খোনহায়গী অশেম্বা শরুক থরা লৈ, মসিগী খোঙ্নিলঈচেল নত্রগা খোঙ্নিলঈথক্তি চুম্না ভাঙনবা রারেংগী মতুং ইন্দে। মসিদা ময়েক পুনশিন্না হায়নীংদবগী মওঙ য়াম্না য়োশিন্না লৈ, রা ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী মুংভাইবা পাম্বা হায়বদি কম্না নোম্নীংদবা অতু য়োশিন্না ফোংদোকই। মসিদা তিন্নবা খোঙ্থোক লৈরগা র-ভাঙনবা হকচাং কায়াৎপু ভাইহাক পোথাহল্লি। রাহৈগী মতুংদা লৈবা তিন্নবা খোঙ্থোক অতু হাযদোক্লবা মতুংদা মতম থক্তিক্তং মম.ঙগী থংনবা ব্যঞ্জনগী ঝঙ্কার নত্রগা খোঙ্নিল লৈহোই, অমসুং মতুদা খোনকাপ অমগা মেনশিনখি। 'মন্দির মতুংদা' হাযবা রাহৈকাণ্ডলূপ অসিবু ঐখোয়না 'মন্+(ন্)+দির্+(র্)+ম+তুং+(ং)+দা' অস্মুন্না পাই। তিন্নবা স্বরগী মতাংদসু অস্মুন্না তৌই, মতুদি 'মৈতৈ চনু' হায়বা অসিবু 'মৈ+(ই)+তৈ+(ই)+চ+নু' অস্মুন্না হায়দোকই।

মরম অদুনা মৈতৈ খোঙ্নিঙ্থোই ছন্দদা খোনকাপ অমা অমসুং

খোনকাপ অনীগী খোম্হোক শীজিন্নরবস্থ সংস্কৃতকুম্না অতেনবা অমস্থং অশাংবা স্বর খায়না শীজিন্নদে। মরম অতুনা সংস্কৃততা ছন্দগী ঈথক হোৌবা অতুক মৈতৈ শৈরেংদা হোৌদে। মরক মরক্তা ভাইহাক্তং পোথাবা নক্রগা খোম্নিলগী ঝঙ্কারনা ফজবা খরদং লৈহনবা য়াবা অতুমথৈতনি খোম্নিম্হোই ছন্দদা লৈহনবা য়াবা। তৌইগুম্বস্থং সংস্কৃতকী ছন্দঈথক অতুদি মৈতৈলোন্দা চপচানা লৈহনবা য়াদে।

মৈতৈ খোল্লুমখোই ছন্দদা স্বরনা মরুওইবগী চাং হেন্না লে, অমস্থং মসিদা খোইদোকপা খোম্হোকী মথক্তা খোল্লুম শেংনা তাই, মরম অতুনা মসিদা মগুণ থেন্নবা শেংনা লৈবা মতুংইন্না খোম্হোক জাং অনী লে হায়বা নীংথিনা থঙবা ঙম্মী। তৌইগুম্বস্থং মসিদা মথেলনাইবা মওঙদি য়াম্না রাৎলি।

মৈতৈ শৈনিম্হোই ছন্দদা তপ্পবা ময়েক হৈশিংনা শীজিন্নবা মফম অতুদা সংস্কৃত বৃত্ত ছন্দদা তৌবগুম্না তপ্পা, লুখা, লেম্বগী ভাব অমা লৈ। ছন্দ অসিদা রাহৈগী মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোম্হোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌদে, অমস্থং মতুগী মতুংদা করিগুম্বা পোথাফম নক্রগা ঝঙ্কারগী ঈহোৌফম অহাঙবা অমতা লৈতে; মরম অতুনা মসিদা ব্যঞ্জনময়েক পুনশিন্না হায়দোকই। মরম অসিনা তপ্পবা অমস্থং তপ্পদবা ময়েক হৈশিংনা শীজিন্নতুনা খোম্নিলঈথক অমা হোৌহল্লি। তৌইগুম্বস্থং মসিদস্থ ঈথক হোৌফমগী লমথৈ অকক্লৈ, মরক মরক্তা ভাইহাক পোথাগদবনি, মসিদা ব্যঞ্জনময়েক পুনশিন্না হায়দোকপা য়াওদে। অসিতা নস্তনা শৈনিম্হোই ছন্দদা মথল অমগী অচিংবা সুর য়াওবা মরম্না ছন্দ অসিদা স্বরগী খোনহায় অতুক য়াম্না য়াংনা থমত্রবস্থ য়াই অমস্থং স্বরগী মথক্তা শাকু পীনীং-লবস্থ পীবা য়াই। মরম অতুনা মফম অসিদা তিন্নবা খোম্হোকী মথু'চনবা স্বরময়েক অতু অরাম্বা ( গুরু ) ওইবা য়াই, মসিনা মরম ওইতুনা তিন্নবা খোম্হোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌদে।' মরম অসিনা অসিগুম্বা ছন্দ অসিদা সংস্কৃত বৃত্ত ছন্দগী খোম্হাং পুরকপা

য়াই; মরমদি, মসিদা খোঙ্খোক জাৎ অনী হায়দোক্লবগীদমক রা-ঙাওনবা হকচাং-কায়াৎনা মথল অনী থোক্লা হোৎনবা চঙই।

তৌইগুম্বসুং মহৈশানা মৈতৈ শৈরেংদা মথেলনাইবা ঈথক হৌই, মতু খোঙ্খোকমশীন্না হৌহনবা নত্তে। তোঙান তোঙানবা খোনকাপকী রাহৈ অমসুং রাহৈকাণ্ডলূপকী মতিম্নদগী খোকপনি, তোঙান তোঙানবা মথলগী খোঙ্খোক পূনবদগী মথেলনাইবা মওঙ অসি লাকপা নত্তে। মৈতৈ ছন্দদা খোল্লেপকী লৈফম অমসুং মতুদগী খোকপা ছন্দশঙ্ককশিং অতুনা অমতওইবগী মওঙ লৈহল্লি; তৌই-গুম্বসুং লোল্লেপকী লৈফম অমসুং মতুনা খোকহনবা মুংশাম্বর কাণ্ডলূপ নত্রগা অর্থকাণ্ডলূপকী মথংমনাওদগী মথেলনাইবা মওঙ পুরকপা যাই। ঈচেলনাইবা ছন্দদা অসুম তৌনা মথেলনাইবা মওঙ পুরকই। মনীংতম্বা ছন্দদদি অতোপ্পা মওঙ কয়াদা মথেল নাইহল্লি। মতুদনা খোল্লেপ অমসুং লোল্লেপ অয়াম্বা মতমদা তিম্নবা তাই, তৌইগুম্বসুং তানখোঙমরুগী খোনকাপ, তানখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমরুমশীং অমসুং শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমশীং যাম্না অকক্লদে; মুংহৌগী শাক্থু মতুংইন্না হেঙ্গৎলি নত্রগ হম্থে। তৌবতদি অসুম তৌনা হেঙ্গৎপগী নত্রগা চম্বগীসু অরেপ্পা লমখৈ অমা লৈ। মতুতা নত্তনা মরক মরক্তা অহেনবা রহৈ শীজিম্নবনসু মথেলনাইবগী মওঙ খরা লৈহল্লি। শৈখোঙগী মমুংদা মরক মরক্তা লোল্লেপ তাহন্দুনা অমসুং খোনখৈহনগী (অন্ত্যানুপ্রাসকী) মথলমথেল লৈহন্দুনা মথেলনাইবগী মওঙ হেঙ্গৎ-হনবসু য়াওই। অসিতা নত্তনা তানখোঙমরুগী মমুংদা তানখোঙমতেক শীনবগী মওঙদগীসু মথেলনাইবা মওঙ লাকপা য়াই; তৌইগুম্বসুং মখুদি খোইনা শীংথানীঙাই ওইদে, মরমদি ছন্দ কায়ত্রবদি অতুক য়াম্ন পীকপা ছন্দশঙ্ককশিং অতুগী খোনকাপনা নাকোংদা খোইদোক্লা পালহনবা ঙমদে।

মৈতৈ শৈরেংদা পূংব চানবা ছন্দশঙ্ককশিং অতু অপূনবা খোন-কাপমশীংদা মাল্লরবসু মতম পুম্নমক্তা ছাচা নত্রগা কোনফম অমতগী

ওইদে। মৈতৈ খোনহায়দা মহৌশানা চিথেক কোঞ্জিন নাইবা য়াংলি, মরম অতুনা থোইদোকপা কোনফম অমদা তানখোঙমতেক নম্রগা তানখোঙমরু শেম্নগা পুক্লীং থম্মোইটা তানুক যাম্না পালহনবা ঙমদে; অমসুং মতম পুম্নমক্তা কোনফম চানা হংপ্ল য়াবা রুহৈসু ফংদে। মরম অসিনা মৈতৈ ছন্দদা কোনফমগী মশেম কজবা উৎনবগী খুদোংচাবা য়াংলি. অমসুং মরম অসিনা কবিশিংনা মতু থোইদোক্লা হোৎনদে। ছাচা অমদা হৈবা কবিতাদসু ছন্দশরুকশিংগী অপূনবা খোনকাপমশীংনা ছন্দঈঙ্কাপ থঙনবা মরুওইবা পোৎনি। ছাচা হোংলবসু খোনকাপ মান্নরবদি মৈতৈ ছন্দনা থোইদোকপা অকায়বা লৈতে, অয়াম্বা মতমদা অহোংবা অতু নাকোংদা পান্দে।

যাকায়হৈবী : সুজাগী / সুংদা : চীকপা মীৎচিন।
চীক্লে: খোয়জিন্নুংসিগী / চুংশিলৈয়োন : মক্তদা

পরেং অনী অসিদা তানখোঙমরুগী ছাচা মফম পুম্নমক্তা মথল অমতদা লৈতে, পূংবা ওইনরিবা তানখোঙমরুশিং অসিগী তানখোঙমতেক থায়বগী মওঙ মান্নদে। অতু ওইরবসু পাবা মতমদা, ছাচা হোংবতু থোইদোক্লা থঙবা ঙমদে; তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক্কী মশীং অমসুং খোনকাপ মান্নবা মরম্না মফম পুম্নমক্তা ছন্দগী অমতওইবা মওঙ ফাওই, মথেলনাইবগী ইঙ্গিৎ ফংদে।

মীওইবগী হকচাংদা পূংবা ওইনবা শরুকশিং অতু চাং চপ মান্নদবগুম ছন্দগী শরুক থুদিঙমক খোনকাপতা মতম পুম্নমক চপ মান্নদে। করি করিগুম্বদা মপূংফাবা লে ম্লেপকী হেক মমাঙদা লৈবা শরুক অহু খোনকাপমশীংদা পীকপা য়াওই অমসুং মতুনা মপূংফাবা লোম্লেপকী লৈফম হান্নদগী থঙবা ঙম্মী।

মতাং অসিদা য়ারেং অমসুং শৈরেং খেন্নবগী য়াফম থন্নদং অমুক নৈনসি। হান্না হায়খ্রে, মৈতৈ ছন্দগী মচাক্কি তানখোঙমরুনি, অমসুং খোম্নিল-ঈহৌ নম্রগা খোল্লী অমমমদা য়াহৈপরেংগী হায়দোকপা

য়াবা শরক অদুবু তানখোঙমরু কৌই। তৌইগুম্বসুং তানখোঙমরু খায়দোকপসি মৈতৈগী রাঙাঙ মওঙ অমনি, অমসুং রারেংদসু অসুম্না তানখোঙমরু খায়বগী মওঙসি লৈ। র বেংগী তানখোঙমরুশিংসু শৈরেংগীগুম্না অয়াম্বা মতমদা মাগৈ, তৌইগুম্বসুং রারেংগী তানখোঙমরুশিংগী মথংমনাও শীনবগী অকরুবা ছাচা লৈবা উদে। মথাগী থুদম অসিদগী চুম্নগী রারেংগী মওঙ খঙবা ঙমগনি ( ব্রেকেট মনুংদা য়াওরিবা মশীং অসিনা তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীং তাক্লি )।

নবীন— ( চণ্ডালক্ক না) প্রতাপ, (৩) ⁝ নহাক্না দরবার তাক্লিবসি (৮) ⁝
কোম্বুংসি নখোয়গী (৬) ⁝ ওইরব্রা। (৫)

প্রতাপ—এঃ করি বানো (৮)⁝ নখোয়গী ওইরব্র (৬)⁝ হায়বদে ! (৩)

নবীন—তৌজ লাকচনুহায় (৬) ⁝নবীন ঐখোয় (৬) ⁝ লৈরিত্তৈদা। (৪)
( খোকথিবা )
( নরসিংহ—ইবুঙোহল )

মসিদা উরি, অমগা অমগা ঙাঙনবা চুম্নগী মৈতৈলোন্দা খোনকাপ তরুকী তানখোঙমরু য়াম্না শীজিন্নে। তৌইগুম্বসুং শৈরেংদদি খোনকাপ তরুকী তানখোঙমরু অদুক য়াম্না শীজিন্নদে।

ছন্দনাইবা রারেংদা অয়াম্বা মতমদা খোনকাপ মাম্নবা নত্রগা করিগুম্বা ফিদম অমা ইন্না অকরুবা চাংগী খোনকাপমশীংগী তানখোমরু শীজিন্নবা উই। মথাগী থুদম অসিদা খোনকাপ তরেংকী তানখোঙমরু থংন থংন লৈবা উরি।—

তেংবানবগী মনুংদা (৭) ⁝অথুবা পোৎ কয়া লৈ। (৭) ⁝ লৈছনা

কৈদৌনি, (৭) ⁝ 'ইরৈবাক' হায়বা (৭) ⁝ বাইহেসিগা মাম্নবা (৭) ⁝ থুমদি
রাঙদে। (৫)
( লমদম কৈদনো ইরৈবাক—সাহিত্য অপোম্বা )

অদু ওইরবদি শৈরেংগা খেন্নবা করিনো ? য়ারেংদা তানখোঙমরু থাযদোক্রবসু মতুদা থায়দোকপগী মওঙদি খোম্নিনজইহৌ নত্রগা খোন্নীগী মতুংইন্দে, অর্থগী মতুংইন্না : তানখোঙমরু থুদিঙমক য়াহৈপরেংগী শব্দ ১ নত্রগা অর্থকাঙলূপ ( ... up ) অমমম্নি। মতুদা ছন্দদি মপূংফানা অর্থকাঙলূপকী মথাপোন্নি তৌইগুম্বসুং ... মতমদা শৈরেংগী মকওইবা শব্দক হায়বদি তানখোঙমরু অমমমগা য়াহৈপরেংগী শব্দক নত্রগা অর্থকাঙলূপ অমমমগা খেন্নত্রবসু শৈরেংদদি শব্দক থুদিঙগী অর্থদগী খোম্নিনলনা মকওইবা হেল্লি। অদুম ওইনমক খোম্নিনগী মতুংইন্না শৈরেংগী শব্দক অমমম ওই হায়বসি শৈরেংগী মতুংদা খোনথৈহন, খোম্নুম অসিনচিংবগী লৈফমদগী শেংনা থঙবা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং য়ারেং অমসুং শৈরেংগী খেন্নবা শেংনা থঙবদি খোল্লেপকী লৈফমদগীনি। শৈরেংদা শৈখোঙ থুদিঙগী অরোইবদা মপুংফাবা খোল্লেপ লৈগনি, মসিদা মতেকওইবা নত্রগা মপুংফাবা করিগুম্বা লোল্লেপ অমা লৈবা য়াই শৈরেংদা খোল্লেপকী লৈফমদি করিগুম্বা ছাচা নত্রগা ফিদম অমগী মতুংইন্দে ; বাহৈপরেং নত্রগা য়াহৈপরেংগী শব্দকী অরোইবদা অর্থগী মতুংইন্না লোল্লেপ তাই। শৈরেংদা চাংওইনা তানখোঙমরু মরি মঙগী মতুংদা মপুংফাবা লোল্লেপ তাই। য়ারেংদনা তানখোঙমরু ফিপাল, তনা নত্রগা মতুদগী হেনবা মশীংগী তানখোঙ-মরুগী মতুংদসু মপুংফাবা লোল্লেপ তাবা য়াই।

## খোনকাপ

অসিগী মতুংদা খোনকাপকী য়াফম থরা অমুক নৈনসি। ঙৈশৈ অমসুং কবিতা অনীমক্তা খোনকাপ ( মাত্রা ) হায়রগা মতমগী চাংবু থঙনৈ।

হান্না হায়খ্রে, মৈতৈ শৈরেংদা খোম্হৌকী মতুংদা খোনকাপ খেন্নবা উরবসু মতুবু খোম্হৌকী মতুংদা জাৎ খেন্নবা লৈ হায়না নীংজুবদি য়াদে। মরম অদুনা গ্রীক iamb, trochee, spondee অসিনচিংবা

foot, অমসুং সংস্কৃতকী 'য', 'ম', 'ত', 'র' অসিনচিংবা গণ অসি তোঙান তোঙানবা গুণগী খোম্হোক্না শেম্ব ওইবনা থোইদোকপা মওঙগী ঈথক চেল্লবসু মৈতৈগী তানখোঙমরু নত্রগা তানখোঙমতেক্তদি খোম্হোক্কী জাং থেম্নবা অসি লৈতবনা অসিগুম্বা মওঙ অসি লৈতে।

ছন্দশাস্ত্রদা খোনকাপ নত্রগা মতমগী চাংগী মরুওইবা অর্থ করিনো হায়বসি মুন্না খঙগদবনি। ছন্দশাস্ত্রগী মতম অসি পদার্থবিদ্যা নত্রগা physics-কী মতম অদু নত্তে, হায়বদি objective নত্তে, মতমগী চাং ওন্নবা যম্নদা মসি চপচানা ফাবা ঙমদে। তানখোঙমরুগী খোনকাপ নত্রগা মতমগী চাং হায়রগা তানখোঙমরুগী অহানবা খোম্হোক হায়দোকপদগী অরোইবা খোম্হোক হায়দোকপফাওবগী মতম অদুবু খঙনদে। অয়াম্বা মতমদা উবা ফংই, তানখোঙ মরুগী মসুংদা পোথাফম, মপূংফাবা লোল্লেপ তাকমফাওবা লৈ, তৌইগুম্বসুং পোথাবা নত্রগা লোল্লেপকী মতম্না করিগুম্বা খোম্হোক হায়দোকপগী মতমদগী শাংবা হেল্লবসু খোনকাপকা হিসাবতা মদু য়াওদে। মদুদি —

(ক) করি, * লোনমচাউবা নঙনা / উৎ চাইবা শারু //

(খ) ঐঙোনমক্তদা । * * চাইমু / চাইনীংমথৈ চাইমু, //

(গ) শেগায়রগা লোনম লাংদো / খঙগনি ইভীক। //

পরেং খরা অসিদা লৈই চিংলিবা তানখোঙমরুশিং অসি ছন্দগী নিয়মদা মান্নৈ ( ক=খ=গ ), অদু ওইরবসু তানখোঙমরু অমদা করিগুম্বা লোল্লেপ অ ত লৈতে, অমদা মতেনওইবা লোল্লেপ, অতোপ্পা অমদনা মপূংফাবা লোল্লেপ লৈরি। Objective ওইবা মতমগী চাংদা খোনকাপমশীং চপ্পমন্নবদি অসুম্না ওইরম্লে হৌদে।

ছন্দগী মতমদি মপান জগৎকী objective ওইবা মতম নত্তে। য়া-ঙ ঙনবা হকচাং কায়াৎনা খোম্হোক হায়দোকপা হোৎনবগী মথক্ত মসিগী চাং নন্দুনা লৈ, হায়বদি হোৎনবা অসিগী চাং মতুংইম

খোম্বোক্কী খোনকাপ-চাং ফাওরকই। তানখোঙমরুগী মমুংচনবা খোম্বোক্কী অপূনবা খোনকাপকী মথক্তা তানখোঙমরুগী খোনকাপচাং নল্লি। মরম অদুনা তানখোঙমরুগী মমুংদা পোত্থাবা নত্রগা লোল্লেপ লৈরবসু মতুগীদমক খোনকাপমশীং থেম্নবা লৈতে। খোনকাপকী য়ুম্ফমদি য়া-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াংনা হায়দোক্নবা হোৎনবনি; খোনকাপকী ফিদম্না থম্মোইগী মুংবান্দা লৈ। তোঙান তোঙানবা খোম্বোক হায়দোক্নবা হোৎনবগী মতমগী চাং মতুংইন্না থম্মোইদা তোঙান তোঙানবা খোনকাপকী চাং ফাওরকই,—করিগুম্বনা অতেনবা, করিগুম্বনা অশাংবা, করিগুম্বনা য়াম্না শাংবা ওইনা ফাওরকই। তৌইগুম্বমুং অসিগুম্বা খোনকাপকী মতম অসি খোম্বোক হায়দোক্নবগীদমক চঙবা objective ওইবা মতমগী মতুং চাউরাক্না ইল্লবসু মতুগী অখোই-অহেন চাংমক্তদদি চপচানা নন্দে। খোনহায়গী objective ওইবা মতম হিসাব তৌরগা খঙবা ঙমগনি, অশাংবা খোম্বোক ওইরগদা অমগা অমগা মান্নবা নত্তে, অমসুং অতেনবা খোম্বোকমখৈ অমগা অমগা হেক মান্নবা নত্তে; নত্রগা করিগুম্বা অশাংবা খোম্বোক অমনা করিগুম্ব অতেনবা খোম্বোক অমগী শরু ? অনী হেক ওইবা নত্তে। খোনকাপ খঙবা তারবদি লোলগী খোন-হায়নিয়ম, ছন্দগী মখল অসিনচিংবা অসি হাম্না খঙগদবনি। করিগুম্বা খোইদোকপা মফমদা খোম্বোক অমগী লৈকম, য়াহৈগী মগুণ নত্রগা অর্থ কক্তবদগীসু খোনকাপকী চাং ফাওরকই। মৈতৈ ছন্দদদা নত্তে, লোল পূম্নমক্কী ছন্দদা খোম্বোক্কী খোনকাপকী অর্থ মসিনি। মতাং অসিদা ইংরেজী ছন্দগী long অমসুং short-কী মরমদা অধ্যাপক সেইন্ট সবেরীনা পীরিবা মত অসি পনবা য়াই: "They ( long and short ) represent two values which, though no doubt by no means always identical in themselves, are invariably, unmistakably, and at once, distinguished by the ear, — it is partly, and in English rather largely, created by the poet, but that this

creation is conditioned by certain conventions of the language, of which accent is one but only one.''

অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্থ, মৈতৈ ছন্দদসু অয়াম্বা শরুক্তা খোম্বোক্কী খোনকাপ হান্নদগী লেপ্তে। ইংরেজীদা অম্বাম্বা খোম্বোক Common Syllable ওইবগুম্না, হায়বদি কিভমগী মতুংইন্না accented নত্রগা unaccented ওইবা যাবগুম্না মৈতৈদসু য়াই। মৈতৈদস্থ অয়াম্বা খোম্বোকপু তেলহনবা নত্রগা শাংহনবা য়াই। মৈতৈ খোনহায়দা অসুম্না য়াবা মওঙ অসিগী খুদম হান্না পীশ্রে। নীংতম্না খোম্বোক তেলহনবা অমস্থং শাংহনবগী নিয়মসি মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকপা মওঙ অমনি। সংস্কৃতন'চংবা লোলগী ছন্দগা চাংদম্নবদা মাসনা মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকপা খুদোংচাবা অমনি নত্রগা মসিনা থোইদোকপা অশোনবা মওঙ অমনি—অনীমক হায়বা য়াই।

অতুতস্থ নত্তনা মৈতৈ খোনকাপকী চাংদি চাংদম্নবদগী থোরকই; হায়বদি নক্লবা করিগুম্বা খোম্বোক্ক চাংদম্নরগা করিগুম্বা খোম্বোক অমবু শাংই নত্রগা তোল্প হায়গদবনি, objective ওইবা মিনিট সেকেণ্ডগী হিসাব মতুংইন্না হায়গদবা নত্তে। হায়দোকপদা মতম চপনাম্নবা চঙলবস্থ অতোপ্পা মফমদা খোম্বোক অতবু নক্লবা খোম্বোক অমগা চাংদম্নরগা অতেনবা নত্রগা অশাংবা হায়বা য়াই। খুদম—

'পুঞ্জগে তাইবঙপুম্ববু / প্রেমগী অশেংবা লংহীনা'

হায়বা পরেং অসিদা 'প্রেম' হায়বা খোম্বোক অসি অশাংবনি, অতুগা

'বসন্তগী চাক্লবা অহীংদা / নুংশিপ্রেমগী ঈংলবা ঈপাক্তা'

হায়বা পরেং অসিদা 'প্রেম' হায়বসি অতেনবা খোম্বোক অমনি। মফম অনী অসিদা 'প্রেম' হায়বসিগী খোনহায়-মতম য়াম্না খেন্নবাদ নত্তে। তৌইগুম্বস্থং অহানবা মফমদা শৈখোঙপুম্বা য়াম্না য়াংনা স্বর হায়দোকপা মরম্না ব্যঞ্জম্না চম্বা 'প্রেম' হায়বা খোম্বোক অসি হায-দোকপগী মতমদগী নক্লবা খোম্বোক্কী খোনহায় মতম্না তেল্লি হায়বা লেংনা ফাওই; মরম অতুনা 'প্রেম' খোম্বোক অসি অশাংবনি হায়না

লৌই। অনীশুবা মফমদা শৈখোঙপূম্বা সুর অমা য়াওনা হায়বদি চিংলগা পাই, মরম অতুনা খোম্থোক খুদিঙমক চাউরাক্লা মায়হল্লি। অসুম্না অমগা অমগা মান্নবা অসিদগী খোম্থোক খুদিঙমকপু অতেনবা ওইনা লৌই।

কুপ্পা য়েংশিল্লবদি চুম্নগী খোনহায়দা তোঙান তোঙানবা খোম্থোক্কী খোনকাপমশীং খেন্নবা য়াম্না উবা ফংগনি। খোম্থোক অমতগী খোনহায়দা খোনকাপমশীং চপমান্ননা থম্বা মতম পূম্নমক্তা য়াদে, ইতস্তুতনা থরা থরা খেন্নবা অতুম উবা ফংই। মহৌশনা ধ্বনিবিজ্ঞানদা অতেনবা, যাম্না-শাংদবা, অশাংবা—অসুম্না খোম্থোক মখল অতুম থোক্লা থায়দোকই। হায়দোকপদা খোনকাপ অমা অমস্তুং অনীগী মরকওইবা মচেৎ তাবা চাংগী মতম চঙবা খোম্থোক য়াওববসু, ছন্দশাস্ত্রদদি খোনকাপ অমগী অমস্তুং খোনকাপ-অনীগী—অসুম্না মখল অনী থোক্লা থায়দোকই। মরমদি, তশেংনমক ছন্দগী খোনকাপ লেপ্পদি থম্মোইগী মুংবান্ননি, বৈজ্ঞানিক্কী মতম ওন্নবা যন্ত্রনা নত্তে। করি করিগুম্বদা ছন্দ ঙাক্লবগীমমক মৈতৈ ছন্দনা করি করিগুম্বা খোম্থোকপু খোনকাপ অতুমগী ওইনা লৌবসু য়াওই।

মতাং অসিদা কাব্যছন্দগী খোনকাপকা ঈশৈগী খোনকাপকা করম্না খেন্নবগে হায়বতু য়েংশিন্নীঙাইনি। ঈশৈগী খোনকাপকী অরেপ্পা objeotive-ওইবা মতমগী চাং অমা লৈ, ঘড়িগী পেন্দুলম্না মায়কৈ অমদগী মায়কৈ অমদা হাইবগী মতম নত্রগা অসিগুম্বা অতোপ্পা করিগুম্ব ( bjeotive ওইবা মতমগী চাংনা মসিগী ফিদম্নি। ঈশৈগী তাং ... য়দোকপদা মতমগী চাং চপচানা থম্নবগীদমক খোনহায়দা খেন্নবা লৈতল্লি, হায়বদি অচঙবা মতুংইম্না খোম্থোক্কী চিংথোকচিংশিন লৈহল্লি। তৌইগুম্বসুং কাব্যছন্দদা তোঙান তোঙানবা কবিতাদা খোনকাপকী মতমগী চাং তোঙান তোঙাল্লি; কবিতা অমতগী তোঙান তোঙানবা শৈখোঙদা খোঙথাংগী অয়াঙবগী চাং অমস্তুং খোনকাপকী মতমগী চাং হোংবা য়াই। অস্তুম্না হোংবা অসিনা কবিতাদা অয়াম্বা মতমদা মুংহৌ রাংপা হেনবা অমসুং হোংবা থঙহল্লি। অসিতা নঙনা

কাব্যছন্দদদি, য়ারিবমথৈ, চুম্নগী খোনহায়গী খোনকাপ কায়দনা থমগদবনি; ঈশৈদা করিগুম্বা খোম্বোক অমবু খোনকাপ মঙুং ( সিকি মাত্রা ) ফাওবা তেললহনবা অমসুং খোনকাপ মরিক্তাওবা শাংহনবা মাবহ্ক কবিতাদদি য়াদে।

ভারতকী সঙ্গীতকা ভারতকী অমদি মৈতৈ কাব্যছন্দগা মরীদি য়াম্না নক্নৈ। ভারতকী কাব্য অমসুং সঙ্গীতকী পথাপতি মরুদা অমতনি; অরিবা ঈশৈ অমসুং অরিবা কবিতাগী মতুংদা মাম্নবগী শন্নাক অশুক্কী মতীক য়াম্না লৈ মতুদি, মখোয় অসি অমনা অমদগী তোঙানবনি হায়না খঙবা য়াম্না লুই। মৈতৈ কবিতাদা চংনরিবা ছন্দশিং অসি সঙ্গীতকা তাল খায়দোকপগী মওঙ লৌথুনা ( হায়বদি তালগী বিভাগতগী ) খোরকপনি হায়বা অতুমু ফজনা খঙবা ঙম্মী। মতুংদা সঙ্গীত অমসুং কাব্যছন্দ অনী অসি তোঙান তোঙানবা লম্বীদা অমুম অমুম চংনখিবনি। সঙ্গীততা স্বুরগী মশেমদা মথলমথেল য়াম্না লাক্লবসু তালগী নিয়মদি মতম পুম্নমক্তা হোংদনা লৈরক্লি। ঙৌই-গুম্বসুং মৈতৈ কাব্যদা তানখোঙমরু থায়দোকপগী মায়কৈদা মথেল-নাইবা মওঙ মথং মথং লাক্লি; খোইদোক-হেন্দোক্লা ঈচেলনাইবা ছন্দদা ( blank verse, free verse অসিনচিংবা ) মথেলনাইবনা য়ুম্ফম ওইহনা তোঙান তোঙানবা মওঙদা ছন্দ শেম্লি।

## খোনকাপকী পথাপ

মীৎয়েং অমদা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ অসি সংস্কৃত, আরবী, ইংরেজী ছন্দগী শাজতগী তোঙাল্লি হায়বা য়াই। অতোপ অতোপ্পা লোন্দা তৌবগুম্না মৈতৈলোন্দা অকক্লবা খোনহায়না ছন্দ লেপ্তে। খোই-দোকপা ছন্দলৈয়েং অমমমগী মতুংইন্নথুম মৈতৈ কাব্যদা অয়াম্বা মতমদা খোনহায় লেপ্পী। হাম্না হায়খ্রিবা মৈতৈ খোনহায়নিয়মগী অহোংবা য়াইবা অতুনা অসিগুম্বা মওঙ অসি ওইবা য়ারিবনি। মৈতৈ কবিতাগী করিগুম্বা শৈখোঙ অমদা করিগুম্বা ছন্দ অমা হেক্তা পানশিনবা

যাদে, মরমদি চুম্নগী রা-ঙাঙনবগী খোনহায় অহু য়ারিবমখৈ কবিতাদা কায়দনা থমগদবনি। তৌইগুম্বস্নুং ছন্দলৈরেংগী মতুংইন্না কবিতাদা রাহৈগী অমস্নুং খোংস্থোক্কী থোনকাপনচিংবা লেপ্পী।

রা-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াৎনা খ্বাইদগী রাদনা, হায়বদি, চাং খ্বাইদগী হস্থনা হায়দোকপা য়াবা রাহৈগী শরুক অহুবু খোংস্থোক (অক্ষর/ syllable) কৌই। খোংস্থোক্না খোনহায়গী মরুওইবা মচাক্নি। খোংস্থোক খুদিঙমক্তা স্বরময়েক অমমম লৈ। খোংস্থোক্কী মতুংচনবা স্বরগী মমাঙদা অমস্নুং মতুংদা ব্যঞ্জন ময়েক লৈবা য়াই নত্রগা লৈতবা য়াই। কুপশিন্না হায়ববদি, খোংস্থোক খুদিঙমক syllabic অমস্নুং non-syllabic ময়েক্কী অপূনবনি। মহোশানা স্বরময়েক্না syllabic অমস্নুং ব্যঞ্জনময়েক্না non-syllabic ওই। তৌইগুম্বস্নুং করি করি গুম্বা মতমদা ব্যঞ্জনময়েকস্থু syllabic অমস্নুং স্বরময়েকস্থু non-syllabic ওই।

ছন্দগী মায়কৈদগী মথাগী অস্নুম্না মৈতৈ খোংস্থোক্কী মথক থায়-দোকপা য়াই :—




ছন্দ নৈনবা মতমদা খোংস্থোক ( syllable ), স্বর ( vowel ), ব্যঞ্জন ( consonant ), ত্তিন্নবা স্বর ( dipthong ) অসিনচিংবা রাহৈশিংসি ভাষাতত্ত্বদা শীজিন্নবা অর্থদা থঙনগনি। ময়াম্না শীজিন-

রিবা চুম্নগী চৎনবা অর্থদা লোৗরবদি অরানবা ওইগনি। মৈতৈ ময়েকপরেংগী মম্লুংদা 'ঐ' অমসুং 'ঔ' তিম্নবা স্বর অনী অসিতা উৎলবসু থাঙ্গৈশেংবদি মৈতৈলোন্দা তিম্ন স্বর য়াম্না শীক্তিম্নৈ হায়বসি নীংশিংগদবনি। 'চাম্ন' 'ফাও' অসিনচিংবা রাহৈশিংসি থাঙ্গৈশেংনা খোম্হোক অমমম্লি অমসুং তিম্নবা স্বরনা চম্বনি। মতৌ অদুগুম্ন মসিসু নীংশিংগদবনি— মৈতৈলোন্দা তিম্নদবা স্বর পূম্নমক মহৌশানা তেম্লি; ঈ, উ, আ, ও অসিনচিংবসি তেম্না অদুম হায়দোকই।

শেম্বগী মাযকৈদা থম্নরবদি খোম্হোক্তী মম্লুংদা স্বরনা মরু-ওইবনি। স্বরগী মমাঙদা ব্যঞ্জনময়েক লৈরবদি মতুনা স্বরগী থোইদোকপা মওঙ অমা থোকহনবতনি। তৌইগুম্বসুং খোম্হোক্তী মম্লুংদা স্বরগী মতুংদা ব্যঞ্জনময়েক লৈরবদি, খোম্হোক্তী অশাংবা খরা হেঙ্গৎলি। লোল পূম্নমক্তু মহৌশানা স্বরগী অশাংবা মতুংইম্না খোনকাপ পুথোকই।

মতম পূম্নমক্তা শাংবা তিম্নদবা স্বরময়েক মৈতৈলোন্দা লৈতে। মরম অদুনা তিম্নদবা-স্বরনা চম্ব খোম্হোকতি মহৌশানা অতেনবা ওইনা লৌই। তৌইগুম্বসুং ব্যঞ্জন্না-চম্বা খোম্হোক অমসুং তিম্নবা-স্বরনা চম্বা খোম্হোক্তী থোইদোকপা মায়কৈ থরা লৈ। তিম্নদবা-স্বরনা-চম্বা খোম্হোক অমগা ব্যঞ্জন্না-চম্বা খোম্হোক অমগবু খোঙচৎ (লয়) অমতদা পারগা, ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্হোক অদু হায়দোকপগী মতম্না খরা হেম্না চঙই হায়বসি ঐখোয়না অদুম খঙবা ঙম্মী। তৌই-গুম্বসুং খরা থুবা খোঙচত্তা ব্যঞ্জন্না-চম্বা খোম্হোক পারবদি ময়ায়ওইবা খোঙচৎক্তী স্বরনা-চম্বা খোম্হোক্তা মাম্নবা য়াই। মসিবু তেনশিল-হনবা (হ্রস্বীকরণ) কৌই; মসিনা মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকপা গুণ অমনি। তেনশিলহনবা অসিগুম্না ব্যঞ্জন্না-চম্বা খোম্হোক শাংদোক-হনবসু (দীর্ঘীকরণ-সু) মৈতৈ ছন্দদা চৎনৈ। ব্যঞ্জন্না-চম্বা খোম্হোকপু অথীনবা খোঙচত্তা পারবদি নত্রগা ব্যঞ্জন্না-চম্বা খোম্হোক্তী অরোইবা

ব্যঞ্জনময়েক্কী মতুংদা ভাইহাক পোথারবদি, ব্যঞ্জনা-চম্বা খোম্বোক অত্থু ময়ায়ওইবা খোঙচংকী স্বরনা চম্বা খোম্বোক্কী শরূক অনী ওইবা য়াই।

তিম্নবা-স্বরনা-চম্বা খোম্বোক্কী মভাংদসু ব্যঞ্জনা-চম্বা খোম্বোক্কী নিয়ম অসি মান্নবা অত্থম লৈ। তিম্নবা স্বরগী মনুংদা স্বর অনীগী মচাক লৈ। মত্থুগী মনুংদা অহানবনা মপূংফানা হায়দোকই অমসুং মরুওইনা লৈ; অনী-শুবনা মরুওইদনা লৈ, non-syllabic নি, ব্যঞ্জনগা চাউরাক্না মান্নৈ। তিম্নবা-স্বর থুগায়রগা শেংনা হায়দোকপা য়াবা তোঙান তোঙানবা স্বর অনী খোকহনবদি য়াই, তৌইগুম্বসুং মতম অত্থদা মখোয় অত্থু তোঙান তোঙানবা খোম্বোক অনীগী মনুংচল্লি। 'কাও' হায়বা রাহৈসি তিম্নবা-স্বরনা-চম্বা খোম্বোক অমনা শাবনি; তৌইগুম্বসুং 'কৌও' হায়বা রাহৈসিদি খোম্বোক অনীনা শারি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, তিম্নবা-স্বরনা-চম্বা খোম্বোক্না তিম্নদবা-স্বরনা-চম্বা খোম্বোক্কগী শাংবা হাইফেত্তি হেল্লি। মরম অত্থনা মসিবু তেনশিলহন্দুনা খোনকাপ অমতগী ওইহনবা নত্রগা শাংদোকহন্দুনা খোনকাপ অনীগী ওইহনবা তাই। মখোয় অসিবু নীংতম্না তেনশিলহনবদি মৈতৈ ছন্দদা চংনদে। তানখোঙমতেক থুদিঙদা য়ামত্রবদা অয়াংবা (তিম্নদবা অতেনবা নত্রগা তিম্নবা অশাংবা) খোম্বোক অমা লৈবনা চাউরাকপা নিয়মনি।

খোম্বোক্কী খোনকাপকী মরমদা মখাগী নিয়ম খরসি শেম্বা য়াই:—

(১) মৈতৈ ছন্দদা তিম্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্বোক পুম্নমক অতেনবনি হায়বদি খোনকাপ অমনা শাবনি।

[ ১ অ ] তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা মফমদা অতেনবা স্বরসু চম্নকম লৈবগী মতুংইন্না অশাংবা হায়বদি খোনকাপ অমাগী ওইবা য়াই; মত্থুদি—

(ক) চুম্নগী-খোন্নিল-থঙনবা খোম্বোক অমগী রাহৈ ( onomato-poeic ) অমসুং কৌবা ( আহ্বান ), নুংহৌ ( আবেগ ) অসিনফিংবা হায়বদি interjectional ওইবা রাহৈ। থুদম—

ময়ায়কারবা লাঙ্গোইশা ⁝ কাম্মি ফী ফী শাউবনা

হো ইমা ইমাও ⁝ ঐমু লাকে ইমাও

বা বা বা ।⁝ লঙ্গোইবনমু মীনম্বা ।

(খ) অরোইবা খোম্থোক নমশিনগ্রবা নত্রগা লূপখ্রবা রাহৈগী অরোইবা খোম্থোক। খুদম—

য়েংদ য়েংই তুমিন্না ⁝ বাদি তাণ্ডব করিসু

(গ) সংস্কৃত বাংলানচিংবা অতোপ্পা লোন্দগী মশক হোংদনা চঙলকপা (তৎসম) রাহৈগী মমুংদা য়াওবা হান্না শাংলকপা খোম্থোক। খুদম—

বীর ব্রজবাসী ⁝ পোকচবীনি নঙদি

(২) তিন্নবা খোম্থোক, হায়বদি ব্যঞ্জন্না চম্বা অমসুং তিন্নবা-স্বরনা-চম্বা খোম্থোকপু অশাংবা ওইনা লৌবা য়াই, অমসুং লৌনীংবা মফমদা অতেনবা ওইনা লৌবসু য়াই।

[ ২ অ ] রাহৈগী অরোইবদা তিন্নবা খোম্থোক লৈরবদি মহুবু অশাংবা ওইনা লৌবনা মহোশাগী নিয়মনি।

মথক্কী নিয়মশিং অসি মহোশাগী ওইনা হায়বদি চাংওইনা লৈবা নিয়ম ওইজবতনি। তোইগুম্বমুং ছন্দগী মরীদা চন্নকম মচু'ইন্না খোম্থোক্কী খোনকাপ লেপ্পনা মরুওইবা নিয়মনি। শম্দোকপা নিয়মদি শাইরিক্কী অনীগুবা শরুক্তা নৈনম্রে।

## মঙাশুবা শরুক

### ( লেমহৌবা রাফম )

# মৈতৈ ছন্দদা জাং খেন্নবা ( ? )

রাফম অসি নৈনখ্রিভৈদা 'জাং' হায়বা রাহৈ অসি করম্বা অর্থদা লৌগদগে হায়বস্থ মুন্না খঙগদবনি। মৗগী মগুন নত্রগা লমচৎ শাজৎ-মাম্নদবগী মতুংইন্না তো'ঙান তোঙানবা মৗগী মখল খায়দোকই অদুগা লোল নত্রগা ধর্ম তিন্নদবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা জাং খায়-দোকই। অদুনা 'জাং' হায়বা রাহৈসি 'মখল'গী অর্থদা লৌবা য়াদে। ছন্দগী মতাংদস্থ মখল অমস্তুং জং অনী অসি তোঙান তোঙানবা অর্থদা লৌগনি খোঙচংকী মতুংইন্না খায়দোকপা মৈতৈ ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মখলগী মরমদা নৈনখ্রে। হৌজিক মতাং অসিদা নৈনগদবদি—মৈতৈ ছন্দগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মখল লৈবগুম্না করিগুম্বা মরুওইব মায়কৈ অমদ। নত্রগা খরদা পুমখেন খেন্নবগী মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দগী তোঙান তো'ঙানবা জাংস্থ লৈবা য়াবরা অসিনি।

অনৗশুবা শরুক্কা নৈনখ্রিবা মৈতৈ ছন্দগী কাঙলোলশিং অদু অরিবা অমস্তুং অনৌবা মৈতৈ কবিতা পুন্নমক্তা ইচন চন্নে। কাঙ-লোলশিং অসি মৈতৈলোলগী শাজৎ, মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ অমস্তুং মৈতৈগী চেন্নরকপা ছন্দঙীকাও খঙনবা পাঙন্দা নত্রগা লেপ্লিবনি। মখল মখা অয়াম্বা মওঙদা কবিশিংন, কাব্য লে ল ক্র, মখোয় পুন্নমক মসিদা ছন্দগী নাকোংনা কাঙলোলশিং অদু তারগা ইবগী থবক চখরিবনি। ছন্দকায়দবা কবিতা পুন্নমক কাঙলোলশিং অসিগী মতুংইন্না ছন্দমশেম উৎপা য়াই। কাঙলোলশিং অসিনা মৈতৈ কাব্য পুন্নমক্কী ছন্দদা অমতওইবগী মরী অমা লৈহল্লিবনি। অসিগুম্বা ছন্দকাঙলোলশিং অসিবু পুন্না **তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক-কাঙ-লোল** ( Beat and Bar theory ) হায়বস্থ য়াই। মরমদি কাঙলোল পুন্নমক অসি তানখোঙমক অমস্তুং **তানখোঙমতেকী**

মচন্, মশেম অমসুং মশীন, মথোয়গী খোঙচৎ, শাথেক অমসুং অমগা অমগা লৈনবা মরী অসিনচিংবগী মরোল ঙাক্তনি।

মৈতৈ ছন্দনিয়মগী মরুদা লৈরিবা অমতওইবগী মওঙ অহু অয়াম্বনা ফাবা ঙম্মদে। মৈতৈ ছন্দদা খোম্বোক্কী খোনকাপতি হায়দগী লেপ্তে নত্রগা অকরুদে; ছন্দগী অচঙবা মতুংইন্না খোম্বোক তেনশিলহল্লি নত্রগা শাংদোকহল্লি; তৌইগুম্বসুং ছন্দগী চয়ফমগী মরু অহু চপচানা ফাবা ঙমদহুনা মৈতৈ ছন্দদা তোঙান তোঙানবা জাৎ লৈ হায়না নীংনরি। ছন্দগী মরমদা থিজিনবা থরনা মৈতৈ ছন্দগী মথল অহুম হায়বদি খোল্লুমথোই, শৈনিম্বোই অমসুং খোম্লিম্বোইবু তোঙান তোঙানবা জাৎ অহুম ওইনা লৌহুনা মৈতৈ ছন্দবু জাৎ অহুম থোক্লা থায়দোকপা য়াই হায়রি। অসিদগী হেন্না জাৎ থাযদোকপসু য়াই হাযনা নীংবসু য়াওরি। তৌইগুম্বসুং মসি ওইবা য়াদবা রাফম থরা লৈ।

বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদা মফম পূন্নমক্তা মথেলনাইবগী মহুংদা অমতওইবগী মওঙ উবা ফংই। হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী জগত্তা গোয়ালিয়রি, জৌনপুরি অসিনচিংবা মথলমথা অয়াম্বা মওঙ লৈরিবা অসিগুম্না মৈতৈ ছন্দগী জগত্তসু তোঙান তোঙানবা মরেং (style) লৈবা য়াই। তৌইগুম্বসুং অহুম ওইনমক ছন্দলৈরেংগী মরুদা করিগুম্বা অমতওইবা নিয়ম অমা লৈবা য়াদবরা হায়বা রাহং অমদি লৈ। মৈতৈগী লোল, ব্যাকরণ অসিনচিংবদা মশাগী তোপতোপ্পা মওঙদি লৈরগা মৈতৈ ছন্দদসু লৈরোইদবা করিগীনো? লোল অমতদা মতম অমতদা তোঙান তোঙানবা জাৎকী ছন্দ লৈবা অমি য়াফম খোকপরা? মৈতৈগী চেন্নরকপা ছন্দঈফাও-খঙনবা পান্নবা অমত্তা লৈতে হায়বসি য়ানীংফম থোকপরা? লৈরবদি মহুবু পান্নবা খঙবা য়াবা মরুওইবা মওঙ অমা করিগী লৈরোইদোরিবনো?

ছন্দকায়দা কবিতাগী অশোয়বা মওঙ অহু মৈতৈগী নাকোংনা

খূদক্তা ফাবা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং তোঙান তোঙানবা জাৎ অহুম মরিগী ছন্দ লৈরম্লবদি অসুক লায়না অমসুং থুনা নাকোংদা ফাওরম্লোইদবনি। মরমদি—জাৎ অহুম লৈ হায়না লৌরবদি মসিসু য়াবা তাই, মতুদি অয়াম্বা মফমদা করিগুম্বা কবিতা অমগী ছন্দনা জাৎ অমগী নিয়মদা চুম্লবসু অতোপ্পা জাৎ অমগী নিয়মদা লাল্লি। অসিতা নত্তনা, জাৎ অহুম খায়দোকপগী থৌওঙ অসিদা 'putting the cart before the horse'-কী fallacy অমু লাক্কনি। কবিতাগী জাৎ হান্না পুথোক্লগা মতুগী ছন্দমশেম কোম্না পুথোকদবা নত্তে, ছন্দমশেম হান্না পুথোক্লগা কোম্না জাৎ লেপকদবনি। হায়বদি জাৎ খায়দোকপগী নিয়ম মতুংইন্না ছন্দগী থোনকাপ লেপকদবা নত্তে, ছন্দগী থোনকাপ অমসুং শরান্নরুচিংবা লেপ্লবা মতুংদা মতুবু জাৎ অসিনি জাৎ অতুনি হায়বা ঙম্লিবনি। য়াফম অসিদা নীংশিংগদবা অমনা, মৈতৈলোলগী অমদি মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা শাজৎকী মরমদা মুন্না খঙদনা সংস্কৃত অমসুং ইংরেজী ছন্দগী নিয়ম লৌরগা মৈতৈ ছন্দ নৈনগে হোৎনরবদি মথলমথা অয়াম্বা অরানবদা তাগনি। মরম অতুনা ইংরেজী সংস্কৃতকী নিয়ম থোইদোকপা খল্লুদনা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ অমগুং নাওঙ (লক্ষণ) ইন্না নৈনরবতদা য়াফম অসিগী অশেংবা খঙবা ঙমগনি।

থোঙচৎকী মতুংইন্না খায়দোকপা মৈতৈ ছন্দ মথল অহুম অসিবু তোঙান তোঙানবা জাৎ অহুম ওইনা লৌবা য়াবরা? য়াহং অসিগী পাউথুম পীবা তারবদি মথল অহুম অসিদা থোনকাপকী নিয়ম তোঙান তোঙানবরা হায়বা য়াহং অসি নৈনবা তাই। অহানবদা, 'খোল্লুমথোই' অমসুং 'শৈনিম্থোই' অনীসিগী থোনকাপনিয়মদা থেন্নবা করিনো? খোল্লুমথোইদা স্বর মশীং থীরগা থোনকাপ লেপ্পী, শৈনিম্থোইদনা ময়েক মশীং থীরগা লেপ্লরা? ছন্দ শকখঙনবগী নাকোংদনি; মরম অতুনা য়েংলগতা লৌশিনবা য়াবা অমসুং ইয়দগী

খোকপা ( হায়বদি ময়েক ) অহুনা ছন্দগী য়ুম্ফম ওইবা য়াদে। ময়েক খণ্ডদবা মীস্যু ছন্দ কায়বা খণ্ডবা ঙম্মী। য়োমান ময়েক্তা শৈনিস্থোই ছন্দগী কবিতা ইরবদি করম্না হিসাব তৌগনি? খোম্নিলগী মায়কৈদগী খন্নরবদি উবা ফংগনি, শৈনিস্থোই ছন্দদস্যু স্বর মশীং থীরগা খোনকাপ লেপ্পী তৌইগুম্বস্যু করিগুম্বা য়াহৈগী অয়োইবদা তিম্নবা খোস্থোক লৈরবদি খোনকাপ অনী ওইনা লৌই; মতম পুম্নমক্তা লৌবদি নত্তে, হায়বদি খোনকাপ অমা ওইনা লৌবস্যু য়াওই। য়াহৈগী অহৌবদা নম্রগা ময়ক্তা লৈবা তিম্নবা খোস্থোকস্যু মতম পুম্নমক্তা খোনকাপ অমা ওইনা লৌদে, খোনকাপ অনী ওইনা লৌবা য়াম্না য়াওই। হৌজিক কনা কনাগুম্বনা শৈনিস্থোই ছন্দদা য়াহৈগী অহৌবদা নম্রগা ময়ক্তা লৈবা তিম্নবা খোস্থোক শাংদোক-হনবা য়াদে হায়বা য়াওই। তৌইগুম্বস্যুং মত্ত অসি ইন্দবা মফম য়াম্না উবা ফংই। মরম অহুনা অসিমখৈ ঐখোয়না হায়বা য়াই, শৈনিস্থোই ছন্দদা তিম্নবা খোস্থোক্তি করিগুম্বদা খোনকাপ অমা, করিগুম্বদা খোনকাপ অনী ওই; হান্নদগী লেপ্পা করিগুম্বা অকক্নবা নিয়ম অমত্তা লৈতে। করম্বা মফমদা শৈনিস্থোই ছন্দদা তিম্নবা খোস্থোক শাংগদগে হায়বত্থু খণ্ডবসি ছন্দশিল্পী অয়াম্বদা লুনা খোক্নি। তৌইগুম্বস্যুং তানখোঙমক্ত তানখোঙমতেক-কাঙলোলগী মতুংইন্না ইরায়-লায়না মথু পুখোকপা য়াই।

খোল্লুমখোই ছন্দদস্যু মতম পুম্নমক্তা স্বর মশীং থীরগা খোনকাপ লেপ্পে অমস্যুং মরম অহুনা ছন্দ অসিদা তিম্নবা খোস্থোকপু করি করিগুম্বদা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। অহুনা খোল্লুখোই ছন্দদস্যু চম্নফম মতুংইন্না খোস্থোক শাংদোকহনবা তাই।

অহুমা খোম্নিস্থোই ছন্দদস্যু মতম পুম্নমক্তা খোম্নিস্থোইগী নিয়ম তাকই হায়বা য়াদে। খোম্নিস্থোই ছন্দদা তিম্নদবা খোস্থোক পুম্নমক অমত্তেনবা ওইনা লৌবনা নিয়ম ওইরবস্যু মরক মরক্তা শাংদোকহনবা

য়াওই। শৈনিহ্মোই অমসুং খোল্লুমথোইদসু তিন্নদবা খোহ্মোক্ক শাং-দোকহনবা অহুম য়াওই।

মরম অহুনা ঐখোয়না উবা ফংলি, মখল পূন্নমক্কী কবিতাদা ছন্দগী চন্নফম মতুংইন্না তিন্নবা অমসুং তিন্নদবা খোহ্মোক মখল পূন্নমক শাংহনবা য়াই। অহুনা খোনকাপনিয়মগী মতুংইন্না খন্নরবদি মৈতৈ ছন্দবু জাং অহুম খোক্কা থায়দোক্লোভাই মরম লৈতে।

## মৈতৈ শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ

মৈতৈ ছন্দগা সংস্কৃত ছন্দগা মান্নবগী শক্লক য়াওরবসু মৈতৈ শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ চপচানা পানশিনবদা খুদোংচাদবা কয়ামরুম লৈ। অহানবদা, মৈতৈলোন্দা অশাংবা স্বর য়াম্না তাভনা শীজিন্নে। মহৌশাগী ওইনা লৈবা ঐখোয়গী খোনহায়নিয়ম মতুংইন্না স্বর পূন্নমক তেল্লি। অহুম ওইনমক মৈতৈলোন্দা তিন্নবা খোহ্মোকপু অয়াম্বা মতমদা অশাংবা ওইনা লৌই অমসুং করিগুম্বা তিন্নবা খোহ্মোক অমবু শাংহন্নীংলবদি অহুম শাংহনবা য়াই। তৌইগুম্বসুং খোন্নিলগী গুণ মতুংইন্না খন্নরবদি মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোহ্মোক্কা সংস্কৃতকী অশাংবা খোহ্মোক্কা অমতা নত্তে। মৈতৈলোন্দা রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোহ্মোক্তি মহৌশানা শাংই। মরমদি, মৈতৈ-লোন্দা থংন থংননা লৈবা রাহৈশিংবু তিন্নদনা থম্বনা নিয়মনি, ছন্দদসু সংস্কৃত রাহৈ নত্তবা অতোপ্পা মক্কমদদি মহৌশানা সন্ধি শীজিন্নদে। মরম অহুনা রাহৈগী অরোইবদা লৈবা ব্যঞ্জনময়েকপু মতুংগী থংনবা ময়েক্কা তিন্নদনবা রাহৈগী অরোইবদা খজিক্তং হাউইল্লি, অহুনী চাউরাক্কা রাহৈগী অরোইবদা লৈবা তিন্নবা খোহ্মোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। রাহৈগী মতুংদা লৈবা তপ্পা অরৈক থাইজাকুনা অমসুং মতুগী খোন্নিল চিংথোক্লগা তিন্নবা খোহ্মোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত ছন্দদদি [illegible]

মহুদা অস্নুমা খাইদোকপা অমসুং হাণ্ডহনবা অসি য়াদে, মরমদি চপচাবা অশাংবা স্বরগী খোনহায়দা অশাংবা খোঙ্গোক শীজিন্নগদবনি।

অনীশুবদা, মৈতৈ শৈরেংদা খোনকাপমান্নবগী চাংচৎ অমদা তানখোঙমরু কয়ামরুম পুল্লগা শৈখোঙ অমমম শেন্মী অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙদা অকন্নবা নিয়ম মতুংইন্না তানখোঙমতেক শীন্নি। খোইদোকপা মকম অমা অনা নত্তনা তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক খুদিঙদা ন্নাহৈ মপুম অমা নত্রগা কয়ামরুম লৈগদবনি। সংস্কৃতকী শৈখোঙ অমমমদি অতেনবা অমসুং অশাংবা খোঙ্গোক্না খোইদোকপা মথল অমা নাইনা অমসুং মথেল নাইনা তিন্নবতনি; মসিগী মচাক্না অতেন অশাংগী হিসাব মতুংইন্না খোইদোকপা মওঙ নাইবা খোঙ্গোক কয়ামরুন্নি। অশাংবা নত্রগা অতেনবা খোঙ্গোক্কী মথংমনাও নাইনা লৈবা মওঙদগী খোকপা খোন্নিল ঈথক্না সংস্কৃত ছন্দগী থরায়নি। সংস্কৃত ছন্দগী শৈখোঙ অমমমগী মচাক 'গণ' কয়ামরুম্না ওইবা মকম অহুদা 'গণ' খুদিঙমক অতেনবা অমসুং অশাংবা খোঙ্গোক তিন্নবগী মওঙ অমা ওইবা নত্তনা অতৈ করিস্নু ওইদে, ন্নাহৈ শেম্নগা মহুগা করিগুম্বা মরী অমতা লৈনদে।

সংস্কৃততা অসিগুম্বা ছন্দ কয়ামরুম লৈ, মহুগী শৈখোঙশিংবু ইন্নায়লায়না খোনকাপমান্নবা শন্নাক কয়ামরুম খোক্না খায়দোকপা য়াই। অসিগুম্বা শৈখোঙশন্নাক্কী মথংমনাওনাইবা খোনকাপমশীন মতুংইন্না খৈনকাপ থন্নগা ন্নাহৈ অমমম নত্রগা ন্নাহৈকাঙলূপ অমমম শীজিন্নবা তন্নবদি, মৈতৈগী তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক্কী নিয়মস্নু ঙাকপা ঙমগনি অহুগা সংস্কৃত ছন্দগী মথংমনাওনাইবা খোনকাপমশীনস্নু কায়দনা লৈগনি। খুদম ওইনা তোটক ছন্দগী ন্না পনবা য়াই। তোটক্কী অশম-খুদম

—+

++—++—++—++—

অসিবু ইন্নায়লায়না খোনকাপ মরিগী শন্নাক অমমমদা খায়দোকপা য়াইং

−+
++− ⁝ ++− ⁝ ++− ⁝ ++−

মতুদি,

++− ++− ++− ++−
রণনি ⁝ র্জিতত ⁝ র্জয়দৈ ⁝ ত্যপুরং

অতুগা

++− ++− ++− ++−
উররোই ⁝ উররোই ⁝ নতারোই ⁝ পামুবী

মসিদা শৈখোঙগী অরোইবা খোম্বোক্কী অশাংবা খোনহায় অসি মহোশাগী থরা তাকাব্রবসু তোটক্কী মথংমনাওনাইবা খোনকাপমশীন কায়দনা লৈরি। মসিদা খোনকাপ মরিগী তানখোঙমরু অমময়া ছন্দগী যুম্ফম ওইরি, অমসুং খোনকাপকী মায়বা চাংচৎ অসিনা ছন্দ নাইহল্লি। তিমবা খোম্বোক্কী পাম্বৈনা সংস্কৃতকী অশাংবা স্বরগী মওঙ লৌবা মফম অতুদা অতেনবা খোম্বোক অনৌ থম্লবসু থোইদোক্লা কায়বা লৈরোই; মথক্কী শৈখোঙ অসিবু

++++
উররোই ⁝ উররোই ⁝ নতাতুদি ⁝ পামুবী

অসুম্না ইরবদি সংস্কৃত তোটক ছন্দগী নিয়ম কায়গনি, তৌগুম্বসুং মৈতৈ ছন্দগী মায়কৈদগীদি থোইদোকপা অকায়বা লৈতে। মসিদগী অতুম তশেংনা থঙবা ঙম্মী, মতুদি মৈতৈ অমসুং সংস্কৃত ছন্দগী শাজৎ অমসুং নিয়ম তোঙান তোঙাল্লি; খোম্বোকমশীং নত্রগা মথংমনাওনাইবা খোন-কাপমশীম্না মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা রা নত্তে, তানখোঙমরু নত্রগা তানখোঙমতেক অমমমদা লৈবা অপূনবা খোনকাপমশীংনা মসিগী মরুওইবা রানি। করিগুম্বা সংস্কৃত ছন্দগী মথংমনাওনাইবা খোনকাপ-মশীন অত্থ মৈতৈ ছন্দগী করিগুম্বা শৈখোঙদা মায়বা য়াওরবসু মতু অমুম চানরুবা হায়বতুনি। সংস্কৃতথঙবা নত্রবদি কনাগুম্বা [illegible] অমতনা মায়বা অসি ফাবা ঙমদে। মসিনু য়েংশিনগদবনি, মতুদি

সংস্কৃতকী অশাংবা স্বরশিং অহূনা নাকোংদা য়ৈবা অমসুং ছন্দঈকাও পোকহনবা অহূগুম্না মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোম্থোকশিং অহূনা ভৌদে।

অসুম ভৌনা পঞ্চামর, মালতী, মদিরা, ভুজঙ্গপ্রয়াত, সারঙ্গ অসিনচিংবা খোইদোকপা মথল অমগী গণ কয়ামরুম্না তিল্লগা শেম্বা ছন্দশিং অসি মৈতৈ ছন্দদা চাউরাক্লা ইনবা য়াই, ভৌইগুম্বসুং সংস্কৃতকা চপমান্নবা খোন্নিলগী গুণ অমসুং ছন্দঈথক মৈতৈ ছন্দদা পুরকপদি খরা লুনা থোকই। মরমদি মৈতৈ ছন্দদা চপচাবা অশাংবা স্বরগী খোনহায় য়াম্না তাঙনা উবা ফংই (অনীগুবা শরুক্কী ৩০ গুবা মতাং য়েংউ)। মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোম্থোক্তি সংস্কৃতকী অশাংবা স্বরগা চপমান্নদে।

সংস্কৃততা ছন্দ কয়ামরুম অমসু লৈ, মখোয় অহূ মথল অমতগী গণ কয়ামরুম্না শেম্বা নত্রবসু মৈতৈগী তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক্কী নিয়মগা চাউরাক্লা চানহনবা য়াই। থুদম ওইনা 'মনোহংস' ছন্দ পনবা য়াই। অহূগা অমুক অসিগুম্বা ছন্দ কয়ামরুমসু সংস্কৃততা লৈ, মহূদি মখোয় অহূ মৈতৈ তানখোঙমরু তানখোঙমতেক্কী নিয়মগী উচন্দা থম্বা সুকয়া য়াদে। থুদম ওইনা 'ইন্দ্রবজ্রা' ছন্দ পনবা য়াই।

মৈতৈ শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ পুশিল্লরুবা হোৎনবশিংনা মৈতৈ খোনহায়দা সংস্কৃত খোনহায় নমহূনা পুশিল্লকপা য়াওরি। মহূদি

'পাউং' কোয়কই মমঙদ ঐগী ইচা খোগনা (কোৱদা)

হায়বা মীনকেতনগী শৈখোঙ অসিদা তূণক ছন্দগী মওঙ লোনবা হোৎনরি। ভৌইগুম্বসুং তূণকগী নিয়মদা শৈখোঙ অসি কনানসু পানীংলোই, মৈতৈ ছন্দগী মহোশাগী নিয়মদা ইবা খোনকাপ ৮+৭-কী শৈখোঙ ওইনা লোরগা পাগনি। অসুম ভৌনা নীলকান্তগী

লেপখ্রে ঐহাক্কী কবিতাগী উৎসৈ,

অহাঙবা অতিরাদা সায়স্রে জগোই— (হারবা জগৎ)

অসিনচিংবা শৈখোঙশিংদা সংস্কৃত ভুজঙ্গপ্রয়াতগী মওঙ লোনবা হোৎনরিবসিসু চপচানা ভাহনবা ঙমদে।

হৌজিক্কী মতমগী মৈতৈ কবি খরনা তিন্নবা খোংহোক্ক পুন্নমকপু অশাংবা ওইনা লৌরগা মৈতৈ শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ পুশিল্লকবা হোৎনরি। তৌইগুম্বসুং চন্নকম মতুংইন্না তিন্নবা খোংহোকপু শাংহনবা মৈতৈ ছন্দদা চৎনরবসু অসুন্না শাংহনবা অসি তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক্কী চন্নকম মতুংইন্না তৌনৈ, মশানা অহুম ওইজবা নত্তে। মরম অহুনা অসুন্না শাংহনবসি মক্ষম পুন্নমক্না চৎনদে, তৌরবসু মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক্কী মরুওইবা অমসুং থুগায়বা য়াদবা মওঙ অহু কায়দনবা য়ে গদবনি। অহু নত্রবদি মৈতৈ চন্দগী হিসাব মতুংইন্না ছন্দ কায়গনি। অনীশুবদা, মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোংহোক্না সংস্কৃতকী অশাংবা স্বরগা মতুংশিন্নবা য়াদে হায়বসি হান্না হাযখ্রে। অহুমশুবদা, মৈতৈ ছন্দদা তানখোঙমরু তানখোঙমতেক্কী নিয়ম মতুংইন্না লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ থম্বা মওঙ অহুদা সংস্কৃত ছন্দগী ঈচেল কায়দনা লৈবা য়াদে। ফনা কুপশিন্না খোংহোক্কী খোনকাপ লেপ্পবসু মৈতৈ ছন্দলৈরেংবু ওইরবদি তানখোঙমরু, তানখোঙমরুগী খোনকাপকী চাংচৎ, তানখোঙমরুগী মহুংদ তানখোঙমতেক্কী মশীন, তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক্কী খোনকাপ অমসুং মহুগী অমগা অমগা লৈনবা চাং, মসিনা ছন্দঈকাওগী যুক্ষম অমসুং মরুওইনা খন্নদীঙাই হীরম ওই, অশাংবা নত্রগা অতেনবগী মথংমনাও শীনবদি য়ান্না মশাওইবা (গৌণ) অমসুং অনীংবা মতুংইন্না হোংবা য়াবা মওঙ ওইনা লৈ।

মৈতৈ শৈরেংদসু চপচাবা অশাংবা স্বর করি করিগুম্বা মক্ষমদা উবা ফংই। করি করিগুম্বা মক্ষমদা মসি শীজিন্নবা য়াবগী ৱা হান্না হায়খ্রে (অনীশুবা শরুক্কী ৩০শুবা মতাং য়েংউ)। তৌইগুম্বসুং তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক্কী নিয়ম ঙাক্লগতা মহু শীজিন্নবা য়াই। অসুম তৌনা অশাংবা স্বর শীজিন্নবা ঙম্নবতদা চপচাবা সংস্কৃত ছন্দগী খোমিলঈথক পুশিল্লকপা য়াই। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত ছন্দ খুদিঙমক অনীংবা মতুংইন্না মৈতৈ শৈরেংদা পুশিল্লকপদি ওইখোক্তে।

হৌজিক মৈতৈ সাহিত্যগী পূৰ্কেদা লৈরিবা শৈরেংসাহিত্যগী পোথোক য়েংলুরবদি কবি চাউবনা হৌজিকফাওবদি মৈতৈগী অথোইবা ছন্দশিল্পীনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্কী 'থায়নগী লৈরাং' কৌবা শৈরেংশাইরিক্তা মৈতৈগী অরিবা অমসুং অনৌবা ছন্দ উৎপগা লোয়ননা বাংলা ছন্দগী মওঙ কয়াসু পুশিল্লক্নি। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত ছন্দ পুশিল্লকৄবা হোৎ-বা থুদমাদ থোইনা ফংদে। কবি দরেন্দ্রজিৎকী কাব্যদা সংস্কৃতকী শহুম য়াম্না চঙলবসু ছন্দগী মায়কৈদদি থোইনা চঙবা উদে। অঙাংহল কমলনচি'বসু মাগী মাগী মায়কৈদা ছন্দশিল্পী অমমম ওইনরবসু সংস্কৃত ছন্দগী পূৰ্কেদগী পুশিল্লকপা শন্নাক থোইনা উদে। অহুম ওইনমক হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্যদা সংস্কৃত ছন্দগী মওঙ সুকয়াও য়াওদে হায়রবদি লানগনি। মরমদি মৈতে লাহিত্যগী ময়াম্নী যুগত ইবা অনুবাদসাহিত্য অমসুং বাংলা লৈবাক্কুগী চঙলকপা বৈষ্ণব পদাবলীগী ঈশৈনিংবদগী সংস্কৃত ছন্দগী শহুম মৈতৈ সাহিত্য-জগত্তা থরমথৈ লাকখিদব নত্তে। হৌজিক্কী যুগকী মৈতৈ শৈরেং-সাহিত্যগী শন্নাক অয়াম্বা ময়ায়যুগকী শৈরেংছন্দগী ফিদম লৌহুনা ইবা মরম্না হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংসাহিত্যদা হায়রিবা মতম অলিদা লাকখিবা সংস্কৃতকী শহুম অহু উবা ফংই। থুদম ওইনা, থোনকাপ ৮+৮-গী অশাংবা শামুথোঙছন্দ মথল অমা হৌজিক উবা ফংলিবসি, থোনহায়নিয়মদা সংস্কৃতকা মাম্নত্রবসু ময়াম্নযুগতা চঙলকপা সংস্কৃত পজ্ঝটিকাগী মওঙনি। অ২গ .য়লহৌযুগকী শৈরেং থরদসু অসুম তৌনা সংস্কৃত ছন্দগা হাইফেৎ মাম্নবা মওঙ উবা ফংই। থুদম ওইন —

ছচিক্ নঙনা ⋮ পীবুক্ নচা ⋮ মান্নবসিপো

অবাং কোরৌ ⋮ নোংহুরৈমা ⋮ ওইনগেকো

( কোম্বৌজম নোঙারোল )

অদি সংস্কৃত রুচিরা ছন্দগা মওঙ য়াম্না মান্নৈ। অসুম তৌনা মৈতৈ ছন্দগা সংস্কৃত ছন্দগা হোরকফম তিম্নত্রবসু য়েলহৌযুগতগী হৌনা অদুগী অদিগী মরক্তা মাম্নবা শন্নাক অহুম লৈরক্নি।

অতুগা হৌজিক সংস্কৃতগী ছন্দোকপা অনুবাদসাহিত্য থরা মৈতৈলোন্দা থোরক্লিবসিদদি হান্না লৈজবা সংস্কৃত ছন্দ অতু থম্নবা হোৎনদে। থুদম ওইনা, কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী 'মহাভারত অনুবাদ' ( মণিপুরী মহাভারত ), গৌরকিশোরগী 'মেঘদূত অনুবাদ' ( লৈচীন দূতী ), ব্রজবিহারীগী 'কুমারসম্ভব অনুবাদ' অসিনচিংবা। তৌই-গুম্বসুং হোৎনরবদি হায়রিবা অনুবাদশিং অসিদসু মাগী মাগী লৈজবা সংস্কৃত ছন্দ অতু থম্বা ইয়া য়ারোইদবা নত্তে।

## মৈতৈ শৈরেংদা ইংরেজী ছন্দ

মৈতৈ শৈরেংদা ইংরেজী ছন্দ শীজিন্নবা য়াই হায়না কনা কনাগুম্বনা থল্লি। অতুনা কনা কনাগুম্বা কবি থরদি মৈতৈ কবিতাদা ইংরেজী ছন্দ পানশিনবফাওবা য়াওরে। তৌইগুম্বসুং ইংরেজী ছন্দগী মরুওইবা কাওলোলশিং অতু য়েংশিল্লবদি মত অসি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াদে।

লোল খুদিঙমক্কী ছন্দগী নিয়মদি খোস্থোক্কী করিগুম্বা মওঙ অমগী শাইগোন থুপ্লগা শেম্বনি। খোস্থোক্কী অশাংবা নল্লগা খোনকাপনা মৈতৈ ছন্দগী য়ুম্ফমগী মশক্কি। মরম অসিনা মৈতৈ ছন্দবু quan-titative নল্লগা খোনকাপইনবা ছন্দ হায়নৈ। মৈতৈ ছন্দগী মচাক্তি তানখোঙমরু অমমল্লি, অমসুং তানখোঙমরু খঙনবদি মসিগী খোনকাপ-মশীংদনি। মৈতৈ ছন্দগী মওঙ নল্লগা মশেম উৎপদা ঐখোয়না য়েংই — খোস্থোক অমমমদা খোনকাপ কয়ানো, মতু তেনবরা নল্লগা শাংবরা, খো ক প অমগীরা নল্লগা অনীগীরা, অমসুং মথেম্বনা পুল্লগা শম্বা তানখোঙমতেক অমসুং তানখোঙমতেকশিংগী অপুনবা খোনকাপ-শীং কয়নো। মাল্ল মাল্লব নল্লগা চাং অবকুবা খোনকাপক তানখোঙ-মরুনা মৈতৈ শেরেংগী কৈ খোঙ অমমম শেম্মী।

ইংরেজীছন্দগা মৈতৈ ছন্দগা মরুদা পুমথেন থেম্মে। ইংরেজী ছন্দদি qualitative ওই, হায়বদ খোস্থোক্কী গুণ মতুংই ল্ল। Accent হায়বদি হায়দোকপা মতমদা খোস্থোক অতৈ অতৈগা মরী লৈনবা

লৈবা খোঙ্হোক্কী অৱাম্বদা মসিগী য়ুম্ফম ওই। ইংরেজী ছন্দগী মচাক্তি foot নত্রগা গণ অমমন্নি, অমসুং foot খণ্ডনবনা accented অমসুং unaccented ওইবা খোঙ্হোক শীনবগী নিয়মদনি। করিগুম্বা ছাচা অমগী মতুংইন্না ইংরেজী ছন্দগী foot অমমম শাই অমসুং মহুগী মতুং-ইন্না foot খুদিঙদা accented অমসুং unaccented ওইবা খোঙ্হোক শীল্লি। ছাচা অতুনা ইংরেজী foot কী মশক তাকই। ইংরেজী ছন্দগী মশেম খায়দোকপা মতমদা ঐখোয়না উই—ঋরি করিগুম্বা খোঙ্হোক্তা accent তাই অমসুং করি করিগুম্বা খোঙ্হোক্তনা তাদে, অমসুং অকক্পবা নিয়ম মতুংইন্না মখোয় অতুগী মথংমনাও শীল্লি। মরম অতুনা মৈতৈলোন্দা ইংরেজী ছন্দ চংনবা য়াদে হায়বসি মতমতুদা লায়না খণ্ডবা ওন্মী।

অতুম ওইনমক কনা কনাগুম্বনা মত পীবা য়াওই, মতুদি মৈতে খোল্লুমখোই ছন্দ অসি ইংরেজী ছন্দগী মহূৎশিনবা শক্তুম্নি, অমসুং মসিদা ইংরেজী ছন্দগী মওঙ লৌনীংবমথৈ লৌবা য়াই। মখোয়না নীংই—মৈতে ছন্দগী খোল্লুমগা ইংরেজী ছন্দগী accent-কা পোৎশক অমতনি, মরম অতুনা ছন্দদা খোল্লুম মশীং য়াম্না তাহল্লগা মৈতে শৈরেংদা ইংরেজী ছন্দ পুশিল্লকপদা খোইদোকপা অপনবা লৈতে।

তৌইগুম্বসুং তশেংবদি ইংরেজীগী accent অমসুং মৈতৈগী খোল্লুম অনী অসি পোৎশক অমতা নত্তে। ইংরেজী accent-কী স্বরগী অৱাম্বদি রাহৈগী মহোশাগী ওইবা খোনহায় মতুংইল্লি, তৌই-গুম্বসুং মৈতে ছন্দদা খোল্লুমগী স্বরগী অৱাম্বদি মহোশাগী ওইবা খোনহায়দগী হেন্দোকপা খোম্নিল-ঈহৌ অমমন্নি।

• / • •   / • • •   ০ / • •   / • • •

অৱাংবতা ⁝ য়েংবিগনু / অনেম্বসু ⁝ কাউবিগনু

মসিদা 'য়েং', 'কাউ' খোঙ্হোক অনী অসিগী স্বরগী অৱাম্বা মহোশাগী ওইবা খোনহায়গী মতুং ইন্দে। 'রাং', 'নেম্' খোঙ্হোক অনী অসিগী

স্বরগী অয়াম্বদি থংনবা খোম্হোকশিংগীদগী মহৌশানা হেল্লি, তৌইগুম্বসুং শৈখোঙ অসিদা মখোয়গী স্বরগী অরাম্বদি খোল্লুম্না মরম ওইদুনা য়াম্না হেন্না লৈ। খোল্লুম তাবা মরম্না করি কবিশুম্বা খোম্হোক্কী মহৌশাগী ওইবা খোনহায়ফাওবা হেন্দোকই, মহৌশানা স্বরগী অরাম্বা লৈবা শুকয়া য়াদবা মফমদসু অরাম্বগী চাং য়াম্না হেন্না লৈবা য়াওই।

মহুদি

/ ০ ০ ● / ● ● ● / ০ ০ ● / ● ● ●

কংখিবসু ⋮ কংজসনু / কেনখিবসু ⋮ কেনজসনু

শৈখোঙ অসিদা অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙগী অহানবা খোম্হোক 'কং' অমসুং 'কেন্' অনী অসিগী স্বরগী অরাম্বনা মতুংগী থংনবা খোম্হোক 'খি' অসিদগী মহৌশানা হম্বফম থোকই, তৌইগুম্বসুং খোল্লুম লৈবা মরম্না হম্ববগী মতুত্তা য়াম্না হেন্না লৈরি।

মৈতৈ ছন্দগী খোল্লুম্না মরম ওইদুনা রা ভাঙনবা-হকচাংকায়াৎ চিংশিল্লি অমসুং অথুবা খোঙচত্তা রা হায়দোকই মরম অদুনা খোল্লুম-য়াওবা খোম্হোক পূম্নমক তেল্লি ( অনীশুবা শরাক্কী ৩৭গ-শুবা মতাং য়েংউ )। ইংরেজী accent তি খোম্হোক্কী অশাংবা হম্বহন্দে; অশাংবা খোম্হোক্কী মথক্তা অয়াম্বা মতমদা accent তাই, অমসুং মসিনা মরম ওইদুনা অতেনবা খোম্হোকসু অশাংবা খোম্হোক্কা মাম্নে।

মৈতৈ খোল্লুমথোই ছন্দলৈরেংদা তানখোঙমরু থুদিঙগী খোনকাপ ৪দগী ১০ফাওবা লৈ। তৌইগুম্বসুং ইংরেজী foot অমমমদা মহৌশানা খোম্হোক ২ নত্রগা ৩ লৈ, অদুমদগী হেনবা মশিংগী খোম্হোক্লা ইংরেজী ছন্দগী foot শেমদে। মৈতৈগী তানখোঙমরুদা খোল্লুম তারবদি অয়াম্বা মতমদা খোল্লুম অনী অমসুং করি করিগুম্বা মতমদা অহুম লৈ, তৌইগুম্বসুং ইংরেজী foot-তদি মহৌশানা accent অমথক্তা লৈ; মরম অদুনা মৈতৈগী তানখোঙমরুবু ইংরেজী foot-কা মাম্নে হায়না লৌবা য়াদে। তানখোঙমরু থুদিঙদা য়াইহে মপুন্ন কন্নাবরুম থম্বনা মহৌশাগী নিয়মনি। তৌইগুম্বসুং ইংরেজী foot-তদি

অশুম্না ভৌগদবনি হায়বা অকক্লবা লৈতে। মৈতৈ ছন্দগী তান-
খোঙমতেকপু ইংরেজী foot-কা চাংদম্নহনা য়েংলবসু উগনি, ইংরেজী
foot অমসুং মৈতৈ ছন্দলৈরেংগী তানখোঙমতেক অনীসিগী মরক্তা
মায়বা করিসু লৈতে। অসিগুম্বা তানখোঙমতেক খুদিঙমক্তা
খোল্লম তাদবা য়াই, অমসুং থংন থংনবা তানখোঙমতেকশিংদা
খোল্লমগী লৈফম মান্নদবসু য়াই। মথক্তা পীখ্রিবা শৈখোঙ অনী
অছুগী ছন্দমশেম ইংরেংজীগী মতুংইন্না থায়দোক্লবদি অসুম্না ওইগনি—

—/ —— /— —— —/ —— / — ——

অরাং | বতা | য়ে বি | গমু অনেম্ | বসু | কাউবি | গম্ন

/— —— /— —— /— ——/— ——

কংখি | বসু | কংজ | সমু | কেনখি | বসু কেনজ | সমু

ছন্দগী অসিগুম্বা মথায়দোক অমসুং খোঙথাং অসি ইংরেজীদা চংনদে। ইংরেজীদা anapaest-নচিংবা খোস্থোক অছুমগী foot না শৈরেংগী শৈখোঙ শেম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং মৈতৈ শৈরেংগী খোল্লমথোই ছন্দলৈরেংগী তানখোঙমরু খুদিঙগী মতুংদা পোথাফম অমমম লৈ, ইংরেজীদদি অসুম্না লৈবগী নিয়ম লৈতে, foot খুদিঙগী নক্লগা তাইনবা foot অনী খুদিঙগী মতুংদা পোথাফম লৈগদবনি হায়বা রাফম করিসু লৈতে। ইংরেজীদা foot অমগী মতুংদা মপুংফাবা খোল্লেপ অমা তাবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মৈতৈ তানখোঙমতেকী মতুংদদি খোল্লেপ অমত্তা তাদে। মৈতৈ খোল্লুমথোই ছন্দগী কোনফম অকক্ল-বনি, তৌইগুম্বসুং ইংরেজী ছন্দগী ছাচাদি কদায়ফাওবা চিংথোক-চিংশিন থাঙবা ঙম্বগে হায়বহুগী প্রমাণ ফংবা ঙম্মী কোলরীজগী Christabel অমসুং অদুগুম্বা অতোপ্পা কবিতাশিংদা। মৈতৈ খোল্লুম-থোই ছন্দলৈরেংদা চপচাবা ঈচেলনাইবা ছন্দ নক্লগা blank verse ইবা য়াদে, তৌইগুম্বসুং ইংরেজী ছন্দদদি মথলমথা অয়াম্বা মওঙদা লোল্লেপকা খোল্লেপকা মন্না লৈনহনবা য়াবনা ইংরেজীদা ঈচেলনাইবা ছন্দ খান্না ঈংখিবা মওঙদা ইবা য়াই। King Lear, Paradise

Lost নত্রগা শেশি সুইনবার্ণ নচিংবগী অকাওবা কবিতাদগী পয়েং খরা লৌথোক্লগা মৈতৈ খোল্লমথোই ছন্দদা চুকচিন্নবা হোৎনজনা য়েংলগা মসিদা চপচাবা ঈচেলনাইবা ছন্দ শীজিন্নবা য়াদে হায়বসি খঙবা ঙমগনি।

হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা তিন্নবা খোম্থোক খুদিঙমক অশাংবা ওইনা লৌরগা খোন্নিম্থোই ছন্দ মথল অমা চৎনরক্লিবা অসিদা মতম পুম্নমক্তা ইংরেজী ছন্দ ইনবা য়াই হায়না কনা কনাগুম্বনা নীংবা য়াওই। তিন্নবা খোম্থোকপু ইংরেজী accented অমসুং তিন্নদবা খোম্থোকপু ইংরেজী unaccented খোম্থোক্কী মচুৎশিনবনি হায়না নীংচুনা মপাম্থোংদা অয়াম্বা মতমদা ইংরেজী ছন্দ ইল্লে হায়না নীংবা য়াই। মচুদি, কনা কনাগুম্বনা

$$\bullet - \bullet \quad \bullet - \bullet \quad \bullet - \bullet \quad -$$

বসন্ত ⋮ মতমগী ⋮ মালঙব ⋮ গুম

শৈথোঙ অসিবু ইংরেজী amphibrachic tetrameter-গী খুদম ওইনা লৌবা য়াই। তৌইগুম্বসুং খবা মুন্না য়েংশিল্লবদি উগনি, ইংরেজী amphibrach কা মসিগা মান্নবসি চাউরাকপা মীৎয়েংদনি, চপচাবা মীৎয়েংদা নত্তে। তানথোঙমরু খুদিঙদা থোনকাপ মরি লৈবা মরম্না মসিগী ছন্দ ভাক্লিবনি, ইংরেজী foot-কী মওঙ ইনবনা নত্তে। অহানবদা ইংরেজী accented খোম্থোক অমসুং মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোম্থোক অনী অসি খোন্নিলগী মায়কৈদগী য়েংলবদি পোৎশক অমতা নত্তে; নক্নবা খোম্থোক্তা চাংদম্নবদা accented খোম্থোক্কী খোন্নিলগী মগুণ লৈবা অচুক মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোম্থোক্কীদি লৈতে। তিন্নবা খোম্থোক্তি মহোশানা তিন্নদবা খোম্থোক্কী শাংবা হেল্লি, মসিবু থোনকাপ অনী ওইনা লৌনবশীদমক হেন্দোকপা মগুণ অমা চেনগদবনি হায়বা থোইদোকপা লৈতে। কনা কনাগুম্বনা

শরৎ-থানিল থাবল-মপাউ
য়াকায়ররোই শীঙেল-মপাউ

শৈথোঙ অনী অসিবু ইংরেজী iambic ছন্দলৈরেংগী খুদম ওইনা নীংবা

য়াই। 'শ', 'থা' অসিনচিংববু মখোয়না unaccented খোম্মোক অমসুং 'রৎ', 'নিল' অসিনচিংববু accented খোম্মোক্কী মশক্কি হায়না নীংবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মৈতৈ খোনহায়গী নিয়মদা 'রৎ', 'নিল' খোম্মোকশিং অসি রাহৈগী অরোইবা তিম্নবা খোম্মোক ওইবা মরম্না মহৌশানা শাংই। মখোয়গী থংনবা খোম্মোক্কা গুণগী করিগুম্বা খেম্নবা নত্রগা খোম্নিলগী খোইদোকপা মওঙ অমতা কনাদসু ফাওদে। মৈতৈগী মহৌশাগী ওইবা খোনহায়নিয়মদা রাহৈগী অরোইবা স্বরগী অরাম্বা হম্বরকপনা 'থানিল', 'মপাউ' অসিনচিংবা রাহৈগী অরোইবা খোম্মোকশিংবু unstressed syllable-গা মান্নে হায়না লৌকম খোকই। অসিতা নত্তনা মওঙ অতৈ কথামরুমমদগীসু মখোয় অসিগী শাজৎকা ইংরেজী ছন্দগী শাজৎকা মরুদা পূমখেন খেন্নে হায়না প্রমাণ তৌবা য়াই। 'শরৎ-থানিল থাবল-মপাউ' হায়বসি থরা হোংদোক্লুনা 'শরৎ-থানিলগী থাবল-মপাউ' অসুম্না ইরবদি ইংরেজী ছন্দগী কোনফম কায়রে, তৌইগুম্বসুং মৈতৈ ছন্দগী নিয়মদদি অকায়বা লৈতে। মরমদি শৈখোঙ অসিগী য়ুম্ফমদি খোনকাপ ৬ কী তান-খোঙমরুনি, অমসুং মসিগী ছন্দকশেমদি অসুম্না ওইগনি—

• — • — • — • —

শরৎ : থানিল ⁝ থাবল ⁝ মপাউ

অসিতা নত্তন 'শরৎ অমসুং 'থানিল' অনীসিগী মরক্তা লাপ্প রিবসি খোল্লেপ নত্তে, তৌইগুম্বসুং 'থানিল' হায়বা রাহৈসিগী মতুংদা খোল্লেপ অমা তারি, মসি মৈতৈলোল থঙবা থুদঙমক্তা পাবদ থঙবা ঙম্মা। মরমদি ''শরৎ থানিল" রাহৈ অনীসিনা তানখোঙমক্ত অমা অমসুং 'শরং' রাহৈ অসিনা তানখোঙমতেক অমা ওইনা লৈ। ইংরেজী ছন্দদদি অসুম্না ওংহনগদবান হায়বা খোইদোকপা লৈতে। মতৌ অসিগুম্না "বসন্ত : মতমগী ⁝ মালঙব ⁝ গুম" হায়বা শৈখোঙ অসিবু থরা ওম্মোক্লুনা "বসন্ত ⁝ খুতুংগীদি ⁝ মালঙব ⁝ গুম" অসুম্না ইরবসু ছন্দ অতুম কায়দনা লৈ, তৌইগুম্বসুং ইংরেজী ছন্দগী ছাচাদি

কায়। মরুওইবা রাদি অসিনি—মৈতৈ ছন্দগী রুপমদি খোনকাপকী মায়বা চাংচৎনি, করিগুম্বা অকরুবা কোনফম অমা নত্তে। করিগুম্বা কোনফম অমগী মতুংইন্না কবিতা ইনবা হোৎনবশিংগী ইংরেজী মৈতৈরোল মায়বা শৈখোঙশিংদগীসু মসিগী প্রমাণ ফংই।

কাপ্‌ কাইট্‌ ⁝ কীপ্‌ কাইট্‌ ⁝ মিইর্‌ নীঙ্গী
মিস্‌ ফুল্‌ ⁝ হনিমুন্‌ ⁝ বন্দর্‌ ⁝ লাক্তি

শৈখোঙ অনী অসিদা মপুংফাবা তানখোঙমরু থুদিঙগী তিন্নবা অশাংবা খোঙ্খোক অনী থন্নগা ছন্দ শেন্নবা হোৎনরি; তোইগুম্বসুং অরোইবা শৈখোঙগী অনীগুবা অমসুং অহুমগুবা তানখোঙমরুদা তোঙান তোঙানবা কোনফম শীজিন্নরি, অহুম ওইনমক ছন্দগী করিগুম্বা অকায়বা অমতা ফাওদে। অতোপ্পা থুদম অমনা—

গ্রোং গ্রোং ⁝ কাংখোঙ ⁝ গ্রোং গ্রোং ⁝ লয়রে

মসিগী মতুংতা

গ্রোং গ্রোং ⁝ কাংচাকা ⁝ গ্রোং গ্রোং ⁝ লয়রে

নত্রগা

গোরো গোরো ⁝ কাংচাকা গোরো গোরো ⁝ লয়রে

অসুম্বা ইরবসু ছন্দগী করিগুম্বা অকায়বা অমতা লৈতে। তোই-গুম্বসুং ইংরেজী ছন্দদি খোনকাপইনবা ওইদতুনা গুণইনবা ওইবনা কোনফম্না মরু ওই। মরম অসিনা জাৎ মায়বা foot নত্রগা গণ অমনা অমগী মতুংতা শীজিন্নব য়াই, iambus কী মফমদা anapaest অতুগা trochee গী মফমদা dactyl শীজিন্নবা য়ায়, চৎনৈ। মৈতৈ-লোন্দা ইংরেজী ছন্দ পুশিল্লকপা পাম্বশিংনা মৈতৈ শৈরেংদা অসিগুম্বা মওঙ অসি লৈহন্নবা হোৎনরবদি ছন্দদা অকায়বা ওইগনি। ইংরেজ কবি শেলিগী The Cloud কবিতাগী পরেং খরা লৌথোক্লগা য়েংবি—

I bring | fresh showers | for the thirst | ing flowers

From the seas | and the streams;

— ´ — ´ — — ´ — ´

I bear | light shade | for the leaves | when laid

— — ´ — ´

In their noon- | day dreams.

শৈখোঙ মরি অসিদা accented অমসুং unaccented খোম্থোক-শিংবু শীন্দোক্লিবা অমসুং ছন্দ থায়দোক্লিবা মণ্ডশিং অসি মৈতৈ শৈরেংদা পুশিল্লক্রবদি শোয়দনা ছন্দ কায়গনি। অদুগা মিল্টনগী

— ´ ´ — — ´ — ´ — ´

Of man's first dis-o-be-dience, and the fruit

1 -।-।-। -।-। -ঃ -ঃ -। -।-। -। -। -ঃ -।-।

— ´ — — ´ — ´ ´

Of that forbidden tree, whose mortal taste

-। -। 1 -।।।। -।-।-। -। -। -।-। -।-।

অসিনচিংবা শৈখোঙশিংদা থোনকাপ অমসুং খোম্লিলগী মথলমথা অয়াম্বা লাংলোম্না শেম্লিবা ছন্দগী জাল মণ্ড অসি মৈতৈ ছন্দদা পুশিল্লকপা ওইথোক্কনি নাংদে।

খোম্থোক্কী মতুংদা লৈবা গুণগী শেম্লবনা ইংরেজী ছন্দগী য়ুম্ফমগী মশক ওইবা অদু মৈতৈ ছন্দদা ওইদে। খোল্লুম শীজিন্নরবদি খোল্লুম তাবা খোম্থোক অদুদা খোম্লিলগী থোইদোকপা মগুণ অমা য়াওই, তৌইগুম্বসুং মৈতৈ শৈরেংদা নীংতম্না খোল্লুম শীজিন্নবা য়াদে ( মসিগী মরমদা অনীশুবা শরুক্তা নৈনম্রে )। থোনকাপ অমগী অয়াংবা খোম্থোক্কা তাইননা অরাম্বা খোম্থোক থম্লবসু গুণগী থেম্নবা থঙবা ঙম্মী, অমসুং মরম অদুনা মৈতৈ কবিশিংনা অরাম্বা খোম্থোক য়াম্না শীজিন্নদুনা ছন্দগী অরাম্বা হেন্দৎনবা হোৎনৈ। "বসন্তগী চৌক্রবা অহীংদা / হুংশি-প্রেমগী 'ঈংলবা ঈপাক্তা" নত্রগা "সাহিত্যগী পনয়ায়মক্তদা / হাম্ন নমথায়রে" অসিনচিংবা শৈখোঙ পারগা মসি থঙবা ঙম্মী। তৌই-গুম্বসুং অদু ওইরবসু থেম্নবা অসি ইংরেজী accented অমসুং

unaccented কী থেন্নবগা মান্নদে, অমসুং মসিনা ছন্দগী য়ুম্ফম ওইবা য়াদে শন্না হায়রবদা, তানখোঙমরু অমগা তানখোঙমরু অমগা খোনকাপকী মান্নব চাংচৎ লৈবনা মৈতৈ ছন্দগী য়ুম্ফমগী মশক্তি, অতোপ্পা গুণ য়াওরিবা পুন্নমক ছন্দগী মরুওইদবা মওঙ নত্রগা থোক্লু থোক্লুবা লৈতেং ওইবতনি।

## মৈতৈ ছন্দদা তানখোঙমতেক

মৈতৈ ছন্দগী রাকমদা তানখোঙমমরুনা শ্রাইদগী মরুওইবনি হায়বসি পুন্নমক্না য়ানরি। তানখোঙ-রুনা মৈতৈ ছন্দগী মচাক্তি, তানখোঙমরুগী চাংওন্দা ছন্দগী খোঙথাং অ-সুং শাজৎ নল্লি অমসুং মতুনা ছন্দগী মশক তাকই হায়বসি পুন্নমক্না যানরবা রাকম্নি। তোই-গুম্বসুং মৈতৈ ছন্দগী রাকমদা তানখোঙমতেক্কী মফম অসি কদায়ফাওবা মরুওইবগে হায়বত্থ অয়াম্বনা ফাব উন্নদে। মরম অতুনা মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা কাঙলোল অয়াম্বা অমসুং মৈতৈ ছন্দগী মরীদা নৈনবাঙাই ওইবা রাহং কয়াগী পাউথুম শেংনা খঙবা উন্নদ্র। মরম অতুনা মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকহেন্নোকপা মওঙ অমসুং ধর্ম, অমদি মৈতৈ ছন্দগী মথেলনাইবগী মায়কৈ কয় লৈরিবা অসি অয়াম্বন শন্দে ক্না তাকপা উন্নল্লি 'অসিসু যাই, অতুসু যাই' 'মরক মর মসিসু য়াই', 'মতম পুন্নমক্তদ যাদে', 'কবিনা মাকোংনা পুন্নমক চানচন গদবনি' অসিনচিংবা অশনব পাউথু-শিং অস পীরগা তোকই। তোইগুম্বসুং কনা কনাগুম্ব হৌদদি তানখোঙমতেক রাকমস ছন্দগী মসুদা মরুওইবা অমনি হায়বা য়াম্ন শংনা ফাওরবসু থরমখৈদি ফাওদবা নত্তে।

তানখোঙমতেক করিনো অমসুং তানখোঙমরুগা তাখোঙমতেকা করি মরী লৈনবগে হায়বত্থ হান্না নৈনৱ্রে। হৌজিক মসিদা তানখোঙমতেক থায়দোকপগী পথাপনা ছন্দগী রাকমদা কয়াম্রক মরুওইবগে হায়বত্থ উৎনবা হোৎনরি।

(১) তানখোঙমতেক্ক থায়দোকপগী পথাপ থঙদনা তান-খোঙমরুগী মশেম, মতুগী অশোয়-শোয়দ চপচানা থঙবা ঙমদে। হীরম অসিদা মুন্না হ'শিন্দবদগী চাউবগী 'পি থাদোই' কবিতাদা 'ঐখোয়সু নঙগী নতোঙুম্না', 'লৈরাং ফিজেৎনরে পৃথীনা' অমসুং দরেন্দ্রজিৎকী 'হৈরৈপাক' কবিতাদা 'নপারি লুন তৌজবী', 'ভারতকী শমজি লংদাইকম' অসিনচিংবা অশোয়বা তানখোঙ মরু শীজিন্নরি ( অনীশুবা শরক্কী ৩শুবা মতাং য়েংউ )।

(২) মৈতৈ শেরেংদা খোল্লুমগী মকম লৈ অমসুং মতুনা ছন্দগী খোইদোকপা মশক অমা লৌহল্লি, ছন্দগী খোঙচৎ হোংহল্লি, খোম্বোক্কী খোনকাপসু অখোই অহেন নাইহল্লি। তৌইশুম্বসুং খোল্লুমদি মতমলৈবথিবিক্তা অমসুং মকম পুন্নমক্তা তাবা য়াদে। তানখোঙমতেক্কী পথাপ য়াওদনা মসিগী য়াবা য়াদবা রাকম থঙবা ওই-থোক্তে ( অনীশুবা শরক্কী ১১চ-শুবা অমসুং ৩৭ছ-শুবা মতাং য়েংউ)।

(৩) মৈতৈলোন্দা মহোশনা শাংবা স্বর লৈতে। মরম অতুনা মৈতৈ ছন্দদা সংস্কৃত ছন্দগী মওঙ পানশিন্নীংবমখৈ পানশিনবা য়াদে। অতুম ওইনমক, করি কবিশুম্ব মকমদা মৈতৈ শেরেংদা অশাংবা স্বর শীজিন্নবা উই। করম্বা মতমদা, কদায়দা অমসুং করম্বা নিয়ম মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দদা অশাংবা স্বর শীজিন্নবা য়াবগে হায়বতু তানখোঙমতেক্কী পথাপ য়াওদনা থিজিনবা য়াদে (অনীশুবা শরক্কী ২৯শুব মতাং য়েংউ)।

(৪) মৈতৈ ছন্দদা খোম্বোক্কী খোনকাপতি হান্নদগী লেপ্তে, ছন্দগী pattern হায়বদি মওঙগী মতুংইন্না লেপ্পী তানখোঙমতেক্কী পথাপ য়াওদনা মওঙ অসি অমসুং মসিগী চন্নফমগী মশক তাকপা ওইথোক্তে ( অনীশুবা শরক্কী মতাং ৩০-৩৫ য়েংউ )।

(৫) মৈতৈলোন্দা চৎনদবা করিশুম্বা অতোপ্পা লোলগী রাহৈনা মৈতৈ কবিতাগী রাহৈ ওইনা শীজিন্নরবদি মতুগী খোনকাপমশীং করম্না লেপকনি? সমরেন্দ্রগী 'ওইনাম মোহন' কবিতাদা 'এসিস্টেন্ট সেক্রে-টরী', 'কোকফাইটিং', 'গ্রান্ট ইন এইদ', 'ফাইনেন্সিয়েল ইয়ার',

'সমুন্দরকী সুন্দরী' অসিনচিংবা অতোপ্পা লোলগী রাহৈনা মৈতৈগী রাহে ওইনা শীজিন্নরি। অসিগুম্বা মফমদা খোনকাপমশীং লেপ্পসি তানখোঙমতেক্কী পথাপ ইল্লগতা যাই; অতোপ্পা পান্নে অমতনা অসিগুম্বা রাহৈশিংদা খোঙ্গোক্কী খোনকাপমশীং পুখোকপা য়াদে।

(৬) মৈতৈ শৈরেংদা ঈচেলনাইবা ছন্দলৈরেংদা অমসুং অতোপ্পা মফম কয়াদসু তানখোঙমরুগী মরক্তা লোল্লেপ তাবা যাই। তৌই গুম্বসুং তানখোঙমরুগী মরক্তা মফম অমদা হেক্তা লোল্লেপ তাবা য়াদে, তানখোঙমতেক্কী পথাপ মতুংইন্না হায়বদি তানখোঙমকেক খায়দোকপগী মওঙগা চাননা তানখোঙমতেক অনীগী মরক্তা অসিগুম্বা লোল্লেপ অসি থম্বা য়াই।

(৭) মৈতৈ ছন্দদা রাহৈগা তানখোঙমতেক অযাম্বা মতমদা মান্ননা লৌই, মরমদি চাংওইনা রাহৈমপুং অমময়া তানখোঙমতেক অমমম ওই। তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা মতমদা রাহৈ অনী পুন-শিল্লগা নত্রগা রাহৈ-মপুম অমা থুগাযরগা মতুগী শরুক অমনা তান-খোঙমতেক ওইবসু য়াওই। অসুম্ন তানখোঙমতেক খাযদোকপগী মওঙ অসি তানখোঙমতেক্কী পথাপ য়াওদনা লেপ্পা ঙমদে।

## মৈতৈ ছন্দগী ঈচেল

খুলঙ ছন্দনা মৈতৈগী অহানবা ছন্দনি অমসুং মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা শৈহৌ খোঞ্জেল্দি খুলঙঈশৈগী 'হ য়ি হ য়া হ য়ুম্ হে' খোঙ্গোক তরেৎ অসিনি হায়বসি মৈতৈ ছন্দগী হৌরকফম নৈনবা মতাংদা হায়ব্রে। অতুনা মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা মচাক্তি খোন-কাপ অমগী খোঙ্গোক তরেৎনা শাবা তানখোঙমরু অমময়া ওইরম্মী। মৈতৈগী অরিবা ছন্দ অসিদা বৈদিক সংস্কৃতকী বৃত্ত ছন্দগা লৈয়মগুম্বা ছন্দলৈরেং মথল খুদিঙমক্কী অকরুবা উচন খোইদোকপা লৈরমদে, অকনবা নিয়মগী মতুংইন্না মথংমনাও শীন্দুনা অক্তেনবা অমসুং অশাংবা খোঙ্গোক থম্নরমদে অতুগা অপূনবা খোনকাপমশীংগী মরমদগি বৈদিক

ছন্দদা অকক্লদবা অতুগুম্না মসিদস্থ থোইদোকপা অকক্লরমদে। অরোইবা যুগকী সংস্কৃত সাহিত্যদা অমস্থং প্রাকৃত ছন্দ অয়াম্বদা হান্নদগী হো'দোকপা মওঙ অমা লাকখি, ৈশগোঙ পুন্নমক খোনকাপ মশীং মান্নবা শরূক কয়ামরুম থোক্ল খায়দোকখি, করিগুম্বদস্থ গণ মথল অমতবু হন্না হন্না শীজিন্নখি। হায়বদি খোনকাপ মান্নবগী চাংচৎ অমা ভারতকী ছন্দদা চঙলকখি। মতম অসিদা মাত্রাচ্ছন্দ, জাতি ছন্দ, আৰ্য্যা, গীতি অসিনচিংবা মখলগী ছন্দ উবা ফংখি অসুম তৌনা ওল্লক্লিবসি বৈদিক ছন্দগা অবিবা ভারতকী ছন্দগা তিন্নরকপদগী ওইবা য়াই। মরমদি আর্য নত্তবা অতোপ্পা কাঙলুপকী মীশিংগী মহৌশাগী ওইনা হৈনবা মওঙ অমদি খোনকাপকী মান্নবা চাংচৎ অমা নাইনা হায়দোকপনি অমস্থং আর্য নত্তবা কাঙবুশিং অসিগী মরক্তা সংস্কৃত সাহিত্যগী অরোইবা যুগতা সংস্কৃত লোল শন্দোকখিরম্মী। হায়রিবা মতম অসিগী মমাঙদগী হায়বদি বৈদিক সংস্কৃতকী যুগতগী হৌনা মৈতৈ খুলঙছন্দ লেরক্লৰনি হায়বসি চৈজ্ঞীংলোল ছন্দগী হৌরকপা মতম নৈনরগা খঙবা ঙমগনি। অতুনা ভারতকী ছন্দ অতৈ অতৈদা খোনকাপ মান্নবগী চাংচৎ লাক্তুৈঙদগী হৌনা মৈতৈ ছন্দদা খোনকাপ অমগী থোঙ্খোক তরেৎ তরেৎকী তানখোঙমরু শীজিন্নবা অসি অতুম চৎনরক্লবনি হায়না লৌবা য়াই।

মতাং অসিদা নীংশিংগদবা অমনা চৈজ্ঞীংলোল ছন্দ নত্ত্রগা পেনা ছন্দ নত্তবা খুলঙছন্দগী মওঙ তরূক অমস্থং লৈ হায়বসিনি। মতুদি কৌগুরোল, তেংথারোল, লাইরারোল, লাইবৌরোল, নাউথেমলোল অমস্থং উরাউবীরোল। চৈজ্ঞীংলোল ছন্দনা খুলঙ ছন্দগী খাইদগী লিবা মওঙনি হায়না লৌনৈ। মরমদি মসিগী তানখোঙমরু খুদিঙদা খোনকাপ তরেৎ তরেৎ লৈ অমস্থং খোনকাপ তরেৎ অসি মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা শৈহৌ থোঞ্জেল থোঙ্খোক তরেৎ অতুদগী লাকপনি। থোঙ্খোক তরেৎকী খুলঙছন্দ নত্তবা অতোপ্প মওঙগী খুলঙছন্দ লৈত্রিংবদা খুলঙছন্দস্থ চৈজ্ঞীংলোল ছন্দ নত্ত্রগা পেনা ছন্দ হায়রগংতা খঙনবা

মতম অমা লৈথি ( অহানবা শরুক্তা 'মৈতৈ ছন্দগী হৌরকফম' লৈনবা মতাংদা য়েংউ)। পেনা য়াওদনা খুলঙঈশৈ শরুরিডৈ মতমদদি থোন-কাপ ভয়েংকী তানখোঙমরুনা শাবা খুলঙ ছন্দগী মওঙ অসিমখক্তা লৈরম্মী। পেনা য়াওনা শরুবা মতুং কাইনখংদা কৌওয়োল ছন্দ, তেংখায়োল ছন্দনচিংবা অসি লাকখিবনি।

পেনাগী রাফম অসি মৈতৈ ছন্দগী মৈহৌরোন্দা মরুওইবা অমা ওইবনা পেনাগী হৌরকফম অমসুং হৌরকপা মতমগী মরমদা পেনা-অশৈবা খরনা লীনরিবা রারী অসি মতাং অসিদা খঙজিনবা চুম্মী। মরমদি পৌরাণিক ওইবা রাফম ওইরবসু মুম্না থিজিন্নবদি মসিদগী প্রমাণ ওইবা য়াবা লংজীন চিংখোক্লীডাই লৈবসু য়াই। পেনা-অশৈবশিংগী রারী মতুংইন্না—ত্রেতা যুগতা নারদ মুনিনা লবকুশ মচিম্মনাওবু পাখঙ পীথঙনবগীদমক রামসীতাগী মমিংবু বীণাদা খোংহনা শকপা তম্বীথি। অতুদগী কলি যুগতা রামসীতানা খম্বখোইবী ওইনা শাই-ওল্লবদা মখোয়গী মিংথৈ শোনবদা মৈত্রবাক্তসু বীণা হায়বা যন্ত্র অসি শীজিন্নবা হৌথি। রাধাকৃষ্ণলীলা শকশোনবগী শৈরোল অমসুং মতুগী মথুংদা লৈরিবা ভাব রসকা অয়াম্বা মাম্নৈ। লাইনীংলাইশোনগী ভাব অমসুং স্বুর থোকহল্লিবা বীণা অসি মৈত্রবাক্ত শীজিন্নরবা মতমতুদা মওঙ খরা ওনখি অমসুং মমিংসু 'বীণা'-দগী খরা কৈথিহনা 'পেনা' অস্নুন্না হায়নখি। মতৌ অস্নুন্না পেনাঈশৈনা মৈতৈ সাহিত্যদা আধ্যাত্মিক যুগ অমা পুরকখি। পেনাবু হৌজিক "নারদমুনি-মথুংগী লুরাংভম্বা-মশালোল লবকুশ-শিন্দমৃহৈ" অস্নুন্না মমিং থাহনা শরুরবী অসিমক্ত নারদমুনিগী বীণাদগী পেনা হায়খিবনি হায়না থাজনয়কপগী মীৎয়েং অতু ক্ষোংদোক্লি।

রাফম অসিনা পৌরাণিক ওইবনা পেনাগী হৌরকফম মতম অসিগী মরুদা logio-কী রাফম থোইদোকপা য়াওরবসু মৈতৈগী হায়দগী লৈরকপা খুলঙছন্দগী তাম্বাগা পেনাঈশৈগী শ্রেণী

হায়না খঙনবা তাম্বাপা চানবদগী মৈতৈ ছন্দগী ইতিহাসতা পেনাগী মকম য়াম্না চাউনা লৈ অমসুং কনা কনাগুম্বনা পেনাগী তাম্বা খঙনবা 'হেপ্‌লি' হায়বা য়াহৈ অসিবু 'ছন্দ'-গী অশেংবা মৈতৈ য়াহৈ ওইনা লৌবা য়াওই।

মতাং অসিদা খঙ্‌ক্লিন্নীঙাই অমনা, বীণাগী স্বর মথাঙ তরেৎ 'সা রি গ ম প ধ নি' অসি পেনাঈশৈশদি সপ্তক অহুম্মক্তা 'সা রি গ ম প' মথাঙ মঙা অসিফাওবতা লৈ, প'দগী হেন্না য়াংথৎনা শক্তে।

মৈতৈলোলগী ইতিহাসপু (১) অরিব যুগ. হায়বদি, য়েল-হৌবৈদগী মোঙয়াম্ব হাক্তকফাওবা, (২) খাগেম্ব হাক্তকুগী ভাগ্যচন্দ্র হাক্তকফাওবা, (৩) ভাগ্যচন্দ্রগী মতুংদগী কুলচন্দ্র হাক্তকফাওবা অমসুং (৪) চূড়াচাঁদগী মতমগী হৌজিকফাওবা—অশুম্না যুগ মরি থোক্না খায়দোক্লবসু মৈতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসতি অরিবা যুগ, ময়াম্নযুগ অমসুং হৌজিক্কী যুগ অসুম্না যুগ অহুম থোক্না খায়দোকই। সাহিত্যগী অরিবা যুগসু য়েলহৌবৈদগী মোঙয়াম্বফাওবান, ময়াম্নযুগনা খাগেম্বদগী চূড়চাঁদগী মমাঙফাওবান অদুগা হৌজিক্কী যুগনা লোলগী মরিগুবা যুগকা অমতনি।

অরিবা যুগকী মৈতৈ সাহিত্যদসু হৌজিক্কী সাহিত্যদা তৌবগুম্না অথুব, অতপ্পা অমসুং অথীনবা থোঙচৎ অহুম্মক্কী ছন্দ হায়বদি খেল্লুখোই, লৈশেনম্বোই অমসুং খোম্লিম্বোই ছন্দ মখল অহুম্মক শীজিন্নবা উই। খোনকাপ মান্নবগী চাংচৎ অমসু যুগ অসিগী ছন্দদা য়াম্না কম্না লৈবা উই! তৌইগুম্বসু চাংচৎ অসি মত পূম্নমক্তা ঙাক্না চৎলি হায়বদি য়াদে। খোল্লুমখোইগী চৈজৌংলোল, লাহরারোল অমসুং ফৌওয়রোল ছন্দ মওঙ অহুম অসিনা অরিবা যুগকী শৈরেং-সাহিত্যগী মরুওইবা শাদোংনি। অহুম অসি নত্তবা অতোপ্পা মওঙগী খেল্লুমখোই ছন্দ মতম অসিগী সাহিত্যদা উবা ফংদে। অদুগা যুগ অসিগী লাইরিকশিংদা শীজিন্নবা লৈশেমিম্বোই অমসুং খোম্লিম্বোই ছন্দদি

খোনকাপ ৬কী তানখোঙমক্ননা শাবা ছন্দলৈরেং ঙাক্তা ওইনা তৌই, অতোপ্পা মওঙগী ছন্দলৈরেং করি করিগুম্বদা শীজিন্নবা য়াওরবসু মহুদা খোনকাপমশীং অমসুং নিয়মগী মায়কৈ অতৈ অতৈগী অকায়বা য়াম্না উবা ফংই। খোল্লুমখোই নম্রগা খুলঙছন্দগী মতাংদসু অসিগুম্বা অকায়বা মওঙ য়াম্না উই। অহানবা যুগতা ইরম্বা শৈরেংলাইরিক-শিংগী মমুংদা অহোঙপুং লালুপাং (লালুপান্), লাইরেম্ পাউশ, কোম্মৌজম নোঙ্গারোল্, হিরোল্ তেংথা, চাদ লাইহুই অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা খোল্লুমখোই, শৈনিম্মোই অমসুং খোম্নিম্মোই মথল অহুম্মকী ছন্দলৈরেং উবা ফংই। খুদম ওইনা—

(অ) লাইরেল্ রাংব মৈতেংথৌ / খোইমোম্ লারু অচিপা =৭+৭
শজিক্ লোল্পু নোংতমুনা / থবা লালনোং থায়রিপা =৭+৭
(হিরোল্ তেংথা)

শৈখোঙশিং অসি খোল্লুমখোইগী চৈজৌংলোল ছন্দদা ইবনি, তেংথা শৈরোল ওইরবসু তেথারোল ছন্দদা ইবদি নত্তে। অরিবা যুগকী মতুংদা মৈতৈ সাহিত্যদা তেংথারোল ছন্দ লাকখিবনি।

(আ) থেকিনু থেক্কানু / মীৎচিনা খোইখোয় / সনানু =৬+৬+৩
(লাইরেম্ পাউশ)

মসি অথুবা অমসুং অতপ্পা খোঙচং অনীমক্ত পাবা য়াই। অথুবা খোঙও়া পাবা নতমদা খোল্লুখোই হগা লাইরারোল ছন্দ ওইনা অমসুং অতপ্পা খোঙচত্ত পাবা মতমদা শৈনিম্মোই ছন্দলৈরেং ওইনা লৌগনি।

(ই) থানিংব হোংনদে॥ মিকৌব হোংনদে// =৬+৬
(চাদ লাইহুই)

মসি খোনকাপ ৬+৬=১০মা শাব, তানখোঙ অমচংগী শৈনিম্মোই-ছন্দলৈরেংগী মওঙনি। বাংলা 'দীর্ঘ একাবলী' ছন্দগা মওঙ অমত্তনি।

(ঈ) •: — ০ •: •॥ — •॥ •

হুচিক্ নঙনা ⁝ পীবুক্ নচা ⁝ য়ানূবসিপো =৬+৬+৬

•: ০ : —•—• —•॥ •

অরাং কোরো ⁝ নোংসুরৈমা ⁝ ওইনগেকো =৬+৬+৬

( কোম্থৌজম্ নোঙ্গারোল্ )

মসি খোম্নিম্খোই ছন্দলৈরেংগী মওঙ অমনি। খোম্খোক মশীন্দা থরা খেন্নরবসু ছন্দমপুংদা মসি সংস্কৃত রুচিরা ছন্দগা মান্নে হায়না লৌবা য়াই।

মৈতৈগী খ্বাইদগী অরিবা অমসুং অথোইবা ছন্দলৈরেংদি তানখোঙ অনীচংগী অমসুং তানখোঙ-অহুমচংগীনি। য়েলহৌযুগতগী হৌনা হায়রিবা ছন্দলৈরেংশিং অসি শীজিন্নবা উই।

মৈতৈ সাহিত্যগী ময়ায়যুগতা ছন্দগী মনীংমখাতন্থা মওঙ য়াম্না লাকখি। য়েলহৌযুগতা খোনকাপ মান্নবগী চাংচৎ অমা কন্না লৈরম্বহু ময়ায়যুগতা হন্থরকখি। অতুনা হৌজিক্কী মনীংতম্বা ছন্দগা মওঙ হাইফেৎ মান্নবা অতেন-অশাং য়ান্নবা তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙ য়াম্না শীজিন্নবা উই। ছন্দগী মরমদা অনৌবা মীৎয়েং লাকপগা লোয়মনা ছন্দগী অনৌবা মওঙ কয়াসু ময়ায়যুগতা থোরকখি। যুগ অসিগী অহানবা শরুক্তা মৈদিঙ্গু গরীবনিরাজগী মমাঙফাওবদা হায়বদি চরাইরোংবগী হাক্তকফাওবদা থোকখিবা ছন্দগী অনৌবা মওঙদি খোম্লমখোইগী তেংথারোল, লাইবোরোল, নাউথেমলোল অমসুং উরাউবীরোল মরি অসিনা মরুওইবনি। মখোয় অসিগা লোয়ননা মায়কৈ অমরোমদা খোনকাপমশীন য়ান্নবা শৈনিম্খোই ছন্দলৈরেং অনৌবা থরসু মতম অসিগী কবিশিংনা হৌদোকখি।

ময়ায়যুগকী শৈরেংসাহিত্যগী অথোইবা পোথোক্তি খাগেম্বগী মতমদা ইবা 'সনামহী লাইহুই' অমসুং চরাইরোংবগী মতমদা ইবা 'লৈরৈনি'—লাইরিক অনী অসিনি। লাইরিক অনী অসিমক খোন-

কাপমশীন য়াম্নবা শৈনিস্থোই ছন্দদা ইবা ভাক্তনি খুদম ওইনা মখাগী শৈখোঙশিং অসি য়েংবা য়াই—

(অ) লাইয়েন নপা মৈতেঙ্‌গা / নপন মৈতৈরৈমগা
উনবী পুক্নীং লেপ / মোম্নু ন্নাকয়ৈ থানগা ওই
লাবা শীন্নৌ কংলোম্না / পায়মনিংশা লীতিম্নরিবৈ
( সনামহী লাইহুই )

(আ) মৈদিংঙু শেনবি ক্যাম্পনা / ক্যাং খুঙমলৈ।
হাওরৈ নোংপোক পাংববম / শেনবি লৌথেংয়াং.
ক্যাং চবাংতেক, তেকপি খাচনচীং, / যাংলৈ তাওবা হুইথৌচীং,
লিবাচমংলৈ / মুংকোং মুংতাং ঃ নিংথৌ খুশিননোং
লৌথিবা থমলোই / তাহদা পানবা লৈ,
শেনবি ক্যাং খুঙমলৈ।
( ক্যামলৈ—লৈবোন )

অসিত্তা নত্তনা 'মাহয়ং কংলৈবোল', মোহরাংগী শাইওন তরেৎ, পাম্বেশবী খাম্বুল—লাহরিক অক্তম অসিস্তু মঙ্গায়যুগকী অহানবা শক্মক যাম্নবা শেনিস্থোহ ছন্দগী শৈরেংস হিত্য ভক্তনি। তৌই-গুম্বমং পাম্বোইবী খেম্বুলগী মরক মরক্তা চৈজ্রীংলোল ছন্দ ইনূবা শৈখোঙস্তু য়াওই। মথুদি—
লুমাঙ শমজি চগোলৈ / লুতুং শমজি ওইরম হুন
—অসিনচিংবা।

গবীবর্নিরাজগী মতমদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্মগী অকনবা শক্তয়া মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী জগত্তা অচৌবা য়াওল অমা লাকপগা লোয়ননা ছন্দগী লমথৈন্নু দস্তু শক্তম অসি য়ৌরকখি। অসিগী মমাঙকাওবদা লৈরম্লিবা মৈতৈ ছন্দগী মওঙশিং অসি মৈতৈ ছন্দশিল্পীশিংগী অশেংবা খূদোম্নি। অনৌবা ধর্ম অসিগী অকনবা ঈহোপা লোয়ননা বাংলা লৈবাক্তগী চঙলকপা ঈশৈ মথল কয়ামরুমদা শাদোং ওইহুনা

ছন্দগী অনৌবা শাথেক কয়ামরুমস্থ চঙলকখি। মতাং অসিদা, অনৌবা ছন্দগী শাথেকশিং অসি শকথঙনবা তারবদি অহানবদা মথোয়গী শাদোং ওইরক্লিবা ঈশৈশিং অচুগী মরীমথোঙ অমস্তুং মওঙ খঙখিবা তাই।

মৈদিঙু গরীবনিরাজনা গৌড়ধর্মদা লাইমিং লৌরবা মতুংদা মৈদিঙু অসিগী সনাহাক্তক্তা বঙ্গদেশতগী কীর্ত্তনগী ঈশৈ মথল অমা চঙলকখি। বঙ্গদেশতগী লাকপনি হায়দুনা ঈশৈ অসিগী মমিং 'বঙ্গদেশ'-তগী শম-জিল্লগা 'বংদেশ' অমুম্না খঙনখি। অদুদগী ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্ত 'বংদেশ'-তগী খরা শেমদোরক্লুনা মৈতৈগী খোল্লৈগা চানবা সুর অমা পুথোকখি। মসিবু নট ( নোট্ ) হায়না মিং থোন্দুনা অনৌবা মওঙগী কীর্ত্তন-ঈশৈ অমা ওইনা হৌদোকখি। সুরদা খেন্নরবস্থ ঈশৈগী লোলদি বংদেশ কীগা অমতনি। 'ত-আ-রি-ন ত-ন' হায়রবা ময়েক তরাক অসিনা স্বর ওইরগা মসিগী আলাপ থোকহল্লি। মৈতৈ খুলঙঈশৈবু মৈতৈগী অশেংবা ঈশৈ ওইনা লৌবগুম নটকী-সুম্ন অসিবুস্থ মৈতৈগী ওইবা স্বর মথল অমনি হায়না লৌবা য়াই। মতম অসিদা শরুখিবা নট ঈশৈগী লোলদি মৈথিলী ব্রজবুলী রায়বা অরিবা বাংলাদা ইবা বৈষ্ণবপদাবলীগী লোলনি। হৌজিককাওথা বৈষ্ণবপদাবলীগী অরিবা বাংলা লোন্দা নট-ঈশৈ শকপা অচুম চংনরি। বাংলাদা শকপা অসিগা লোয়ন লোয়ননা মৈতৈ সাহিত্যগী হৌজিক্কী যুগ য়ৌরক্লবা মতমদা হায়রবদি চূড়াচাঁদগী মতমদা নট-ঈশৈ অসি মৈতৈলোলস্থ শকপা হৌখি। মৈতৈলোন্দা নট-ঈশৈ শরুবা হোৎনবদা লময়ানবিথিবশিংগী মতুংদা রাজকুমার সূর্য্যবর, লাইরেন্মযুম ইবুঙোহল, রাইখোম চাউবা অসিনচিংবা মিংশিং অসি পনবা রাই। মতুংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনস্থ মায়কৈ অসোয়দা পুরীং চঙলকপদগী ঈশৈলেংবা অমস্তুং ঈশৈওজা করানা হীরম অসোয়দা কনা রাম্না চঙশিনবিদুনা মণিপুরী ছন্দগী পূকৈ থম্নবা হোৎনবদা তেংবাংখিরি। মতাং অসিদা ইশামক্লা ইবা 'মধুর ধজ' ( বৈষ্ণবসঙ্গীত ) অমস্তুং 'লাইরৈন্মমা মপাম খোঙদাবা' (শাক্তসঙ্গীত)

ঈশৈ-লাইরিক অনী অসি পনবা য়াই। অসুম তৌনা নট-ঈশৈদা শাদোং ওইদুনা বাংলা পদাবলীগী ছন্দ মণ্ডল কয়া মৈতৈ সাহিত্যদা চঙলকখি।

অসিগী মতুংদা চন্দ্রকীর্তিগী হাক্তক্তা 'চোব ( খোব )' হায়না খঙনবা ঈশৈ মখল অমসু চঙলকখি। মসি সুরদা নটকা খেন্নরবসু শৈরোলদি বৈষ্ণবপদাবলীগিনি। নটকুম্না য়াম্না শন্দোকপা ভমদবনা অমসুং হৌজিকফাওবা মৈতৈলোন্দ শরুদবনা ছন্দগী মায়কৈদা মসিগী শহুম খোইদোক্ল কন্দে হায়বা য়াই। অতুদগী চূড়াচাঁদগী হাক্তক্তা নবদ্বীপকী মনোহরশাএ গোস্বামীনা হৌদোকপা কীর্তনগী ঈশৈ মখল অমসু মণিপুরদা চঙলকখি। মনোহর গোস্বামীগী মামং লৌদুনা ঈশৈ আসগী মমিং মৈতৈগী খোনহায়দা 'মনোহরশাই' হায়না খঙনখি। মণিপুর ইম্ফালগী ভাঙোন যুগীন্দ্র অমসুং কাছাড় মাগুবাটকী তোম্বু সিংহ ঈশৈওজা অনীনা ইহান হান্না মৈতৈলোন্দা মনোহরশাই শকপা হৌদোকাখি। তৌইগুম্বসুং নট-ঈশৈগুম্না মসি মণিপুরদা অতুক য়াম্না শন্দোকপা ভমদবদগী মৈতৈ সাহিত্যগা খরা থাপ্নবগুম তৌই অমসুং মরম অতুনা ছন্দগী মথক্তা মসিগী শহুম খোইদোক্না চঙলক্তবগুম উই। অদু ওইরবসু মৈতৈ সাহিত্যদা বাংলা পদাবলী সাহিত্যগী ঈচেল পুশিল্লকপদা হৌজিকসু মসিনা অচৌবা শরুক অম য়ারি অমসুং মরম অতুনা ঐখোয়গী মীৎয়েং মরুমদা ছন্দগী মায়কৈদসু মসিগী শহুম খরদি অতুম লৈরিবনি।

চূড়াচাঁদগী হাক্তক্তা 'খোংজোমপর্ব' হায়না খঙনবা খুলঙঈশৈগী অনৌবা শাইওন ওইনা তৌবা ঈশৈ মখল অমসু খোরকখি। মসি অহানবদদি খোংজোমলালগী মতাং (পর্ব) শকপা ঈশৈ ওইনা তৌ-রম্মী। মতুংদা মথং মথং খম্বথোইবীগী ৱারী, মণিপুরগী নিংথৌরোল, রামায়ণ মহাভারতকী ৱারী অসিনচিংবা অসিসু অনৌবা শৈশক অসিদা শকপা হৌখি। খোংজোমপর্বগী শৈরো লদি খোনকাপ ৮ অমসুং ১০গী মপুংফাবা তানখোঙ-অনীচংগী ছন্দলৈরেংদা অয়াম্বা ইনৈ।

করি করিগুম্বদা খোনকাপ ৮+১০, ৮+১২ অসিনচিংবা মওঙগী ছন্দ-লৈরেংদস্থ ইনবা য়াওই।

অসুম তৌনা হায়রিবা ঈশৈশিং অসিনা মৈতৈ ছন্দগী পূক্কৈদা অনৌবা মচাক কয়া পুশিল্লকখি অমসুং মতুগা লোয়ননা লাকখি মৈতৈ কাব্যক্ষেত্রগী অতাওবা ছন্দগী মনীংতম্বা ঈহৌ। মপাঙ্গোমদগী লাকপা অনৌবা ছন্দনী শরীক-খোঞ্জেল্লা মৈতৈ কবিগী লাকোংদা লৈরবা মতম অসিমক্তদা। হায়বদি গরীবনিরাজগী শরুক্তা তথেনওম্বা, শমজোকওম্বা অসিনচিংবা শৈরেং-লাইরিক ইখি। লাইরিকশিং অসিদা হায়নদগী খুঙ্গী কোমপ্পনা লৈরম্লবা শৈনিম্বোই ছন্দগা বাংলা পদাবলী সাহিত্য-দগী চঙলকপা ছন্দগা য়ান্নবা, য়ান্না মনীংমথা তৌবা ছন্দগী মওঙ উবা ফংই। অসুম্না য়ান্নবা ছন্দগী মনীংতম্বা ঈচেল অসি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা ইবা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা, সোনামাণিক, যূম্বাল্লোল অসিনচিংবা লাইরিকশিংদা অমসুং লঙ্কাকাণ্ড ( রামায়ণ ), বিরাটপর্ব (মহাভারত), অশ্বমেধযজ্ঞ ( মহাভারত ) অসিনচিংবা অনুবাদকাব্যদস্থ চেম্বরকপা উই। চৌরজিৎকী মতমদা ইবা মোইরাং কংলৈরোলগী শরুক্তা ( শমজুমনিগী মতাং ) অমসুং নরসিংহগী হাক্তুক্তা ইবা 'গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাবা' লাইরিক্তস্থ য়ান্নবা ছন্দগী মওঙ অসি য়ান্না উবা ফংই। শন্না হায়রবদা ময়ায়যুগকী অনীশুবা শরুক্তা খোনকাপমশীন য়ান্নবগী মওঙ য়ান্না হেজিল্লকখি। খুদম ওইনা—

(অ) রামচরণ সিংহ খম্বা রায়েনবা
মালৈ চীংওল্লবনা পাউখুমখিয়ে—
লাইরেন কোয়ৌ ইনোংথৌও
ময়াম খোংনাং মনিন নাইবদা
লাঙ্গোই শগোল পীনা লোইহাসে হায়বসিবু

(তথেনওম্বা)

[আ] য়াওয়ৌ মশুংলাংগী পুন্নীং ককমাঙনদা
ব্রাহ্মণ শাপ মীচৈখোনগী প্রাণ থন্নায় মাঙনৈঙেনে।

[ জন্মেজয় সর্পযজ্ঞ ]

[ই] থা থা থাবুংতোন !
নচা মোরাম্বী পোবিগে, পোবী শনম্ নম্বিগে,
হৈবোং মশা অমতা থাদবিরকউ।

[ যুম্বাল্লোল ]

'যুম্বাল্লোল' লাইরিক্তা খোনকাপকা মান্নবা চাংচৎ লৈবা শৈখোঙস্থ উবা ফংই। মন্থদি—

শগোলতোংবা কাইরম্বা / নঙবু তোংবা য়াঙদেদা = ৭+৭

অসিত্তা নত্তনা খোনকাপকী মান্নবা চাংচৎ নীংথিনা শাকপা ছন্দ-মঙঙদি চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং কুলচন্দ্রগী মতমদা ইবা ঊশৈ অমী অসিদস্থ উবা ফংই—

[অ] ময়ায় লৈকাই থম্বাল শাংলে
খোইমুনা ইম্নে খোয়রাবা,
শাবী লাউ লাউ চৎসি লাউ
কল্লকপা য়াম্মী কঞ্চাওবা য়াম্মী
মাঙদা থারো লাউ।

[ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা ইবা ]

[আ] চেক্লা পাইখরবনা পোম্বী হজিল্লকপদা
চেক্লাগী কায়দোঙফম থঙদবনা
পোম্বী কঙঙাওনরেনা।
চীংঙ্গুংগী সনালোক্তগী পাইবিয়ক্লোনে
শাবী ইনেমচা পাম্মুবা !

[ কুলচন্দ্রগী মতমদা ইবা ]

তৌইগুম্বসুং মায়বা চাংচত্তা য়ূম্ফম ওইবা ছন্দমওঙদি ময়ায়যুগত্তা শীজিন্নবা য়ায়া রাংলম্মী। ময়ায়যুগতগী হৌজিক্কী যুগ লাক্তি.ফাওবা মৈতৈ ছন্দ অসি অরিবা নিয়মগী অরেপ্পা মওঙগী হিদেন্দগী অরেপ্পা নাইদবা ঈচেল অমদা তাউহনা কোয়রম্মী। মতুগী মতুংদা মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা যুগকী অয়ুক্তা য়াকায়রোল শকখিবা চাউবা, কমল, অঙাংহল, নবদ্বীপচন্দ্র অমসুং দরেন্দ্রজিৎ ছন্দশিল্পী মঙা অসিনা তোঙান তেংঙানবা মায়কৈদগী লাক্লুনা মৈতৈ ছন্দগী ঈচেল্দা পূম্না চেম্থমিন্নখি—অসুম তৌনা হায়া লৈরম্বা ঈচেলদা ঈরম মঙানা তিন্দুনা মৈতৈ ছন্দগী পুন্সিদা যৌবনগী অনৌবা ঈথক ঈহৌ অম পুরকখি। মতম অসিদা অমুক অরেপ্পা নাইবগী হিদেম্দা মৈতৈ ছন্দ য়োৗরকখি। মসিদগী অমুক অনৌবা নিয়ম অমদা ছন্দগী জগোই উৎপা হৌখি—লৌক্তাক্কী লুরব লাইজদা, মেরাগী থাবল-ইপোমদা, অহীংগী চেক্লা তাম্নাগী সুরদা -নোংঙাল্লমদাইদা চক্রুপা কায়নমৈচাক্কী সুরদা—থৌওইবিরুত্রবা পেনাগী রু রু খোম্লেন্দা—নীংবা কায়রবা মৈত্রবাক্কী থম্মোই থিনগায়না—বিশ্বসাহত্যগী খোম্লেলগা তিন্নানীংবগী ইঙ্গিৎকা লোয়ননা।

অনৌবা নিয়ম অসিদা ছন্দগী য়ূম্ফমদি তানখোঙমক্কনা ওইররে অমসুং তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী, তানখোঙ-মরি-চৎপী, করি করিগুম্বদা তানখোঙ-মঙাচৎপী ছন্দলৈরেংদা কবিতা ইবা হৌরক্লে। কবিশিং অসিনা খোনকাপকা খোম্মোক্কা মায়না লৌরম্মী, খোম্মোক খুদিঙমক অতেনবা ওইনা লৌরম্মী। অতুগা য়াহৈগী মমৈত্তাবা তিন্নবা খোম্মোকপু অশাংবা ওইনা লৌবসু য়াওই, লৌদবসু য়াওই। অতুগা শৈখোঙন ছন্দগী মরুওইবা মচাক্কি হায়না খন্দুনা করি করিগুম্বদা খোনকাপমশীং ৭+৭ কী শৈখোঙ, খোনকাপমশীন ৮+৬-কী শৈখোঙগা মায়না থম্বসু য়াওই।

খোম্রিলগী অমত্তওইবগী মওঙগা মথেলনাইবগী মওঙগা * লোয়ন

*মঙাং অসিদা মথেলনাইবা (বৈ'চত্র্য) অমসুং 'য়ান্নবা' (মিশ্র) অনীদি

লোয়মনা লৈরগা ছন্দ ওইরিবনি। অমতওইবগী মওঙনা মসিগী থরায় হাপ্পী, মথেলনাইবগী মওঙনা মসিগী শক্তম শেম্মী। অমতওইবগী মরী অমা লৈত্রবদি শৈরেংগী ছন্দ ওইবা য়াদে, তোইগুম্বসুং অমতওইবগী মরী লৈবতনা পুময়া য়ারবদি নত্তে, মতুনা ছন্দসি লৌচিং অমতদা চিংমন্দুনা তাবদা লেথোরকই অমসুং পুক্কীং থম্মোইদা পানবা রাংলকই। ছন্দগী ইঙ্গিৎ-চেনবা শক্তি, থরায়গী রসপু মশক পান্নবা শক্তি - মথোয় অসি মথেলনাইবগী মতীকচাবা মশীন্দা নন্দুনা লৈ। অমতওইবনা ছন্দগী তালনি, মথেলনাইবনা ছন্দগী সুরনি মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা যুগ হৌগৎলকপদা অমতওইবগী মতুংদা মথেলনাইবগী মওঙ পুরক্লবা হোৎনবগী রাথল লৈরমদে মতৌ করম্না অমতওইবগী মরী হায়বদি খোনকাপকী চাংচৎ ঙাক্কদগে হাযবসিনা কবিশিংগী রাথল ওইরম্মী। ডাঃ কমলনা হান্নগী অরিবা নিযম অসিদগী হোংদোক্লুনা হায়বদি খোনকাপকী চাংচৎ মথল অমতনা তানথোঙ অমসুং শৈথোঙ শেম্বা তোক্লুনা মৈতৈ কবিশিংদা ইনৌ নৌবা লম্বী অমা হাংথি। কুম্লোন কয়া চুপ্পা মৈতৈ ছন্দনা মনীংতম্ন চেম্হুন বিশ্বসাহিত্যগী পাক্লবা লমদমদা মৈতৈগী খোঞ্জেল পুত্নুনা চৎনবগী মঙ মঙদুনা লাকপন্থ মতম অসিদা মীকপ থোকথি—মতম অসিদা মৈতৈসাহিত্য-লাইব্রেরীগী লাইশঙদা শরীক কাংশি মোংবুং খোঞ্জেল তাথি। কমলগী মশাদা তুম্বা নাইত্রবা ছন্দঈফাও অমা লৈবা মরম্না অমতওইবগী মওঙ থম্বতনা মহাক্না পেল্লমদে। মহাক্না ছন্দনা পুক্নীং চুনীঙাই ওইবা মথেলনাইবগী মওঙ পুরক্লবা হোৎনরম্মী অমসুং থরনথৈ পাঙম্ন পাঙথোক্লম্মী। চাউবা, অঙাংহল, নবদ্বীচন্দ্রনচিংবা কবি অতৈ অতৈদি মথেলনাইবগী মরম্মদা

অর্থ অমতদা লৌরোহদবনি। ভাবদা অমদি পাবদা রস চেংহন্নবগীদমক্তা ছন্দগী চাংচত্তা শাথেক মথল মথল থোকহন্দুনা ঈথক হৌহনবা অদুবু ছন্দদা 'মথেলনাইবা' কৌই। অদুগা রস অমসুং ফজবগী রাকমগা থোইদোকপা মরী লৈনদনা তোঙান তোঙানবা মথলগী মচাক নত্রগা শক্তক নত্রগা খোঙচৎনা শৈথোঙ নত্রগা কবিতা অমদা তিন্নবা লৈবা অদুবু ছন্দদা 'য়ান্নবা' কৌই।

থোইনা হোংনুরমদে। চাউবনা বাংলা ছন্দগী মওঙ খরদি পুশিল্লরবসু বাংলা ছন্দদা হৌজিক চৎনরিবা মথেলনাইবগী মওঙশিং অসিদি পুশিল্লমদে। দরেন্দ্রজিংনা মাইকেল মধুসূদনগী অমিত্রাক্ষর ছন্দ পুশিল্লরুব হোংনহনা মথেলনাইবগী মওঙ খরদি পুশিল্লরুবা তৌরম্মী, তৌইগুম্বসুং চপচানা পাঙথোকপদি ডমখিদে।

কবিশিং অসিগা থংমনাউম ওইনা মীনকেতন অমসুং শীতলজিংসু মথং মথং কবিতাগী খোর্জে পায়খৎখি। অহুদগী নদীয়া, সুরচাঁদ, নীলবীরনচিংবা কবি খরসু তুংইল্লকখি। হায়রিবা কবিশিং অসিগী কবিতাদসু মথেলনাইবগী মওঙ থোইনা উবা ফংদে। মথোয়গী কবিতা অয়াম্বা চৈজীংলোল ছন্দগী খোনকাপ ৭+৭-কী শৈথোঙ লৌহনা ইবা ওইনা তৌই। মথেলনাইবগী মওঙ য়াওদবনা কবিশিং অসিগী কবিতাদি মথায় কল্লবসু মশক লেম্বদা খরা রাংলি। কবিশিং অসিগা মতম অমতদা সাহিত্যগী খোর্জে পায়মিন্নরিবা ইবোহল, গৌর-কিশোর, নীলকান্ত, সমরেন্দ্রনচিংবা কবি খরদি মথেলনাইবগী মায়কৈদা মীৎয়েং খরা লামথোরকপগুম তৌই। তৌইগুম্বসুং লোল্লপ অমসুং খোল্লেপ তিন্নহন্দবা মথেলনাইবগী মরুওইবা মওঙ অদোমদদি থোইনা য়েংথোক্কে হায়বা য়াই।

লোল খুদিঙমক্কী কাব্যগী ইতিহাসতা উবা ফংই—কাব্যদা অনৌ-বা ঈহৌ ইথিন লাকপা মতমদা, অনৌবা রস-না কাব্যবু অনৌবা থরায় হাপ্পা মতমদা ছন্দদসু অনৌবা ঈচেল লাকই. কবিগী খোঞ্জেল্লা অনৌ অনৌবা ছন্দগী ঈথক্কী দোলাইদা মশাবু ফোংদোকচৈ। ছন্দ হায়বসি কাব্যগী শাদোং অমা ওইবতা নত্তে, কাব্যগী মশকনাইবা হকচাংসু ওইরিবনি। কবিগী মুংবানগী থোইদোকপা মওঙগা মহুগী ফোংদোক্নবা পাম্বে হায়বদি ছন্দগা মরী য়াম্না নক্নে। কবিগী 'brains beat into rhythm' ছন্দগী তাল খুদিঙদা মহাক্কী পুক্নীংদা ভাব ( idea ) অমসুং রাখলগী ঈথক হৌরকই ; মরম অহুনা রবীন্দ্রনাথনা

হায়খি, মহাক্কী পুক্নৈদা অহানবদা অনৌবা সুর অমা লাকই, মতুংদা মতুংগী মতুংইম্না সুর অতুগী চানবা য়াহৈ নত্রগা ঈশৈ লাকই। ময়াম অসিনা উবা ফংই, অশেংবা কবি খুদিঙমক ছন্দগী ইতিহাসতা অনৌবা মতাং অমমম হৌদোকই। মশাগী ময়াল লৈবা মী অচুদি অতোপ্পগী মনা য়ায়তুনা শিদে, মশাগী খম্মোইদা চপচাবা ঈহৌ ইথিন লৈবা মী অচুদি হায়না চংনরম্বা ছন্দ ইনুবা মহৌশানা পামদে অমসুং খুদোং চাদে। মৈতৈ সাহিত্যগী ময়ায়যুগতগী হৌনা মথং মথং লাকখ্রিবা সাহিত্যগী য়াওলশিং অসিগী ইতিহাস নৈনরগা য়াকম অসি খঙবা ঙমগনি।

হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংগী ছন্দদা অপুবা ছন্দ মওঙ যাম্না চঙশিল্লকপা উরি। 'নব-নব উন্মেষশালিনী' ওইবা পাঙ্গল নত্রগা প্রতিভাগী খুদম উংপা যাম্না য়াংলি। হৌজিক মখলমখা অয়াম্বা ঈচেলনাইবা ছন্দ, মনীংতম্বা ছন্দ, য়ারেংকবিতাগী ছন্দ পুশিল্লক্রিবা অসি মরুওইনা বাংলা অমসুং ইংরেজী ছন্দবোমদগী চঙলকপা ওইনা তৌই। হৌজিক লৈরিবা মরুওইবা মৈতৈ কাব্যলাইরিকশিংদি থায়নগী অরিবা ছন্দগী উচন্দগী থোইনা হোংদোকপা লৈতে। মাসদগী হোংদোক্লুরবদি ছন্দ নাইবা য়ারোই হাযবগী মতাগুম খল্লবা য়াওই। অচুনা হৌজিক ওইরিবা মৈতৈ সাহিত্যগী ফিভম অসি ইংরেজী সাহিত্যদা কদুঙৈ পোপকী প্রভাবনা ওইরম্বা ফিভম অচুগ মাম্লনা লৈ বাংলা সাহিত্যদা রবীন্দ্রনাথকী প্রভাব লৈবগুম্না ইংরেজী সাহিত্যদসু পোপকী প্রভাবনা পোপকী কাব্যদা শীজিন্নবা ইংরেজী ছন্দ অচুদগী হেনবা পুখোক্লীঙাই লেতবগুব খন্নরম্মী। অচুনা পোপনা তাক্লম্বা লম্বীদা 'rule and line'গী পাম্বৈনা কবিতা ইনরম্মী। মতম অচুদা ওইরম্বা ইংরেজী ছন্দ অমসুং কাব্যগী ফিভমদি ঈচেল থকত্রবা তুরেলগী পাংথক্লি। মৈতৈ কাব্যদসু হৌজিক মতুগা চপমান্নে। ছন্দ অসি কবিগী মশাগী মুংবানগা লোয়নরকপা নত্তবা, মতৌ তম্নবতা ওইনা থোক্লে। হৌজিক্কী কবি অয়াম্বগী শৈরেংদা ছন্দগী ফজবা মওঙ য়াম্না উবা ফংই। তৌই-

ওম্বসুং অতুম ওইনমক কবিতাশিং অতুনা পুক্নীংদা ময়ি অমদি মমি তাহনবা অমসুং রস ঈহৌহনবদি ঙমদে। মরমদি মখোয়গী শৈরেংশিং অতু খুৎহৈবগী কোনফমদা হায়বা পোৎশক ওইবতনি, শিল্পীগী মশাদগী থোকপা হুংবানগী শক্তাইবা পোৎশক নত্তে। অতুনা কবিতাশিং অতুগী ছন্দদা মতৌতম্বগী হৈশিংবতনি উৎপা, শেম্বগী মগুণদি য়াওদে।

শৈরেংছন্দদা অসুম্না রস চেন্দবা ফিভম অসি উবদগী হৌজিক্কী কবি অয়াম্বনা রারেংকবিতারোমদা পুক্নীং চঙনরক্লি। রারেং-কবিতাগী মরমদা থোইদোক্লা নৈনরুত্রবসু হায়বা য়াই—রারেং অতু শৈরেংদি নত্তে। রারেং কবিতানা করিগুম্বা মতমদসু শৈরেংগী ফম্ফমদা ফমগনি হায়বসি নীংদে। মরমদি শৈরেংগী ইঙ্গিৎচেনবা মগুণ অতু ফজবা রারেং নত্রগা রারেংকবিতাদা লৈতে। প্রতিভা চেনবা কবিশিংনা শৈরেংছন্দদা ইবগী মতুত্তা রারে ছন্দদা ইনরক্লিবসি চৎনরিবা শৈরেংছন্দগী মতীকচাদবা অমসুং অনৌ অনৌবা ছন্দ পুথোকপা চঙই হায়বা তাকপতনি।

হায়রিবা রাফমশিং অসি অচুম্বনি হায়না লৌবদা কনানসু চিংনরোই হায়না নীংই। হৌজিক্কী কবি খরনা শৈরেংছন্দদা কবিতা ইতুনা মিংচৎ ফংবা যাওরি। মখোয়গী ছন্দশিল্পগী মগুণ অসি শীংথানীঙাই ওইরবসু হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংগী ছন্দদা ঈহৌ হম্বা মতাং অমা ওইরি। ছন্দ-সুরধুনীদা নৌনা জোয়ার কানবা হোৎনবা অমসুং অনৌ অনৌবা ঈচেম্মা সুরধুনীগী ঈচেল অতু মশীংনাইদবা ঈরোঙ কয়া থোক্লা চেলহনবা মতম ওইরে।

---